**MENAKAGEE MACHANUPEE**

**A Novel by . L. Raghumani Sharma, Sahitya Bhushan**


ফোঙ[illegible] সনাহনবী দেবী
[illegible]বম, ফুড়ামখোঙ, ইম্ফাল






অহানবা ফোঙবা ঃ ২০০১ ইং

মখুম ডিজাইনতৌবা অমসুং য়েকপা ঃ এ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

কোপী মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ৬০/-

নম্মজ ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স
পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

ইছোকপিরবী, নৈহৎপিরবী, খোঙ্গোয়নবিরবী

চনুরাশিংগী মফমদা

# অইবগী ৱারোল

লাইরিক অসি অথোইবা মহাকাব্য অমদি ধৰ্ম্ম-গ্ৰন্থ ওইনা লৌনরিবা 'মহাভারত'তা য়াওবা ৱারী মতাং অমবু মহাকবি কালিদাসনা নাটক ওইনা 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম্' হায়না মমিং থোন্দুনা ইথোক্তুনা থম্বিরম্লবা শকুন্তলা অমদি রাজা দুষ্মন্তগী ৱারীদা য়ুমফম ওইরগা থৌদোক-ৱাথোক, পাত্র-পাত্রী কয়া হাপচিন্দুনা উপন্যাস ওইনা মেনকাগী মচানুপী হায়না মমিং থোন্দুনা ইথোকচবনি। অসিগুম্বা থাইনদগী লৈরক্লবা মশক নাইরবা ৱারী অমবু করিসু খণ্ডদ-হৈজদবা ঐগুম্বনা ইথোক্লবা হোৎনক্লবা হায়বসি পিক্লিবা অঙাংনো মৈ পায়দুনা শান্নবগুম্বনি। অদুম ওইনমক ইজনিংবগী ৱাখল্লোন্না লমজিংদুনা উপন্যাস অমা ওইনা পাবিরিবশিংগী নুংশি মীৎয়েং মাঙদা লাম্থোক্লবা হোৎনজখিবনি।

উপন্যাস অসি ইথোক্লবা হোৎনবদা মতেং লৌজখিবা লাইরিকশিংদি ঃ- মহাভারত, অভিজ্ঞান সকুন্তলম্, শকুন্তলা, কালিদাস সমগ্ৰ অসিনচিংবনি।

লাইরিক অসি অহানবা ইথোক্লবা তুংদা মীয়েং তাবিদুনা পূক্নিং থৌগৎপিবদা নত্তনা মতামত ফোঙদোকপিরকপনা শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা অমুক হন্না ইথোক্লবগী খুদোংচাবা ফংহনবিখিবা ঐগী আদি গুরু অমা ওইনা লৌজরিবা শ্ৰীযুক্তা এলাংবম সোনামণি সিংহ, ইনাও-ইবুংঙো শ্ৰীযুক্ত রাজকুমার ব্ৰজেন্দ্ৰ অমসুং মরুপ শ্ৰীযুক্ত ব্ৰজমনি মাইস্নাম্বা লোয়ননা গ্ৰুপ লৌবনচিংবদা অচৌবা তেংবাং পীবিখিবা ইনাও-ইবুংঙো শ্ৰীযুক্ত কয়ামুদ্দিন পুখ্ৰীময়ুমগী মফমদা শিংঙন্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে।

অইবা

শাহিং চাবা শা য়াম্না লৈবা শুক্রবাউমৎনি। মীচম্না চঙবদা খুদোংথীনিংঙাই ওইরবা উমং অদুগী মনুংদা য়াম্না মতিক-মগুণ লৈরবা কৌশিক মুনি লৈপুং অমগী মথক্তা পদ্মাসন্দা ফমদুনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈ। মহাক চাদে-থক্তে, তুমদে-হিপ্তে, মতম চুপ্পদা মমীৎ উইশিন্দুনা লাই নিংদুনা অদুম লৈ। মতৌ অসুম্না মহাক্না অকনবা লাইনিং চৎথরক্লুনা থা কয়া হৌখ্রে। অদুবু মহাক্কী তপস্যাদি নোংম-নোংমগী চেৎশিনবা হেনগৎলকই।

মতম অদুদা অসোমদা ইন্দ্রলোক্তা ইন্দ্রনা কৌশিক্কী অকনবা লাইনিং অদু উবদা মাগী নিংথৌ খুন্ডম মুনগদবগী তপস্যা তৌরিবনি হায়না লৌদুনা মীপাইখ্রে। মরম অদুনা মহাক্না কৌশিক্কী তপস্যা অদু কায়হন্নবা কন্না হোৎনরকই। মহাক্না অকনবা নোংলৈ-নুংশিং তৌহন্দুনা য়েংই, কৌশিক্কী তপস্যা কায়হনবা ঙমদে, অমুক নোং ফুপ্রিৎ ফুনা চুহন্দুনা য়েংই, কান্নদে। কৌশিক মুনিনা তপস্যা তৌদুনা ফন্নিবা অদুগী অকোয়বদা প্রলযগী মশক ফংনো লাম্মে চাকহন্দুনসু অগ্নি দেবনা ফাওবা মনাক নকউবা ঙমদ্রে। ইন্দ্রনা মুনিগী তপস্যা কায়হন্নবা হোৎনরিবা অদুক্কী মতিক মহাক্কী লাইনিং চেৎশিনবা হেনগৎলকই।

ইন্দ্রনা কমদৌরগা কৌশিক্কী ধ্যান কায়হনবা ঙমগদগে হায়বা খনবদা থোক্তে। মহাক নিংবা কায়বা অমদি নুংশাথিবনা লৈতাফম খঙলক্তে। ইখঙ খঙহৌদনা মাগী থোপ্তা লৌশিং অমা খঙকাও ফাওরক্রে।

খুদক অদুমক্তদা দেবরাজ ইন্দ্রনা দেব-সভাগী অথোইবী অপ্সরা মেনকা অমসুং মদনদেববু কৌহন্নুবে। মখোয লাক্রবদা মহাক্না হায়রকই, "কামদেব, নঙনা কৌশিক মুনিনা তপস্যা তৌরিবা মফম অদুগী অকোয়বদা মনম নুংশিরবা লৈরাং মখল-মথেল কয়া শাৎহন্দুনা মাগী পুক্নিং মথুম-মরাঙ হৌহন্নবা হোৎনগদবনি।"

"ফনি দেবরাজ।" মদনদেবনা মখুৎ লোম্নদুনা নোম্লুক্না হায়রকই।

ইন্দ্রদেবনা মেনকাদা য়েংদুনা হাযরকই, "মেনকা, নঙনা মুনিগী পুক্নিং হুননবা হোৎনগদবনি। নঙনা অপ্সরা ওইবগী হৌনশা কামগী ময়াইকাববা ঈথক হৌনিংঙাই ওইবা ফিজেৎ অদুগা শাথেক্না মাবু শুমহৎনবা হোৎনগদবনি।"

ইন্দ্রবু খুরুম্নম্লগা মেনকা কামদেবগা চৎমিন্নগা কৌশিক মুনিনা ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা মফম অদু তন্না থোঙশানখ্রে।

মতাং অসিদা কৌশিক মুনিগী হৌখিবা খ্বাফম খরা পাউদমজপে। মহাক ক্ষত্রিয়

বংশদা পোকপা মহারাজ গাধিগী মচানুপানি। মহাকপু বিশ্বামিত্র মুনি হায়নসু খঙনৈ। মপা শিগ্রবা তুংদা মহাক্না নিংথৌ খুভম শিলহৌই। মহাক্না তৌনিংবদা তৌই। করিগুম্বা, কনাগুম্বনা মাগী অনিংবগী মায়োক্তা লেপ্নকপা থোক্রবদি মহাক্না অকনবা চৈরাক পীদনা খক তোক্তে।

নোংমা মহাক লাম্মীশিংগা লোয়নদুনা শক্তি শিকার তৌবা চৎলম্মী। মখোয়না উমং কয়া ফাওদুনা য়াম্না লাপ্না লাক্লবা ফাওবদা শক্তি-শঙাই অমতা থেংনরমদে। অদুবু হনবা নাইদনা কৌশিক মাঙদা চঙশিল্লী। নুমিৎ চায়থরকপগা লোয়ননা লাম্মীশিংদা নঙনা নিংথৌসু লমদম তাম্না অশুকপা জঙ্গল কয়া ফাওদুনা শক্তি থিদুনা লাকপগী চোকথবা অদুগা চাক লাম্বগী চৈথেং খাঙবা ৱারম্মী। খরা চৎলগা নিংথিজরবা তপোবন অমা মখোয়না থেংনৈ। তপোবন অদু অথোইবা মুনি বশিষ্ঠগীনি।

কৌশিক লাম্মীশিংগা লোয়ননা বশিষ্ঠ মুনিগী আশ্রমদা চঙলম্মী। অতিথিশিং অদু উবদা বশিষ্ঠ য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না নিংথৌবু ঈকাই-খুম্ননা তরাম্না কৌশিন্দুনা ফমহন্নগা হায়রকই, "মহারাজ, লমদম শাংনা লাকপিবদা য়াম্না চোকথনা উরে। ঙসিগী চাবি-থকপিদিব্রা নিংই। অদুনা লাইরবা ঐগী থাংপোক অসিদা অহাও-হাওতা থিবিদনা করিনো খরা হাবিখো।"

নিংথৌনা খঞ্জাননা হায়রকই, "লাম্মীশিং অসিসু লমশাং লাকপদা ৱারবনি, অদুগা লাম্বনসু তপ তারবনি। মখোয়বু পীজদনা ঐনা কমদৌনা চাগদগে?"

মোমোন তৌনা মুনিনা হায়রকই, "মখোয়সু মহারাজগা লোয়ননা মফম অসিদা চাগনি।"

ৱা অসি কৌশিক্কী মফমদা হাইফেৎ ঙক্না থোক্রম্মী। মরমদি, বশিষ্ঠ লাইববা ব্রাহ্মণনি। অদুগী মথক্তা অসুক য়াম্বা মীয়াম অসিবু পীজ-পীথকপা হায়বসি অরায়বা ৱাফম নত্তে।

বশিষ্ঠ মুনিগী নন্দিনী কৌবী য়াম্না মতিক-ময়াই লৈবী কামধেনু অমা লৈ। মহাক্তি অচা-অথক থোকহন্নিংবমখৈ থোকহনবা ঙম্বী ষণবীনি। মহাক্কী মতেংদগী মুনিনা অদুক য়াম্বা মীয়াম অদু মপূক থন্না পীজ-পীথকখি।

রাজা কৌশিক্না মতিক-মগুণ অদু উবদা কামধেনু অদু লৌনিংলম্মী। অদুনা মহাক্না কামধেনু অদু মঙোন্দা পীরো শেল-থুম হীরা মণি মুক্তা কয়া পীগে হায়না ফনা কন্না হায়জদুনসু বশিষ্ঠনা শুপয়া য়ারমদে। অদুগী তুংদা কৌশিক্না শাউরক্লুনা কামধেনু অদু নমদুনা লৌগে হায়না মপূক্লিংদা লেপখি।

মহাক্না কামধেনু অদু নমফুদা লৌহন্নবা লাম্মী থাজিল্লুবদা মুনিগী ব্রহ্মতেজদা কনাসু কামধেনুগী মনাক নক্লবা ফাওবা ঙম্নমদে। লাম্মী পুম্নমক থাজিন্দুনসু কাম্নবা ফংলমদে। অদুগী তুংদা কন-থৌরবা রাজা কৌশিক মশামক চঙলুবদসু মুনিগী ব্রহ্মতেজগী, মৈশা থাংবা ঙমদদুনা হন্দোরকপা তাখি। অদুবু হন্নমদায়দা মহাক্না বশিষ্ঠবু নোংমা মায়থিবা পীদুনা কামধেনু নমদুনা লৌগনি হায়না মপূক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপখি।

কোনুংদা হৌরক্লবা মতুং মতম খরা লৈরগা বশিষ্ঠনু খায়থিবা পীনিংবগী থিরেপা লম্বাজিংদুনা রাজা কৌশিক উমংদা লাইনিংবা চংখ্রম্মী। মাগী অচেৎপা লাইনিংদা ব্রহ্মানা শেনশিরদুনা মঙোন্দা লীরুং-ত্তেন বিদ্যাদা লাখা লৈতনা হৈনবা বর পীবিখি।

রাজা কৌশিকা তপস্যা তৌরম্বদগী হৌরকপগা লাম্মী পুদুনা বশিষ্ঠগী মথক্তা লান্দারম্মী। অদুবু ব্রহ্মর্ষি বশিষ্ঠগী ব্রহ্মতেজগী মাঙদা মহাক কুইনা লেপ্পা ঙমখিদে।

মতম অদুদা মহাক্লা ব্রহ্মর্ষি ওইবগী মতিক-মগুণ খঙবা ঙম্মী। মহাক ক্ষত্রিয় ওইনা পোক্লবসু ব্রাহ্মণ ওইদবা য়াদে হায়না মপূক্লিং চপ য়ুংনা খনখি।

অদুগী তুংদা মহাক্লা অমুক হন্না অকনবা তপস্যা তৌবা হৌরম্মী। মদুগী ফলনা মহাক রাজর্ষি ওইখি। অদুবু ব্রহ্মর্ষিদি ওইবা ঙম্মদে।

"হন্দক্তি মহাক পুষ্করতীর্থদা চৎতুনা অকনবা লাইনিং চৎথরম্মী।

অযোধ্যাগী নিংথৌ অম্বরীষকী যজ্ঞদা বলি কৎননবগীদমক ঋষিকী মচানুপা শুনঃশেফবু ফাদুনা যজ্ঞশালাদা পুরকখি। মতম অদুদা কৌশিক্লা শুনঃশেফবু অগ্নিমন্ত্র তম্বিদুনা কনবিখি।

অদুগী মতুংদনি মহাক্লা শুক্রবা উমং অসিদা চঙলক্তুনা অকনবা তপস্যা তৌররিবসি।

স্বর্গগী অপ্সরা মেনকাগা কামদেবগা স্বর্গলোকতগী মর্ত্যলোকতা কুমথরক্তুনা রাজর্ষি কৌশিক্লা তপস্যা তৌদুনা লৈরিবা মফম অদুদগী থোইনা লাপ্তনা চঙশিন্নক্তুনা লেপ্পরে।

মফম অদুদা থুংলবগা কামদেবনা তেন অমা কাপ্তুনা লাই নিংদুনা লৈরিবা মুনিগী মায়কৈ মরীমক উনা উনা পূক্লিং হনা মনম নুংশি-নুংশিরবা লৈরাং মখল-মথেল কয়া শাৎহনখ্রে। মদুগা লোয়ননা নুপা ওইবগী থম্মোয় শুমহৎনিংঙাই ওইরবী অপ্সরা মেনকানা মুনিগী মাঙদা চঙশিন্নক্লগা মতম খুদিংমক্তা থোং-নৌদুনদা লৈবা মাগী হকচাং থেক্ক-নৌনা জগোয় শাবগা লোয়ননা পূক্লিং হনিংঙাই ওইরবা সুরদা ঈশৈ শকপা হৌরক্লে।

মতম অদুদা কামদেবনা খ্বাইদগী মরু ওইবা তেঞ্জে শংতুনা কাপ্পদা মুনিগী থম্মোয়দা লেঙখ্রে। তেন অদু অচম্বা নত্তে, মদুনবু পাম্নবদা কামগী ঈথক হৌরক্তনিংঙাই লৈতে। হায়নবা লৈ, কামদেবগী তেন অদুনা পানবদা পোকপদগী ব্রহ্মচর্য্য চেৎনা ঙাক্লক্লবা দেবর্ষি নারদ ফাওবা য়ুম পান্দুনা মচা কয়া পোকখি।

অখমবা তেন্দু কাপ্পম্বগা কামদেব খ্বাই মাংখ্রে।

খুদক অদুমক্তদা কৌশিক মুনিগী থম্মোয়দা অপাম-নুংশি য়াকাইরক্লে। মায়কৈ মরীদা শাৎলিবা মখল-মখলগী লৈরাংশিংগী মনম নুংশিরবা লৈনমগা মেনকাগী হকচাংদগী থক্তোরকপা নুংশিরবা মনমগা পুন্দুনা শেম্নকপা শিংথানিংঙাই লৈতনা নুংশিরবা অঙকপা মখলগী মনম অদুনা মুনিগী নাতোন্দা য়ৈররে। মদুগা লোয়ননা যন্ত্র মখল কয়াগী নিংথিরবা

সুর অমদি পূক্লিং নুংঙাঙ্গিংঙাই ওইরবা মেনকাগী শৈহেক্লা মুনিগী নাকোংদা লৈরে। মুনিনা মপূক্লিং ফাজিন্দুনা মমীং উইশিন্দুনা ধ্যান তৌবদা মদুনা অপনবা পীরে। মহাক মপূক্লিং তথক-তথক্লক্লে, লাংতক্লরক্লে। মহাক্লা মমীং তপ্পা তপ্পা পাংথোক্লুনা মাঙলোমদা য়েংথোরকপদা উরক্লে, ফনালো চুং-ফিরাল চারবী থোং-নৌরবী উবদা মীংথম্ম হোংঙমদ্রবী নিংথিবী অমনা মাগী মাঙদা জগোয় শাবগা লোয়ননা ঈশৈ শক্লুনা লৈরম্মি। জগোয় শাবদা মাগী ঙৌরোক ঙৌবা থবাক অদু পাক্লবা ঈপাক্তা ঈথক মচা মচা হৌবগুম তনিক তনিক্লি। ঈশৈ শকপগী লেঙবদা নৌরিব্বা উনাগুম থোংলবা চিনবান্দু তনিক তনিক্লি। মাগী হকচাং কয়াংথশিং অদুগী কাম্নক্লিংঙাই ফংনা ফজবদু মশাদা কুপ্পিবা অপাবা ফি অদুনা মপূংফানা থজিন্দুনা থম্বা ঙমদবনা মপালদা থক্তোরক্লি।

শক্তি মীংতা তাবী নিংথিবী অদুগী উরু-উরুবা মফমদগী মীংয়েং হোংঙমদনা ফজরবা হকচাং-কয়াংথশিং অদু উবদা কৌশিকী থম্মোয়দা অপাম-নুংশি শাফু কন্না ঈহৌরকপদু থিং দুনা থম্বা মাগী শক্তিগী বাংমদা লৈত্রে। যাদুনা গুমহৎলবা মীগী মতৌগুম মহাক্লা লৈপুং দগী কুমথরক্লগা থোং-নৌরবী শকহেনবী অদুগী মোন-মোন লাওরবা হকচাংদু মখুৎ অনী চঙদুনা চেংজেৎ কোনশিল্লগা থোংলবা চিনবান অদুদা মশাগী চিনবান থম্মুরে।

মতৌ অসুম্না মেনকাগী লাংদা থুদুনা হক্তিম্নদুনা কামগী ঈখায় পীরুবগা রাজর্ষি কৌশিক জ্ঞান তারক্লে। মতম শাংনা ঙাক্লক্লবা ব্রহ্মচর্য্য মীৎকুপ অমতং পঙথরুবদা শিংকুপ শাত্রে। মপূক্লিং ব্বারকপা ঙমদবদগী অদুগুম্বা থোকহন্নিংদবা থৌদোক অদু থোকখিবনি হায়বা মশানা খঙজবক্লুনা মাগী থম্মোয়দা নীংঙমদবনা ওমদুনা চাকখৎলক্লে। মেনকাদা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা খুদক অদুমক্তদা মহাক মফম অদু থাদোক্লুনা চৎথ্রে।

মহাক চৎথ্রবা তুংদা মেনকানা মফি-মরোল নিংথিনা শেথচিন-ইনশিত্রে। অদুগা মহাক্লা ধ্যান তৌদুনা য়েংলুবদা থৌদোক অদুদা মাগী থোইজি-খাদা তাওজিং হৈরু পানথ্রে হায়বা খঙজবা ঙম্নে। অদুবু মাদি মথৌদাং লোইরবনা অমুক থিল্লদনা স্বর্গদা হনখিদবা য়াদে, দেবরাজগী অকনবা য়াথং লৈ। তাইবং মীগী মচা খোইজি খাদা নাওপূদুনা দেবরাজ ইন্দ্রগী রাজসভাদা চঙ লুবা য়াবা নত্তে হায়বা মহাক্লা মুন্না খঙই। মরম অদুনা মহাক্লা থাবুম তরা নাওপুগদবা অঙাং অদু দৈব্য-শক্তিনা চিংশিন্দুনা মীৎকুপ তরা গর্ভ পুরগা অঙাং অমা পোকথোক্লে। অঙাং অদু নুপীমচানি।

মেনকাদি মচানুপীদু য়োক্লুনা মর্ত্ত্যলোকতা লৈথোকপা য়াদে, পোকপদা ঙাইবিবা মচাদু হন্দোক্লমদুনা মহাক চৎখিবা তাবনি। অদুম ওইনমক মহাকসু মমা অমনি, মচা নুং শিবগী ঈফুৎ মাগী থম্মোয়দা ফাওদবদি নত্তে।

মহাক্লা মচানুপী অদুবু অথাবা যিল্লা নিংথিনা য়োমশিন্দুনা কোনবিবে। তাঞ্জা অসিদা

ইখঙ খঙহৌদনা খোম্নাং অমৃত নংথরক্লুনা মাগী থবাক্তা চৈনাখোল ফাওরক্লে। মমা ওইবীগী থম্মোয় য়াকাইরক্লে, গুইহাক পম্বুবগীদমক দেবরাজগী অকনবা চৈরাক ফংবো য়াই হায়রবগী নাচুম্মিগ্রে। মহাক্না মচানুপীবু মথাদা পমদুনা খোম্নাং-অমৃত ইনবিরক্লে।

মচাবু খোম্নাং-অমৃত ইম্না ইম্না মেনকানা খল্লকই, তোম্নিদকো জগোয় শাবী অকরাগী মপোক। ইচা অপিশক অসি য়োক্লুনা মর্ত্যলোকতা অমুক পম্বুদুনা লৈবা য়াদে ঐদি স্বর্গগী জগোয় শাবী ওইবনা। অদুগা নুংশি রবা ইচা অসি পুদুনা ইন্দ্রলোকতা চৎপা য়াবসু নত্তে। কল্লকইদকো মীওইবগী মপোক। ফনা খুদোংচাদদুনসু, ফনা লৈত-লাইরগী চৈথেং ফংদুনসু মর্ত্যলোকী নুপীশিংদি মচাবু মথাদা পমজবগী নুংঙাইবা ফংলি। পিক্রিবা মচাগী কুম্মৈ য়েংবদা মখোয়না সংসারগী অবা-অনা কাউনরি। মমা ঐগী শিনফম ফঙবনা ঐনা পোকপনি হায়দুনা মরাল লৈজদবা ইচা অসিবু মীনা হম্বুবা মীৎয়েংনা য়েংনরবা য়াই। অকরা ঐখোয়গী যৌদাংদি দেবরাজনা হায়রিবমখৈ ইনবনি। অদুগা নুপাগা নুপীগা চান্ন-চিন্নলা য়ুম্বান্দুনা লৈমিন্নবগী পুন্সি অদু ঐখোয়দি থক ফংলয়োইদবনি। ঐখোয়দি নুপাশিংগী শান্নপোৎ ওইদুনা পুন্সি কেম্নগদবনি। তোম্নিদকো অক্সারাগী মপোক।

অসুম্না মেনকানা য়াখল-ঈপাক্তা তাউনা তাউনা মীৎলুদগী অব-ব শিঙ্করকপা পীবাং থিংবা ঙমদ্রে। খোম্নাং-অমৃত ইনবা লোইরবদা মচানুপীদু লৈমায়থক্তা চেকশিন্না থম্নগা হৌগৎলক্লে।

মেনকানা ইন্দ্রলোকতা চৎকদবগী খোঙকাপ খবা থাংদোক্লুরগা মচানুপীগী নাক্তা হৌদুনা চেনশিন্নক্লে। অদুগা মহাক্না মচানুপীবু পমখৎলগা মথাদা কোন্দুনা নুংশিনা কয়ারক হন্না চুপ্পিবগা হান্নগী মফমদা থনম্নগা মপী তৈথোক তৈথোক্লুনা চৎখ্রে।

ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা অমুক মপূক লান্নক্লুনা নুপীমচা অদু যান্না কন্না কপখৎলক্লে।

মতম অদুদা কদায়দগীনো খঙহৌদনা শকুন্ত কৌবা উচেক অমা নুপীমচা অদুগী মনাক্তা পাইথরক্লে। উচেক অদুনা মওং কয়াদা অঙাংদু কপ্পা তোকহন্নবা থেম্বা হোৎনরকই, অদুবু অঙাংদুদি মপূক লাম্বনা কপ্পা তোক্লে। মদু উবদা উচেক অদুনা অঙাং অদু অবাম-যৌরাংবা খাংবা ঙমদদুনা কপ্পিবনি হাযবা খঙলক্লে।

ইখঙ খঙহৌদনা শকুন্ত উচেক্না মশক-মতৌ ফজবী যৌবনগী নিংথিবা খিবিক্লা লৈতেং লিবী নুপী অমগী শক্তম লৌরক্লে। অদুগা মহাক্না অঙাং অদু মতম্বাক্তা পমখৎলগা খোম্নাং -অমৃত ইনবিরক্লে। খোম্নাং-অমৃত থকপা ফংলবনা অঙাং অদু কপ্পা তোকখ্রে। মতম অদুদা নুপী অদুনা অঙাংদু মখাদা থাংথদুনা থম্নগা অমুক উচেক্কী শক্তম লৌদুনা মনাক্তা শংদুনা শেম্নদুনা লৈখ্রে।

মহাক্না শা-উচেক, তীন-কাং অমতো অঙাং অদুগী [illegible]নাক্তা চঙহন্দে। করিগুম্বা জীব

অমতং অঙাংনুপী মনাক্তা হেক চঙলকপদা মহাক্না লাক্না লাক্না খোংনুনা থমকা তৌদুনা তাম্বোকই।

মনা কুইনা লৈরবা তুংদা মহর্ষি উমংগী খোঙলম্বী অদুদা লাকই। মফম অদু য়ৌরকপদা মহাক্না খঙহৌদনা উরক্রে, লম্বী ময়াদা শকুন্ত অমনা পোকপদা ঙাইহিরিবা অঙাং অমগী মনাক্তা শংদুনা লৈরম্বা। গুণ কয়া চেন্নবা অঙাং অদুগী অদুক হাক্না নিংথিজবা শকফমদু উবদা মহাক চঙক্রম্রে। অঙাং অদু উবদা মহাক্কী থম্মোয়দা মচা নুংশিবগী ইকুং ইখঙ খঙহৌদনা ফাওরক্রে। মতম অদুদা মহাক্না খংনিং নিংশিংলক্রে, সংসারগী লীপূন পুম্নমক থাদোক্তুনা উমংদা লাই নিংদুনা লৈরিবা ভরতনা শক্তি মচা অমগী হাক্তংগী শিংমদায় ফাওবা মশাগী ইষ্ট-দেবতাগী নাম শোনবা ফাওবা কাউথিবদু। মহাক্না খল্লক্রে, কনাগুম্বীনা পোকথোক্লগা শা-কৈনা থল্লবা উমং অসিদা হন্দোক্তুনা থনম্লিবা অঙাং অসিবু ঐনা নুংশিবিদুনা য়োক্লবদা পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচর্য্য চংলক্লবা ভরতকী মতৌগুম য়ুম্বানবগী অশা লৈরক্লবা সংসারিক মায়া থাদোক্লবা ঐসু ভরতকী মতৌগুম ঐগী ইষ্ট-দেবতাবু কাউথোকখিগদ্রা ? অদুবু অঙাং অসিগী মমা-মপা কনা কনানো হায়বসি খঙদোকপা চুম্মী।

অসুম্না খল্লক্লুনা কণ্ব মুনিনা ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা ঙাইহাক্কী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক অদু মাগী থম্মোয়-মীৎতা তরং-তরং উরক্রে।

তাঙ্গা অসিমক্তদা আকাশবাণী লাউথরকই, "তাও মহর্ষি কণ্ব, পোকপদা ঙাইরিবা নুপীমচা অদু লেম্না মাংবা য়াবা অঙাং নত্তে। অদুনা নপুক্লিংগী চিংনবা থিবিক থাদোক্তুনা মাবু নঙনা নচা শক্লা য়োক্লদবনি।"

ভগবানগী য়াথং অসি তাবদগী মহর্ষিনা অঙাং অদু পমখৎতুনা মথাদা কোনশিনখ্রে। খুদক অদুমক্তদা শকুন্ত উচেক অদু মশক ফজবী নুপী ওইনা চোংথোক্লক্রে। মদু উবদা ঙক্তুনা মহর্ষিনা হংলকই, "নঙ কনানো?"

নুপী অদুনা হায়রকই, "ঐ অভিশাপ ফংলবী অপ্সরা অম্নি, মেনকাগী মনাই নুপীনি।"

কণ্ব মুনিনা য়াম্না খঙনিংনো হংলকই, "অদু ওইরবদি করিগীদমক নহাক্না শকুন্ত উচেক ওন্দুনা মফম অসিদা লৈরম্লিবনো?"

নুপী অদুনা হায়রকই, "মুনিদেবনা হংবিরক্লবনিনা মরিক চুপ্পা তমজগে তাবিয়ো। য়াম্না কুইখ্রবগী বানি। মতম অদুদা শকুন্ত উচেক্না অতিয়াদা সঙ্গু সঙ্গু নাইনা থাপ্না থাপ্না পাইবা উবদা ঐনা কল্লকখি, ঐসু মখোয়গী মরক্তা তীন্নিংখি। ঐনা থোইনা খম্বুরুবা তৌদনা নোংম্মা শকুন্ত উচেক ওন্দুনা মখোয়গী মরক্তা চঙলুই। মখোয়গা লোয়ননা অথাপ্পা মফম অমদা চাক্তামিন্নরন্দগা ঐনা স্বর্গদা হনখিবদা জগোয় থৌগল তৌবা হৌরম্লে। ঐবু উবমক্তদা দেবরাজনা থ্রং শাউরক্তুনা অভিশাপ তৌদুনা হায়রকখি, 'হাই ননীং-নখা তৌবী, নঙনা

শকুন্ত ওন্দুনা মখোয়গা লোয়ননা কোইদুনা লৈমিন্নরুবনা মতম চান্না মফম অসিদা থুংলেদবনি। অদুনা নঙনা পামজবা শকুন্ত উচেক অদু ওইনা মর্ত্যলোকতা লৈবুরো।' মতম অদুদা ঐ কীজবনা ইশা থক থক নিক্রুম্মী। ঐনা কপচ-লাউজদুনা কন্না হায়জ - চৎচরবা তুংদা দেবরাজনা চানবিরকুনা তাকপিরকখি, 'হয়েং মতম অমদা কৌশিক কৌবা মহর্ষি অমগী তপস্যা থুগায়নবা হোৎনবদা অঙনা মেনকাগী গর্ভদগী মতিক-মগুণ লৈবী মচানুপী অমা পোককনি। মাদি স্বর্গদা তম্মা হল্লকবা য়াদবনিনা অঙাং অদু নঙনা শেম্নদুনা লৈগদবনি। অঙাংদুনা খোম্মলাং-অমৃত লাম্নকপদা নঙনা নশাগী শক্তম লৌরগা খোম্মাং-অমৃত ইনবিগদবনি। মদু হেক লোইবগা নঙ শকুন্ত ওন্দুনা অঙাংদুবু শংগদবনি।' ঐনা পীবাং-পীফম তৈনা খুৎ লোম্নদুনা নোম্লুক্লা দেবরাজগী মফমদা হায়জখি, 'অদু ওইরবদি ঐবু মুক্তি ফংলবোইগ্রা?' ঐগী মা তাবদা ইন্দ্রদেবনা তাকপিরকখি, 'মহার্ষি কণ্ব অঙাং অদুনা লৈবিবা অদুগী ময়াগী লম্বীদা লাককনি। অঙাং অদু উবদগী মাগী থম্মোয়দা মীনুংশি ফাওবকুনা মনাক্তা চঙলককনি। অদুগা মহাক্লা অঙাং অদু পমখৎতুনা মথাদা হেক কোনখিবগা লোয়ননা নঙ অভিশাপ কোকুনা নশাগী হান্নগী শক্তমদা হঞ্জিল্লকুনা স্বর্গলোকতা লাকপা যাগনি। অসুম্না দেববাজনা তাকপিথিবনা ঐ অমুক হন্না ইশাগী শক্তমদা হঞ্জিল্লক্লিবনি, মুনিদেব।'

অদুগী তুংদা অঙবা অদু মহর্ষিগী মফমদগী বিদায লৌবগা মর্ত্যলোক থাদোকুনা দেবলোকতা চৎখ্রে।

অঙবা অদু চৎখ্রবা তুংদা মহর্ষি কণ্বনা পোকপদা ভাইবিবা নুপীমচা অদু মাগী তপোবন্দা পুদুনা লাক্লে।

মহর্ষিনা অঙাং অদু ব্রহ্মচাবিনী আশ্রম-মাতা হায়না খঙনবী গৌতমীদা শিন্নদুনা হায়বকই, "গৌতমী, নঙনা নুপীমচা অসি নপূক্তগী হেক তাবা নচামক্লি খন্না নাওয়োক-নাওকোনবিদুনা চেকশিন্না যোক্কদবনি। অদুগা নঙনা মাবু বেদ-পুবাণ পুন্নমক হৈহন্নবা শিনবিবদা নঙনা লানগী খুৎলায়দসু মীথোই-মীহেনবী অমা ওইহন্নবা শেম্নগৎকদবনি।"

পোকপা কুইদ্রিবা নুপীমচা অদুগী বান্নী-ঝাখাং গৌতমীনা হংলকপদা মহর্ষিনা অঙাং অদু থেংনবকপগী থৌদোক অদু মখিক চুম্না তম্নকই। অদুগা মহাক্লা হায়রকই, "অঙাং অসি শকুন্ত উচেক্লা ঙাক-শেন্দুনা লৈবম্বা মবম্না মাগী মমিং শকুন্তলা হায়না খঙনবগদবনি।"

শকুন্তলা চাউখৎলকপগা লোযননা গুরু নাইনা লাইরিক তমদুনা বেদ-পুবাণ পুন্নমক হৈবে। মদুগা লোয়ননা শবিৎ-শাবা, থাংলোন, তাবোন, তেনকাপ্পনচিংব মপূক্লিং চঙনা তম্মী। অসুম্না মহাক লাইরিক অমদি খুৎলায যম্না হৈদুনসু চাউবব পগা লোযননা ঈকাই-থিগনবী, নোম্লুকপী, থৌগন্নোন খঙবী, থকশি-খাশি নাইবী ওইবকই।

তপোবন্নি। চীংনা ইকোই কোইশিনবা অশং-অমাঙ্গা কুপশিনবা, ঈংনা চিক্লা নিংথিজরবা লমদম অমনি। মহৈশা লাইরেম্বীগী ফজবা খিবিক্লা পুক্লবা, য়েংলু-য়েংলুবা অথমদগী মীথয়েং হোংওমদ্রবা ম ফম্নি। অসিগুম্বা শান্তিগী তুংনফম ওইরবা লমদম অসিদা মহর্ষি কন্বগী নিংথিজববা আশ্রম লৈ। মহর্ষিনা আশ্রম অসিগী পিতানি, অমদি অথোইবা থৌবুরেম্নি। মহর্ষিগী য়াম্না লুনা চাম্না থমজবী মচানুপী অমথক লৈ, মমিংদি শকুন্তলা হায়না খঙনৈ।

নোংমা হস্তিনাপুরগী নিংথৌরেন দুষ্মন্তনা মাগী চহী লোঙ্গাগী থাজবা য়াবা অচানবা খোঙলোই কয়া লোয়নদুনা শজি শিকার তৌবা থোরকখি। মহাক্তা লোয়নরক্লিবশিং অদুগী মরক্তা মাগী চান্নবা মকপ মাথব্যসু য়াওরকই। শজি শিকার তৌবা রাজা দুষ্মন্তনা য়াম্না পাম্মী। শজি শিকার চৎপদা কৈ-নোংশানচিংবা শাহিংচাবা তমথীবা শা কয়া মায়োক্লনা থেংনদুনা খুদোংথীবা নংবসু কোঙ্গায়নি। অদুগুম্বা খুদোংথীবা মতমদা মশাদা পাখৎপা লৈতনা পাইরক্কী লৌশিং কয়া শিজিন্নদুনা খুদোংথীবা অদুদগী নাম্থোক্লবা মহাক্লা হোৎনৈ। মপাঙ্গল যাম্না কনবা অদুগা মথৌনা-মবিংজেন য়াম্না লৈবা মরম্না মহাক্লা মায়োক্লরিবা যেরুবদু ফনা কনবা ওইববসু ইরায়-লায়না খুদুম চনশিনবা ঙম্মী।

নুমিৎ অদুদি কমদৌদ্দননো খঙদে য়াম্না লাপ্পা লাক্লবা ফাওবা মখোয়না শজি অমা ফাওবা থেংনবমদে। মতম অদুদা খোঙলোইশিংনা রাজা দুষ্মন্তগী মফমদা কোনুংদা হন্নিং বগী অপাম্বা ফোংদোকচরকই। লম্বী-থোং মওং চাদবা চীংলুং-মানুং নারক-মোংশোং কয়া ফাওদুনা যাম্না থাম্না লাকপগী চোকথবা অদুগা অরাম-খৌরাংবনা মখোয মাঙদা চঙশিনবা অমুক পামদ্রে।

মখোযনা হায়বিবদু য়ানিংদবা ফোংদোক্তুনা রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "ফরে, নখোয বারবদি হনব্রো, অদুগা ঐদিনে ঙসি শজি শিকার তৌদ্রিবমখে কোনুংদা হন্নরোই খঙউ।"

কোনুংদা হন্ননবা হায়জবদু নিংথৌনা ময়াবিদ্রবদুদা খোঙলোইশিংদু উমং অদুদা নিংথৌ মতোমদা থনম্বা ঙমদ্রে, মখোয়সু মতুংইন্দুনা চৎপদা তারে।

শুক্লবা জঙ্গল কয়া ফাওদুনা লাক্লবদা খঙহৌদনা শজি অমা মাঙদা লৈরম্বা নিংথৌনা উরক্লে। মহাক্লা খুদক্তা লীকুংদা তেঙ্গা থোংদুনা শজিদু তন্না তেন কাপকদবগী হোৎনরকই। অদুবু মতৌ কমদৌননো শজি অদুনা শমিল ফংথিদুনা হৌদুনা চেনশ্লে।

নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না শগোল শাজে নম্বথা নমথা থাদুনা সারথিনা রথ অদু য়াংনা থৌবাহৌরকই। মাঙদা মথবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লিবা শজিদু তান্নবদা নিংথৌগী রথদু

খোঙলোইশিংবু তুংওইননা থনমদুনা খোঙজেন য়াংনা থৌগৎখ্রে। অগুকপা জঙ্গলগী লম্বী অদুদা খরা চৎলগা লম্মোং অনী কাবো অমা খোঙলোইশিংনা থেংনখ্রে। থনবমখৈ খয়গা মখোয়না শগোল থৌদুনা চৎখিবা লম্বী অদুগা নিংথৌগী রথ থৌখিবা লম্বী অদুগা তায়োমখ্রে। মতৌ অসুম্না উমং অদুদা খোঙলোইশিংগা নিংথৌগা কায়নখ্রে।

রাজা দুষ্মন্ত না রথ তোংদুনা মমীৎ-মনা তথক-ততক্লবী শজি অমোম অদুগী মতুং অসুম ইন্নরকপদা মহর্ষি কন্বগী তপোবন য়ৌশিন্নক্রে। নিংথৌনা লীরি চিংদুনা তেঙ্গা থোংলবা লীরুং পায়দুনা তথক্লবী মীপাইরবী শজি অমোম অদুদা মীৎফম লেঙদনা থমদুনা রথ তোংদুনা ত্তাম্নরিবনি।

সারথিনা হায়রকই, " মহারাজ! লীরুংদা তেঙ্গা থোংদুনা মীৎ কুপ্তবমখৈ মথবায় মাংগদ্রা কীজবনা ইপা পাখৎনা মথবায় খুবাক্তা হাপ্পুনা চেল্লিবা শজিদা মীৎফম লেঙদনা থম্মিরি। মহারাজনা শজিবু মতৌ অসুম্না তান্নবসি উবদা দেবাদিদেব মহেশ্বরবু নিংশিংলকই।"

নিংথৌনা মীৎ ক্ষমদি শজিদা লেঙদনা থমদুনা হায়রকই, "সারথি, শজি অমোম অসিনা ঐখোয়বু শুমহৎহন্দুনা য়াম্না থাপ্না পুরক্রে। য়েংউ, লাপ্না ঐখোয়গী দোলাইরোমদা তুং হন্না হন্না য়েংদুনা কীথি-কীরুম্না ইপা পাখৎনা চেল্লিবসি। শাংলবা লমশাং চেল্লকপদা বাদুনা মঙৌ-ময়া কাবদা মচিন্দগী শজিক মতৎ মতৎ তারক্লিবসি য়েংউ সারথি। মথবায় খুবাক্তা হাপ্পুনা চোং চোংদুনা চেনবদা লৈবাক্তা মখোঙ শোক্লবোই নিংই!"

খরা চৎলগা শজি অমোম অদু অশুকপদা চেনশিনখিদুনা নিংথৌনা উবা ফংখিদ্রে। অদুবু শজিদু মাঙদা চেল্লি হায়না খন্দুনা নিংথৌনা তান্নবদি খক লেপ্তে। খবগা অমুক চঙশিনবদা চীংগী লমদম লোইখিদুনা তম্পাক তারক্রে। তম্পাক্কী লমদম অসিদদি শজি অমোম অদুগী মশক উবা ফংলগদ্রা হায়না নিংথৌনা খল্লকই। অদুবু হৌজিক ফাওবা শজি অমোম অদুগী শামিল করিমতা ফংদ্রি। শজিদু মখোয়গী মীথয়েংদগী নাম্থোক্লুনা চেনথ্রবা হায়না মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লক্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা নিংবা কায়বা খোম্থোক্তা হায়রকই,"সারথি, ঐদি শোথাবা লৈতনা শজিদুগী মতুং ইন্নবিবনি, অদুম ওইমনক মাগী মশক উবা ফংখিদবা ফনা কুইরক্রে। মাবু ঐখোয়গী মীৎয়েংদগী নাম্থোক্লুনা অতোপ্পা মায়কৈদা চেনখিরম্লোইদ্রা?"

সারথিনা শগোল চুক্পী য়ৈখৎলগা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই,"অতোপ্পা মায়কৈদা চেনখিবা উদে, মাঙদা চেল্লমগনি। ঐখোয় হৌজিক তম্পাক্কী লৈতেম মান্নবা লমদম য়ৌরক্লবনিনা মাগী মশক উবা ফংলক্লগনি।"

"অদুদি শগোল চুক্পী য়ৈথবোদনা।" রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই।

নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না সারথিনা শগোল চুক্পী য়ৈথবে।

ডাইহাক করিনো খন্দুনা লৈরুরগা নিংথৌনা হায়রকই,"সারথি, শজিদুগী খোঙজেলগী বিচার তৌরব্বা তারবদি মানা দেবরাজ ইন্দ্রগী শগোলগী খোঙজেলগী কাওবা হেন্নমগনি নিংই।"

তাঙ্গা অসিদা চেন্না চেন্না চংপদা বাকনা তপ তারবা শজি অমোম অদু নুংশাম্বর ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা লাপ্তক্লা পোখাদুনা লৈরম্বা সারথিনা উরুরে।

মহাক্কা খুদক্তা রথ খাম্লগা মখুং থিন্দুনা হায়রকই,"শজিদু অদা পোখাদুনা লৈরে মহারাজ।"

মখুং থিল্লিবদুগী মতুংইন্না য়েংথোক্লুবদা রাজা দুষ্মন্তনা শজিদু লৈরম্বা উরে। মহাক্কা খুদক্তা শজি অমোম অদুদা তেন কাপকদবগী তৌরকপদা ইথঙ খঙহৌদনা কদোমদগীনো কনাননো লাউরকপা তারক্রে, "তেন কাপ্পিগনু মহারাজ।"

নিংথৌ হুইঙক-য়েংঙক চাদুনা তেন কাপ্তুনা কদায়দগী কনানা খাম্লক্লিবনো হায়বা খঙনবা মমায় লৈদুনা য়েংলকই। লাপ্তক্লা নহা ওইরিবা তপস্বী অনী রথ তন্না লাকপা মহাক্লা উবে। খরা চঙশিল্লক্লগা মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা নিংথৌদা হায়রকই,"মহারাজ, তপোবন্দা হিংসা তৌবিগনু। মফম অসিদদি শা-উচেক হাংপা নথব্রগা ওং-নৈবা য়াদে। তমথীববা শা ফাওবা ম ফম অসিদদি হিংসা তৌদে। অমগা অমগা চান্ন-চিন্ননা লৈবা তপোবন্নি মসি। কবিগুম্বা শজি অসিগী ফজবা অসি য়েংবিনিংলবদি য়েংবিবা য়াগনি, অদুবু তেন কাপ্তুনা মফম অসিদা লৈবা জীব অমতদা অৱাবা পীবদি তৌবিগনু। নিংথিজরবা শজি অসি আশ্রমগীনি।"

নিংথৌনা অঙকপা ফোঙদোক্লুনা হায়রকই, "মদু ওইরে।" অদুগা সারথিদা য়েংদুনা হায়রকই,"সারথি, মতায় অসিদা রথ থৌজিন্দুনা থম্মু।"

নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না সারথিনা রথ অদু লম্বীগী মতায়দা থৌজিন্দুনা থম্লে।

বাজা দুষ্মন্তদু লীরুং-তেন ম ফম চানা থমন্নগা বথ মথক্তগী কুমথক্লে। অদুগা মহাক নহা ওইরিবা ঋষিশিংদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লে। মহাক্লা নুংশিবিবগা লোয়ননা মখোয়দা হায়রকই, "..খোয় আশ্রম-মচা ওইরিনিনে?"

ঋষি ..। অনীদুনা মখুং লোম্নদুনা হায়রকই,"অহোয়।"

নিংথৌনা হায়রকই," ঐনা শজি শিকার তৌবদা নখোয়না অয়েংপা পীরিবা কররিগীনো?"

ঋষি নহা অমনা হায়রকই,"অয়েংপা পীজবা নত্তে মহারাজ, অচুম্বা বাকমদু খঙহনজবদনি। তপোবন অ..দদি শা-উচেক্কা তাইবং মীগা খেন্নমনা লৌদে। মখোয়না চংনিংবা মফমদা চংপদা, চে। চোংদুনা শান্নজবদা কনানসু অখিংবা অমতা পীরুবা য়াদে। অদুগা মরম চাদনা উ-বা পংযান্দ। যাম্লোক্লুনা লমাইগী কান্নবদা ..দুনা শা-উচেক্কী লৈফম ওইরিবা প্রকৃতিদা

অকায়বা পীবসু য়াদে। আশ্রমগী শেংলবা মফম অসিদি [illegible] খা-উচেক কাওবা হিংসা তৌদে হায়জখিবদুনি। অদুনা মরাল লৈজদবা শজি অসিবু হাথশিনবা ঐখোয়না খামজবনি।"

মা অসি তাবদা নিংথৌনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই,"ঐসু আশ্রমগী চৎনবী খঙই। অদুবু য়াম্না শাংনা তান্নরকপা শজিদু মাঙদা লৈরম্বা উবদা মফম অসি তপোবন্নি হায়বা বাখল ওইরম্লে। মাগী থোৎ-নৌরবা হকচাংদা তেন কাপকদবগী তৌবা মতম অদুমক্তদা নখোয়না খান্নকপদু য়াম্না ফরবনি। মদু নৎলমম্রবদি আশ্রমগী শেংলবা মফম অসিদা মরাল লৈজদবা জীব অমগী পুন্সি খাংগুথক্তা ঈশ্বরহল্লখিবগী পাপ লংশিন্নম্নগদবনি, মদুদগী নখোয়না ঐবু কনবিরে।"

করেম্নবগী খোঙ্হোক হাইফেৎ চেন্না ঙাংলকপা মাসি তাবদা ঈকাইদুনা ঋষি-নহা অমনা হায়রকই, "মরারাজগী মতৌগুম্না মতিক-ময়াই লৈবা অথোইবা মীশক্তা অফ-ফত্তা তাকচরন্নবগী ইতিক ওইদে। অদুম ওইনমক শিকার তৌবদা পুক্রিং লুপশিনবিখিবনা আশ্রমগী চৎনবী কাউথোকপিরমাল্লে খন্দুনা নিংশিংজখিবদনি।"

তশেংবসু মদুমক্কি, রাজা দুষ্মন্তনা তপোবন্দা জীবশিংবু তাথি-তাওইনা তৌবা নৎত্রগা হাৎপা য়াদে হায়বা খঙদবা নত্তে। অদুবু য়াম্না লাপ্না লাক্রবদসু শজি অমফাওবা মশক উবা ফংলক্তবা অদুগা মমৈথংদা শজি অমোম অমা থেংনবসু মহাক্কী মীৎয়েংদগী নাছোক্তুনা চেনখিবনা থম্মোয়দা পেন্দবা শাউনিংবো পোক্রকখি। শজি অদু তপোবন মনুংদা লৈরম্বা উবদা মানা নাছোক্তুনা চেনখিবগী শাউনিংবনা থুমহৎখিদুনা মহাক্কী অফ-ফত্তা জ্ঞান মাংখিবনি।

রাজা দুষ্মন্তনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, " ফরে, মদুম্না তৌরগনি, আশ্রমগী চৎনবী ঙাক্না চৎলগনি।"

ঋষি-নহা অদুনা হায়রকই, " পুরুবংশগী অরাবা মৈরা ওইরিবা মহারাজনা তাকপিরিবা অসি মতিক চাবনি। মহারাজগী গুণ খিবিক্লা লৈতেংবা লাম্বা লৈতন্না কন-থৌবা মচানুপা অমা ফংবা ওইসনু। অদুগা মচানুপা অদু মতিক-ময়াই লৈবা নিংথৌরেন ওইদুনা নুংঙাই-য়াইফনা পানবা ওইসনু।"

নিংথৌনা মখুৎ লোম্নদুনা নোক্লুকপা উৎতুনা মখোয় অনীদা ঈকাই-খুম্নবগা লোয়ননা হায়রকই," নহা ওইরিবা তপস্বীশিংবু কদায়দা চৎপিরিবনো?"

ঋষি-নহা অমনা হায়রকই," ঐখোয় যজ্ঞগী শীং চনবা চৎলিবনি।" লেপকক তৌরগা হায়রকই, " মহারাজ, মালিনী তুরেল মপালদা উরিবা আদগী আশ্রম অসিদা লেঙশিন্দুনা পোখাবিরু।"

"অসুক হায়না নিংথিজরবা আশ্রম অসিবু কনাগীনো?"

"ঐখোয়গী আশ্রম-পিতাগীনি।"

ঋষি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই," আশ্রম-পিতা হায়বদি কনানো অকপিয়ূদনা?"

" মহর্ষি কণ্ব।"

" মহর্ষিবু হৌজিক আশ্রমদা লৈরমগদ্রা?" নিংথৌনা খঙনিংনা হংলকই।

ঋষি-নহা অদুনা হায়রকই, " ঐখোয়গী আশ্রম-পিতাদি মঙোন্দা অয়েংপা ওইরিবা লাই অমাংবা লোইশিন্দুনা থম্মুনবগীদমক সোমতীর্থদা যাত্রা তৌগ্রে।"

"অদু ওইরবদি হৌজিক আশ্রম অসি কনানা য়েংশিল্লিবগে?"

" আশ্রম-পিতানা যাত্রা তৌরমদায়দা মচানুপী শকুন্তলাদা আশ্রমগী দায়িত্ব পূন্নমক শিন্নরম্মী।"

রাজা দুষ্মন্তনা হংলকই, "তপোবন অসিদা তপস্বীশিংনা যজ্ঞ তৌবদা কনাগুম্বা ফত্তবা মীনা অকায়-অতোয় পীরবা লৈব্রা?"

নোকফেৎ তৌনা ঋষি-নহা অদুনা হায়রকই,"লীরুং-তেন্দা লাম্বা লৈত্রবা কন-থৌরবা মহারাজমক্কা বায়েল-চৈঙাক পুবিরিবা লৈবাক্তা মুনি-ঋষিশিংগী যজ্ঞদা অপনবা পীরবা কনাগী মতিক ওইগনি! অদুনা হৌজিক অচৌবা যজ্ঞ অমা তৌনলবা থৌরাং কম্না চৎথরি।"

তাঞ্জা অসিদা রাজা দুষ্মন্তনা খল্লক্রে, তপোবন অসিদা চঙলক্রবনিনা মহর্ষি মশামক লৈত্রবসু আশ্রমদা চঙদুনা আশ্রমগী থৌদাং লৌরিবী শকুন্তলা হায়বী অদুগা অমুক্তং উম্নরমদুনা হৌন-লোনচৎ ঙাকপা চুম্মী। অসুম্না খল্লক্লুনা মহাক্না হায়রকই, "অদুদি ঐ আশ্রমগী দায়িত্ব লৌরিবী মহাক অদুগা উম্নরুরগে। মহর্ষি হল্লক্লগা মহাক্না ঐগী শ্রদ্ধা-ভক্তি হঙ্গৎপিহৌরসনু, করি হায়বগে?"

নহা ওইরিবা ঋষি অদুনা হায়রকই, "মদুদি অথোইবা ঝাফম্নি। অদুদি ঐখোয়সু যজ্ঞগী শীং চনবা চৎচরগে।"

অসি হায়রম্লগা নহা ওইরিবা ঋষি অনী অদু চৎখ্রে। অদুগা রাজা দুষ্মন্তসু হঞ্জিল্লক্লুনা রথ মথক্তা কাখৎলরে।

সারথিনা অমুক রথ থৌরক্রে। মহাক্না চুক্নী খরা কোমথোকহনবমক্তদা খোঙজেন য়াংলবা শগোলশিংদু আশ্রম পাংনা চেনবা হৌরক্রে।

থাম্না অমদি নক্না হৌরিবা হৈপাল-লৈপালশিংদগী নুংশিংতা চেল্লকপা হৈ-লৈগী নুংশিরবা মলম্না নাতোন্দা হম্না হম্না য়েল্লরবদা নিংথৌগী পুক্নিং ইনৌ নৌথোরক্রে। মহৌশা লাইরেম্বীগী দৃশ্য য়েংবদা মহাক্কী মীৎ অনীদু কুপকনি হায়বা খঙবিদ্রে। অসুম্না নিংথিজরবা

দৃশ্য য়েংবদা অমদি নুংশিরবা হৈনম-লৈনম তাবদা মহাক্কী পূক্লিং পূমশুম শুমহৎখ্রে।

মতৌ অসুম্না প্রকৃতিগী য়েংলিবমখৈ পেন্নাইদ্রবা দৃশ্য কয়া য়েংলা য়েংলা লাক্তুনা মখোয় আশ্রম ময়া য়ৌশিন্নক্লে।

মতম অদুদা রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "সারথি, আশ্রম ময়া য়ৌশিন্নক্রমান্নে নিংই। আদগীসি য়েংউ, তেনবা মহমদগী তারকপা বাই উখাদা চায়না তাল্লিবসে। কনানসু করিগুম্বা মাং-তাক্লবা অমতা তৌরক্লোই হায়বগী থাজবা লৈবনা রথ-চাকাগী য়াক্লবা মখোল তারবসু মখোয় পাইথোকখিদ্রিবনি। উরাদগী চুমথরকপা ঈশিংনো খোংলমগী লম্বী তাক্লিবা মওংসে য়েংউ। মরম অসিনা তপোবনগী শান্তিদা অকায়বা থোকহনবা য়াবা নত্তে, মফম অসিদা রথ খাম্মো।"

"ফনি মহারাজ, নোল্লুকপা উৎনা তপোবন্দা লেঙশিনবিবনা চুমগনি।" হায় ঙাংনো ঙাংনো সারথিনা রথ খাম্নে।

রাজা দুষ্মন্ত রথদগী কুমথরক্লে। হায়রকই, "নহাক মফম অসিদা ঐ হল্লকপা ঙাইরম্মু।"

"ফনি মহারাজ।"

নিংথৌ আশ্রম লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা তপ্না তপ্না চঙশিনখ্রে। □

## অষ্টম

রথদগী কুমথরক্তুনা খোঙফম খরা থাংদোবকপমক্তদা রাজা দুষ্মন্তনা মপূক্লিংদা শোঙ্গরকই, আশ্রম লৈরিবা মফম অসি কয়াদা চিকপ্রবা, কয়াদা ইরাং চেনখিদ্রবা! অশেংবা নুংশিংনা হকচাংদা য়ৈরবদা পুক্লিংসে কয়াদা তেকখৎপ্রবা! ঈশ্বরগী নাম শোনবা অমদি মাগী মতিক-মগুণ নৈনবনা মফম অসিদদি অথোইবনি। মসিমক্তা ওইরম্বা তাই, ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা অহল ওইরক্লবা মতমদা নিংথৌ-খুভম থাদোক্তুনা য়াইফকোন্নি হায়না শিংথানরিবা কোনুং তুংওইনরমদুনা থাপ্লবা উমং-রামংদা চৎতুনা লাই নিংলরক্লিবসি। অদুগা য়াইফকোন্নি হায়না লৌনরিবা শহরদনা কয়াদা নিন-খোংপ্রবা, কয়াদা ইরাং তৌপ্রবা! মফম অদুদা লৈবা মীশিংদি মশা মশাগী ওইজবা থিনবদা মখোয় মশেল অমগা অমগা কয়াদা নুংশিনখিদ্রবা, লন-থুম্নচিংবা সম্পত্তি খোমজিন্নবদা কয়াদা য়েংথিনরিবা, কয়াদা হাওন-শুনরিবা! মপা-মচা, মচিল-মনাও লন-থুমগী মীকানবদা কয়াদা নুংশিনদ্রিবা! অদুগা তপোবন অসিদদি তাইবং মীদি লায়রদুনা শাহিং চাবা শা-উচেক ফাওবা হিংসা থাদোক্লরি! ইস করিনো! ঐগী পাম্বোমসি অসুম্না চোংলিবা করিগীনো? মফম অসিদদি নুংশাথিরুনিংঙাই ওইবা করিসু

উদে।

খরা চঙশিনবদা খঙহৌদনা নুপীগী খোঞ্জেলদা শক্রুকপা ঈশৈগী খোইথুম্নরবা সুব অমা থাপ্না মকম কনায়দগীনো নুংশিংনা হমদুনা পুরক্তুনা দুষ্মন্তগী নাকোং য়ৌরক্রে। মহাক্না চঙক্লনা চপ লেপ্তুনা ঈশৈদু তাননবা হোৎনরকই। ঈশৈগী সুর অদুনা মহাকপু শুমহৎখ্রে। ঈশৈগী খোঞ্জেল লাক্লিবা মায়কৈ অদোমদা মঙ-হাওম মখোঙ থাংলক্রে। মহাক্না মপূক্লিংদা হায়জরকই, অসুক হাক্লা খোঞ্জেল থুম্না শকপা ঈশৈ পুন্দিদা অমুক্তা তাখিদ্রি।

রাজা দুষ্মন্তনা খরগা চঙশিনবদা ঈশৈ অদু লোইশিনখ্রমাম্নে, অমুক তাবা ফংখিদ্রে। অদুম ওইনমক ঈশৈগী নুংশিরবা সুর লাকখিবা মায়কৈ অদু মহাক্না ভাবনা মম্নি লাক্তুনা চঙশিন চঙশিল্লা মপূক্লিংদো চপ য়ুংনা লেপখ্রে, ঈশৈ শকখিবী অদু কনানো হায়বা খঙদোক্নুদবা য়াদে।

ফনা লাপ্না লাক্লবদা থোইনা লাপ্তনা লৈবিবা মোংশোং মরুমদগী নুপীগী থোৎ-মেংলবা খোঞ্জেল কয়ামরুম মহাক্না তারক্রে। নিংথৌনা নাকোং থাঙৎতুনা তাননবা হোৎনরবা তুংদা মপূক্লিংদা খল্লকই, মাম্নি, য়াম্না নহা ওইবিবী নুপীশিংগী খোঞ্জেলনি। অদুম ওইনমক মখোয়গী মনাক নক্না চঙশিন্দুনা মখোয় কবি তৌরিবনো হায়বা য়েংলুববু কবি কায়বগে? অসোমদা চঙশিল্লগা লোম্না য়েংলুগে, বারী শানরিবসি কনা কনানো হাযবা। অদুগা ঐনা থিরক্রিবী শৈশকপী অদুসু মখোয় অসিগী মরক্তা য়াওরম্বসু য়াই।

মহাক্না খবা চঙশিন্দুনা উজাও অমগী মরুমদা লৈশিল্লগা য়েংলুবদা য়াম্না নিংথিজববা হৈকোল-লৈকোল অমা লৈরম্বা উবে। মফম অদুদা নিংথিজববী তপস্বী-কন্যা অহুম্না হৈ-লৈ চারাদা ঈশিং চায়বিবদু মহাক্না উরক্রে।

শহবদগী যাম্না থাপ্না চীংয়ো-তময়াদা তপোবন্দা লৈবা আশ্রমবাসীশিংগী ফিজেৎতি শহবগী ফিজেৎতগী পূমতোং তোংঙাল্লি, অদুগা খুঙ্গংদা লৈবশিংগী ফিজেৎকসু যাম্না থৈয়ে। মফম অসিদদি ফি য়াম্না তাংনা শিজিন্নে অমসুং উকুনা ফিগী মহৎ শিন্দুনসু শিজিন্নে। অদুনা মপুং-মরৈ ফারক্লবী, যৌবনগী নিংথিজবা খিবিক্লা লৈতেংলবী, লৈশাবী রক্তা চল্লবী আশ্রম-কন্যাশিং অসিসু য়াম্না কৌনা ফি মচা অমনা ফনেক ওইনা শেৎলি অদুগা থবাক্কী ঈকাইবসু উকুনা খুমজিল্লবা হোৎনৈ। মখোয় অসিগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না তোমথিন ওইনা চুং-ফিরাল চানা শকহেনবী, হকচাং-কয়াৎ খুদিংমক্তা অশোয়বা মচেৎ অমফাওবা পীনিংঙাই লৈব্রবী, উবদা মীৎয়েং হোংঙমব্রবী তপস্বী-কন্যা অমা য়াওবি। মহাক অসিমক্না শকখিবা ঈশৈগী সুবনা ওইরম্ব য়াই রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয় শুমহৎখিবদু।

দুষ্মন্তনা দৃশ্য অদু য়েংনা য়েংনা মপূক্লিংদা শোঞ্জরকই, তপস্বী কন্যাশিংনা মথৎতা চক্ষু অমমম পায়দুনা হৈ-লৈ চারাদা ঈশিং চায় চায়দুনা ঐনা লৈরিবা মায়কৈ সোমদা

চঙশিল্লক্লি। দৃশ্য অসি কয়াদা চঙখোল্লা ফজন্নবা। তপস্বী-কন্যাশিংগী নিংথিজরবা শক্কী মঙালদা ঐগী মীৎসে চাকথেকখিগদবগুম্মী। জগৎ পুম্বগী ফজবা নিংথিবা খিবিক্লা তীন্দুনা শেম্বগুম্মী। কনানো, মখোয় পুন্নমক্তগী তোপ্তোপ্পা উরিবী খ্বাইদগী শকহেনবী মথোক কারকপগী ফজবা খিবিক্লা তীঙ্গবী, কনানো অসিবু? শহরদগী অন্না চীয়া-তময়াগী আশ্রমদা লৈবী মহাক অসিগুম্না অসুক নিংথিনা শকহেনবীদি লৈম-নিংথৌকোন্দা ফাওবা উবা ফংদে। ফজনা নিংথিবদা উমংগী উরীনা মীগী খৃৎশেমগী লৈকোলগী উরীদগী ফাওবা হেনগ্নে। মশাদা খৃৎশেমগী ওইবা লিক-কোল, ফিজেৎ-লৈতেং অমতা থোংদবা আশ্রমগী চন্নবা ফিজেৎতা অসুক হান্না ফজবী মহাক অসিবু অাইবং মীয়া নংত্রেগা অক্লরাবু ওইরিগদ্রা নংত্রেগা নুপা ওইবশিংগী থম্মোয় গুমহৎপা হৈবী হেলোইবু ওইরিগদ্রা?

ঙাইহাক শকহেনবী অদুবু তুমিন্না য়েংদুনা লৈরুরগা মহাক্লা অমুক খল্লকই, দেবাদিদেব মহাদেবমকপু গুমহৎহন্দুনা কামগী ঈথক হৌহনখিবী, বিষুমক্লা শায়োনখিবী মোহিনী হায়বদুবু আশ্রম-কন্যা অসি য়ৌনা ফজরমগদ্রা? ওইনিংবা ওইজরসনু, উজাওসিগী মরুমসিদা অসুম তুমিন্না লেপ্তুনা য়াইফবা পুংফম ঙাইদুনা লৈবা হায়বদুনি।

অসুম্না কয়া খন্দুনা উ মরুমদা লেপ্লিবা নিংথৌনা মমীৎ কুপকনি হায়বা কাউবমখৈ খ্বাইদগী তোমথিন ঙানবী আশ্রম-কন্যাদুগী শক্কী ফজবা থকপা হৌবকই।

মহাক্লা অসুম্না অমুক খল্লকই, মখোয় অহুম অসিগী মবক্তা তোমথিন ঙাল্লিবী মহাক অসি মমল য়াম্লবা ফিজোল হোংবিরবা অদুগা মণি-মুক্তা থাম্লবা লিক-কোলনা লৈতেং বিববা মদু ওইরবদি কয়াগী মতিক ফজবা হেনগৎকবা। অসিগুম্বী লম ঙান্না ফজবী অসিনা লৈমকোন্দা ঙাছোইরবদি কয়াগী মতিক নিংথিগবা!

চুং-ফিরাল চানা শকওং-শাদা নিংথিবী আশ্রম-কন্যা অসিগী হকচাংগী কযাৎ খুদিং মক্তা ফনা কুপ্পা য়েংশিল্লবসু অশোয়বা মচেৎ অমতা পুথোক্লিংঙাই লৈতে। নুংশাম্বব হোনবা খুদিংগী মহাক্কী নিংথিজববা থা অনীদু অনেম-অবাং নাইবকপদা তনিক তনিক্লা ঈপোম মচা মচা হৌবগুম উরি!

মতারোই অমনা সুম ঈশিং চায়রম্বদগী চফু থাংথদুনা লৈমায়দা থনম্লগা শকহেনবী অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লে। হায়রকই, "ইতা-ইবেম্মা, নহাক্লা হৌজিক ঈশৈদা থাদুনা থম্মোয়গী থুপ্পবা পাউজেল পীখিবা য়াইফবা মহাক অদুবু কনানো?"

শকহেনবী অদুনা নোকফেৎ তৌদুনা হাযরকই, "কনাবুসু অতম্লনা থাদুনা শকখিবা ঈশৈ নত্তেয়ে।"

মবৌ থাংবা মীৎয়েংনা মঙোন্দা য়েংদুনা মতারোই অদুনা হায়বকই, "অদুক থম্মোয় য়ৌনা শকখিবা ঈশৈদুদা থাখিবা মশক নাইবা হায়বদি ইতাগী থম্মোয়দা লোম্ন-থুপ্পা ইরাৎচদুনা

থম্লিবা মহাক অদুবুনে হংজরিবসে।"

শকহেনবী অদুনা মীৎকুপ থরা থম্লগা "ঈকাইজ্রে কৈসু"হায়রগা খুৎশা তয়ানা মমায় খুমদুনা লৈম্রে।

মহাক্কী মওং-মতৌদু উবদা হৌনা নোকথোক্লিংবা ফাথরগা মোমোন তৌনা মতারোই অদুনা হায়রকই,"সে হায়দোক-ও, ঐঙোন্দা নাপ্পা চিক্পা কোক হেক হায়দোকউসে।"

"লোম্না নৎত্রবসু ফোঙনা হায়দোকপদা কায়দে। অদুবু মমিং পনগদবদি ঈকাইজে। হৌখিবা অহিং নোংঙাম্নমদায়দা অঙকপা মঙ অমা মঙই। মঙদুদা নিংথৌরেন অমা খঙহৌদনা ইনাক্তা চঙলক্লগা ঐগী খুজেংদা তাপ পায়রে। মদুদা ঐনা ঈকাইজদুনা মঙোন্দগী নাম্থোক্লবা কম্না হোৎনৈ। অদুবু নাম্থোকপদি ঙমখিদে।"

"মদুদগী কমদৌরবা?" মতারোই অদুনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই।

"মদুদগীদি অদুম মীৎকপ থোক্রে।" অসি হায়রম্লগা শকহেনবী অদু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা অতোপ্পা চারাদা ঈশিং চায়রম্নবগীদমক চফুদু শেগাদা য়েঙুনা মতারোইগী মনাক্তগী চৎখ্রে।

মতারোই অনীনা রারী শানবা অসি মুম্না তারগা রাজা দুষ্মন্তনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, শকহেনবী নঙগী মঙলানগী লাইবক ফবা নিংথৌরেন অদু করিগুম্বা ঐ ওইরম্বা থোক্লবদি ওম্থোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা!

আশ্রম-কন্যাশিংগী মরক্তা তোপ্তোপ্পা উরিবী শকহেনবী অসি মহর্ষি কণ্বগী মচানুপীনি হায়খিবী শকুন্তলা অদুনি।

ঙাইহাক ঈশিং চায়দুনা লৈরম্লবা তুংদা শকুন্তলানা অতোপ্পা মতারোই অমদা ওনশিন্নগা হায়রকই, "অনুসূয়া, প্রিয়ংবদানা ঐগী থবাক্তা উকুনা য়াম্না লাকশিন্না কিশিন্দুনা ঐবু নুংশাম্বর থিংহন্নবা হোৎনরম্লিবা মওংসি য়েংউ। ঐঙোন্দা পুম্লিবসি খিত্তা কোমথোকহল্লুসে ইতা।"

অনুসূয়ানা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা হায়রকই, "প্রিয়ংবদাগী মরাল করি লৈগনি ইতা! অশেংবা য়া করিনো খঙব্রা? মরাল শিবা তারবদি নঙগী মথোক কারকপগী ইনথৎলক্লিবা হকচাং কয়াৎশিংদা শিগদবনি। নঙগী থাবু মকা ফলহল্লক্লিবা নঙগী যৌবন অদুদা তাইনগদবনি, দোষ পুম্নমক মাগীনি ইতা।"

অচুম্বনি, শকুন্তলাগী হকচাং-কয়াৎ খুদিংমক লেম্না লৈতনা অসুম অসুম মকা ফম্লকপা হেনগৎলক্লিবনি। মাগী থাসু মদুগা লোয়ননা মীৎকুপ খুদিংগী চাউখৎলকপনা মদুবু য়োমশিন্দুনা থম্লিবা উকু অদুনা ফাজিন্দুনা থম্বনা চিনশিল্লকপগী নুংঙাইতবা মঙোন্দা ফাওরক্লিবনি। প্রিয়ংবদানা মাগী থবাকপু য়াম্না লাকশিন্না পুনখিবা নত্তে।

য়াজা দুষ্মন্তনা মপুক্লিংদো শোজ্জরকই, হায়রিবসি অচুম্বনি। উকু অসি মাগী অসুক নিংথিবা হকচাংদা মতিক চাসে, অদুম ওইনমক ফজবা হেক্সৎহন্দে হায়বদি য়াদে। চরাংনো য়োম্লবসু থম্বালগী ফজবা থক হুদ্রে। থাজগী মায়থোংদা কারিবা মায়হিংনো থাজগী নিংথিবা হুহনবা থক ওমদে।

শকুন্তলানা হাইফেৎ বারৌনা হায়রকই, "ইতা নঙদি দোষ থিগৎতুনা লৈরি, অদুগা ঐদি সোমদা শিগদৌরে। থবাকসি বাইচিনবনা নুংশাম্বর হোনবা য়াম্না বারে। সে লাকও, উকুসি খিত্তা কোমথোকহল্লো হায়মি।"

অনুসূয়ানা মরৌথাংনা নোকফেৎ তৌনা চঙশিন্নরুগা মহাক্কী থবাক্তা পুল্লিবা উকুদু খিত্তং থাদোক্তুনা কোমথোকহল্লে। অদুগা হায়রকই,"কোমথোকহল্লবনিনা নশাদু থরদি তয়াং তয়াংলম্লগনি।"

মহাক্না হায়রিবসিগী পাউখুম পীদনা শকুন্তলানা খঙহৌদনা হায়রকই, "বকুল পাম্বীসি নুংশিৎকী শহম ফংবদা হাই-হুম্রি, খুৎলাম তোইনা হৎতুনা ঐবু কৌরকপগুম্মী। চৎলগে; খুৎনা নানবি-শিৎপিদুনা ঙাইহাক্তা লুনা তৌবিরুখিগে।" অসি হায়বগা মহাক বকুল পাম্বী তম্না চঙশিনখ্রে।"

অনুসূযানা বারৌবগী খোঙ্গোক্তা হায়বকই, "নঙনা তৌরিবসি করিনো ইতা। অসিদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীসিদা মশানা মশাবু-কংংথোকচদুনা মৌগী শিংদা চনগ্রবী নবমল্লিকাবু উমংগী মঙাল্লেবী হায়না নঙনা মমিং থোনবিগ্রবনি। চৈরক অসিদা পুম্নমক অদু কাউথোকত্রমাগ্রে।"

"মদুবু কমদৌনা কাউগনি ইতা!" হায়বগা শকুন্তলানা উমংগী মঙাল্লেবীগী মখোঙদা চঙশিল্লগা মুন্না য়েংদুনা লৈখ্রে।

শকুন্তলাগী মতৌদু উবদা প্রিয়ংবদা নোক্লিংবা থাংবা ঙম্লক্রে। অদুবু মদু ফাজিল্লগা মহাক্না মখুৎতা পাযবিবা চফুদু মথাদা থাংথদুনা থম্লগা অনুসূয়াদা হায়বকই, "মঙাল্লেবীদা শকুন্তলাগী পুক্লিং অসুক হাক্না চঙলিবসি করিগীনো ইতা? মানা মথরায়না তাজবা উপালদা য়েৎচবা ফংবগুম্ব মাসু মশানা পামজবা বর ফংগদ্রা অসিতনি মানা খল্লিবসি।"

বা অসি তাবদা শাউশিন্নদুনা শকুন্তলানা হায়রকই, "বারেম ঙাংলিবা করিগীনো? মদুদি ঐগী নত্তে, নঙগী বাদুম ওইরিনি।" বা ঙাংনা ঙাংনা মহাক্না চফুদু চেপথদুনা নবমল্লিকা মখোঙদা ঈশিং চায়গদবগী তৌবকই।

শকুন্তলানা তৌরিবদু ভুমিন্না ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরগা প্রিয়ংবদানা হায়বকই, "ইতা ইবেম্মা শকুন্তলা, নহাক থিন্দনা য়ুম পানবা তারে। ঐনা হায়বসি ক্ববেম্লবা নত্তে। নবমল্লিকা অসিনা মপাল শাৎপা মতমদা নঙগী য়াইফবা অম্না খঙহৌদনা থোক্কনি হায়না তাত কণ্বনা

মমাংঙেদা তাকপিখিবা অমা লৈ, অদুগা থম্মোয়দনা পামজবা মহাক অদুসু ইভা-ইবেম্মনা মঙদা উত্রেদনা, অদুনা হায়বনি।"

হায়রিবা বা অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা অনৌবা মঙাল অমা কাওরকপগুম তৌরক্রে। মহাক্না মপুক্লিংদা হায়জরকই, মহাক অসিবু আশ্রম-পিতাগী মচানুপী শকুন্তলা হায়বী অদুমক্রা? মহাক অসিবু জাত অতোপ্পী কনাগুম্বী নুপীনা পোকপা ওইরমগদ্রা? পংথন্দা খল্লুদুনা কান্নদে। মহাক অসি ক্ষত্রিয়শিংনো লৌবা য়াবী শোয়দনা ওইরমগনি। মদু নথত্রবদি লীচৎ কায়না চৎতবা ঐগী পূক্লিংনো মাবু মতৌ অসুম্না খোইদাক্লবা হৌনদে। অদুম ওইনমক বিচার-বুদ্ধি শিজিন্নদুনা য়েংখিবা তাবনি।

তাঙ্গা অদুদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা খোইমু অমা পাইশিল্লক্লগা শকুন্তলাগী মায়থোং ময়াদা ঙংদুনা লৈরবে। মহাক্না হৈনত্রদুনা মখূৎ-মশা হাই-হুমদুনা তাম্মোক্লবা হোৎনরবসু খোইমু অদু খরা পাইথোক্লুরগা মাগী মায়থোং ময়াদা অমুক পাইশিল্লকুনা ঙংদুনা হেক্তা লৈরে। মহাক্না খরা চৎথোক্তুনা খোইমু অদুদগী নাম্মোক্লবা হোৎনরকই, অদুবু ঈকাইবা খঙদবা খোইমু অদুসু তান্নরকুনা মাগী মাযথোং ময়াদা হেক্তা ঙংলৈ।

খোইমুদু তাম্মোকখিনবা ফনা হোৎনদুনসু কান্নদ্রবা অদুদা শকুন্তলানা অনুসূয়াবু চঙক্লহন্দুনা খঙহৌদনা হায়বকই," য়েংউনে ইভা, ঈশিং চায়বদা মশাদা চোংহন্দুনা খোইহি চুপ্পদা অপনবা পী হাযদুনা ওইরমাম্লে খোইমু অসিনা বারৌদুনা ঐগী মায় তম্না পাইশিল্লক্লিবসে।"

নিংথৌনা মপূক্লিং তানা য়েংলগা মতোমদা হাযজবকই, হে লাযবক ফবা খোইমু-ও, নঙনা অদুম্না তথক্লবী মীৎম্না অনীদু হম্না হম্না শোক্লুরি, মনাকোং ময়াদা পাইশিন্দুনা পুক্লিং শুমহৎলবা সুবদা গুণ-গুণ ঙংলুরি, করম্বা অরোনবা বাবু হায়ননবগীদমক নঙনা অদুক হাক্লা লাংতক্লবিবনো? হম্না হম্না মখূৎ হাইদুনা তাম্মোক্লবসু নঙনা হম্না হম্না পাইশিল্লিবদি শকহেনবীদুগী চিনবান-খোইহিবু মীহৌবনরা? নঙদি অথৌবা নুপানি, মায়পাক্লবা মীশক্নি।

শকুন্তলানা খোইমুদু হম্না হম্না তাম্মোক্লবসু অদুম পাইশিল্লকপা অদুদা খাংবা ঙম্লক্দ্রদুনা মতারোই অনীদা হায়রকই,"তমথীরবা ফৎত্রবা খোইমু অসিগী মখূৎতগী ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু নখোয় অনীনা, ঐ য়াম্না বারে।"

প্রিয়ংবদা অমসুং অনুসূয়াগী চিনবান মতায়দা নোক্লিংবগী মমি তারক্লে। অনুসূয়ানা হায়রকই, "কনগদবা! ঐখোয়না কৈদৌবগী নঙবু কনগদৌরিবনো হায়ম্মু? দুষ্মন্ত নিংথৌবু থম্মোয়দা চেৎনা থাগোল্লু ইভা, তপোবন অসিবু উপদ্রব লৈহন্দনা শান্তি ওইনা থম্নিবা নিংথৌরেন অদুমকপু। নঙনা খোইদোক্লদুম মাবু কৌ।"

দুষ্মন্ত নিংথৌদু ওসাইমমখৈ উ মরুমদা লোৎতুনা আশ্রম-কন্যা শিংদুগী বারী-বাতাই

লোয়া তাদুনা চৈরবনি। মতাম্রোইনিংগী ম্বা অসি তাবনা মপুক্কিদা খলত্রে, হৌজিক ইশা ফোঙদোকহৌনবগী চপ চারবা তাঙ্গানি।

খনবগা তৌবগা মাদ্রে। রাজা দুষ্মন্ত উ মরুদগী থোরক্লুনা মখোয়মনা লৈরিবা মায়কে অদোমদা চঙশিন্নক্রে।

"করিসু কীবিরুনিংঙাই লৈতে", বাহে খরসি হায়দোকখিবগা মহাক্না মপুক্কিং ফাজিল্লক্রে। মতোমদা মপুক্কিংদা হায়রকই, ঐনা তৌরুরিবসি করিনো? ঐ হস্তিনাপুরগী নিংথৌরেন দুষ্মন্তনি হায়বা খঙগ্রনিনে! মদুগী শরুকপুদি শক লোৎতুনা মীচম অমা ওইনা থোকউবনা চুম্মী।

অসুম্না খন্না খন্না মহাক শকুন্তলাগী নাক্তা চঙশিন্নক্রে। হায়রকই, "তপস্বী-কন্যা, করি তৌববগে? লমহেনবা মীবু চৈরাক পীবা পুরুবংশগী মচা-মশু অমনা পৃথিবীদা শাসন তৌরিঙৈ মতমদা তপস্বী-কন্যাবু ওৎলরিবদি কনানো?"

ইখঙ খঙহৌদনা শক খঙদবা নুপা অমা মতৌ অসুম্না মখোয়গী নাক্তা চঙলকপসিদা আশ্রম-কন্যা অহুম অদু হাইফেৎ তৌফম খঙদবগুম তৌই, হাইফেৎ ঈকাইবগুম তৌই। অদুবু করিগুম্বা মওং অমদা মশাবু ফাথজরগা অনুসূয়ানা হায়রকই, "আর্য্য, কাহেনবা কবিসু থোক্তে। ঐখোয়গী ইতা অসিবু ফৎত্রবা খোইমু অমনা লান্দারক্লুনা খরমখৈ ওৎলবদনি।"

নিংথৌনা খোইমুদু কোইতান তান্দুনা থাপ্না তাহোকখ্রে। অদুগা মহাক শকুন্তলাগী নাক্তা অমুক চঙশিন্নক্লুনা লেপ্লরে। তপস্বী-কন্যাদুগা বারী শাননিংবনা মহাক খাংফম খঙলক্তে, অদুবু করি হায়দুনা ম্বা হৌদোক্কদগে হায়বা খনবদা লাম্বা ফংদ্রে। অদুনা মহাক্না মচিন্দা থোরকপা অমা শৎ হায়রকই, "তপস্যাগী খোঙচৎতি কমদৌরিবগে, য়াইফরিদনা?"

শকুন্তলানা ঈকাইদুনা মায়থোং লুকচাননা লেপ্তুনা খোঙবীনা লৈম্নায়দা তক্লকই। অনুসূয়ানা চঙশিন্নক্রগা শকুন্তলাগী ঈকাইবা কোকহন্নবগী মওংদা হায়রকই, "মতৌ অসুম্না অতিথি অমা আশ্রমদা খোঙদাবিরবদবু করি অমুক হায়গদগে, তপস্যাগী য়াইফবা নত্তনা।" লেপকক তৌরগা অমুক হায়রকই, "ইতা-ইবেম্মা, চেন্নো, অতিথি সেবাগী পোৎলম খাং পোকশঙদগী লৌরুরো।"

নোকফেৎ তৌনা রাজা দুষ্মন্তনা থামদুনা হায়রকই, "মদুগী দরকার ওইদে। ইবেম্মখোয়না তরান্না তৌবিবা অদুগা চানবিবা বাতা অসিমক্তা অতিথি ঐ পেঞ্জরে।"

অনুসূয়ানা হায়রকই, "অদুম ওইনমক অতিথি অমা লেঙলকপদা হৌনবী ঈকাই-খুম্নবা উৎতবা থোক্রবদি মদু ঐখোয়গী ইরাল ওইগনি। অদুগা করিগুম্বা ঐখোয়গী আশ্রম-পিতানা খঙলক্লুনা অতিথিবু যৌওইদনা তৌই হায়না লৌগ্রবদি শোয়দনা ঐখোয়বু বারৌখিগনি।"

"অতিথি ইশানা য়ারবনিনা ইবেম্মখোয়গী মরলসু ওইররোই, অদুগা মহার্ষিনসু য়ারৌবিরোই" অসি হায়দুনা দুষ্মন্তনা পাউখুম পীরকই।

প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "মহাশয়না ঐখোয়গী ইরাল ওইরোই হায়না তাকপিরবনিনা মদুগী থৌরাং অমুক তৌজররোই। ঐনা উজবদা মহাশয়দি য়াম্না থাগ্না লাকপিবা মান্নি। অদুনা আশ্রমদা লেগুশিন্দুনা পোখানবা তৌরুরদি।"

দুষ্মন্তনা হাইকেৎ খল্লগা হায়রকই, "ঐ মরম অসিদা কুইনা লৈথোকপা য়াদে। মরম অদুনা ইবেম্মনা তাকপিরিবদু ঐ ওাকচবা ওক্সদবা তারে, ঐবু য়ারৌবিগনু।"

প্রিয়ংবদানা নোম্লুক্না হায়রকই, " অদু ওইরবদি অসুম্না তৌবিরো মহাশয়, আদা হৌখিবা উনা পুংলবা উজাও অসিগী মরম অসিদা ওাইহাক্তং হকচিক লাংনা পোখাবিদুনা শাংলবা লমশাং লাকপগী চোকথবা হন্দোকহনবিয়ু।"□

## মরী

অতিথিবু আশ্রম-কন্যাশিংনা লমজিংদুনা উজাও অদুগী মরমগী নিংথিজববা তরু-তনানবা মরম অদুদা পুরক্লুনা ফমহল্লবে। মরম অসি মখোয় মতাবোই অহমগী পোখাফম্নি। অদুনা মখোয়না মরম অদু নুমিৎ খুদিংগী তৈথোক-নাম্থোক্লুনা লুনা-নাম্না থম্মী।

অনুসূয়ানা খিত্তং হন্দোক্লগা প্রিযংবদাগী নাকোং মযাদা শোম্থাংননা হাযরকই, "ইতা, মহাক অসি কনানো খঙব্রা? মশক-মতৌসু ফজে, নহাসু ওইরি। মীৎত-মায়দা বুদ্ধি লৈবা অদুগা নুপা থোকপগী মমি ময়েক লানা তাই। অসুক নিংথিবা পাখং অসি শোয়দনমক মতিক-ময়াই লৈবা মীশক অমা ওইরমগনি নিংই।"

প্রিষংবদানসু মহাক্কী নাকোং ময়াদা তুমিন তুমিন হায়রকই, "ঐসু নুপা অসি অচম্বা মীশক ওইবগ্নোই হায়না খল্লিবনি। অদুবু মহাক অসি কনানো হায়বদি লাম্বা ফংদে।" মহাক্না মমায় লৈথোরক্লগা খোঞ্জেল হৌনা শকখঙদবা নুপা অদুদা হংলকই,"অথোইবা অতিথি ওইনা লেগুবিরক্লিবা মহাশয়বু কনানো, লমদম কদায়দগী লেগুরিকপনো?"

শকুন্তলানা অতিথিদু অহানবা উবমক্তদা মহাক্কী মঙলান্দা কয়ারক হুম্না উরকখিবা নিংথৌরেন অদু ওইবগ্নোই নিংদুনা স্বাই লাউথি। অদুবু ঈকাইখিবী নুজা ওইবনা মহাক্কী মরমদা অশেংবা পরিচয় হংলবুসু ওমদদুনা খঙজনিংবা য়াকমদু য়াম্না য়ানা নমথদুনা থম্লক্লিবনি। মহাক্না খঙনিংলিবা য়াফম অদুমক মতোরোই প্রিরংবদানা হংলকপা তাবদা অতিথিগী পাউখুম তানিংবনা খাংঙম্লক্লে। অদুম ওইনমক মপুক্লিং লাংতক্লরকপদু ফাজিজবা

ভক্লবা মশা মত্তোমদা হায়জরকই, ঐগী লাংতক্লবা হে পুক্লিং, তপস্বৌ। য়েংউ, নঙনা খঙনিংলিবশিংদু অনুসূয়াগী মচিন্দগী কাংথোরক্লি, অদুগা প্রিয়ংবদানা হয়লি।

রাজা দুষ্মন্তদু হৌজিক অরুবা তানযম অমাদা তারে। মপুক্লিংদা খল্লকই, হৌজিক করি তৌগদগে, ইশাগী পরিচয় কমদৌনা পীগদগে? অশেংবা পরিচয় ফোঙদোক্লবদা অকায়বা থোক্রোইদ্রা? ঐহাক নিংথৌরেন দুষ্মন্তনি হায়বা খঙল্লবদি মখোয় ইনাক্তগী লাপথোকখিগনি। ঐগী থম্মোয়না খোইদাজরিবী শকহেনবী অসি খুৎতগী নাষ্কোকখিবা য়াই। মহাক্কী পুক্লিং-ইচ্চল খঙদোক্লবগী খুদোংচাবা ফংখিদবা য়াই। মদু ওইরবদি মতৌ অসুম্না লৌশিং তৌদুনা খুদোংথীবা অসিদগী নাষ্কোক্লবা হোৎনরগে—

অসুম্না খল্লক্তুনা মহাক্না প্রিয়ংবদাগী বাহংগী পাউখুমদা হায়রকই, "তাবিয়ু, পুরুবংশগী নিংথৌনা ঐবু ধর্ম্মগী ওইবা থবক্তা শিজিন্নবি। মায়কৈ খুদিং কোইনা চৎতুনা ধর্ম্মগী থৌরমদা অপনবা থোকপ্রা হায়না য়েংশিঞ্জরিবনি। অদুনা ঈথৌদাংদু পাংথোক্লবা ঙসি ঐ মফম অসিদা লোম্না লাকপা তাখি।"

অতিথিগী পরিচয় অসি তাবদা শকুন্তলাগী থম্মোয়না থাজরবা খক ঙমদ্রে, অদুগা থাজবসু পামদে। মরমদি পীরক্রিবা পরিচয় অসি মাগী পুক্লিংগা চানদে। মহাক্না চেৎনা খঞ্জরিবদি মহাক্না থম্মোয়-নুংদা য়াম্না চেকশিন্না লোম্ন-থুপ্না ইরাৎচদুনা থমজরিবা, মমঙদসু কযাবক উখ্রবা হস্তিনাপুবগী নিংথৌবেন দুষ্মন্ত অদু মহাক অসিমক্তি হায়বসিনি।

আশ্রম-কন্যা অছম অদুগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না নিংথিবী অদু মহাক্না লৌন-লৈনবা য়াবী শোয়দনা ওইরমগনি হায়না দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা চেৎনা থাজরিবনি। অদুম ওইমক হৌজিক ফাওবা নিংথিবী অদুগী অশেংবা পরিচয় খঙবা ঙমদ্রি। মীরমদগী লাকপা লম্নানবা মীশক অমা ওইবা মরম্না বাফম অসি মখোয়গী মফমদা কাংথোক্লুগদবসু হৌন-লোনচং বাংমা লানবা ওইনা থোকখিগদ্রা চিংনবনা নিংহন্নবা পোকই। অদুনা মহাক্না মপুক্লিংগী অপাম্বদু ফোঙদোক্তুনা য়াম্না বানা নমথদুনা থম্নক্রিবনি।

ভাইহাক তুমিন তুমিন লৈনরবা তুংদা রাজা দুষ্মন্তনা মপুক্লিংগী লাংতক্লবদু ফুমজিন্দুনা থম্বা অমুক ঙম্নক্তুদুনা প্রিয়ংবদা অমদি অনুসূয়াদা হায়রকই, 'ইবেম্মখোয়গী নতা-ইবেম্মা অসিগী মরি-মখোঙ ঐ করিমতা খঙজদে। মহাকপু কনানো? মহাক্কী পরিচয় তাকপিবা য়াগদ্রা?"

অনুসূয়ানা মরৌ থাংনা খোই[illegible]ন তৌনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মগী মিং শকুন্তলা হায়না খঙনৈ। মহর্ষি [illegible]রবদি ঐখোয়গী আশ্রম-পিতাগী মচানুপীনি হায়না খঙবিয়ু।"

বাফম অসিমক রাজা দুষ্মন্তনা ঋষি-নহা অনীদুগী মফমদগী অৱ্রবনি। অদুবু হায়রিবসি

মাগী খন্দোয়নদি হৌজিক ফাওবা য়াবা ভমথ্রি। মরমদি, মহর্ষি কণ্বদি নুপী থিদবা, পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচর্য্য চৎলিবা মীশক্নি। অদুনা মপুক্লিংগী চিংনবা অসি কোক্লবগীদমক মহাক্না মতাঞ্জোই অমী অদুদা হায়রকই,"অদুবু ইবেম্মখোয়গী আশ্রম-পিতাদি মপুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচারী ওইনা লৈরকই হায়না তাজে। অদুনা ইবেম্মখোয়গী নতা-ইবেম্মা অসি মহাক্কী মচানুপী কমদৌনা ওইরিবনো হায়বা বারী-বাখোংদু শেংনা তাকপিয়ু।"

শকখঙনবা মীতোপ অমগী মফমদা শকুন্তলাগী য়াম্না থুপচাননা লৈরিবা বারী-বাখুন্দু তমখোকপা চুমথপ্রা চুম্লোইদ্রা হায়বা আশ্রমদা চাউজরকপী চমজরবী অনুসূয়ানা খন্দুনা য়েংলুদে। অদুনা মহক্না অতিথিগী বাহংগী পাউখুম পীদুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি বাফমদু তমজগে তাবিয়ু, কৌশিক কৌবা য়াম্না মতিক-ময়াই লৈবা রাজর্ষি অমা লৈ। মহাক অদুমক ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মা অসিগী অপোকপা মপানি।

রাজা দুষ্মন্তনা খা মরক থৎতুনা হংলকই, "রাজর্ষি কৌশিক হায়বসি কনানো? মহাক্কী মরমদা খঙবিরবদি খরমখে তাকপিয়ু?"

"হায়জগে মহাশয়।" হায়রগা অনুসূয়ানা হায়রকই," মহাক মহারাজ গাধিগী মচানুপানি। করিগুম্বা হীরম খরদগী বশিষ্ঠবু মহাক্না য়েংথিখি। বম্মাগী মফমদগী তেন কান্নগী বিদ্যা তম্মুরগা বশিষ্ঠবু মায়থিবা পীনবা হোৎনরুই। অদুবু মহর্ষি বশিষ্ঠগী বম্মাতেজনা মাগী খুৎলায় পুন্নমক ময়াই চমহনখি।"

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই," ভাব তাজরে, বারী মখা চৎথবিবো?"

অনুসূয়ানা বারী মখা শমথদুনা হায়রকই, "কুইরবা রানি মতম অমদা বাজর্ষি অদুনা অকনবা তপস্যা তৌবা হৌরম্মী। মদু উবদা স্বর্গগী নিংথৌখুভম মুনগদবগী অদুক কনবা তপস্যা তৌরিব্রা হায়না চিংনরজুনা দেবরাজ ইন্দ্রদেবনা মহাক্কী তপস্যা অদু থুগায়নবা কন্না হোৎনখি। অদুবু অপনবা পীরু-পীরুরগা অহোইনদুন রাজর্ষিগী লাইনিং চেৎশিনবা হেনগৎখি।"

রাজা দুষ্মন্তনা মরক থৎতুনা হায়রকই " হোয়, অত্তোপ্পা কনানা অকনবা তপস্যা তৌবদা কীবা হায়রবসিদি দেবরাজ ইন্দ্রগী মহৌশানি।"

অনুসূয়ানা মখা শমথদুনা হায়রকই, "মমৈথংদা উপায় লৈত্রদুনা ইন্দ্রদেবনা অবোইবা খুৎলায় ওইনা মেনকা কৌবী অপ্সরা অমবু মহর্ষি কৌশিকী তপস্যা থুগায়হন্নুনবা থাখি। মহর্ষিবু কামগী ঈথক হৌহন্নবগীদমক কামদেবসু অপ্সরা অদুগা লোয়ননা চৎমিন্নহনখি।"

দুষ্মন্তনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি ইবেম্মখোয়গী নতা-ইবেম্মসি খঙলে স্বর্গগী অপ্সরা মেনকানা পোকপনি।"

অনুসূয়ানা বাকম অদু অমুক মখা চৎথনা তমগদবগী তৌরকপদা ঈকাইদুনা শকুন্তলানা

ইঙ্গিত তৌদুনা খামজিনখ্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা ভাইহাক তুমিন্না করিনো থন্দুনা লৈরম্নগা হায়রকই, "মমা-মপা পু-পাং ডনা লৈরিবা নতা-ইবেম্মা অসি মতৌ কমদৌনা মহর্ষি কন্বনা মচা শরুনা য়োক্লিবনো হায়বদু শদোন্না তখিন্নু।"

মতারোই শকুন্তলাগী অথিংবা লৈদুনসু অনুসূয়ানা অথুপ্পা বারী অদু শিবা হৌজনবনিনা মখা চৎথদুনা লোইনবা লিখোক্লিংলক্রে। অদুনা মহাক্না হয়রকই, "আর্য্য, ঐদি অদুক হাক্না খঙজবদি নত্তে। অদুবু ঐখোয়গী আশ্রম-মাতাগী মফমদগী তাখিবা অদু পাউদমজগে।"

অসি হায়রগা মহাক্না শকুন্তলা পোকপা অদুগা কন্ব মুনিনা য়োক্রকপগী বারী অদু শিং শিংনা তন্নে।

হৌখিবা বারী তন্নগা অনুসূয়ানা হায়রকই, "আর্য্য, ঙসি অহিং অসিমদং আশ্রমদা লেঙশিনবিদুনা পোখোবিরগা হয়েং নোংঙানবগা লেঙবিখিবদা মহাশয়গী থবক-থানাদা কয়া য়াম্না অকায়বা ওইরগদগে?"

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই," ইবেম্মখোয়গী মফমদা ঐনা হায়না হায়জগ্রবা অদুনি, ঐদি হৌজিক চৎতবা ইয়ামক য়াদ্রবনি। ঐবু বারৌবিগনু।"

বা অসি তাবদা অনুসূয়া তুমিন্না লৈখ্রে।

বাজাদুষ্মন্তনা শকুন্তলাবু হেক উরুবা মীৎকুপ অদুমক্তদা খোয়দাগ্রবনি। মতম অদুদগী হৌনা মহাকপু মাগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইনা লৌশিনগে হায়না খল্লক্লিবনি। অদুবু মহাক লৌনবা য়াদবী নিঙোল ওইরমদুনা নিংজবা আশা কায়গদ্রা হায়না চিংনবনা মপুক্লিংগী বা ফোঙদোকপা ঙমদদুনা ঙসায়মখে তুমিন্না লৈবপনি। অদুবু হৌজিক্তি শকুন্তলাবু লুহোংবদা অপনবা লৈরম্বা খরমখেদি কোক্রে হায়বা মহাক্না খঙলে। অদুম ওইনমক চিংনবা কয়ানা মহাক্কী থম্মোয়দা হৌজিকসু মহম শারি।

রূপ-গুণ চংখোনবা অতিথি অদুগী মওং-মতৌ মীয়েং-নায়েং উবদা মীৎলম-নারম খঙগনবী অনুসূয়ানা মোমোন নোক্তুনা হবান-মীৎয়েংনা শকুন্তলাদা অমুক্তং ফন্নপ য়েংলুরগা হায়রকই," মহাশয়বু উজবদা ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মা শকুন্তলাগী মরমদা অমুক্কনু খরমখে খঙবিনিংংলিমান্নে নিংই।"

তাঞ্জা ফংলদুনা রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই," ইবেম্মখোয়গী নতা-ইবেম্মা অসিগী মরমদা ঐনা খঙজনিংবা অমগসু লৈরি, অচুম্বনি। তাকপিয়ুদনা, লুহোংবগী থৌরম পাংথোকক্রিমখেদি মহাকপু অসুম ব্রহ্মচারিনী ওইনা লৈবিগদৌরিব্রা নত্ত্রগা পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচর্য্য ভাকপিগদৌরিব্রা? শজি-মীৎতা ভাই হায়দুনা পুন্সি চুপ্পা মখোয়গা লোয়নদুনা লৈবিগদৌরিব্রা?"

প্রিয়ংবদানা পাউখুম পীদুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মা অসি হৌজিক ব্রত-

নিয়মগী মখা পোল্লিবীনি। অদুম ওইনমক মতিক চাবা বর ফংলবদি মাবু শোয়দনা লুহোংবিবা হায়বসি আশ্রম-শিতাগী অপাম্বনি।"

রাজা দুষ্মন্তদু প্রিয়ংবদাগী হাসি ভাবদা মপুক্লিং মকা লাম্লক্লে। অদুনা মপুক্লিংদা খল্লকই, মদু ওইরবদি মসি ফংঙমদবা পোৎশকমক্তি নত্তে। হোৎনরবদি ফংবা য়াগনি, শক্কী ফজবা থক্চবা ফংলগনি। ঐগী পুক্লিংদা চিংনরম্বা মীপাইরম্বা খিবিক কোক্লে। ঐগী লাকওম-ফাওমল্লবা হে পুক্লিং, নঙনা মাবু অচাকপা মৈরিনি খন্দুনা নীংহল্লরম্বদায়, মহাক তশেংনা তাংনা ফংঙম্বা বত্ত ওইরম্লে! খরা কন্না হোৎনরবদি ফংবা য়াগনি।

মতম অদুদা অনুসূয়ানা শকুন্তলাদা হায়রকই, "ইতা-ইবেম্মনা বা মচেৎ অমতা ঙাং দ্রিবসি করিগীনো? ইতাগী নতৌসি উবদা অতিথিনা বারৌখিবোইদ্রা?"

মহাক্কী বাঙাংদা করেম-কথাইনবগী সুর চেনবা অদুদা খুদোংচাবা লৌদুনা শকুন্তলানা শাউশিল্লদুনা আশ্রমগী য়ুমদা হনখিগদবগী তৌরক্লে।

প্রিয়ংবদানা খামদুনা হায়রকই," ইতা-ইবেম্মা শকুন্তলা, অদুম্না চৎখিবা ফজগদ্রা? অতিথিগী সেবা তৌবা নঙ ঐগী ইথৌদাং নত্তব্রা?

হায়বিবসি তাশিল্লদনা শকুন্তলানা খোঙথাং অনী-অহুম থাংবা হৌরকই। অদুবু মহাক্কী থম্মোয়-নুংদদি মফম অদু থাদোক্তুনা খোঙফম অমফাওবা চৎনিংদে। অদুম ওইমক মহাক্না মখোঙ তপ্না তপ্না থাংলকই।

শকুন্তলা চৎখিবা অদু উবদা রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয় কায়রক্লে। মহাকনা মায়থোং মকশিল্লা মপুক্লিংদা হায়রকই, ইহে, চৎব্রেনে মহাক!

নিথৌনা মখুৎ তিংথোক্তনা খামগে ফন্না খল্লবসু মপুক্লিংনা খামজিন্দুনা থমগ্রে। মহাক্না মতোমদা হায়জরকই, নুংশিবগী মখা পোনব্রা মীগী পুক্লিংগী ঈচেলদি হকচাংগী ওইবা লীচৎ শাজৎকুম্মী। খঙহৌদনা আশ্রম-কন্যা শকুন্তলাগী লম্বী থৎকে হৌৎনরুই, অদুবু ফজদবা শাজৎ ওইগদ্রা চিংনবনা অপনবা পীররে।

প্রিয়ংবদানা খোঞ্জেল তপ্না অদুম ওইনমক লূম্না হায়রকই,"হৌজিক করিগুম্বা মওংদসু ইতা-ইবেম্মা চৎখিবা য়ারোই। ঈশিং চায়বগী খুলং অনীথক নঙোন্দা ঐগী তোল্লি। মদু হান্না শিংলমখো, অদুগা চৎপগী বা খনগদবনি।"

মতারোই প্রিয়ংবদাগী ফজদবা বাঙাং অসিদা শকুন্তলাগী থম্মোয়দা বারৌরক্লে। অদুবু মদু খোঙদোক্তনা মহাক্না শৎ হনজিল্লক্লগা চফু পারথৎতুনা ঈশিং হোন্দুনা চায়বা হৌরক্লে। মহাক বাবনা শদৌ থোংলক্লে, মায়থোং পূম্বা হমাং মরিক মরিক কারক্লে, নুংশাব্বর চনিং তানা হোনবা ঙম্লক্লে। অদুম ওইনমক মহাক্না মরিংজেন ফুদোক্তুনা ঈশিং চায়রি।

মদু উবদা নিংথৌনা মীনুংশি চেনবা খোল্লোক্তা হায়রকই, "য়েংবিয়ু, ঈশিং চায়বদা

ইবেম্মখোয়গী নত্তা-ইবেম্মা অসি য়াম্না চোকথনা উরে। মাগী মায়-মীৎতা ৱাবগী মমি ময়েক লানা তারে। চকু কোইথাং থাংবদা খুবাক্তা ঈ চণ্ডলমাগ্রে, লেংজুম অনীসু ঈহিক হিকথরে, নুংশাঙ্গর থবেং থবেং হোনবদা থবাক্তা ঈপোম তোইনা হৌরে। শমজিং নাম্বোক্তুনা চোয়জায়নরবা শল্লাবু মখুৎ নাম্মনা খোমজিনবা হোৎনরি। অদুনা মাগী অৱাবসি কোক্লনবা ঐ মাগী লমন অদু শিংবা পাম্মী।"

ভাংনা ভাংনা মহাক্না মখুৎতগী খুদোপ অমা লৌথোক্লগা প্রিয়ংবদাদা পীরক্লে।

খুদোপ অদু পায়দুনা য়েংনবদা মদুদা রাজা দুষ্মন্তগী মিং হক্তুনা থারম্বা উবদা প্রিয়ংবদা অমসুং অনুসুয়া মত্তা অনীদু ঙকপনা থম খেংগ্রে, অমগা অমগা য়েংনরকই। মখোয় অনীগী পুক্নিংগী ফিভম অদু ভাব তারক্তুনা দুষ্মন্তনা শৎ হায়রকই, "করি তৌরবগে? খুদোপ অদুদা থারিবা মিংদু উবদা ইবেম্মখোয়না লাম্না খনবিরমাগ্রে। তশেংবদি খুদোপ অদু মহারাজ দুষ্মন্তগী মফমদগী মনা ওইনা ফংজরকপনি। মহারাজগী অচানবা মীনিদনা, অদুনা মনা ওইনা পীবিরকখিবনি।"

প্রিয়ংবদানা মোমোন তৌনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি খুদোপ অসি পীদুনা লমন শিংবা য়াবা নত্তে। অদোম্না তার্কপিরিবা অদুমক্তা লমন পূম্বা শিংলে হায়না লৌবিরো।"

অনুসূয়ানা অতিথিদা তাহন্দুনা কোথচি থাংবা সুর চেম্না শকুন্তলাদা হায়বকই, "ইতা-ইবেম্মা, খৌজাল হৈরবা আর্য্য নৎত্রগা মহাম্নাঙনা চালবিদুনা নহাক্কী লমন শিংদোকপিরে, অদুনা হৌজিক্তি নহাক্না চৎনিংবা মফমদা চৎখিবদা কন্নানসু থিংলরোই।"

মরৌথাংবা ৱা অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা খুদক্তা হায়রকই, "তাবিয়ু ইবেম্মশিং, ঐদি মহারাজগী মখাদা থবক তৌজবা অচম্বা মীশক অমনি। ঐঙোন্দা আর্য্য হায়না মিঙৌবিবদি কায়দে, অদুবু মহাবাজ হায়না কৌবিদুনা ঐবু ঈকাইবা পীবিগনু। অদুগা নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা খেৎলি হায়নবা লৈ। অদুনা ৱাফম অসি করিগুম্বা মহারাজগী নাকোং য়ৌখিবা থোক্লবদি ঐবু থক ঙাকপিরোই। মহারাজগী মিং শিজিন্নদুনা ঐনা ইবেম্মাখোয়গী মফমদা নমথাক তৌই হায়না লৌখিদুনা ঐঙোন্দা অহকপা চৈরাক পীরক্লনি।"

প্রিয়ংবেদানা হায়বকই, "আর্য্যনা অদুক হাক্না চিংনবিরবদি ঐখোয় মতুং-মনাওদি অদুগুম্বা ৱা চিন্দা অমুক হম্না পঞ্জররোই। অদুগা মহারাজগী মফমদগী মনা ওইনা ফংবিরকপা খুদোপ অসি লৌশিনবিরো, করিগুম্বা মহারাজনা পীবা মনা অতোপ্পা মীদা পীথোকই হায়বা খঙখিবা থোক্লবদি ৱা থোক্লরকপসু য়াই।" অসি হায়দুনা মহাক্না অতিথিদা খুদোপ অদু নমদুনা হন্দোকক্রে।

নিংবা কায়বগী সুর চেম্না অতিথিনা হায়রকই, "খুদোপ অসি লৌ হায়বা ইবেম্মখোয়না য়াবিত্রবনিনা হৌজিক্তি লৌশিজ্জরগে। অদুবু মতাং চাবা তাঞ্জা অমদা ঐনা পীজনিংলিবা

মহাক অদুগী মখুৎতা খুদোপ অসি ঐগী ইখুৎমক্তা নোংমা শোয়দনা লিবিগনি।"

শকুন্তলানা মপূক্লিংদা খল্লকই, মৈশা অসিনা করিনো। মহাক্তা কনানো খুদোপ লিবিগনি হায়বা তাবদা ঐত্তোন্দা লিবিরকপগুম ফাওরক্লিবা করিগীনো? হৌজিক্তি ঐনা কনা চৎনিংলবসু চৎপা য়াবা নৎত্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাদা মীৎয়েং থম্লদুনা মপূক্লিংদা খল্লকই, ঐনা মহাকপু খোইদাক্লরে, মহাক্তা ঐবুদি নুংশিবিরমগদ্রা? ঐগী অপাম্বা থুনেনবগী লখীদা মহাক্কী মীৎয়েং শুকচং চত্তলাক্তবদি নত্তে। ঐগা বারী শানদ্রবসু, ঐগী বা অমত্তদা ফেজিন্নহৃবসু মনা থাজৎতুনা ঐগী বা পুম্নমক তাই। ঐগা মীৎচানবা মহাক গুমজদে। অদুম ওইনমক ঐবু য়েংদনা মহাক মতম্ম শাংনা লৈবসু গুমজদে।

তাঞ্জা অদুদা লাগুক্তা লাউ-খোংদুনা চরাংনেবকপা অমা খঙহৌদনা তারক্লে। দুষ্মন্তনা মনা থাজৎতুনা তাননবা হোৎনরকই। ওইহাক লৈরগা মপূক্লিং লাংতক্লনা মহাক্তা হায়রকই, "ইবেম্মশিং, নিংথৌ-মনাইশিংনো নিংথৌ থিরকপদা তপোবন য়ৌশিল্লক্লেমাগ্নে, অদুগা শামু অমসু ত্তাওদুনা তপোবন্দা নৈররমাগ্নে। অদুনা অহল-লমন নুপী-অঙাংশিং মীপাইনরমাগ্নে। তপোবনগী শান্তিদা অকায়বা পীররে। মবম অসিনা ঐ হৌজিকমক হনথিদবা য়াগ্নে।"

অঙাওবা শামুনা তপোবন্দা নৈবরে তাবদা প্রিয়ংবদা অমদি অনুসুয়া পাখৎচবনা মিত্তন চেঙ্গা-চেজুন্নবক্লে। অনুসূয়ানা হায়রকই, "আশ্রমবাসীশিং ঐখোয়গীদমক মীপাইনবন্নগনি। মরুওইনা আর্য্যা গৌতমীদি ঐখোয়বু উদবদা লৈতাফম খঙলম্নরোই। য়াথং পীবিবো, ঐখোয় আশ্রমদা হঞ্জবগে।"

রাজা দুষ্মন্তনা য়াম্না খঙনিংবগা লোয়ননা হংলকই, "আর্য্যা গৌতমী হায়বসি কনানো খঙজবা য়াগদ্রা?"

প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "মহাক পুন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচর্য্য চৎলিবী আশ্রম অসিগী অথোইবী তপস্বিনীনি। আশ্রম-বাসীশিংনো মহাকপু মাতা হায়না মিঙ্গৌনৈ। ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মা শকুন্তলাবু ঈ মতুমদগী নাওয়োক-নাওকোনবিবক্লিবী আশ্রম-মাতা অদুনি।"

"ফরে অদুদি, ইবেম্মখোয় আশ্রমদা হনবিগ্নো। তপোবনগী শান্তি কায়দনবা ঐ অমুক্তা হোৎনজরুখিগে। ইবেম্মখোয় চিংনবা লৈতনা হনবিরো।" মপূক্লিং চরাংনেরবা রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই।

প্রিয়ংবদা অমদি অনুসুয়া চরাং-চথরক্লে। অনুসুয়ানা তৌফম খঙদনা হায়রকই, "খুদোংচাবা ফংদবনা ঐখোয়না অতিথি সেবা নিংথিনা তৌজবা ওমখিদ্রে। মহাশয়গী মফমদা হজ্জৎচগদবদুম ঈফাই। অমুক্তা উনবা পামজে।"

নিংথৌনা খুদক্তা হায়রকই, "হজ্জৎপা হায়না তাকপিরিবা করিগীনো? ইবেম্মখোয়গা

শকথঙ-মায়খঙনবা ফংজবা অসিমক্কা ঐদি পেঞ্জরবনি। ঈশ্বরগী থৌজাল লৈরবদি নোংমা শোয়দনা উনখিগনি, রাবিরন্নু।"

মতারোইশিং পাখৎনরবা মতম অসিদা শকুন্তলাদি থৌ-বা শাদনা ফমদুনা অদুম লৈ। ফনা অমবু ওইরবসু মহাক্তি মফম অদু থাদোক্কুনা চৎনিংদে।

মহাক্কী থৌশাদবা মওংসি উবদা অনুসূয়ানা "চৎলসি লাকও ইতা-ইবেম্মা" হায়রগা মহাক্কী খুদাং পায়দুনা চিংখৎলরে।

শকুন্তলা খোঙফম অম-অনী থাংদোকপগা মখোঙ শজিং হৌরে হায়দুনা লেপ্তুনা লৈথোকই। অদুগা ঙাইহাক লৈরগা খোঙফম খরা থাংদোকপগা মহাক অমুক চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে। হায়রকই, 'ইতা অনুসূয়া, ঐগী খোঙদা অনৌবা কুশ ময়োলনা যুখ্রে, ঐগী উকু অসিসু অতেকপা উশাদা পনখ্রে। ঙাইহাক্তা ঙাইখো, উকুসি অমুক্তা লৌথোরকখিগে।"

কুশ ময়োল মখোঙদগী শৎতোকপা অমদি অতেকপা উশাদগী উকু লৌথোকপা হোৎনশিন্নবদা মহাক্কা মতম শাংনা শাংনা চঙহল্লি। মহাক্কা থম্মোয়-হুবা মীৎয়েংনা নিং থৌদা লোন্না য়েংজে। ঙাইহাক লৈরবদা মহাক অমুক পঙ্গনবা উপায় লৈত্রদুনা য়াম্না চৎনিংদনা মখোঙ থাংবোই-থাংদবোই মতুং ইন্নরকই। অদুবু মহাক্কা অতিথিগী মায়কৈদা হন্না হন্না য়েংবদি খক তোক্তে।

বাজা দুষ্মন্তসু মমীৎ কুপ্তবমখৈ শকুন্তলানা চৎখিবা মায়কৈদা য়েংদুনা লৈ। মহাক্কা মীৎয়েংগী ঙমখৈ রাংমা লান্না চৎখ্রবদা দুষ্মন্তনা শাংলবা নুংশামপী অমা হোন্দোবকই। অদুগা মতোমদা শোঞ্জরকই, ঐগী পুক্লিংসে অসুক হাক্কা নিংকোক-নিংকোক্লিবসি করিগীনো? হৌজিক কোনুংদা হনবা থোইদোক্কা দরকার ওইরবনি, অদুবু য়ারকপা য়াদ্রবা পুক্লিংনদি মফম অসি থাদোক্কুনা খোঙফম অমফাওবা চৎনিংদ্রিবসিনা করিগীনো? তনৌন্নিবী শকুন্তলাগী মশক উদনা ঐ অহিং অমফাওবা লেনবা ঙম্লবোই হাযবা খঙলে। অদু ওইরবদি অসুন্না তৌরগে, ইনাই-ইশন পূন্নমক তপোবন্দগী থোইনা লাপ্তুনা মফম কদাযদনো লৈহনখিনবা শিন্নুরগে। ❑

## মঙা

অঙাওবা শামু অদু বাজা দুষ্মন্তগা লোয়নরকপা লান্মীশিংনা লাকশিনখ্রে। শামুদু লাকশিন্নবা হোৎনবদা সেনাপতিদা নত্তনা নিংথৌ মাধব্যসু উমং মরক্তা কোইচেন চেন্দুনা য়াম্না কন্না হোৎনখি। নিংথৌ মশামক য়াওশিন্দুনা হোৎনবা অদুনা লান্মীশিংদুদা থৌনা হাপ্লিবা ওইনা

থোকখি। অদুনা তপোবনগী অমাং-অতা কাহেন্না থোকখিঙৈদা অঙাওবা শান্মু অদু মখোয়না খুদুম চনখিনবা ওমখিবনি।

থৌদোক অদুগী মতুংদা নুমিৎ নিনি-খুন্নি চৌখ্রে। অয়ুক্তা নিংথৌগী মরুপ মাধব্য মপুক্লিং চরাং-খোইরাংলনা রাখলগী ঈপাঙ্গা তাউনা হুঙৎ-হুন্দা চৎতুনা মতোম্নদা লৈ। মতৌ অসুন্না ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা মহাক চপ লেপগ্রে। মহাক্না মহারাজ দুষ্মন্ত মায়কৈ অদোমদা লাকপা উরক্লে।

নিংথৌগী পুক্লিংসু য়াম্না চরাং-খোইরাংনরম্মী, পল্লেপফম নাইরমদে। শকুন্তলাগা উননিংবনা মহাক লৈতাফম খণ্ডব্রবনি। উন্ননিংই হায়দুনসু মফম মতম য়েংদনা নিংলকপগা হেক্তা চৎতুনা উন্নরুবা য়াবা নত্তে। মহাক্না লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই, চান্নথোইবীবু তরায় তরায়না ফংওম্বা নত্তে হায়বা মুন্না খণ্ডই। অপাম-নুংশি থুংনবমক নৎত্রবসু ঐখোয় অনীমক অমনা অমগী মতৌ উবদা থম্মোয়দা হায়ফম খণ্ডদনা নুংঙাইবা অমদি ফাওনদবা নত্তে। শকুন্তলানা অমরোমদা য়েংবা শারগা স্থান স্থান ঐঙোন্দা য়েংখিবা নুংশি-মীৎয়েং, মখোঙ থাংনিংদনা থাংদুনা চৎখিবা খুচৎ, মাগী মথোক কারকপগী নিংথিবা খিবিক্লা তীল্লবা হকচাং কন্যাশিংদু কাউগে ফনা হোৎনদুনসু খক কাউওমদে, পুন্নমক মীৎতা শং-শং হেক্তা উরকই। কল্পনাদা শাগৎচরুবা পুন্নমক ইশাগী অপাম্বা মতুংইন্ননি, ইশাগী ইপুক্লিংগী অপাম্বা মওংদা পুন্নমক শাগৎচবা হায়বসি প্রেমিকশিংগী মহৌশানি।

মাধব্য নিংথৌগী নাক্তা চঙশিল্লক্লে। মহাক্না তৌফম খণ্ডদবা সুরদা হায়রকই, "মহারাজ, লৈবাক্কী থবক পুন্নমক থাদোক্তুনা শাদানবা ওইনা শা-উচেক্কী খোঙ্গুল লিবদা মতৌ অসুন্না চেপ্পোক-চেনশিন তৌদুনা নিংঙাইদনা লৈথোকপিরি। মহারাজগী তুংইনবা হোৎনবদা ব্রাহ্মণ-মচা ঐদি শরু-শয়াং ওন্না তেক্কদৌরে। ঐ খাংবা ওমদ্রে, থোইদোক্লা নুমিৎ নিনিদংদদি পোৎখাজনিংই।"

রাজা দুষ্মন্তনা মপুক্লিংদা মতোমদা হায়জরকই, খঙলে মানা ঐগী থম্মোয়গী বামক হায়রক্লে। ঐসু অহিং-নুংথিল নাইদনা মহর্ষি কণ্বগী মচানুপীগী বাখলদা লুপ্তুনা লৈবনা মৃগয়াদা পুক্লিং খোইজংবা ওমদ্রবনি। লীরুংদা তেঙ্গা থোংদুনসু শক্তিগী থোৎ-নৌরবা মশাদা তেন কাপকে তৌরুবদা থম্মোয়দা মীনুংশি পোক্লক্তুনা অথিংবা হেক্তা পীরে। অদুবু পুন্নমক অসিদি ইশাগী পামজবগী মায়োক্কী থবক্নি।

মহারাজ চপ য়ুংনা বাখলদা উংদুনা লৈবা উবদা ওক্তুনা মাধব্যনা হায়রকই, "মহারাজ, করি তৌরবগে, বা মচেৎ অমফাওবা ঙাংবিদ্রিবদি করিগীনো?"

"বা অমা হায়গে, হৌজিক নঙগী পোৎখাবা মতম্নি, অদুম ওইনমক নঙোন্দা থৌদাং অমা শিন্নবা পাম্মী মরুপ।" অসি হায়রগা রাজা দুষ্মন্তনা ঙাক-শেনবা অমা কৌশিল্লগা

সেনাপতি কৌরূনবা য়াথং পীখ্রে।

নিংথৌনা কৌহল্লবা অদুদা সেনাপতি ভদ্রসেন খুদক্তা লাক্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "ঙসি ঐগী পুক্লিংসে মফম খঙদবা অরাবা রাখল কয়ানা লৈতাফম খঙহন্দবগুম্ব তৌই। কবিগুম্বা থবক অমতদা হৈনিংবা পোক্তে। অঙৌংবা নুংশিংনা হকচাংদা যৈহল্লবদি, প্রকৃতিগী নিংথিজববা দৃশ্য উববদি পুক্লিংসে খবমখে তেকথংলকপা য়াই। অদুনা ঐখোয় লম্বী চংনা চংনা ৱাবী শাসি।"

মহাক্কী অপাম্বা অসিগী মতুংইন্না মাধব্য অমসুং সেনাপতি ভদ্রসেন মহারাজগী তুং ইন্দুনা লানশঙ মনুংদগী থোরক্রে।

নিংথৌনা শক্তিগী তনৌরবা মশাদা তেন্না থাদুনা চৈনা ফংহনগদবা পান্নক্তবগী ৱাফম অদু মঙোন্দা তম্লে। মদু তাবদা সেনাপতিনা মপুক্লিংদা খল্লকই, শাদানবদা দোষ ফনা লৈদুনসু মহারাজগী মফমদদি মদুবু গুণগী পাংথক ওইনা লৌবিবনি। উমংদা শাদানবা কোইচং চংপদা অঙৌং-অশা খাংবা হৈনববনি, লীবি তোইনা চিংবদা মখুৎ খুৎশা হৈজিল্লবনি, হকচাং ময়েং তাববসু ফিনা কুপশিন্দুনা কনা খঙহন্দবনি। মৃগযাবু ফৈ হায়বসি মহারাজনা খুদম ওইবিবনি। অদুগা হৌজিক মহারাজনা মৃগয়া পান্নক্লিবা কবিগীনো? ঐবু চাংয়েংলিব্রা?

অসুম্না মঙল মঙল কয়া খল্লবা তুংদা মহাক্লা হায়রকই, "উমংদা কোইনা চংতুনা শাগী খোঙ্গুল লিক্লবদা শা য়াম্না লৈবা মফম অমা থেংনজবক্রে। মসি নত্তবা কবম্বা য়াথং লৈরিবগে তাকপিসি।"

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "ভদ্রসেন! অদুবু মাধব্যনদি অতোপ্পা রা অমা হায়বি। মহাক্লা শাদানববু মতম খুদিংমক্তা নিন্দা তৌইনে।"

সেনাপতি ভদ্রসেন্না নিংথৌদা মথৌ শংদুনা হায়রকই, "মহাক্তি খ্বাইদগী পঙবা মীনি মহারাজ। পঙদুনা মহাক্লা পংঙাং ঙাংজবনি, রাবৌবিরুগনু। শাদানবা চংপা ফৈ হায়বসি মহারাজমক্লা প্রমাণ ওইবিবনি। মৃগযানা পূক নোযথোবক্কদবদগী কল্লি, হকচাংবু তীঙ্গেন-লাইচেলহন্দনা থম্মী। মহারাজবু কীজবদগী শা-উচেক পুম্নমক মায়কৈ-শল্লাই খঙদনা কোইচেন চেন্দুনা লোৎনরিবনি। অচেনবা শাদা তেন পালহনবা হায়বসি লীকং পায়বশিংগী চাউথোকচনিংঙাই ওইবা গুণনি। মীনা শাদানববু পাপ্পি, শক্তি-শঙাই পংহাৎতা হাৎতোক্লবদি মালেমদগী জীব কাংলুপ অসি মুৎথ্রগনি, উমংদা শাদানবা থিঙ্গদবনি, অসুম্না মীনা ঙাংনে-শক্লবিবসি ওইবা য়াদবা রা ঙাক্তনি। মবক্ল-মথুম লৈবা কনাগুম্বা মীশক্লা শহব নংত্রগা খুঙ্গং শেমগৎননবা জঙ্গলগীদং কোকথোকপা ফাওবা কনা কনাগুম্বনদি মহৌশাগী ওইবা ফিভমদা অকাযবা পীদুনা শা-উচেক্কী লৈফম লৈহন্দে হায়দুনা মবন্নাই ওইনা মখোইদৌ থিংনা শাউবসু য়াওবিবনি। মখোয় অদুগুম্বা মীগী মথোংহক্তবা রাদু তাববদি য়াববোই।

শাদানবদা অসুক হাক্লা পুক্লিং মকালাম্না নুংঙাইবা ফংলিবা অসি অতেত্ত কদায়দা ফংগদগে তাকপিয়ু?"

সেনাপতিগী বা অসিদা মাধব্যগী মায়থোংদা ৱাত্ত্ৰৌবগী মমি তারক্রে। মহাক্লা থমকা তৌদুনা হায়রকই, "হাই, ফত্তবা থবক্তা থৌজিনবা হৈবা। নহাক্লা অমুক মহারাজদা হেদোংলররনু চৎগ্রো চৎলো। কনানা ইনশিন্দবা ফাওবদা মহারাজদি লৈবাক্কী থবক পুন্নমক থাদোক্লুনা জঙ্গল জঙ্গলদা মৃগয়া কোইনা চৎলিব্বনি। মদুদা অমুক্লা মথৌ শংলুরবদি কোক্তা জোটা পুদনা আশ্রমদা চত্তখিবা য়াই। হাই শক্তি পাম্বা সেনাপতি, নহাক শওমগী মখয়াস্তা তাবা ওইরসনু।"

দুষ্মন্ত নিংথৌদি অদুম ওইনমক মখোয়না ভাংন-শক্লরিবা অদুদা থোইনা মপুক্লিং চঙলুদে, ৱাখল অমদা লুপ্না মখোঙ থাংলিবনি। চৎনা চৎনা তাঞ্জা অমদা হায়রকই, "সেনাপতি, ঐখোয় আশ্রমগী মনাক য়ৌশিল্লক্রে। অদুনা লাম্মীশিংদা চেৎনা খঙহনখো, তপোবনগী শান্তি কায়হনবা য়াদে হায়বা।"

"ফনি মহারাজ!" হায়রম্লগা সেনাপতি হনগ্রে।

নিংথৌনা খোঙলোইশিংদা য়েংদুনা হায়রকই, "নখোয়সু শাদানবগী ফিজেৎতু হোংদোক্লুচো। নশাদা করিগুম্বা খুৎলায় অমতা য়াওরকপা য়াদে।"

মহারাজগী য়াথং মতুংইন্না খোঙলোইশিংদু খুরুম্লম্লগা চৎগ্রে।

মাধব্যনা চিনবান্দা নোকপগী মমি তাহন্দুনা রাজা দুষ্মন্তগী নাক্তা চঙশিল্লকই। চিনবানগী মীনোক্তু লেঙদনা থমদুনা হায়রকই, "তৌবিবসি করিনো মহারাজ, অমমম ওইনা লোইনবা তাম্বোকপিগ্রে। ফরবনি, ঐখোয় অনীদা চিক্লা ঙাইহাক্তং পোখাবা য়ারগনি। লেঙবিয়ু, আদগী উ অসিগী ঈংলবা উরুম অসিদা চিক্লা পোথারুসি।"

মাধব্যনা হায়বা মতুংইন্না রাজা দুষ্মন্ত উরুমদা চঙশিন্দুনা ফম্লরে। প্রকৃতিগী নিংথিজবা দৃশ্য য়েংদুনা ঙাইহাক লৈরগা মহাক্লা মাধব্যদা য়েংদুনা হায়রকই, "মরুপ, নহাক্তি মীৎ পানবগী কান্নবা ফংদ্রি। মরমদি শ্বাইদগী অথোইবা রত্ন অদু মশক উদ্রি।"

নিংথৌনা হায়রিবসি করিনো হায়বা মাধব্যনা মুন্না খঙই। অদুবু মহাক্লা খঙশিন্নদনা হংলকই, "করম্বা রত্ননো মহারাজ?"

"তপোবনগী লৈতেং ওইরিবী, স্বর্গগী অপ্সরাগুম্ব শকহেনবী শকুন্তলাবুনি ঐনা হায়রিবসি।" দুষ্মন্তনা নাপলগা লোয়নননা হায়রকই।

অসি তাবদা মাধব্যনা খল্লকই, ঐনা মহারাজগী থম্মোয়দা লৈরিবা শকুন্তলাবু নুংশিবা অসি হেনগৎহন্নবা করিমতা তৌরোই। নহা ওইরিবা ৱাৎত-পাদবা অচৌ-অশাংগী হৌনবী তৌনিংবদা তৌবদা অথিংবা লৈতবনা লমুক্লদুনা ফজবী নুপী উরিবমখৈ পাম্বা হায়বদু

ওইরম্বসু য়াই। অদুগা শকাইদসু রাণী কয়া লৈরি, অদুনা বাণী মশীং হেনগৎহনবা হায়বসি অযব্বা নত্তে। অদুগী মথক্তা মহারাজগুম্বা লৈবাক্কী থৌ পুরিবা মীশক্না নুপী-নহাদা ঙাওদুনা লৈরবদি লৈবাক্কী থবক্তা অকায়বা লাকপা য়াই।

অসুম্না খন্দুনা মহাক্না হায়রককই, "মহারাজ, লৌনবা য়াদবী তপস্যা-কন্যা অদুগী বাখল খনবদি থম্মোয়-লাইমন ওইদুনা তোক্রোইদ্রা?"

দুষ্মন্তনা মীৎকুপ খরা বাখল তৌবগা হায়রককই, "মাধব্য, নঙদি ঐগা চহী লোঙ্গানি, মরুপ্নি, নঙোন্দা লোৎনিংবগী অপাম্বা মবিক অমতসু লৈতে ঐগী। মহাক ঐগা লৌন-লৈনবা য়াবীনি হায়বগী বাফম অদু নঙোন্দা শেংনা তমগনি। মহাক বাজর্ষি কৌশিক্কী মচানুপীনি, অদুগা মমানা স্বর্গগী অপ্সরা মেনকানি। স্বর্গবাজ ইন্দ্রগী য়াথং মতুংইন্না কৌশিক্কী অচেৎপা লাইনিং থুগায়নবা হোৎনবদা মেনকাগী গর্ভদগী মহাক পোকখিবনি। অদুবু বাজর্ষিদি থোকহল্লিংদবা থৌদোক অদু থোকখিবগা মশাগী মবাল মশানা খঙজবক্তুনা মফম অদু থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা তপস্যা তৌবা চৎখি। অদুগা অপ্সরা মেনকাসু নুপীমচা অমা পোকথোক্লগা হন্দোক্লমদুনা খুদক্তা স্বর্গলোক্তা চৎখি। অদুগী তুংদা মহামুনি কুম্বনা অঙাং অদু থেংনবন্দুনা মচা শক্না য়োক্লককপনি। শকুন্ত কৌবা উচেক্না মমাশক্না নুপীমচাদুবু শেম্নদুনা লৈবন্মী হাযদুনা মুনিনা শকুন্তলা হায়না মমিং থোনখিবনি। শক-চুদা শকওং-শাদাদা মতিক মগুণদা অৱাৎপা লৈত্রবী শকুন্তলাগী ফজবদি শিংথাবদনা য়াৎলগদবনি।"

নিংথৌগী ঙাক-শেনবশিং অচম্বা ফিজেৎ হোংলগা মশাদা খুৎলায় অমতা যাওদনা হল্লক্লে।

চাউখৎপগী মঙাল ফংদনা, শহবদগী যাম্না থাপ্পা লৈবা উমং-বামং মবক্তা লৈবী আশ্রম-কন্যা অমবু অসুম্না বাংনা থাগৎলকপসিদা মাধব্যনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রককই, "মহাবাজ, মতাং অসিদা ঐ বা অমা খংনিং নিংশিংলক্লে। অহাও-অথুম চামন্দুনা লেথোক্লবা মীনা মঙ্গে চানিংলকই। শক-চু চংখোল্লবী লৈমকোনগী মীথোই-মীহেল্লবীশিংবু পাল্লক্তুদুনা নাবক্তা শাৎপী লৈবাংবু পাল্লক্লবোইবে। মহাবাজনা থেংনবিকবিবা মহাক অদু য়াম্না ফজবী অমবুদি শোযদনা ওইবম্লগনি। অদুবু চীং-মান্দা লৈবা চনুবাশিংদি মহৌশানা মাযথোংদি ফন্না নিংথিনা উববসু খুবোম যেংলুই খংচাউ হেক চাউ, খুনিং যেংলুই ইকায হেক কায, ওম্থোক্না ফজব্রবপোৎনি। হকচাংগী মফম অমদা নংক্লগা মফম অমদা অশোযবা লৈতবদি খক য়াওদবনি। অদুম ওইনমক মীৎকুপ অসিদা মহারাজগী মীৎতদি শকুন্তলা হাযবী অদুবু মপা লৈতনা ফজবী ওইনা উবদনি। অদুগা বাফম অসি কবিগুম্বা গুরুজনশিংনা খঙনবকপা থোক্রবদি কমদৌনি বাজ-মাতাশিংনা লৈকুৎ-লৈবাযদা পোকপী মমা-মপানা নাওযোক-নাওকোন্দবী অমবু মমৌ ওইনা লৌশিনবা হাযবসি ঐদি থাজবা ঙমদে। ঐনা তাকচবগী

য়াদি নত্তে, অদুবু য়াফম অসিদি হায়জনিংই, মহারাজদি লৈবাক্কী অচুম-অয়ান খায়দিবা অখোইবা বিচারপতিনি। করিগুম্বা বিচারপতি মশামক লমুক্নবা থোক্রবদি মহাক্কী মতৌ তম্নরক্নুনা লৈবাক্কী অমাংবা ওইরক্নগ্রা হায়বসু মাংজৌননা খঙ্গবিহৌবা চুমগনি।"

হায়রিবসি তাবদা রাজা দুষ্মন্ত শাউরক্নুনা মমীৎ ঈ কারক্রে। অদুবু মদু য়াম্না য়ানা ফাথরগা ইতপ তপ্না হায়বকই, "মরুপ মাধব্য, নহাক্না শেরান-তুরান পংখন খনবনি, মহাক্তি ঐগী রাণী ওইবদা লেমজনিংঙাই ওইগদৌরিবনি। অদুগা ঐগী মীৎতা পংউ উবা নত্তে, হেক্তিম্না হায়জিনবগীসু কান্নবা লৈত্তে। বিধাতাগী তৌবা গুম্বা শক্তি অদুগা শকুন্তলাগী নিংথিজরবা শক্তম উবদা ঐগী থম্মোয়দা খল্লিবনি, লৈশেম্বা মপুনা জগৎ-সংসাবগী ফজবা পুন্নমক্তগী থোইদিং মখায় অমমম লৌখৎলগা মাগী হ্ কচাং শেম্নকপা ওইরমাস্রে, অদুগা মদুদা থব্রায় হাপ্নকপা। মদু নৎত্রবদি জগৎতা লৈরিবা ফজবা খিবিক্না মাগী হকচাংদা কমদৌনা তীল্লগনি!"

নিংথৌগী মরুপ অমা ওইরুবনা মশাগী য়াখল্লোনগা ফনা তায়োন্নরবসু মাধব্যনা মহাক্কী য়াফম অদু শৌগৎপা তাবনি। মদু নৎত্রবদি মহাকপু থবক লৌথোকপদা নত্তনা অরাফমদা তাহনগে খল্লবসু মনীংনি। মীৎলম-নারম খঙলবা মাধব্যনা নিংথৌনা নুংদা য়ারোরে হায়বা খঙলদুনা নোকশিন্নদুনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি হায়বা তাবে, শকহেনবী পুন্নমক শকুন্তলাগী মফমদা মায়থিরে, মহাক্তি তোপ্তোন্নীনি।"

অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা মপূক্লিং হবাওদুনা খুদক্তা ইচংথৌনা হায়রকই, "তশেংনা মদুমক্নি। মহাক্তি মনম নমথোকখিদ্রিবা লৈরাংনি, কনানসু মহাও তংখিদ্রিবা অনৌবা খোইহিংগুম্বীনি, মচেৎ তাদবা পুণ্যগী মহৈগুম্বীনি। খঙদে বিধাতানা যাইফবা কনাগী লায়বক্তবু তম্বিরমগদগে!"

মাধব্যনা কবেন্নবগী খোঙ্গোক্তা হায়রকই, "অদু ওইরবদি অতোপ্না কনাগী মখুৎতা তাখিদনবা হোৎনহৌবা চুম্মী, কনাগুম্বা অহল ওইরবা ঋষিগী সেবাদা মপুঙ্গি মাংখিদনবা।"

রাজা দুষ্মন্তনা মীৎকুপ খরা নুংঙাই-মঙলান্দা তাউদুনা লৈরুরগা হায়রকই, "অদুম ওইনমক ঐনা পংহায় হায়জিনবা নত্তে, য়াম্না ঈকাইথিগনবী, অখাংকনবী, তোররিংবী নুপীমচানি। মশাগী হৌন-খঙবা লীচৎনা অপাম-নুংশি মকাক্কম্না ফোঙদোকচবদা হন্না হন্না মঙোন্দা অপনবা পীরৈ, অদুগা মপূক্লিংগী অপাম্বদু মপুংফানা লোৎশিঙ্গদুনা থম্বসু মাগী মফমদদি ওইথোক্তবা ওইনা থোকই। ঐখোয় পুন্না লৈমিন্নরম্বদগী কায়নবা মতম অদুদা ফজবা লীচৎ ঙাকচনবা ফনা হোৎনদুনসু মমীৎতা পীরাং থাংলকপনা মাগী থম্মোয়গী থুপ্নবা য়া হেক্তা মকাফোঙলকই। মহাক্না মতা অনীগা লোয়নদুনা চৎখিবা মতমদা অচিকপদা মপূক্লিংগী ভাব কয়ামুক উৎলম্মী। খোঙথাং খরা থাংদোকপগা মখোঙদা কুশ ময়োলনা

য়ুয়ে হায়শিন্নদুনা ঙাইহাক পন্থনবা হোৎনজে মতাং চাদনা। মাগী থবাক্তা পুন্নিবা উকুদু অতেকপা উশাদা লৌশ্রে হায়দুনা মদু লৌথোকশিন্নদুনা ঐঙোন্দা লোন্না লোন্না য়েংদুনা মীৎচিগী মচিন থৌরবা তেন কাগুনা নুংশি-পাউজেল চেন্নকখি।"

অসি তাবদা মরুপ মাধব্যনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা করেন্নবগী সুর চেন্না হায়রকই, "অদুদি অমুক তুমিন্না লৈথোকপিরনু, নুংশিবী অদু ফংননবা পাম্বে অমা থিবিরো, তপোবনবু উপবন ওইহনবিরো, মদুদা অকায়বা করি লৈবগে?"

দুষ্মন্তনা শকফম হঙ্গিন্দুনা চিন্তা পুনা হায়রকই, "অদুদনে মরুপ, তপস্বী খরনা ঐগী শক খঙদোকখ্রে। অদুগা মাগী মফমদদি লৌনম তৌদুনা শাশিন্নবা পরিচয় পীরম্রে। অদুনা হৌজিক ঐহাক মতৌ কমদৌনা আশ্রমদা খোঙ থাংজিন্নুগদগে, হায়য়ু মরুপ?"

"মরুপ নহাক্তি নিংথৌনি, চঙননবা পাম্বে করিগী লৈরোইদগে? অথোকপা ফৌগী তরুক থোকপগী শরুক অমা খাজনা খোমগৎপগী মিংদা চঙবিয়ু"।

রাজা দুষ্মন্তনা নিংবা কায়বা মৈচাক চেনবা মীনোক্না নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "নহাক্কী লৌশিং অসি শিঞ্জিন্নরুরবদি পুন্নমক তুন্না মাংলগনি। তপস্বীশিংনা পীবিরিবা খাজনা অদুদি হীরা-মণি-মুক্তাদগীসু য়াম্না হেল্লি। নিংথৌশিংনা তপোবনদগী ফংনরিবা খাজনা অদু মীৎনদি উবা ফংদে তশেংবনি, অদুবু তপস্যাগী শরুক তরুক থোকপগী অমা মুনি-ঋষিশিংনা ঐঙোন্দা পীবিরিবনি। মদুদি অমাং-অতা লৈত্রবনি, মমল নাইদবনি।"

তাঞ্জা অসিদা মহাক্না লাপ্তক্না ঋষিকুমার অনীথক মায়কৈ অদোমদা লাকপা উরক্লে।

"জয় মহারাজগী জয়!" অসুম্না জয়ধ্বনি লাউদুনা মহারাজগী নাক্তা চঙগদবগী তৌবদা ঙাক-শেনবশিংনা লম্বী থৎতুনা মখোয়বু থিংদুনা থমখ্রে। মদু উবদা দুষ্মন্তনা ঋষিকুমার অদু মনাক্তা চঙহল্লক্লবা ঙাক-শেনবশিংদা খঙহনখ্রে।

ঋষিকুমার অনী অদুনা খরা চঙশিল্লকপমক্তদা নিংথৌগী গুণ খিবিক্লা লৈতেংলবা শকফমদু লাপ্তক্লা উবদা চঙক্লখ্রে। মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা হায়রকই, "অঙকপনি! থোইদোক্লা মতিক-ময়াই লৈবা নিংথৌনি, অদুম ওইনমক কীনিংঙাই ওইদে, থোইদোক্লদুম থম্মোয়দা শ্রদ্ধা পোক্লকই। মোম্পাক-মোন্তেক্তা য়াওন্নদুনা অহাও-অথুমদা চাদুনা লৈবক্লবা নিংথৌরেন অসিনা তপোবন অসিদা চন্নবা পুন্সি খুৎলেন লেনবদা মহৌশানা হৈনরক্লবগুম্মী। মসিমক্না লৈবাক মীয়াম্না মহাকপু শোম্নরিবনি।"

অতোপ্পা ঋষিকুমার অদুনা হায়রকই, "হায়রিব্বদু অচুম্বমক্নি। মহাক্তি স্বর্গবাজ ইন্দ্রমক্কী মরুপ দুষ্মন্তনিদনা! দৈত্যশিংনা ওৎক্লবদা মহারাজ অসিনা তঙনা স্বর্গরাজ্যবু কনবিরক্লিবনি।"

মখোয় অনীনা নিংথৌগী মাঙদা চঙশিল্লক্লগা মখূৎ থাঙ্গৎতুনা হায়রকই, "মহারাজগী জয় ওইসনু।"

রাজা দুষ্মন্তনা ফম্নম্বদগী হৌগৎলগা মখুৎ লোয়নদুনা ভক্তি লৈনা নোম্লুকপা খোম্লোক্তা হায়রকই, "খুরুমজরি ঋষিকুমার অনীমকপু। করি থবক্কী লেঙবিরক্লিবনো তাকপিসি?"

ঋষিকুমাব অমনা হায়রকই, "মহাবাজ, আশ্রম-পিতা কণ্ব ঋষি লৈতে হায়রবা খঙবদগী মথৌনা ফংদুনা দৈত্যশিংনা আশ্রমবাসীশিংগী যজ্ঞদা অপনবা পীবগনি হায়রবা পাউ ফংলে। অদুনা ঋষিশিংনা আশ্রমগী থৌদাং পুবিবী শকুন্তলাগা মুন্না থন্নরবা তুংদা লেপ্নখিবা রাফম অদু মহাবাজগী মফমদা হঙ্গৎলুনবা য়াথং ঐখোয়দা শিন্নবিরকই।"

"কবি তাকপিবকপগে?" বাজা দুষ্মন্তনা হংলকই।

ঋষিকুমার অদুনা হায়রকই, "মহারাজ, নুমিৎ খরনিদং আশ্রমদা লৈবিদুনা ঐখোয়না তৌগদৌবিবা যজ্ঞ অসি ঙাকপিনবা হায়জবকই। অদুবু—"

মহাক ৱা মখা তাবা ঙমদ্রদুনা মরু লুকথদুনা তুমিন্না লৈপ্লে। মহাক্কী মওং-মতৌদু উবদা ঙকচাননা মহাবাজনা হাযবকই, "ৱা মখা তাদ্রবদি কৈদৌবে?"

ঋষিকুমাব অদুনা মপুক্লিংদা নুংশাথিজবগা লোয়ননা হায়বকই,'ইচল-ইবেম্মা শকুন্তলানা ৱাফম অমসু হাযবকই, মদু হঙ্গৎচগদবা ঙম্লোইদৌবে।"

"কবিগীনো?"

ঋষিকুমাবদু কীজবনা পাউখুম পীবা ঙমদ্রে, অদুম মক লুকথদুনা লৈপ্লে। মহাক্কী মতৌ অসি উবদা দুষ্মন্তনা হায়বকই, "অফবা ৱাবু ওইববসু ফত্তবা ৱাবু ওইববসু শকুন্তলানা হাযবকপা অদু করিমতা চিংনদনা তশ্বিয়ু।"

পাউদু তমগদবা পাক হেক ঙমদদুনা ঋষিকুমাব অদুনা ঙাইহাক ইক-আক তৌদুনা লৈবগা কীজবনা তনিক্লবা খোম্লোক্তা হায়বকই, "মহাবাজ, ঐখোযগী ইচল-ইবেম্মা শকুন্তলানা হায়বকই, মহাবাজনা কবিগুম্বা অযম্বা পাংদবা মীশক ওইরবদি ঐখোয়গী যজ্ঞ হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা চৎপিখিবা য়াগনি। অদুগা চীংয়া-তময়াদা লৈবী চমজববী নুজাশিংদা শক লোৎতুনা ইশাগী মিংচৎ ময়েং তাবা যাবা থৌদৌ অমুক হন্না কনাগী মফমদসু তৌবিদ্দনবা নিংশিংলকই।"

অহানবগী ৱাফম অসিদা শিংনবগী ৱাখল্লোন চেল্লি, মবম অসিনা বাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা শাউনিংবা পোকহনপ্রে। অদুবু অকোনবগী ৱা অসিদদি মপুক্লিংদা ঈকাইবা পোক্লক্তুনা মহাক মক থোক লুকথদুনা লৈপ্লে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈদুনা মাংঙুরবা মথৌনা খোমজিঙ্গরগা হাযরকই, "ঐনা কনাগুম্বীশিংগী মফমদা শক লোৎখিবা অদুগী ইবাল ইশানা য়াজবকই হায়না তশ্বিয়ু। অদুগা মসিমসু তশ্বিক, মদু ওইববসু ঐ অয়ম্বা নুপাদি নত্তে, অদুনা ঋষিশিংগী যজ্ঞ লোইদ্রিবা ফাওবা কনানসু অপনবা পীরবা ঙমদনবা ঐনা চেকশিন্না ঙাক-শেনগনি, মসি ঐগী অবেপ্পা ৱাফম্নি।"

অসি হায়রগা মহাক্না ঙাক-শেনবশিংদা সারথিদা থিন্দনা রথ থৌরাং তৌদুনা থম্লবা অদুগা সেনাপতিবু খুদক্তা কৌরক্লবা য়াথং পীরে।

ঋষিকুমার অনীদু মহারাজগী মফমদগী বিদায় লৌরগা হনরে।

মাধব্যনা খল্লকই, হৌজিক্তি হাকথেবা মফমদা খুৎ থাজিনবা হায়বা অদুমক মহারাজগী মফমদা চপচানা থোক্লরেদনা। অদুগীসু থক্তা শকুন্তলা হায়বী অদুনা মঙোন্দা য়াম্না হৈ-শিংনো চাবি থাজিনব্রেদনা।

রাজা দুষ্মন্তনা মঙোন্দা য়েংদুনা হায়রকই, "করি খল্লিবনো মরুপ? নহাকপু শকুন্তলাদু মশক উনিং-লাক্লিংদব্রা?"

মাধব্যনা শকফম হন্জিন্দুনা হায়রকই, "উনিংলম্বনি, অদুবু হৌজিক্তি দৈত্যগী পাউ অসিনা নিংহন্নহল্লে।"

মতম অসিদা কোনুংদগী রাজমাতাশিংগী পাউ পুদুনা করভক লাক্তুনা নিংথৌদা খুরুম্নরে। মহাকপু উবদা দুষ্মন্ত নিংথৌনা হাইফেৎ নুংশাথিনা হংলকই, "কবি পাউ পুবকপগে করভক?"

করভক্না হায়রকই, "মহারাজ, রাজমাতাসিংনো 'পুত্রপিণ্ড পালন' হায়বা উপবাস অদু তৌগদৌরি। মরম অদুনা রাজমাতাশিংনো মহারাজবু কৌরু হায়দুনা লাকচবিবনি।"

নিংথৌনা খল্লকই, অসোমদনা রাজমাতাশিংগী অকনবা যাথং, অদুগা সোমদনা তপস্বীশিংগী থবক। অনীমক তৌদবা যাদবা ঙাক্তনি, করম্বনা তৌবগা করম্বনা থাদোক্কদগে?

মহাক তৌকম খঙদদুনা ৱাখলদা উংদুনা লৈরে।

মাধব্যনা দুষ্মন্তগী মপুক্লিংগী ফিভম অদু ভাব তাদুনা হায়বকই, "মহাবাজ, নুং অনীগী মরক্তা হা ওইবা হায়বদু ওইরেদনা!"

বাজা দুষ্মন্তনা ঙাইহাক মওল মওল খল্লবা তুংদা হায়বকই, "মরুপ নহাকপু রাজমাতাশিংনা মচামক্কি হায়না লৌরিবনি। অদুনা নহাক্না মচা অমা ওইবগী থৌদাং পাংথোকউরো। অদুগা ঐদি আশ্রমগী থবক থাদোকপা য়াদদুনা লৈহৌবে হাযনা তমদুনা রাজমাতাশিংনা ৱারৌদনবা শিল্লুরো।" ❑

## তরুক

য়াম্না চেকশিন্না পুকমেন-পাউমেন্দুনা মরুপ মাধব্যবু কোনুংদা থাত্রগা রাজা দুষ্মন্ত মপুক্লিং মকালাম্না রথদা কাখৎতুনা ফম্লরে। সারথিনা শাক্তে থাবমক্তদা মখোঙ য়াংলবা শগোলশিং

অদু আশ্রম তম্না চেনবা হৌরকই।

মহর্ষি কণ্বগী আশ্রমদা রাজা দুষ্মন্ত লাক্কুনা লৈরে। তপস্বীশিংগী যজ্ঞদা য়ৈখায়-থিনগায়বা থোক্তনবা ঙাক-শেনবিনবগীদমক রাজা দুষ্মন্ত আশ্রমদা লাক্লে হায়বা পাউ তাবমক্তদা দৈত্য অয়াম্বা মফম অদু থাদোক্কুনা চেন্নখ্রে অদুগা লেমহৌবা খরা অদুসু দুষ্মন্তগী পাম্বোমগী পাঙ্গালনা মায়থিবা পীদুনা তাম্থোকখ্রে। হৌজিক যজ্ঞগী থবক্তা অপনবা খজিক-খবাক ফাওবা পীরবা কনানসু ঙমদ্রে। আশ্রম-বাসী পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ ঙাকপদা মপুক্লিং চঙনখ্রে। অহল-লমন নুপী-অঙাং পুম্নমক মীপাইবা কোক্কুনা মপুক্লিং লৈতানখ্রে। রাজা দুষ্মন্তসু মপুক্লিং মকালাম্লদুনা নুংশাম্বর চনিং তানা হোঙ্গবা ফংলে।

আশ্রমদা লৈবদা শকুন্তলাগী পুক্লিং শুমহৎথনিংঙাই ওইরবা শক্তম অদু উবা ফংগনি, মহাক্না বাহে অম-অনীদা ওইরবসু ঙাংনে-শরুনবগী তাঞ্জা ফংলবা য়াই হায়না দুষ্মন্তনা চেৎনা থাজরম্বনি। অদুবু শকুন্তলাগী মশক উবদি লায়রদুনা মাগী মতারোই অনী অদু ফাওবা মশক উবা ফংলমদে। অদুনা মাগী থম্মোয় কাচিন্দা লোৎতুনা থম্লিবা আশাগী মৈরি অদু নোংম-নোংমগী মুৎথরক্লে। অদুম ওইনমক মহাক্কী থম্মোয়দা তত্তনা ফাওবকই, মহাক্কী চাব-থকপগী মতাংদা, মাগী থবক-থৌরম খুদিংমক্তা য়াম্না চেকশিনবগী য়াম্না নুংশিবিবগী মশক্তি উদবা খুৎ অমা চঙবগুম। কনানো অমনা মকমদগী মহাকপু কুপ্না য়েংশিনবিদুনা করিগুম্বা হীরম অমতদা অশোয়বা য়াওদনবা চেকশিন্না শেন্নবিবগুম্মী। অদুনা মহাক্না কবি করিগুম্বা মতাংদা মহাকপু মতৌ অদুম্না নুংশি-চানবিবা মীৎয়েংনা য়েংবিরিবা মরুমদা লৈরিবা মীশক অদু কনানো হাযবা খঙনিংবনা থাংঙম্লক্তবা মতাং কয়া য়াওখ্রবনি। অদুবু মপুক্লিংগী বা অদু চিনবান থোক্না ফোঙদোক্কুনা কনাগুম্বগী মফমদা হংলুগদবসু মঙোন্দা ঈকাইজ না থোকই।

নোংমা দুষ্মন্তনা খল্লকই, হৌজিক্তি ফজবা শক্কী তুংনক্কম ওইবী শকুন্তলা নত্তনা অতোপ্পা কনানসু ঐগী থম্মোয়গী ঈখৌলাংবা অসি কোকহনবা ঙম্লবোই। মীৎকুপ খরা মপুক্লিং লৈতাদনা লময়ায়দা হঙৎ-হন্দা চৎতুনা লৈববা তুংদা শাংলবা নুংশামপী অমা হোন্দোক্লগা অমুক খল্লকই, অসোমদা চৎতুনা অমুক্তা য়েংলুগে, ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মা অদুগী চংখোল্লবা শকফম অদু উবা ফংব্রা! হৌজিক্তি ঋষিশিংগী যজ্ঞদা অয়েৎপা অমুক লৈব্রবনিনা ঐনা চৎনিংবা মফমদা চৎপদা করিগুম্বা অথিংবা অমতা লৈদ্রে।

অসুম্না খল্লক্কুনা মহাক খোঙলোই কনা য়াওদনা তপোবন্দা শকুন্তলা লৈরম্বা য়াই হায়না খনবা মফম অদু তম্না লাক্লে। মফম অদু য়ৌরক্লবদা লাপ্তক্না নুপী মানবা মী খরা লৈরম্বা উরক্লে। উরুম-বারুমদা লৈশিন লৈশিন্দুনা লাক্লগা মাঙদা লৈরিবশিং অদুদা শকুন্তলা য়াওব্রা হায়না য়েংলকই, মফম অদুদা লৈরিবশিংদু প্রিয়ংবদা, অনুসূয়া অমসুং শকুন্তলানি

হায়বা খঙলে। দুষ্মন্তগী মপুক্লিং মকালাম্লক্রে। মাল্লি, মাগী মীৎকী মণি শকুন্তলা অদুমক্কি! মাবু উবদা মমীৎতো শান্তি ফংজরে, থরায়গী মবেম্মা চান্নখোইবীদু নুংপাক থক্তা লৈগী শয্যাদা হিপ্লি। মাগী মতা অনীদু মাগী সেবাদা থৌ চিন্না লৈরি।

নুংশিবা হায়বা অসি য়াম্না তমথীবা লায়না মখল অমনি হায়বা য়াই। মসিনা অমুক্তংবু চিকপ্লবদি থম্মোয়বু ল্যাকশিনবা ঙ্গানা থোকই। নুংশিজরিবা মহাক অদু নুমিৎ খরনিদং উন্নদবদা নুংশিবা মাগী শক্তফমদু উনিংবনা পুক্লিং লৈতাফম খঙদবা হায়বসি নুংশিনরিবশিংগী হৌনশানি। অফ-ফত্তা, শাগে-জাত, লাইরব-ঈনাকখুনবা খায়দে নুংশিবদা। শকুন্তলা অমদি রাজা দুষ্মন্তনা ওইরিবা ফিভমসু মদুমক্কি।

মখোয় অনী অহানবা উন্নখিবা মীৎকুপ অদুমক্তদা নুংশি-তীন্না শকুন্তলাগী থম্মোয়দা চিকপ্লবনি। আশ্রমদা লৈদুনসু থৌদাংনা পুনখিবনা দুষ্মন্তনা মহাক্কা উন্নবা ল্যাকপা ঙমখিদে। মদুদা শকুন্তলানদি দুষ্মন্তনা মাবু নুংশিবিদগ্রা হায়না চিংনবা ৱাখলসু মাগী থম্মোয়দা খরমখৈ মহুম শাবা হৌখি। আশ্রমদা অতিথি ওইনা লৈরিবা রাজা দুষ্মন্তগী সেবাদা অশোয়-অঙাম থোক্তনবা মীৎকুপ পুম্জা খুদিং মহাক্কা কুপ্না য়েংশিঞ্জে। অদুবু নুংশিবা মাগী মাঙদা ফোঙনা হেক থোক্লুগদবসু আশ্রমগী থৌদাং পুবী আশ্রম-কন্যা অমা ওইবনা হৌন-লোনচৎ ৱাংমো লানবা ওইগদ্রা চিংনজবনা থম্মোয়দা হন্না হন্না অথিংবা পীরখি। অদুগা ঈকাই-ইকী পুম্বা থাদোক্তুনা পাম্মুবা মাগী মফমদা নুংশি-ভিক্ষা নিরুগদবসু নুজা মপোক্তা পোকপনা তৌওম্বী তাদুনা তোক্কদ্রা চিংনজবনা অদুক হাক্না ইচংথৌরুব্বসু ঙমজদে। পাম্মুবগী শকফমদু উজনিংবগী মৈচাক্তি নোংম-নোংমগী কনখৎলকই। মপুক্লিংগী অথুপ্না ৱাদু কনাগুম্বগী মফমদা তমথোক্লবদি খরমখৈ ময়েং তাবসু য়াবনি। অদুবু চিংনজবা ৱাখল কয়ানা থিংখিদুনা মাগী চান্নজরবী মতারোইশিংগী মফমদা ফাওবা থম্মোয়-হাংদোক্না পাউদমজবা ঙম্নমদে। মহাক্কী থম্মোয়দা ওমদুনা তাংথক নাইদনা চাকখৎলক্লিবা নুংশি-মৈচাক অদুনা হৌজিক্তি তশেংনা লায়না ওইরক্তুনা মহাক অনাবা লোয়রবা মাগী পাংখক ওইরবনি।

রাজা দুষ্মন্তনা মোংশোং মকমদা লোৎতুনা মমীৎ কুপকনি হায়বা ফাওবা কাউথোকপমখৈ চান্নবীগী থম্মোয় শুমহৎলবা শক্তমদু য়েংদুনা খল্লকই, শকুন্তলাবু মশা কন্না ঙমদ্রবা? মহাক্কা নারিবসি শারবা নুংশাদা ঈশিং চায়বনরা, কনানা খঙগনি ঐনা মাতবু খন্দুনা লৈবগুম মানসু ঐবু খন্দুনা লৈবদা মশা য়াম্না শোকচিল্লব্রা?

মপুক্লিং চরাং-খোইরাংনেনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরবা তুংদা মহাক্কা অমুক খল্লকই, হোয়, মদুদা চিংনরুনিংঙাই থোইদিং মখায় অমা ফাওবা লৈতে। নুংশাস্কর ফুইনা হোনবদা মাগী হিদাক তৈরবা মকাফল্লবা থা অনীসু ঈথক হৌবগুম অনেম-অবাং নাইবগা লোয়ননা তনিক তনিক্লি, মখোক য়াওবা থম্বালনা খুজি ওইনা শিরিবা অদুসু ইহিক হিকথরে। নুংশা

অমদি নুংশিবগী মৈচাক অনী অসি য়াম্রে হায়না লৌরসি, অদুবু মখোক কায়ক্লিবীশিংবু ওলাং থাগী মৈশানদি অসিগুম্বা ফিভম ওইহনবা থক ওমগ্রেই।

মখোয়না বারী শানবা তাননবগীদমক রাজা দুষ্মন্ত খরগা চঙশিল্লগা উরী-বারীগী মরক্তদা লৈশিন্দুনা লৈররে।

মতম অদুদা প্রিয়ংবদানা অনুসূয়াগী নাকোং ময়াদা চঙশিল্লগা তুমিন্না হায়রকই, "অনুসূয়া, ঐ খঙলবনি, মহারাজবু উরম্বা খুদক অদুদগী ইতা-ইবেম্মা শকুন্তলা অসি মহাক্কী মাখলদা লুপ্তুনা লৈখিবা। মদু নত্তনা অতৈ মরম করিসু ওইরোই।"

অনুসূয়ানসু মহাক্কী নাকোংদা তুমিন্না হায়রকই, " ইতা, ঐসু মদুমক খল্লম্লিবনি।" হায়রগা মহাক্লা খোঞ্জেল হৌনা শকুন্তলাদা হায়রকই, "ইতা-ইবেম্মা, নহাক্কী নুংশি-মৈচাক অসি য়াম্না কম্না উরে।"

রাজা দুষ্মন্তনা মপুক্লিংগী মাখল অনুসূয়ানা হায়রক্লে খন্দুনা শকুন্তলাগী পাউখুম তাননবা মনা থাঙ্গৎলক্লে।

শকুন্তলানা মঙক খিত্তং কাংখৎলগা খোঞ্জেল য়াম্না পিক্লা হায়বকই, "নঙনা হায়বিবদু করিনো ইতা? ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।"

অনুসূয়ানা হায়রকই, "তুমদবা মীহৌদোকপা মাবগুম ইতাসু খঙনা খঙনা খঙলবোই। অদুদা ইতা-ইবেম্মা, নঙগী নপুক্লিংগী মা ঐখোয়না চপ চানা খঙবদি ঙমদে হায়বা য়াই, অদুবু বারী কয়াদা অপাম-নুংশি তীন্না চিকপ্রবা মীশিংগী ওইখিবা ফিভম কয়াগী মা তাখি, মদুমক ঙসি নঙোন্দা থোক্লমাগ্নে নিংই। পুক্লিংগী লায়না অসিগী মরম তাকউ হায়বা যনা তরুন্দুনসু অশেংবা মাফম থক তাকথোক্কে, অদুগা ইতা-ইবেম্মগী হকচাংদি নোংম-নোংমগী শোকচিল্লক্লে। লায়ওং খঙদবদিনা লায়েংবা য়ারোই।"

শকুন্তলানা নুংশামপী হোন্দাক্লগা হায়রকই, "ইতা নখোয়গী মফমদা নত্তনা ঐগী পুক্লিংগী মা কনাদা অমুক তন্নুগদগে হায়য়ু? অদুম ওইনমক ঐগী নুংগী মাসি হৌজিক তমথোক্লবদি নখোয়গী থম্মোয়ন্সু অবা-মৈশা লাংবা নত্তনা কান্নবা করিসু ফংগনি নিংদে।"

প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "থম্মোযগী অবাবা হায়বসি ইশাগী ওইবা মীদা তমথোক্লবদি ময়েং তাই হায়নরিবনি। অদুননি ঐখোয়না নঙোন্দা অসুক কন্না তক্লরিবসি।"

মখোয়না ঙাংনে-শক্লরিবসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা মায়থোং লাংশিন্না খল্লকই, তশেং-নমক শকুন্তলাবু থম্মোয়-লায়নানা নারল্রা? মাগী খুইদগী চান্নজরবী মতা অনীনা তরুন্দুনা হংলবনিনা থম্মোয়গী অশেংবা মা হায়দোরক্তনদি তোক্লরোই। অদুবু মশা শোম্বনা খোঞ্জেল পিক্লা মা ঙাংবনিনা চান্নবী মাগী তানিংবনা খোইরাংনা ঙাই রিবা মাদু ময়েক শেংনা তাবা ফংলোইদ্রা খঙদে। অসুন্না খন্দুনা মহাক্লা নাকোং থাঙ্গৎতুনা শকুন্তলানা করি হায়রকপগে

হায়বা তাননবা হোৎনরকই।

শকুন্তলানা ঈকাইনা হায়রকই, "ইতা, তপোবনবু ঙাক-শেনবিরিবা মহারাজ দুষ্মন্তবু ঐনা অহানবা উখিবা মীৎকুপ অদুমক্তদগী ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়দা হায়ফম-তম্মম খঙদবা মৈচাক অমা ফাওরকখি! মদু অসুম অসুম কনখৎলকুনা হৌজিক ঐ খাংবা ঙম্লক্তে, শিগদৌরে।"

বা অসি তাবদা হায়নিংঙাই লৈতনা হৱাও-নুংঙাইজবগী ঈথক্লা দুষ্মন্তগী থম্মোয় থনগৎলক্রে। মহাক্না থম্মোয়গী ঈথক্লা লোয়ননা খল্লকই, অসুক কুইবসি ঐগী থম্মোয়না তাজনিংবনা পুক্রিং লাংতক্লনা ঙাইরক্লিবা নুংশি-মপাউ অদু শকুন্তলা মশামক্না খোঞ্জেল থোক্লা হায়দোরক্রে। ওলাংথাগী মমৈদা অতিয়া শিন্না মঙবা নোংনা জীবশিংদা খাংঙমদবা ওমচাক্লবগী মরম ওইহনবগুম নুংঙাইবসু চেলহন্দবা নত্তে। মতৌ অদুগুম্না কামদেবনা ঐঙোন্দা অপাম-নুংশিগী তেন্না থাদুনা ঐগী খবায় বাননবগী মরম ওইহল্লগা থংনবা মীৎকুপমক্তদা শান্তিগী নোংলিক খিক্লক্কুনা অবাবসু ময়েং তাহনবিরে!

প্রিয়ংবদানা শকুন্তলাদা হায়রকই, "ইতা-ইবেম্মা, পুরুবংশগী অথোইবা দুষ্মন্ত নিংথৌদি নহাক্কা মতিক চানবা মীশক্লি। নহাক্কুম্বী রূপ-গুণ খিবিক্লা লৈতেংলবী নিঙোলবু ফংজবদি মাগী মফমদা লায়বক্তুম ফবনি। অচৌবা তুরেল নত্তনা সাগরগা অতৈ কনাগা তীন্নবা য়াগদগে?"

মরুমদা লেপ্তুনা লৈরিবা নিংথৌনা মপুক্লিংদা শোঞ্জরকই, বিশাখা কৌবা থবান্মিচাক অনীনা মতম চুপ্পদা থাগা লোয়নদুনদা লৈবা অসিবু অতোপ্পা অনৌবা বা করি ওইগনি!

অনুসূয়ানা মীনুংশি উৎতুনা হায়রকই, "নিংথিবা বাহে-বাতানা ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মগী মনিং থুংহনবনা ঐখোয়গী মরুওইবা থৌদাংনি, মদু নৎত্রনে প্রিয়ংবদা?"

প্রিয়ংবদানা ঙাইহাক তুমিন্না করিনো খল্লগা হায়রকই, "থবক অমা তৌসি হায়ববু করি হায়বগে?"

"করি থবক্নো?" অনুসূয়ানা খঙনিংনা হংলকই।

"ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মবু প্রেম-পত্র অমা ইহল্লগা ঐনা করিগুম্বা লৈ মরক্তা লোৎশিন্দুনা পুরগা নির্মাল্যগী নামাদা মহারাজগী খুৎতা শিন্নরুবদি কমদৌই?" বা অসি হায়বা লোইশিল্লকপদা প্রিয়ংবদানা শকুন্তলাদা য়েংলকই।

শকুন্তলানা হৱাও-মোমোন তৌনা হায়রকই, "নখোয়না তৌবা করিগুম্বা থবক অমতদা করিগুম্বা নুমিৎতা অপনবা পীখিবা য়াওগ্রা ঐনা? মাগী নুংশি-মৈশা লাংবদা ঐগী ফিভম করি ওইরক্লবগে হায়বা নখোয়না খঙলিবনি। অদুবু মদুগা লোয়ননা খল্লিবনি, মহাক্না করিগুম্বা ঐবু নুংশিবিরমদদুনা তুকচ্চবগা লোয়ননা ঐগী প্রেম-পত্রদু লাক্কুনা হন্দোরকপা থোক্রবদি

মতম অদুদা ঈকাইবগী ঙমখৈ অমুক লৈরোইনে ইতা।"

শকুন্তলাগী মৈচাক চেন্নবা বাসি তাবদা লোৎতুনা লৈরিবা রাজা দুষ্মন্তনা খস্মোয়দা ঈহৌরক্লিবা ঈথক্তা লোয়ননা মপূক্লিংদা হায়জরকই, হে নুংশি-থোইরবী, হে ঈকাইথিগনবী, নহাকপু ঐনা থৌওইরোইদ্রা হায়না চিংনরি, অদুবু ঐদি নঙগী নুংশি-ঝাখলদা লুপ্তুনা অঙাওবগী পাংথক ওইরবনি! হৌজিক্তি ঐ ইশা ফোঙদোকপা য়াবা মতম ওইরক্রে।

সোমদা মতাশিংগী থৌইনশিন মতুংইন্না শকুন্তলানা থম্নাদা খুজিন্না হক্তুনা চিঠি ইননবা হোৎনরকই। ইবা লোইরগা মহাক্না পাদুনা মতাশিংদা তাহল্লকই, "হে নুংশি হৈতবা নিংথৌরেন, নহাক্কী পূক্লিংদি ঐ খঙজদে। অদুবু নঙোন্দা ঐগী পূক্লিং লুপথিদুনা ঐগী হকচাংদা মদনদেবনা নুংশি-মৈচাক ফংহনবিরে।"

মরুমদা লোৎতুনা লৈরিবা রাজা দুষ্মন্তনা ইখঙ খঙহৌদনা শকুন্তলাগী মাঙদা শং চঙশিন্নক্তুনা চপ লেপ্লরে।

মতৌ অসুম্না দুষ্মন্ত মাঙদা লে প্লবা উবদা শকুন্তলানা তৌফম খঙদনা হৌগৎকদবগী তৌরকই, অদুবু ঈকাইবনা মাযথোং ঙাংলপ তৌনা অদুম ফমদুনা লৈখ্রে।

নিংথৌনা হায়রকই, "থব্বায়গী মবেম্মা, মদনদেবনা নহাক্তবু মৈশা লাংহনবা নত্তে, ঐবুসু চাকহন্দুনা খাংবা ঙমহন্দ্রবনি।" লেপকক তৌবগা অমুক হায়রকই, " হৌজিক্তি ইবেম্মাগী মৈচাক অদু খরখিৎ হন্থবগুম উরে।"

মতাবোইশিং অদুনা রাজা দুষ্মন্তবু তরাম্না কৌশিন্দুনা শকুন্তলাগী নাক্তা ফমহল্লে। নিংথৌদু অহানবদদি হাইফেৎ নিংজিং-মাংজিংনরম্মী, অচুম্বনি। অদুবু শকুন্তলাদি থস্মোয়দা মথুম-মরাং হৌবনা তৌফম খঙহন্দ্রে, ঈকাইদুনা মরু লুকচাননা লৈখ্রে।

অনুসূয়ানা চিনবান মতায়দা মরৌ থাংবা মীনোক্কী মমি তাহন্দুনা নিংথৌদা য়েংদুনা হায়রকই, "ঝাবৌবিরোই হায়রবদি মতাং অসিদা ঝাফম অমত্তা পঞ্জহৌগে। মহারাজ অমদি ইতা-ইবেম্মা অনীমক মদনদেবগী নুংশি-তেন্না পাল্লে হায়বা খঙজরে। অদুবু নিংথৌরেন হায়বসিদি রাণী মশীং য়ামগল্লি হায়নৈ। অদুনা ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মনা মরম ওইদুনা তুংদা মহারাজদা অকায়বা থোক্লগদ্রা চিংনজদবা ঙমদে।"

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "রাণী ফনা য়াম্না লৈদুনসু মীৎকুপ অসি হীরম অনীদা ঐগী শাগৈগী চাউথোকচনিংঙাইনি হায়না লৌজরি, অমনা ঈশিংনা কোইশিল্লিবা ইরৈবাক, অমনা ইবেম্মখোয়গী শকুন্তলানি।"

অসি তাবদা মতা অহম্মক মপূক্লিংদা চিংনজরম্বা খরমখৈ কোক্তুনা চিনবান মতায়দা হরাও-মীনোক তমজরক্রে।

ঙাইহাক লৈরগা ইখঙ খহহৌদনা প্রিয়ংবদানা মরৌথাংনা হায়রকই, "অদুম ওইনমক

মহারাজ, হান্নবা অমদি লৈ, লৌরম্নদায়দা ভেংনা মানবী, খায়নরম্নদায়দা য়োংমানবী। অহানবা উম্নবদা মহারাজনা শক লোৎতুনা অতোপ্পা পরিচয় অমা পীবিখি, অদুগা অনীরক শুবা উম্নবা অসিদনা ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মগী প্রেমিক অমা ওইনা শজাকপিরি। মসিনা তুংদা করিগুম্বা মহারাজগী অতোপ্পা পরিচয় অমদা ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মবু শক খঙবিখিদবা থোক্রবদি কমদৌনি। হোংবা নাইবা পূক্লিংবু কমদৌনা থাজগনি।"

হায়বিবা বা অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তগী মীৎতা তন্দন পাইরক্রে,পাউখুম থিবা ফংদ্রে। অদুবু মদু মীৎকুপ খরগীনি, মহাক্কী থোপ্পা খঙহৌদনা লৌশিং অমা পাইশিনখ্রে। হায়রকই, "নখোয়গী নতারোই অসিবু ঐনা হিংলিমখৈ থাদোকপা খক ঙম্লোই। অদুগা হৌখিবা উম্নবদা শক লোৎখিবা অদুগী ইরাল অদু ঐদি ঙাকপিরম্লগনি হায়না খঙ্গরম্বনি। অদুবু—"

প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "হৌরবা অদুগীদমক্তি ঐখোয় নুংলোংজদে । অদুবু তুংদা কবি ওইরকদগে হায়বগীদি কীজবা লৈরম্বনি। মদুসু মহারাজগী থৌজালনা কোকহনবিরে।"

থোইনা লাপ্তনা লৈরিবা শজিমচা অমবু মপীগী মনাক্তা থিনবিরন্নবগী নামা থোংদুনা প্রিয়ংবদা অমসুং অনুসূয়ানা মখোয় অনীবু চিক্ল থনমদুনা চৎখিগদবগী তৌবকই। অদুবু শকুন্তলানা মখোয়বু খামজিনখ্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাগী মপূক্লিং থৌগৎপিবদুনা হায়রকই, "চান্নবী, অরেম্বদা নপূক্লিং লাংতক্করিবা করিগীনো? মখোয় চৎখ্রবসু ঐ লৈরিবসিদি?"

প্রিয়ংবদা অমসুং অনুসূয়া নোকম্নি নোকম্নি তৌনা শজি-মচা লৈবিবা মায়কৈ অদোমদা চৎখ্রে।

শকুন্তলানা চিংনজবগা লোযননা হৌগৎতুনা চৎকে তৌবদা মনাক্তা ফম্নিবা দুষ্মন্ত নিংথৌনা মাগী ফিজি পায়দুনা খামদুনা হায়রকই, "য়েংঙোই নিংথিবী, নুংশিৎ চেনবা থম্নানা নহাক্কী শাগৎলবা হকচাংদু হমাই হমজৌ হাযব্রা, নৎত্রগা নহাক্কী নিংথিজরবা খোঙদু ইতম্বাক্তা থাঙ্গৎতুনা তপ্না তপ্না নোয়দুনা সেবা তৌজৌ হায়ব্রা?"

ঈকাইথিরবী শকুন্তলানা তপ্না অদুম ওইনমক খোঞ্জেল চেৎনা হাযবকই, "পূজা তৌনিংঙাই ওইরবা গুরুজনশিংগী মফমদা ইশাবু ইবাল লৈবা মীশক ওইহনবা ঐ পামজদে। মহারাজনা ঐবু লাম্না লৌবিগনু।"

রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাবু মখুৎ অনী চঙনা কোনশিন্দুনা থমখ্রে। মদুদা শকুন্তলানা পাখৎচদুনা নাম্বোক্লবা হোৎনবদা ঙমদ্রে। দুষ্মন্তনা মাগী থোৎলবা হকচাংগী ঈনিল ফংলকপদা ক্কাওরকপা ময়াইগা লোযননা হায়রকই, "হে নিংথিবী, লৈগী শয্যাদা থম্নানা থিক-থা কুঞ্জিবী, মদু পূম্নমক থাদোক্লমদুনা য়াক্লবা নুংশা মরক্তা মহাক্কী থোৎ-নৌরবা হকচাংদু পুদুনা কমদৌনা চৎকদগেনে থম্মোয়গী মবেম্মা?"

অসি হায়রগা মহাক্না শকুন্তলাবু অমুক্কা হেন্না চেৎনা কোনশিন্নগা মশাগী চিনবান্না থেংহন্দুনা মাগী থোৎ-নৌরবা চিনবান্দা অশাবা খংকা কাহনখ্রে।

মৈনাক্তা ঘি থন্নবদি শৌদোকপা হায়বসি মহৌশানি। তাইবংপান অসিদা লৈরিবা জীব খুদিংমক নুপাগা নুপীগা হেক নকশিন্নরুবদা অসুন্না ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা থম্মোয়গা থম্মোয়গা করিগুম্বা মশক উদবা শক্তি অমনা চিংশিন্নখিবা অঙকপা নত্তে, প্রকৃতিগী মহৌশানি।

শকুন্তলানা পাখৎচবা উৎতুনা হায়রকই, "পুরুবংশগী হৌন-খঙলবা মহারাজ। ঐবু থাদোকপিয়ু। হৌন-লোনচৎ ঙাকপিয়ু। ঐহাক কান্না মৈশা লাংলে হায়বা ইশানা য়াজরি। অদুবু ঐদি থোইদোক্না গুরুজনশিংগী মীখা পোল্লিবীনি হায়বা খঙবিরিবদুনি।"

নিংথৌনা মাগী পুক্লিং ফাথবিরদুনা হায়রকই, "নহাক্না অরেম্বদা নুংশাথিরিবনি। ঈকাই-খুম্নফম ওইরবা আশ্রম-পিতানা নহাক্কী মরাল লৌবিরোই। মদুদা নত্তনা আশ্রম-কন্যা কয়া কয়া মশা মশা য়ানদুনা গন্ধর্বব মত্তা লুহোংখি। মখোয়বু পোকপা অহল-লমনশিংনা মদুদা অয়াবা পীবিখি হায়না তাই।"

মীপাইচাউরবী শকুন্তলানা কোনশিল্লিবদুদগী নাহোক্রুবা হোৎনরুরগা থম্মোয় শোকপা খোঙ্হোক্তা হায়জরকই, "থৌজালবিয়ু, ঐবু থাদোকপিয়ু। কনাগুম্বনা উখিবা থোক্রবদি মহারাজগী মিংচৎ লৈখা তাগনি। অদুম ওইনমক গুরুজনশিং বু কীজবনা মহারাজগী অপাম্বা থুংহনবা ঙমজদ্রবী তোল্লবী ঐবু কাউবদদি কাউথোকপিখিগনু।"

রা অসি তাবদা নিংথৌনা শকুন্তলাবু কোল্লিবদু থাদোকপিরে। মতম অদুদা শকুন্তলানা মফম অদু থাদোক্তুনা চৎখিগদবগী মখোঙ থাংবা হৌরকই।

তাঙ্গা অসিদা মতুংলোমদগী রাজা দুষ্মন্তনা থম্মোয়দা খাংঙমদবা মৈচাক চেন্না হায়রকই, "হে নিংথিবী, তারমদায় নুমিৎকী মঙালদা উ মমিনা উখোঙবু থাদবগুম নহাক্না চৎখিবগা লোয়ননা ঐগী পুক্লিংসু নহাক্কী তুংইন্দুনা চৎখ্রে।"

মহাক্কী রা অসি তাবদা শকুন্তলানা চৎনা চৎনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, নুংশি রাহে অসি তাবদা খোঙ থাংবা মঙম শান্নহক্রে। ফরে, অসিদা হৌরিবা উজাও অসিগী মরুম অসিদা লৈশিন্দুনা পাম্মুবা মাগী মওং-মতৌ য়েংখিগে।

অসুন্না খন্দুনা মহাক চঙশিন্দুনা উজাওদুগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈখ্রে।

মতম অদুদা মহাক্না থম্বালগা কোন্ননা মখোক্না য়েৎশিন্দুনা খুজি ওইনা শিবদু য়াওরমদবা উরক্লে। মহাক্না খল্লকই, নুংশিবা মাবু থাদোক্তুনা ঐ মীৎকুপ অমফাওবা লৈবা ঙম্নহক্রে। অদুনা খুৎকী লৈতেংদু থিবা শাদুনা পাম্মুবা মাগী নাক্তা হাল্লুরগে। অসুন্না খন্দুনা মহাক রাজা দুষ্মন্তগী নাক্তা লাক্লে।

মহাকপু উবদা দুষ্মন্ত হয়াওবগী ঙমখে লৈখিদ্রে। শকুন্তলানা নিংথৌগী মাঙদা চঙশিল্লগা হায়রকই, "ঐগী খুৎতা খুজি ওইনা শিরম্বা মখোক য়াওবা থম্বালদু তাহৌরে। মদু মহারাজনা খুজিনবিরমগনি নিংই। মদু পীবিরো, নত্ত্রবদি আশ্রমবাসীশিংনা খঙনরক্লুনা ব্রা থোক্রকপা য়াই।"

রাজা দুষ্মন্তনা মোমোন তৌনা হায়রকই, "নুংপাক অসিগী মথক্তা ফমদুনা শিবিগে হায়বা য়ারবদি পীগনি।"

শকুন্তলানা য়ারদুনা মখোয় অনী লাক্লুনা নুংপাক অদুদা ফম্নরে। নিংথৌনা শকুন্তলাগী খুৎ পায়রগা হায়বকই, "থোৎ-নৌরবা মোন-মোন লাওবা খুৎ অসি পায়বদা য়াবৌবগী মৈশানা খুইথহন্নুরবা উপালবু নৌহৌননা তেকখৎহন্নক্রে।"

অসি হায়রগা মহাক্না শকুন্তলাগী খুজেংদা থম্বাল য়াওবা মখোক্তু য়েংশিনবিদুনা খুজি ওইনা শিবিরে।

বাজা দুষ্মন্তনা মখুৎ অদুম পায়শিন্দুনা থম্বা অদুদা পাখৎচাউববী শকুন্তলানা হায়বকই, "হৌজিক্তি খুৎ থাদোকপিরো মহারাজ, ঐ চৎচরগে।"

দুষ্মন্তনা মঙোন্দা নুংশিনা য়েংলদুনা হায়রকই, "থাদোক্কনি তশেংবনি, অদুবু হৌজিক নত্তে নিংথিবী। লৈনাদা তোংদুনা লৈরাংগী খোইহিবু খোইমুনা চুপ্পা মতৌ অদুগুম্না ঐগী ঈখৌলাংলবা আত্মানা নহাক্কী থোৎ-নৌববা চিনবানগী অথুম্বা থম্মোয় পেন্না থক্রবদদা নহাকপু থাদোক্কনি।"

অসি হায়রগা মহাক্না মাগী চান্নবীবু মথাদা চেজেৎ কোনশিনখ্রে। হন্দক্তি শকুন্তলাসু মপুক্কিং ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমখিদ্রে, মশা পুন্নমক ইপঙ পঙথবকপগুম তৌরক্রে। অদুম ওইনমক খঙহৌদনা চিনবান্দা শারি শাবিবা অমা ফাওরক্রবদা জ্ঞান খংতা তারক্লুনা শকুন্তলানা পাখৎচবগা লোযননা হাযবকই, "ঐবু থাদোকপিবো।"

"ঙাইখো ঙাইহাক্তগা ঙাইখো।" দুষ্মন্তনা হায়বকই।

শকুন্তলানা য়েংথোকখিবদা খঙহৌদনা মাতা গৌতমী মাযকৈ অদোমদা লাপ্তক্না লাকপা উরক্রে। মহাক্না তৌফম খঙদ্রদুনা খুদক্তা ফিংনা হায়বকই, "ঐগী ফিভম য়েংশিনবিবা মাতা গৌতমী মায়কৈ সোমদা লেঙলক্রে। মহারাজ, যান্না থুনা উ মরুমদা লৈশিন্দুনা লোৎতুনা লৈবিরু। লেঙবিরো, থিম্বববদি খুদোংথীবা থোক্রবা য়াই।"

রাজা দুষ্মন্তদি মহাকপু মীৎকুপ অমফাওবা থাদোক্তুনা চৎনিংদে। অদুবু হায়রিবসি ঙাক্তবদি য়াদে,অদুনা মহাক তফিং তফিং চৎখিদুনা মোংশোং অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈদ্রে।

মীৎকুপ খরগী মতুংমক্তদা মখুৎতা কমণ্ডলু মচা অমা পায়দুনা গৌতমী শকুন্তলাগী

নাক্তা লাক্লে, মাগী মনঙ্গলদা মকোক্তা নান্নবিরগা কমণ্ডলুদগী জল থিকপিরে। অদুগা নুংশি-চানবিবগা লোয়ননা হায়রকই, "ইবেম্মা, নঙ নশা ঙমদে হায়বা তাদুনা লাক্লিবনি। কুশগী জল থিক্লবনিনা নশা নুংঙাইতবা পূম্বা কোক্লগনি।"

"থরা ফবগুম তৌরে মাতা।" শকুন্তলানা খোঞ্জেল তম্না হায়রকই। গৌতমীগী তুং ইন্দুনা চৎনা চৎনা শকুন্তলানা মপূক্লিংদা হায়জরকই, ঐগী ঈকাই থিগল্লবা হে থম্মোয়, নঙনা পামজবা মীশক অদুনা মখোঙনা থোংনা ননাক্তা লাক্লবা মতম অদুদদি মঙোন্দা নশা লাম্থোক্কদবা নিংজিং-মাংজিংনথি। অদুগা হৌজিক্তদা কায়নরগদ্রা হায়বগী চিংনবনা নঙগী থম্মোয় চাকপদি পকচদে।

খোঙথাং থরা থাংলুবগা শকুন্তলা খঙহৌদনা চপ লেপথ্রে। মতুং হন্না য়েংলদুনা মহাক্লা মাগী থম্মোয়গী মৈচাক চবুল অমা কাপথোরক্লে, দুষ্মন্তবু তাহন্দুনা হায়রকই, "মৈচাক্লা চাকথেক্লবা হে লতাকুঞ্জ, নিংবা কায়রক্লু, অমুক হন্না উন্নবিগনি হায়বগী আশা থনমদুনা ঙসিদি নহাক্কী নফম্নদগী বিদায় লৌজবা তারে।"

শকুন্তলা মীৎয়েংগী বাংমা লানথ্রবদা দুষ্মন্ত নিংথৌদু মায়থোং মকশিন্না হান্নগী মফমদা হল্লক্লে। তুমিন্না ঙাইহাক লৈরবা তুংদা মহাক্লা মায়কৈ মরী লৈদুনা য়েংলগা থন্না অমা খুনখৎলগা হায়রকই, "থন্না অসিমক্তদা ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মনা খুজিন্না হক্কুনা ঐঙোন্দা পীনবা চিঠি ইখিবনি। হৌজিকসু ময়েক লানা লৈরি, পাবা থোক্লি। নহাক্লা য়াতারম্বা লৈগী শয্যা হৌজিকসু নুংপাক 'থক্তা লৈবি। নঙদি চৎখ্রে, অদুবু নঙগী হকচাংগী নুংশিরবা মনমদি নুংশিংতা তীন্দুনা মফম অসিদা লৈহৌরে। ঐ মফম অসি থাদোক্তুনা চৎনিংদবনা খোঙফম অমা ফাওবা থাংদোকপা ঙমদ্রে।"

থা ঙাংনা ঙাংনা পূক্লিং লৈতাফম খঙদ্রবা দুষ্মন্তনা মফম অদুদা মতোমদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলকই। ❑

## তরেৎ

আশ্রমবাসিনী শকুন্তলাগা দুষ্মন্ত নিংথৌগা মশা মশা য়ানদুনা অহল-লমন কনা তাক্তনা প্রিয়ংবদা অমদি অনুসূয়া নত্তনা তাইবং কনা খঙহন্দনা লোম্না থুপ্না গন্ধর্ব্ব-বিবাহগী চৎনবী মতুংইন্না বর-কন্যা লৈপরেং হক্লদুনা লুহোংবগী থৌরম পাংথোকখ্রে। লৈতনা লৈতেং ওইরিবী, প্রকৃতিগী ফজবা নিংথিবা থিবিক্লা তুংনফম ওইরবী শকুন্তলানা নিংজবা থুংজরে। মঙলান্দা কয়ারক হন্না উদুনা মপুরোইবা ওইনা ফংজনবা মতম শাংনা থৌনিজরকথিবা

দুষ্মন্ত নিংথৌরেনবু মপুরোইবা ওইনা ফংজরে।

নুংঙাই-য়াইফকোন্দা মোদুম-মোন্তেক মথক্তা চাউরকপা, তৌগে খনবা তৌবদা মনীং তম্নরুবা হস্তিনাপুরগী নিংথৌরেন দুষ্মন্তনা উমং-য়াম্বদা পোকপী, মমা-মপানা নাওয়োক নাওবোল্লক্তবী, মহর্ষি কণ্বগী মথাইগোন্দা চাউরকপী, চীংয়া-তময়াদা লৈশাং তমজরকপী, শহরগী চৎনবী খঙদবী নুজা অমবু লুহোংদুনসু রাণী হাপ্পা মতিক চাগদ্রা? রাজমাতানচিংবা অহল-লমনশিংনো অয়াবা পীবিগদ্রা? অঙম-অথৌশিংনো হন্থবা মীৎয়েংনো য়েংলক্লোইদ্রা? লৈবাক মীয়াম্না করি ঙাংনখিগদগে? অদুগী মথক্তা মহাক্তি রাণী কয়ানা সেবা তৌরিবনি, মখোয়দি লৈবাক অমমমগী নিংথৌগী মচানিঙোল ঙাক্তনি, মখোয়না শকুন্তলাবু ব্যবহার তৌনা লোয়নবিগদ্রা? অসিনচিংবা য়াহংশিং অসি রাজা দুষ্মন্তনা খন্থদুনা য়েংখিদে। আশ্রম-কন্যাগী ফিজেৎনা শকুন্তলাগী ইনথৎলক্লিবা হকচাং-কয়াৎশিংবু মপুংফানা কুপশিন্দুনা থম্বা ঙমখিদে। অদুগুম্বা থোং-নৌরবা হকচাং-কয়াৎশিংদু উরুবদা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা অপাম্বগী ঈথক হৌখি। অপাম্বা অদুমক্কী থৌইনশিন্না অচিকপা মফমদা তাঙ্গা ফংবদা শকুন্তলাবু মহাক্না মথাদা কোনশিনবদা কামগী ঈথক হৌবকখি। মহাক্না শকুন্তলাবু মপুংফানা ফংজনবগী লম্বীদা অচৌবা পল ওইখিবদি শকুন্তলানা লুহোংব্রিবমখৈ মশাবু মপুংফানা লাম্থোকপা ঙম্লোই হায়খিবা অসিনি। মবম অদুনা দুষ্মন্তনা ফংগে হায়না তাক্লক্লিবা পোৎশক অদু ফংননবগীদমক কনাসু খঙহন্দনা লোম্না লুহোংদুনা মদুগী লম্বী ফাৎখিবনি। অসুম্না শকুন্তলাবু ফংনবগী উপায়দমক থিখি, অদুবু মদুনা তুংদা করি ওইবক্কদগে হায়বদি খন্থদুনা থক য়েংখিদে।

রাজা দুষ্মন্ত অমসুং শকুন্তলা অবোনবা য়ুম্বানগী নুংঙাই-ঈপাক্তা তাউদুনা মতম লেনবা হৌবকই। মতা-ইরেম্মা শকুন্তলানা পেনখিনবা প্রিয়ংবদা অমদি অনুসূয়ানা কন্না হোৎনজে। নোংমা অনুসূয়ানা প্রিয়ংবদাবু অচিকপদা পুথোক্লগা হায়বকই, "ইতা, গন্ধর্ব্ব-বিবাহগী মতুং ইম্না লুহোংদুনা ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মা অসি মতিক চাবা নুপাবু মপুরোইবা ওইনা ফংজদুনা নুংঙাই-ঈপাক্তা তাউদুনা লৈরি। অদুম ওইনমক থবায় য়াদবদি ঙমদে। নোংমদি শোয়দনা মহারাজ কোনুংদা হনখিবা তাবনি। রাজ-ভোগ চাদুনা লৈখিবা মতম অদুদা মহাক্না মফম অসিগী থৌদোক অমুক নিংশিংবিরোইদ্রা, কনানা খঙগনি।"

প্রিয়ংবদাগী থম্মোয়দসু মদুগুম্বা চিংনেবা য়াখল কয়ানা মহম শাদবদি নত্তে, অদুম ওইনমক মপূক্লিং ফাজিন্দুনা হায়রকই, "নঙগী য়াখল অদু লানবসু য়াই। অদুক হাক্না মতিক মগুণ লৈবা নিংথৌরেন অমনা কৈদৌনুংদসু অদুক্ত[illegible] থবক্তি তৌগনি নিংদে। অদুদি গুইরগা ঐনা চিংনেজবা অমদি লৈ, আশ্রম-পিতা হাক্ন[illegible] য়াফম পুন্নমক তারক্তবা য়ারোই, মতমদুদা করি থোক্লগদগে খঙদে।"

ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা অনুসূয়ানা হায়রকই, "মতিক চাবা নুপাদা ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্বু থাজবদি আশ্রম-শিতানা প্যাম্লিবনি। অদুগী মথক্তা ঈশ্বরগী অপাক্তা মতুংইন্না লুহোংখিবদুবু শুরুজন্না য়াবিরেইদ্রনে ইতা?"

"মদুবুদি অচুম্বনি, ঈশ্বরনা পূন্নমক য়াইফনবা শিনবিবা ওইসনু।" অসি হায়রগা প্রিয়ংবদা অনুসূয়াগা লোয়নদুনা আশ্রম তম্না চৎত্রে।

ঋষিশিংগী যজ্ঞ লোইরে, অদুনা রাজা দুষ্মন্তগী থৌদাংসু লোইরে। মরম অসিনা মহাক কোনুংদা হনখিবা য়ারবনি, অদুবু মাগী চান্নবী শকুন্তলাবু মফম অদুদা থনমদুনা মখোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রে।

ইকুই কুইদনা নোংমা কোনুংগী অঙত্বা অমা লাক্লে। মহাক্না দুষ্মন্ত নিংথৌদা হায়ররে, "মহারাজ, লৈবাক বায়েল চৈঙাক মপুনা মতম শাংনা কোনুং থাদোক্লুনা তপোবন্দা লৈখিবনা লৈবাক্কী অরুবা হীরম কয়াদা অপনবা ওইরে। মরম অসিনা মহারাজ সন্যাকোনুংদা ঙসিমক লেঙবিদবা য়াদ্রে। মসি রাজমাতাগী অচেৎপা য়াথংনি।"

রাজমাতাগী য়াথং হিক্তোকপা রাজা দুষ্মন্তগী মফমদদি ওইথোক্তবা ওইনা থোকই। অদুম ওইনমক মহাক্না লুহোংবা কুইদ্রিবী শকুন্তলাবু থাদোক্লুনা চৎনিংদে। অদুবু লুহোংবগী রাফম অদু হৌজিক ফোঙদোকপসু মতম চাদে খল্লক্লুনা মহাক কোনুংদা চৎপদা লেপ্লে।

লাক্লিবা অঙত্বদুবু আশ্রমগী অতিথিশালাদা চঙদুনা ঙাইহাক পোখারম্নবা হায়রম্নগা মহাক শকুন্তলাগী নাক্তা লাক্লে। অদুগা মহাক্না রাফম পূন্নমক মঙোন্দা তন্নরে।

মদু তাবদা শকুন্তলাগী কোকথক্তা অতিয়া কিন্থরক্লুনা নম্থরকপগুমদ্রে। মমীৎতা ঈরা চেন্না মহাক্না মপুরোইবগী মফমদা মাবুসু কোনুংদা পুবিনবা হন্না হন্না হায়জরকই।

মতম য়াম্না চঙনা মওং কয়াদা থেমদুনা শকুন্তলাবু য়াহন্নবা তুংদা রাজা দুষ্মন্ত তপোবন থাদোক্লুনা কোনুং পাংনা খোঙশানদ্রে।

মহারাজ চৎখিবা নুমিৎতগী শকুন্তলাদি চাব-থকপা, তুম্ব-হিপ্না পূক্নমক থাদোক্লুনা চিন্তাদা উংদুনদা লৈপ্রে, অঙাওর্ব.গী পাংথক ওইদ্রে। চান্নবী মতারোই অনীনা থেম্ব-নৌবা পূন্নমক নুংদা ঈশিং চায়বগুমদ্রে।

মপুরোইবা কায়ন-মৈশা লাংলগী শকুন্তলানা পীরাং-পীফম তৈনা নুমিৎ খুদিংগী খুদোপ অদুদা থারিবা নিংথৌগী মিংলেন অদুগী ময়েক অমমম মশীং থিবা হৌরকই। মরোল অমা মশীং থিবা লোইরবদসু মহারাজগী পাউ অমত্তা লাক্ত্রে। শকুন্তলা কল্লদনা মশিঞ্জাং ওইরক্লে। খুদোপ্তা থারিবা দুষ্মন্তগী মিং অদু নুমিৎ খুদিংগী ময়েক অমমম অসুম মশীং থিবদা মরোল কয়ারক হল্লক্লে। অদুবু মপুরোইবগী মরা-মপাউদি তাবা ফংবা লৈখিদ্রে।

মথক্তা পল্লিবা খুদোক অসিমক্তি বাগান্দা অহানবা উন্নখিবা অদুমক্তদা প্রিয়ংবদাদা পীরুবদা নিংথৌনা মনা ওইনা পীরকপনি হায়বা তাবদা শকখঙদবা অতিথি অদুদা অমুক হন্দোকখিবদু। কায়নরমদাগ্রদা হায়রিবা খুদোপ অসি পীদুনা শকুন্তলাগী পুক্লিং দুষ্মন্তনা কাথখিরম্বনি।

নোংমা অয়ুক অঙনবগী কাক্লা লানপাউ চেন্নকপা মতম অদুদা কায়না মৈশা লাংলবী শকুন্তলানা মাঙ্গোল দারি ময়াদা ফমদুনা পীরাং-শিন্থনা মপুরোইবগী দুষ্মন্তগী বাখলদা লুপ্তুনা তাইবং-জ্ঞান য়াওদনা লৈরম্মী।

তাঙ্গা অসিদা খ্বাইদগী শাউগল্লবা মহামুনি দুর্বাসা মফম অদুদা অতিথি ওইনা ভিক্ষা নিবা লাক্লে। মহাক্লা শুমাঙদা লেপ্তুনা শাউরংনবা খোঙ্হোক্তা হায়রকই, "কনা লৈবগে? অতিথি লাক্লি! ঐ লাক্লি!"

অদুবু মাঙদা ফল্লিবী শকুন্তলাদি লমদম তাম্না লৈগ্রবা মপুরোইবগী চিন্তাদা উংদুনা লৈখিবনা মুনিনা কৌরিবদু তাবা ফংখিদ্রে, অতিথি লাকই হায়বা ফাওবা খঙখিদ্রে।

থৌওই-খাওইদবা মানবা মতৌ অদুদা দুর্বাশা শাউগৎলক্লে। তাশিন-উশিন্নদনা শকুন্তলানা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোক্লিবনি হায়না খন্দুনা মহাক্লা খোঞ্জেল য়াক্লা হায়রকই, "হাই শকুন্তলা! নঙগুম্বীনা ঐবু অসুক হাক্লা থৌওইদবা! অতিথিবু থৌশাদ্রবা!"

হন্দকসু শকুন্তলাদু তাখিদ্রে, মপী অর-র শিন্থনা নুংবংননা অদুম ফমদুনা লৈখ্রে।

মতাং অসিদা য়াম্না শাউগনবা দুর্বাসাগী ঙাকপিহৈতবা অদুগা অভিশাপ তৌগনবগী বারী অমা তমজগে।

দুর্বাসানা পাখং শরী ফারক্লবা মতমদা নোংমা মপুক্লিংদা য়ুম্বানবা মতম হেনখিগদৌরে হায়না খল্লক্লুনা নুপী য়েংবা কোইচৎ চৎলম্মী। অদুবু অদুক হাক্লা শাউগনবা অদুগা শাপ তৌগনবা মঙোন্দা মপা ওইবা কনানসু মচানিঙোল থাজবা পাম্নমদে। মতৌ অসুম্না নিংবা কায়না মহাক্লা অসুম লাকপদা লম্বীদা মশক-মতৌ ফজবী মচানুপী কন্দলীগা লোয়নদুনা লাকপা উর্ব ঋষিগা থেংনরম্মী। কন্দলী শক-চু, শকওং-শাদা ফজবী লৈশাবীনি। অদুক নিংথিজবী লৈশাবীদু উবদা দুর্বাসাগী মফমদা থাজবু খুৎনা লাম্বা ফংবগুম থোকখি।

ঋষি অদুগা বারী-বাতাই কয়া শানরবা তুংদা দুর্বাসানা হংলম্মী, "মহর্ষিগা লোয়নরক্লিবী নুপীমচা অসি কনানো?"

উর্ব ঋষিনা মপুক্লিংদা চাউথোকচবগা লোয়ননা হায়রম্মী, "ঐগী ইচানুপীনি। মশক-মতৌ অসুক হাক্লা ফজরবসু মঙোন্দা দোষ অমতংদি লৈ, মচিন য়াম্না কল্লি অদুগা খৎনবা য়াম্না পাম্মী। অদুনা মাগী মমিং কন্দলী (চিনগনবী) হায়না থোল্লিবনি। মাগী ইশৌ কনবা অসিনা মরম ওইদুনা লৈশাবী মপুংফারবা অসি ফাওবা ময়ুম পানবা ফংদ্রিবনি।

অদুনা উপায় লৈতদুনা ঐনা চংগা চংগা মফমদা কোইগু পুরিবনি।"

মতম অদুদা দুর্বাসানা উর্ব ঋষিগী মফমদা কন্দলীগা মহাক্কা লুহোংনবগী বাক্তম হৌলোক্লম্মী। অদুবু দুর্বাসানা শাউগনবা অদুগা কন্দলীনা চিন্নগনবা ওইবা অদুনা মরম ওইদুনা ঋষিনা চিংনবা ফোঙদোরকপদা দুর্বাসানা বাশকুনা হায়রম্মী, "ঐনা হায়জরিবসিনি, মহাক্কা ঐগী ইফমদা চামরক লংজরকপা থোক্লবসু ঐনা ঙাকপিগনি। মহাক্কা খংনবা ফনা হৌরক্লবসু ঐনা নাদা হাপ্পোই।"

অদুগী তুংদা দুর্বাসানা কন্দলীগা লুহোংখি। কন্দলীনা মপুরোইবগী মফমদা মরাল চামরক লংশিনখি, অদুগা দুর্বাসানসু মাগী নুপীগী মরাল চামরক অদু ঙাকপিখি। অদুবু কন্দলীনা মরাল চামদগী অমা হেন্না লংশিল্লকপদা শাউগল্লবা দুবর্বসানা মাগী নুপীগী মরাল ঙাকপিবা ঙমখিদে, অভিশাপ তৌদুনা মাগী নুপীদু উংওইনা তুমহনখি।

অদুক হাক্কা শাপ তৌগনবা দুর্বাসানা শকুন্তলাগী মনা কনবা, থৌওই-উশিংতবা মানবা মতৌদু উবদা মৈ হৌনা শাউবকুনা মশা থক থক নিক্লক্লে। মহাক্কা অভিশাপ তৌদুনা হাযবকই, "ঐনা হন্না হন্না কৌরবা ফাওবদা বাখল অমদা তাউদুনা ঐ লাকই হায়বা ফাওবা খঙদবমখৈ খঞ্জবিবা মহাক অদুনা নঙবু কাউথোকপ্রসনু। নিংশিংহন্নবা ফনা কন্না হন্না হন্না হোৎনববসু অঙাওবা মীনা হৌখিবা পুন্নমক কাউথোকখিবগুম মহাক্কা নঙবু কাউবা ওইবসনু।"

অসুন্না অভিশাপ পীবল্লগা দুর্বাসা মফম অদু থাদোক্কুনা চৎখ্রে।

অসোমদা প্রিযংবদানা মতা অনুসূয়াগা লোয়ননা লৈ থিরক্লগা হল্লকপদা দুর্বাসানা শাপ তৌবদু থাগ্নগা তাবকুনা নুংশাখিনা হায়রকই, " করি মতৌনোনে তৌবিবসিবো অনুসুয়া। ঐখোয়গী ইতা-ইবেম্মা শকুন্তলানা মপুরোইবগী বাখলদা লুপ্তুনা নুংবংননা লৈবিঙেদা কনাগুম্বা ঈকাইখুম্নিংঙাই ওইবা মীশকী মফমদা মবাল লংশিল্লদুনা অভিশাপ তৌবব্রা?"

মখোয় অনী অমুক পম্বদনা আশ্রম তন্না হৌদুনা চেল্লক্লে। মখোয়না খোঙ্গাল ময়া য়ৌবকপদা উবে, মৈ হৌনা শাউরবা দুর্বাসা মুনিনা আশ্রমগী শুমাংদগী ফিংনা পর-পবপ থোবকপা। মাং-তাকপা কবিনো থোকদ্রা চিংনজবনা মখোয় অনীনা চেনশিন্দুনা মুনিদেবগী চবণদা তুজরবে।

পীরাং থাংবা খোঞ্জেলদা মখোয়না নোল্লক্কা হায়জরকই, "প্রভু, শকুন্তলাবু মুনিদেবগী নচানিঙোলমক্তি হায়না খনবিয়ু। তপকী মগুণ খঙজদবী পঙলবী নুপীমচা ওইবনা মুনিদেবগী মফমদা মরাল লংশিঞ্জখিবনি। ইতা শকুন্তলাবু হস্তিনাপুরগী নিংথৌরেন দুষ্মন্তনা গুরুজন কনা খঙহন্দনা লুহোংদুনা মতম খরা লৈমিন্নরল্লগা য়াম্না থুনা লৌরবা লাকনি হায়না তাকপিরল্লগা ঙসি ফাওবা য়ৌবিরক্তে। মরম অসিনা মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক্ত উংদুনা লৈখিবনা ইতানা মুনিদেব লেঙঙকই হায়বা খঙখিবদনি। করিগুম্বা মুনিদেবগী

অভিশাপ্তগী মপুরোইবনা কাউথোকপিগ্রবদি ইতাগী গর্ভ-নুংদা থমল্লিবা তাইবং মশক উদ্রিবা নুপা-নুপী শক্লাইগ্রিবা অদুসু মপা মশক খঙদবা লমজা ওইহৌরগনি। অদুনা ইতানা লংজখিবা অদু অমুক্তদি ভাকপিয়ু হায়না খুয়াখাদা তুজরি।"

মখোয়গী বা অসি ভবদা দুর্বাসা মুনি শাউবা খরমখৈ হন্থরক্লে। মরাল মচা অমগীদমক শকুন্তলাদা অহকপা চৈরাক পীগ্রে হায়বা মশানা খঙজরক্লে। অদুবু মহাক্কী অতোপ্পা উপায় লৈত্রে, কাপথোকত্রবা তেন হন্জিনবা য়াদবগুম তৌগ্রবা অভিশাপ অমুক হন্জিলহন্নবগী শক্তি কনাগীসু লৈতে। অদুম ওইনমক শকুন্তলাবু নুংশিবিবা উৎতুনা মহাক্না মখোয় অনীদা হায়রকই, "য়েংঙোই, ঐনা হায়দোকত্রবা বাদি মাংবা খক য়াররোই, অদুমকপু লৈতেংগী মশক ওইবা পোৎশক মপুরোইবগী মফমদা উহল্লবদি ঐগী শাপ কোকপা ওইরসনু"। অসি হায়রন্নগা দুর্বাসা চৎখ্রে।

প্রিয়ংবদা অমসুং অনুসূয়াদু দুর্বাসাগী বাদা মপূক্লিং খরমখৈদি ঈংথজরে।

## নিপাল

রাজা দুষ্মন্ত হস্তিনাপুরদা চৎখিবা নুমিৎ মশীং য়ামশিল্লক্লে। মহাক্না করিগুম্বা শকুন্তলাবু লৌরবা লাক্কে হায়না তশেংনা খল্লবদি নহাললনা থুংলবা য়ারবনি। খুদোপ্তা থারিবা দুষ্মন্তগী মিংগী ময়েকশিংদু নুমিৎ খুদিংগী অমমম মশীং থিবদা মরোল মরী-মঙারক শুরবনি। মরম অসিনা শকুন্তলানা মপুরোইবা লাকখিগনি হায়না মপূক্লিংগী থাজজবা অদু নোংমা নোংমগী ময়েং তাশিল্লক্লে। মদুগা লোয়ননা মহাক ঙাওচৎনবা অসুম অসুম হেনগৎলক্লে। মাগী চান্নজরবী মতারোই অনীনা মাগী মশক য়েংবদা পূক্লিংদা খাংঙমদবা মৈচাক ফাওরক্লে। মীৎকী পী থিংবা ঙম্নক্ত্রে।

নোংমা প্রিয়ংবদাগা অনুসূয়াগা চোম্নপ্না পুন্ডনা হৌরিবা লৈখোঙ ময়াদা লেপ্তুনা অয়ুক্কী ঙাম্বারনবা মশেক-মঙালনা য়ৈবদা প্রকৃতিগী ফজবা নিংথিবা হেনগৎহল্লবা পূক্লিং হুরবা দৃশ্য য়েংলি। মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজববু শিংথাদুনা মতারোই অনীনা থাগৎনরকই। অদুগী তুংদা মপূক্লিং বাশ্রৌবগী খোম্থোক্তা অনুসূয়ানা হায়রকই, "ইতা, ঐখোয়দি য়ুম্বানবা ইমুং শিংগী চৎনরোল অদুক হাক্না কুপশিন্না খঙলুবা নত্তে, অদুনা ওইরম্বা য়াই, অদুম ওইনমক হায়নিংই, মহারাজ দুষ্মন্তনা ঐখোয়গী ইতা শকুন্তলাদা য়াম্না চুমদবা লী চৎ চৎলবনি। খঙদে, মদনদেবগী অপাম্বা করিনো! মশানা হায়দোকত্রবা বাগী মমল লৈতবা মীশক অমগী মখুৎতা মহাক্না চমজরবী ইতা-ইবেম্মবু শিন্নথোকখিবসি।"

ঙাইহাক রাখলবা লুপ্তুনা লৈরবগা মহাক্লা শাংলবা নুংশামগী অমা হোন্দোরকই। হায়রকই, " অদুবু মায়কৈ অমদা য়েংলবদি মহারাজদা মরাল শিরুবা য়াদে, পুম্নমক অসি দুর্বাসাগী অভিশাপকী ফল ওইরোই হায়নিংঙাই লৈতে। অদু নত্লমল্লবদি অদুক চেৎনা পুকমেন-পাউমেল্লগ্লবদবু কোনুং য়ৌরগা চিঠি অমতসু থারক্তবদি তৌরোই। অদুগা থোকখ্রিবা থৌদোক অদুগী মতাংদা শকুন্তলাদা দোষ পীরুবসু চুল্লোই। দুষ্মন্ত নিংথৌনা লোম্না লুহোংদুনা লৌরম্লবী শকুন্তলা থাগী খোঙকাপ কায়রে হায়বসি তীর্থদগী লেঙলকপা কুইথ্রিবা পিতা কণ্বদি করিমতা খঙবা নৎত্রি। রাফম অদু ইতা শকুন্তলা মশামক্লা ফোঙদোকচরুবসু ঙম্লোই। অদুনদি থবক অমা তৌসি হায়ববু করি হায়ররগে ইতা?"

"করি থবক্লো?" প্রিয়ংবেদানা খঙনিংনা হংলকই।

"কনানো ঋষি অমা মহারাজগী নাক্তা থাদুনা পাউ লৌহল্লুনবা শিনসি।"

প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "মদুদি অফবা বানি, মদুম্না তৌরসি। মদু নৎত্রবদি ঐখোয়গী নুংশিজরবী ইতা-ইবেম্মা শকুন্তলাগী মথক্তা দোষ পুম্নমক নল্লরগনি। মহাক্তি দুষ্মন্ত নিংথৌগী লুহোং লবী নুপীনি, মীরোল্লবীনি হায়বসি পিতা কণ্বগী মফমদা পুম্নমক শেংনা তমগে খন্না খন্না ঙমদ্রে।"

মতম অসিদা ঋষিকুমার অমা চেল্লক্লগা হায়ররে, "পিতা কণ্বনা ইচেখোয়বু কৌরি।"

পিতা কণ্বনা কৌই হায়বা তাবদা মতা অনী অদু খুদক্তা থুনা য়াংনা আশ্রমদা লাক্লে। ইমুংদা চঙলকপমক্তদা মখোয়না উরে, মহর্ষি কণ্বনা মচানুপী শকুন্তলাবু কোনবিদুনা থাগৎপা ফোঙদোকপিরি। মহাক্লা আশীর্বাদ তৌদুনা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্মা, মতিক চাবা শিষ্যগী বিদ্যা চায়েংবদা গুরুগী থবায় নুংঙাইতনবগী মরম ওইদবগুম মতিক চাবা মীশক্তা মশাবু কৎথোকচরুবগীদমক ঐনা নঙোন্দা বারৌরুনিংঙাই মরম লৈতে। হয়েংমক ঋষিশিংনা নহাকপু নপুরোইবগী য়ুমদা থিলহল্লগনি। নুংঙোংবা খিবিক থাদোক্লুনা মায়থোং মকালাম্লো নুপীমচা। ঐনা হোম তৌফমদা চঙলুবা মতমদা ইখঙ খঙহৌদনা আকাশবাণী ল্যাউথরকই, 'হে ব্রাহ্মণ, হস্তিনাপুরগী নিংথৌরেন দুষ্মন্তনা পীজবা হৈরাং লোঞ্জা চারুবদগী জগৎকী য়াইফনবগীদমক শকুন্তলাগী খোইজি খাদা তাওজিং হৈরু পানগ্রবনি। পুকনুংদা লৈরিবা অঙাং অদু তাইবংপান্দা অথোইবা মীশক অমা ওইরগদৌরিবনি।' মরম অদুনা নহাক্লা গুরুজন কনাগী বা য়াওদনা লোম্না লুহোংলুবগী মরালগীদমক নপুক্লিংদা তুখুক্লিবদু থাদোক্লো। নঙগী গর্ভদা লৈরিবা জীব অদু খাংউ থক্তা মাংহনখিবা য়াবা নত্তে, চেকশিনগদবনি।

শকুন্তলাগী অরোনবা লীচৎ অদু আশ্রম-পিতানা খঙলকপা থোক্রবদি অচৌবা বাথোক ওইরক্কদ্রা হায়বগী চিংনজবনা মতা অনী অদু য়াম্না থবায় বাজরম্বনি। অদুবু মখোয়গী বাখল্লোনদুগী ওম্ন-তৈনবা থৌদোক অসি উবদা মখোয় ঙকপগা লোয়ননা নুংঙাইজবগী

ওমখৈ লৈখিদ্রে।

মতম অদুদা মহর্ষি কণ্বনা মখোয় অনীবু উরক্লে, হায়রকই, "নখোয়গী নত্তা শকুন্তলাবু নুপা ময়ুমদা হয়েং নোংঙানবগা থিনবিথিবা তারে। অদুনা নখোয় অনীদা মহাক্কী চৎননবগী থৌরাং পুন্নমক শিন্নরবনি।"

"ফনি পিতা।" হায়রগা মখোয় অনী মহর্ষিগী আশ্রমদগী থোরক্লে। অনুসূয়ানা চৎনা চৎনা হায়রকই, "পাউ অসি তাবদা নুংঙাইবগা লোয়ননা থম্মোয়দা অৱাবসু ফাওরকই।"

প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "অচুম্বনি, ঐখোয়গী ইতা শকুন্তলানা ঐখোয়বু থাদোক্তুনা চৎত্রগনি খল্লুবদা বাদবদি ওমদে; অদুম ওইনমক ইতা মহাক্না নুংঙাইজখিবদু ঐখোয়গীসু নুংঙাইবনি।"

থংনবা নুমিৎতা নুমিৎনা তরং তরং থোরকপা মতমদা শকুন্তলা পুখ্রীদা ঈরুজরুদুনা কারক্লে। অদুগা প্রিয়ংবদা অমদি অনুসূয়ানা মহাকপু নিংথিনা ফিজেৎ-লৈতেংবিরে।

চেং তিংথৌ খুৎতা পায়দুনা স্বস্তিবচন পাঠ তৌরগা তপস্বীশিংনা শকুন্তলাদা আশীর্বাদ তৌদুনা হায়রকই, "কন-থৌবা নচানুপা অমা পোকচৌ।"

অসুম্না আশীর্বাদ পীরম্লগা মখোয় হনখ্রে।

মমাশক্না নাওয়োক-নাওকোনবিরকপী গৌতমীনা চঙলক্তুনা শকুন্তলাবু মথাদা চেজেৎ কোনবিদুনা নুংশি-চানবিবা উৎলরে। মহাক্না আশীর্বাদ তৌদুনা হায়রকই, "ইমাগী ইবেম্মা শকুন্তলা, নপুরোইবনা লুনা-চান্না তৌবিদুনা নুংঙাই-য়াইফ না পান্নু।"

মমা শক্লবী গৌতমীগী বা অসি তাবদা শকুন্তলাগী থম্মোয়দা মাতৃ-প্রেম ঈহৌরক্তুনা মপী অর-র শিন্থরক্লে।

"নুপামযুমদা চৎলমদায়দা কপ্পা হৌনদে ইবেম্মা, হৌজিক্তি নপুক্লিংদা নুংঙাইবা বাখলদমক খনগদবনি।" অসি হায়রদুনা গৌতমীনা মফি ফিজিনা মচানুপীগী মমীৎতগী শিন্থরক্লিবা মপীদু তৈথোকপিরকই।

তাঙ্গা অসিদা প্রিয়ংবদা অমসুং অনুসূয়ানা শকুন্তলাগী মনাক্তা চঙশিন্নক্লগা হায়রকই, "ইতা, নশাদা পোৎলম খরা তৈবি-নানবিগদবা বাৎলি।"

মখোয় অনীনা মশাদা তৈবি-নানবরিকপা অদুদা শকুন্তলানা শাংলবা নুংশামপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "মতুংদদি ইতাশিংনা অসুম্না নুংশি-চানবিবসি অমুক হন্না ফংজররোইদো।" বা অসি ঙাংনা ঙাংনা মমীৎতগী পী শিন্থরক্লে।

"অদুম্না কপ্পা হৌনদে, মঙ্গলগী মতমদা পী তারবদি অমঙ্গল ওই হায়নৈ।" অসি হায়দুনা অনুসূয়ানা শকুন্তলাগী শিন্থরিবা মপী তৈথোকপিরকই।

প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "ইতা, নহাক্তি হস্তিনাপুরগী মহারাণী ওইদুনা লৈমকোলদা

নুংঙাই-য়াইফনা লৈরক্নগদবনি।"

মহর্ষি লাক্লুনা থোঙজিন ময়াদা চঙশিল্লক্লগা চপ লেপ্তুনা মচানুপী শকুন্তলাগী নিংথিজরবা শক্তমদু নুংশিনা য়েংলকই। ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না নুংশামপী অমা হোন্দোক্লগা মপুক্লিংদা হায়জরকই, ঐগী ইচানুপী শকুন্তলা ঙসি নুপামযুমদা চৎথিগদৌরে খল্লুবদা ঐগী থম্মোয়দা খঙহৌদনা মৈচাক অমা ফাওরক্লে। ইহৌরক্লিবা পী থিংননবা হোৎনরম্বদা খোঞ্জেল ফাজিল্লক্লে। অবা-চিন্তাদা মীৎয়েং শাম্লক্লে। কয়াদা ঙকপ্রবা। মচা নুংশিবনা করিগুম্বা ঐখোয়গুম্বা তপোবনবাসীশিং ফাওবনা মতৌ অসুম্না পুক্লিং লৈতাফম খঙপ্রবদি য়ুম্বানবশিংদি মচানিঙোল কায়নবগী মৈচাক খাংবা কয়াগী মতিক ৱারিগদগে?

গৌতমীনা মহর্ষিবু উরক্লুনা শকুন্তলাদা হায়রকই, "ইবেম্মা, নঙগী পিতৃদেব লেঙলক্লে। হরাওদুনা নঙোন্দা য়েংলিবা মীৎয়েং অসি নঙবু নুংশি-চানবিনা কোনবিবগুম্মী। হৌন-লোনচৎ ঙাকউ, পিতৃদেব খুরুম্মু।"

মহর্ষি কণ্ব আশ্রম মনুংদা চঙলক্লে। মৌগী ফিজেৎ-লৈতেংবদা চাংদম্লিংঙাই লৈতনা ফজরবী শকুন্তলানা ঈকাইজবগা লোয়ননা পিতৃদেব কণ্বদা খুরুম্লরে। মহর্ষিনা মাগী মখদাং শোকপিরগা নুংশিবিবগা লোয়ননা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্মা, শর্মিষ্ঠানা যযাতিগী খ্বাইদগী অচানবী ওইখিবা অদুগুম্না নঙসু নপুরোইবগী অচানবী নুপী ওইয়ু। শর্মিষ্ঠানা পুরুবু মচানুপা ওইনা ফংজবগুম্না নঙসু মতিক-মগুণ লৈবা নচানুপা পোকউ, নিংথৌরেনগী মমা ওইয়ু।"

গৌতমীনা হায়রকই,"ইবেম্মা, তাকপিরিবসে বরনি, আশীর্ব্বাদ নত্তে।"

মহর্ষিনা হায়রকই, "যাত্রাগী পুংফম ওইরক্লে, নখোয় মপালদা থোরক্লো।" হায়রম্লগা ইমুংদগী থোকপ্লে।

মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না ময়াম মপালদা থোরক্লুনা মাঙোলদা লেপ্লরে। আশ্রমগী পাক্লম্বা শুমাংদা আশ্রমবাসীশিং শকুন্তলাবু কায়নরমদায়দা অমুক্তং মশক য়েংহৌনবগী আশাদা পৈদুনা লৈররি।

মহর্ষিনা শুমাংলোমদা কোৎয়েং য়েংলগা হায়রকই, " শার্ঙ্গরবখোয়দি কদায়দা চৎপ্রে? হৌজিক যাত্রা তৌরগদবনি।"

শিষ্যশিংনা চঙশিল্লক্লগা হায়রকই, "প্রভু, ঐখোয় সিদা লৈজরে।"

মহর্ষিনা মখোয়দা য়েংদুনা হায়রকই, "নখোয়গী নচল-নুপী অসিবু হস্তিনাপুরগী কোনুংদা পুরগা দুষ্মন্ত নিংথৌগী মখুৎমক্তদা শিন্নরমগদবনি। লম্বী চৎপদা নখোয় য়াম্না চেকশিনগদবনি।"

অসুম্না কয়া পুকমেন-পাউমেন্দুনা মহাক্না মচানুপী শকুন্তলাবু শার্ঙ্গরব, শারদ্বত অমসুং মমা শকপী গৌতমীদা চেকশিন্না শিন্নপ্রে।

আশ্রম-পিতাগী য়াথং মতুংইন্না মখোয়না শকুন্তলাবু পুদুনা যাত্রা তৌরক্লে। মহর্ষি কণ্ব, প্রিয়ংবদা, অনুসূয়ানচিংবা মতারোইশিং অমসুং অতৈ আশ্রমবাসী কয়াসু শকুন্তলাবু আশ্রমগী ওমথৈ কাওবা থিল্লোকপা লাকই।

পুকচেল তিংবী, বাঙাং-বাতা খোইথুন্নবী, মথক-মখা খঙনা চৎপী, কনাদসু করিগুম্বদসু অকনবা খোন থাদবী শকুন্তলাবু আশ্রমবাসী খুদিংমক্তা নুংশিবি-চানবি। মহাক তপোবন থাদোক্তুনা চৎপ্রগনি খল্লুবদা মপী থিংবা গুম্বা আশ্রমবাসী কনাসু য়াওদে। শকুন্তলানা তপোবনবাসীশিংবু ইমুং-মনুং ওইনা খঙ্গবগুম তপোবনগী উ-ৱা, হৈ-লৈ, শা-উচেক পুন্নমকপুসু মথবায়দগী হেন্না নুংশিজে। অদুনা মহাক অপাম-নুংশি থুংনরগনি হায়বগী নুংঙাই-ঈপাক্তা যম্না তাউদুনসু মপূক্লিংদা ময়াম অদুগা কায়নবা তারে খল্লুবদা থম্মোয় কায়দুনা শিঙ্করক্লিবা মপী থিংনবা হোৎনবা পুম্বা অরেম্বদা তাপ্রে।

খরা চৎলগা শকুন্তলা খঙহৌদনা চপ লেপপ্রে। থম্মোয়গী ঈথক ফাথবা ঙমপ্রদুনা মচিন থোক্লা হায়দোরক্লে, "হে তপোবনগী উপালশা, নখোয়দা ঈশিং চায়দনা ঐ ঈশিং মরিক অমতসু থক্তবনি, লৈতেং য়াম্না পামজবী ওইদুনসু লৈনা অমা ফাওবা পৎ থৎতবনি, নখোয়না অহানবা লৈশাৎ তম্লকপা উবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাই-ঈপাক্তা তাউজবনি, অদুগুম্বী শকুন্তলা অদু ঙসিদি মপুরোইবগী য়ুমদা চৎপা তারে, নখোয়না হরাও-হরাও বিদায় পীবিয়ুকো।"

তাঙ্গা অদুদা উশাদা তোংলিবা কোকিল অমনা খঙহৌদনা খোংলক্লে। মদু তাবদা মহর্ষিনা য়াম্না হরাওনা হায়রকই, "শকুন্তলানা তপোবন্দা লৈরিঙৈগী মরুপ্পা মঙোন্দা যাত্রা তৌননবগী অয়াবা পীরিব্রা?"

খরা চৎলবা শকুন্তলা অমুক চপ লেপপ্রে। তুং ওইনা লাক্লিবী প্রিয়ংবদাবু ঙাইরগা চেৎনা কোন্দুনা পীনা থুমহৎলবা খোম্লোক্তা হায়রকই, "য়েংঙোই ইতা, আর্য্যপুত্রবু অমুক্তং উজনিংবনা পূক্লিংসে যম্না লৈতাফম খঙদদুনসু আশ্রম থাদোক্তুনা চৎপগী মৈশানা ঐগী থম্মোয়দা অকনবা চৈথেং পীররে, খোঙ থাংবা থোক্তে।"

মপী তৈথোক্লগা প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "ইতা-ইবেম্মা, তপোবন থাদোকপগী মৈচাক্লা নঙোন্দদা থম্মোয় কায়হনবা নত্তে। নঙগা কায়নরগনি খল্লুবগী কায়ন-মৈচাক্তা তপোবনগী যিভম করি ওইহল্লবগে হায়বা হন্না অমুক্তদি য়েংলম্মুদনা। শজিশিং শজিক চাগনি হায়বা খঙখিদ্রে, বাহোংশিংনু জগোই শাবা তোকপ্রে, অকংবা উনা মতৌ কমদৌনা কেল্লিবগে হায়বা য়েংউ। পুন্নমক অসি উবদা খল্লিবনি, উরীশিংনা মপী শিঙ্করিমাপ্রে!"

শকুন্তলানা থম্মোয় পুঙমদনা মাগী মতারোই নবমল্লিকা উরীগী মফমদগী বিদায় লৌদুনা হায়রকই; "বিদায় পীরো ইতা, ঙসিদগী নহাকপু থাদোক্লমদুনা ঐ লাপ্না চৎপা

ভারে।"

মহাত্মা মণী তৈথোক ভৈথোক্লা প্রিয়ম্বদাদা হায়রকই, "ইতা, ঐখী চাম্নজবী নবমল্লিকা অসি নওগী নফমদা শিন্নরম্নবনি, মাবু নোংমণী তংতনা য়েংশিনবিয়ুকো।"

প্রিয়ংবদানা কপ্না কপ্না হায়রকই, "অদুবু, ঐখোয়বুদি কনাগী মফমদা শিন্নরমদুনা চৎলিবনো?"

"আশ্রম-পিতানা নখোয়বু মহৌশাগুম য়েংবি-থিবিগনি।" হায়রগা শকুন্তলানা মৈচাক্লা থাক্লবা মীৎয়েংনা লাপ্তক্লা লৈরিবা শজি অমোম অমদা য়েংদুনা মহর্ষিদা হায়রকই, "পিতা, আদা খাংগোক ময়াদা লৈরিবী গর্ভ পুরবী শজি অমোম অসিনা অপন-অরাক য়াওদনা মচা লোক্লবদি মী থাবিরক্লুনা ঐঙোন্দা খঙহনবিরকপা কাউবিগনু।"

আশ্রম-পিতাগী অয়াবা ফংলবদা শকুন্তলানা অমুক তপ্না তপ্না মখোঙ থাংদুনা চৎপা হৌরকই। খোঙকাপ খরা থাংবমক্তদা মতুংলোমদগী কনাননো মাগী মফি ফিজি য়াদুনা থান্নরে। মহাত্মা মতুং হন্না য়েংথোকখিবদা উরে, শজিমচা অমনা ফিজি য়াদুনা লৈরম্বা। মহাত্মা হায়রকই, "পিতা, শজিমচা অমনা ঐগী ফিজিদা কয়া য়াদুনা ঐবু চৎহন্দ্রে।"

মহর্ষি কথনা নুংশিবিবগা লোয়ননা হায়রকই, "ইবেম্মা, কুশ মরোলনা মচিনবান্দা থিনবাংতুনা শোকখিবা য়ান্না পিক্লিবা শজি মচা অমবু নঙনা ইঙুদি থাও থৈবিদুনা হিদাক তৌবিবগা লোয়ননা অথোং অথোংপা নাপী খল্ল-খল্লগা পীজদুনা নচাগী পাংথক ওইনা য়োকপিখিবা অদুনি নওগী ফিজি য়াদুনা চৎহন্নিবদু।"

শকুন্তলানা কুম্থদুনা য়ান্না নুংশি-চানবিবগা লোয়ননা শজিমচাদুবু কোনবিরে। অদুগা মশাদা শিং শিং নানবিদুনা হায়রকই, "ঐগী নুংশিজরবা শজিমচা, ইতুং ইল্লক্লিবা করিগীনো? ঐদি নখোয়বু থদোক্লুনা চৎলবনি। নওগী নমা শিথ্রবদা নঙ ঐগী খুংতা চাউরকখিবনি। ঐ চৎথ্রবসু পিতানা নঙবু য়েংবি থিবিগনি। চৎলো আশ্রমদা হনগ্রো।"

অসি হায়রন্নগা শকুন্তলানা ময়ামগী তুং ইল্লকই, শজিমচা অদু মফম অদুদা অদুম চপ লেপ্তুনা মহাত্মা চৎখিবা মায়কৈদা য়ুম্না য়েংদুনা লৈহৌই, শকুন্তলানা মঙোন্দা হায়রম্বা বাদু ভাব তাবগী মতৌগুম্মী।

মপূক্লিংদা মৈশা ফনা লাংদুনসু শকুন্তলানা শজিমচা অদুদা হন্না য়েংলুদ্রে। মরমদি মাবু উরম্বদা মহাক অমুক খোঙকাপ অমফাওবা থাংদুনা চৎপা ঙম্লোই হায়বা মশানা খঙজে। মমীং পীনা থুমহংথিদুনা লম্বী মশেং-মরাং ওইনা উরক্লে।

মহর্ষিনা মচানুপীগী ফিভম খঙলদুনা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্মা, কপকনু, নপূক্লিং ফাথৌ। লম্বীদগী নমীং চোয়গনু। মীং পীনা থুমহংতুনা লম্বী উথ্রমান্নে।"

মতম অসিদা ঋষি শাঙ্গরবনা মঙোন্দা নোন্নুক্লা হায়রকই, "প্রভু, ঈশিং মপান ফাওবা

নুংশিবা মীনু খিন্দোকপা হৌনে হায়বা শাস্ত্রগী বা লৈ। অদুনা পুম্নি মশান্ন অসিদা ঐখোয়দা তাকপিগদবা পুন্নমক তাকপিরগা মফম অসিমক্তদা শকুন্তলাবু বিদায় পীবিয়ো, ময়ামসু হনবিয়ো। অসিদা হৌরিবা খোংলোবট অসিগী উরুমদা লেপ্তশিল্লসি।"

"হোয়, মদুনা ফরে, উরুম অসিদা ঙাইহাক লেপ্পসি।"

মহর্ষিগী বা মতুংইন্না ময়াম পুন্নমক উরুমদা চঙশিন্নকুনা লেপ্পরে।

মহর্ষিনা শাঙ্গরবতা হায়রকই, "রাজসভাদা চঙলগা নহাক্না শকুন্তলাবু মাঙদা থমদুনা নিংথৌদা হায়য়ু, পূক্লিং ফাজিনবদনা ঐখোয়গীদি অমতা ঙাইরবা লন্নি। শকুন্তলাগা নহাক্না লোন্ন-থুপ্না লৈরম্লিবা প্রেম অসি য়াম্না হকচিল্লি হায়বা ঐখোয় মুন্না খঙলে। অদুনা নখোয় অনীনা গুরুজন কনা খঙহন্দনা গন্ধর্ব-বিবাহ তৌখিবগী মরালদু ঙাকপিনিংঙাই ওই হায়না লৌরে। বাফম পুন্নমক অসি মুম্না খল্লরগা অতে রাণীশিংগী মতৌগুম শকুন্তলাদা অচুম্বা বিচার তৌবিদুনা মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংবিগদবনি, নশাগী নপোৎ নখুৎমক্তদা শিন্নরবনি।"

হন্দক্তি শকুন্তলারোমদা ওনশিন্দুনা মহর্ষিনা হায়রকই, "ইবেম্মা, মফম অসিদগী নপুরোইবগী য়ুমদা চৎলগা নহাক গুরুজনশিংগী সেবাদা নপূক্লিং চঙগদবনি। মনেম-মকুবু অপোকপা মমা-মপাম্নক্লি খন্না লোয়নরিবী মৌ অদুনা মখোয়গী মফমদগী মতম খুদিং মক্তা নুংশি-চানবিবা ফংই। অদুগা লোন্নবীশিংবু নতা ওইনা লোয়নগদবনি। নপুরোইবনা লীচৎ কায়রকপা থোক্রবসু অশাউবনা মাঙওইনদুনা ফজদবা লীচৎ উৎলোইদবনি। অদুগুম্বা মতম অদুদা পুক্লিং লাকশিল্লগা থোইথুম্নবা বাঙাং-বাতানা মহাক্কী অশোয়বদু চুমথোকপিনবা হোৎনগদবনি। চুমথোকপা য়াদ্রবা মপুরোইববু মরালগী মতিক চাবা চৈরাক ফংহনবসু মাগী নুপীদুগী তৌফম থোকপা থৌদাংনি। মীনাই-মীশলগী মফমদা নাপলনা ময়াই কাদুনা তাথি-তাওইনবা লীচৎ চৎলোইদবনি, থোইদোক্লদুম মখোয়গী মফমদা পুকচেল চাউবা উৎকদবনি। লোম্নবী মচাবু নবুক্তগী তাবা নচামক্লি খন্না লোয়নগদবনি। মৌনা মদুম্না তৌরবা ইমুং অদু শান্তি লৈনা, পূক্লিং মরা তপ্না পানগনি। করিগুম্বা মৌনা মথক-মখা খঙদ্রবা, ইচা-মীচা য়োংলৈ-মৈলৈ নাইরবা, মচা-মনাইশিংবু তাথি-তাওইনা তৌরবা ইমুং অদু কৈদৌনুংদসু মরা তপ্না পাদ্রোই, শান্তি লৈরোই।"

হায়রিবা অসি শকুন্তলানা মপুক্লিং চঙনা তাই।

গৌতমীনা শকুন্তলাদা হায়রকই, "ময়ুম পাল্লবী মচানিঙোল অমগী মফমদা তাকফম থোকপা থাউতাক হায়বদু মসিনি ইবেম্মা। তাকপিরিবা পুন্নমক অসি মতম খুদিংমক্তা খম্মোয়দা চেৎনা থমগদনি।"

শকুন্তলানা মপাগী খোঙ কোন্দুনা হিক-হৈনা খম্মোয় কাম্নরা কপ্পক্রে। পীনা ফাজিল্লবা খোমোক্তা হায়রকই, "মলয় চীংমা[illegible]মরু কুক্কুনা তুরক্রবী চন্দন পাম্বীগী মতৌগুম্বী

ঐখু মুংশিরবা ইপাগী মশাইগোন থাদোক্তুনা চৎখগা মীরেবাক অদুদা মতৌ করম্দৌনা হিংলুগদগে?"

মচানুপীবু থেমজিনবিদুনা মহর্ষিনা নুংশিবিবগা লোয়ননা হায়রকই, "ইপাগী ইবেম্মা শকুন্তলা, অরেম্বদা অদুক থম্মোয় শোক্না কল্লিবা করিগীনো? অচৌবা শাগেদা চাউথোকচনা য়ুম্বুরেনবী ওইদুনা মতম চুপ্পদা থৌ চিন্না লৈরুগদৌরিবনি, নোংপোক মায়কৈদা নুমিৎপু ফংজবগুম নগুসু মতিক-ময়াই লৈবা নচানুপা পোক্তুনা নুংঙাইনা পাল্লুগদৌরিবনি। মতম অদুদা ঐখোয়বু নিংশিংনবগী মতম শংলরোইদবনি।"

শকুন্তলানা মখোগুদা ভুদুনা মহর্ষিদা অমুক্কসু খুরুম্মী।

মহর্ষিনা মচানুপীবু কোনখৎপিরগা আশীর্বাদ তৌদুনা হায়রকই, "ইবেম্মা, ইপাদি মদুমক পাল্লিবনি।"

অদুগী তুংদা শকুন্তলানা ফল্লম্বদগী হৌগৎতুনা লাক্লগা প্রিয়ংবদাগা কোন্নররে। প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "ইতা, মহারাজনা করিগুম্বা নহাকপু কাউথোকখিরম্বা থোক্রবদি মাগী মিং থাবা খুদোপ অদু উৎলু।"

ব্রা অসি তাবদা শকুন্তলাগী মায়থোং দা খঙহৌদনা চঙক্লবগী মমি তাররে, হায়রকই, "অদুন্না হায়রিবা করিগীনো ইতা, কায়নরমদায় মতমসিদা অদুগুম্বা ব্রা তাহল্লিবা করিগীনো?"

পুক্নিংদা চিন্তা পুদুনসু চিনবান মতায়দা নোকপগী মমি তাহন্দুনা প্রিয়ংবদানা হায়রকই, "নুংশাথিরুনিংঙাই মরম করিসু লৈতে। অদুম ওইনমক নতা অমা ওইবনা ঐনা চুম্না ' সুম চেকশিন্নবা নিংশিংবদনি।"

থেংখিগদ্রা হায়বগী নুংশাথিজবনা শাঙ্গরবনা থুনা চৎনিংলেকপগী মওংদু উবদা শকুন্তলাসু চৎননবা থৌরাং তৌরক্লে। মপাগী মফমদগী অরোইবা ওইনা বিদায় লৌগে তৌবদা চরম যুনগৎলবা খোম্থোক্তা হায়রকই, "পিতা, করম্বা মতমদা অমুক হন্না তপোবন উবা ফং জগদগে তাকপিয়ু।"

"ফংগনি। অদুম ওইনমক য়াম্না থুনা নত্তে, সমুদ্রনা কোইশিল্লিবা মালেমগী মপু ওইরিবা নিংথৌরেন দুষ্মন্তগী লোয়নবী ওইদুনা মতম শাংনা পাল্লগা নবুক্তগী তাবা নচানুপাদা সিংহাসন শিন্নরল্লগা নপুরোইবগা লোয়ননা শান্তি অমদি নুংঙাইবগী তুংনফম ওইরবা আশ্রম অসিদা চঙজফম লৌরগদবনি।"

গৌতমী, শাঙ্গরব, শারদ্বত মিশ্র মখোয় অহুম শকুন্তলাগা লোয়ননা চৎলে।

থিন্দোকপা লাকপশিংদু তুমিন তুমিন লেপ্তুনা মখোয় চৎখিবা মায়কৈদা য়েংদুনা লৈহৌই। য়ুম্বান-পুম্নি থাদোক্তুনা ভগবত প্রেমদা লুপ্তুনা লৈরবা মহর্ষি কণ্বগী মীৎলু নাপোম অনীদা খঙহৌদনা পী ঈরা চেল্লক্লে। মহাক্না মপুক্নিংদা খল্লকই, শকুন্তলাবু মপুরোইবগী

মুমদা খিলহনখিবদা ঐ তশেংনো চিত্ত কোক্লব্রা? মচানিংঙোল হায়বসিদি মীগী মরলনি। মাবু ঙসি মপুরোইবগী মুমদা থাখিদুনা ঐহাক থম্মোয়গী পোৎলুম থাংথরবনি। মীগী মরল মপুদা পীথোকখিদুনা ঙসি ঐ হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরবনি। ঙসি ঐ মীগী শেন্দোল কোক্লবনি, অদুনা ঐ তশেংনমক য়াইফববনি। মপা অমা ওইবগী ইথৌ পাংথোকপা ঙমদুনা ঙসি ঐহাক তশেংনো ধন্য ওইরবনি। অদু ওইরবদি করিগীদমক ঐগী মীৎলুদা ঈরা চেল্লক্লিবনো?

## মাপল

রাজা দুষ্মন্ত মহর্ষি কথগী আশ্রমদগী কোনুংদা হল্লক্লে। মহাক হল্লকপদা রাজমাতাশিং, বাণীশিং অঙম-অথৌশিংদা নত্তনা সাধারণ প্রজাশিংসু হরাও-নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। ময়ামগী নুংশি-চানবিবা অদু ফংজবদা দুষ্মন্তসু মপুক্লিংদা চাউথোকচবা পোক্লকই। মহাক হল্লকপগী নুংঙাইবদা নুমিৎ খবনি হৌখ্রে।

সোমদা রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলা লুহোংবগী রাফম অদু খঙ্গানবা খবা লৈবনা নোংমা নিনি লৈরগা হায়দোক্লে হায়না খল্লকখি। মহাক্না খঙ্গানবিবা অদু অসিনি, মহাক্কী বাণীশিং মরুওইনা অথোইবী বাণী পদ্মাবতী মশক-মতৌ ফজবী, লমচৎ ফজবী, হৌন-লোনচৎ খঙবী, অহল-লমনবু কীন-থুপ্না চৎপী, অদুগা মপুবোইবা নিংবী নুপীনি। অদুগী মথক্তা বাণী পদ্মাবতীদি মতিক-ময়াই লৈবা নিংথৌ অমগী মচানিংঙোলনি। বাজনীতিগী মাযকৈদা য়েংলুরবদি মহাক্কী অয়াবা যাওদনা শকুন্তলাবু লৌশিনবদা বাজা দুষ্মন্তগী মফমদা খবমখৈ লুনা থোক্তবসু নত্তে। বাণী পদ্মাবতীদা চেল্লিবা মগুণ কয়া অদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা রাফম অদু ফোঙদোক্লবদি অচৌবা রাথোক ওইবোই হাযবসু মহাক্না মুন্না খঙই। অদুগা মায়কৈ অমবোমদনা শকুন্তলাদি মশক-মতৌ ফন্না ফজদুনসু লৈকুৎ-লৈবাযদা পোকপীনি, মমা-মপানা নাওয়োক-নাওকোন্দবী লমজানি, চাউখৎপগী মঙাল ফংদবা শহবগী চৎনবোল খঙদবা চীংয়া-তময়াদা চাউবকপীনি, অসিনচিংবা দোষ পীনিংঙাই ওইবা কযা অসিগা মহাক্কী লৈরিবা বাণীশিং মরুওইনা বাণী পদ্মাবতীগা চাংদম্নদুনা যেংলুবদা শকুন্তলাবু মাগী নুপীনি হায়না ফোঙদোকপদা থোইনা লেমজনিংঙাই ওইদবা অদুনসু অচৌবা পল অমা ওইবদবা নত্তে। মবম কয়া অসিদগী রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাগা লুহোংখিবগী রাফম অদু পাক হেক ফোঙদোকপা ঙমদদুনা খুদোংচাবা তাঞ্জা ভাইদুনা লৈবিঙে চৈবক অদুদা দুর্বাসাগী অভিশাপ থুংলখিবনি।

বাজা দুষ্মন্তদু দুর্বাসাগী অভিশাপকী মতুংইন্না শকুন্তলাবু পুমকাউ কাউথোকখ্রে।

মৃগয়া চৎলুবদা তপস্বীশিংগী যজ্ঞ ভাকথিবা অদুমখেদি মহাক হৌজিকসু নিংশিংলি। অদুবু মফম অদুদা শকুন্তলাগা থেংনদুনা মশা মশা য়ানদুনা গন্ধর্ব-বিবাহ তৌথিবগী মতাং অদুদি মহাক্কী নিংশিংবগী বাংমদা লৈত্রে।

নোংমা রাজা দুষ্মন্তনা করিনো বাখল অমদা লুপশিন্না লময়ায়দা হঙৎ-হুন্দা চৎতুনা মশাগী কাদা মতোমদা লৈরম্মী। করিগীনো খঙদে, মরম শুপ্রে লৈতনা ভসি য়াহৌবদগী মপুক্লিং নিংকোক নিংকোক লাওদুনদা লৈরকপনা মহাক লৈতাফম খঙদ্রবনি। পুক্লিংনা য়াম্না খোইদাজবা করিগুম্বা নিংথিবা পোৎশক অমা ইখঙ খঙহৌদনা উরুবদা, মতম শাংনা খোইরাংনা ভাইজরকপা থম্মোয় শুমহৎনা নুংশিবা খোপ্রেল অমা ইখঙ খঙহৌদনা তারুবদা মীওইবগী থম্মোয়দা অনৌবা বাখল অমা খংফাও ফাওরকই, তশেংবনি; করিগুম্বা মহাক মশাদি খঙজদনা হৌথিবা মপোক অমগী থুপচাননা লৈত্রবা করিগুম্বা বাফম অমা ইখঙ খঙহৌদনা মমি-শামি ওইনা য়াকাইরকপা য়াওই। মতৌ অদুগুম্না রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা মফম খঙদবা মমি-শামি ওইবা নিংশিংবা অমনা হঞ্জিন-হঞ্জিন ওৎলরি, অদুম ওইনমক মহাক্না মদু নিংশিংনবা ফনা কন্না হোৎনদুনসু ময়েক শেংনা নিংশিবদি থোক্তে।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা য়াম্না অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ কঞ্চুকী লীচৈনা শৌর শৌরদুনা রাজা দুষ্মন্তগী কাদা চঙলক্রে। মহাক লৈম-শিজকোনগী অফ-ফত্তা য়েংশিনবা মরু ওইবা মীশক অমনি।

ইথা থাজদনা কঞ্চুকী কাদুদা চঙলকপা অসিদা দুষ্মন্ত নিংথৌনা মহাক লাকপগী মরম খঙনিংবা মীৎয়েংনা মঙোন্দা য়েংলকই।

কঞ্চুকী মহারাজগী ইঙ্গিতনা থল্লবা মীৎয়েংগী পাউখুম পীবদা হায়রকই, "মহারাজ, হিমগিরি চীংশাং নাপোমগী হাইথরকপা তপোবন্দগী মহর্ষি কণ্বগী পাউ পুদুনা ঋষি কাংবু অমা লেঙলক্রি। মখোয় মহারাজগা উম্নজবা পাম্লি। মখোয়গা লোয়ননা লুহোংলবী মৌনহা-মচা অমসু য়াওরকপা উই। করিগুম্বা মহারাজনা অয়াবা পীবিরবদি রাজসভা মনুংদা—"

বা অসি তাবদা ঙকপনা নুংবংনরবা রাজা দুষ্মন্তনা আসন্দা ফম্লগা হায়রকই, "করি? করিনো হায়রিবদু? মহর্ষি কণ্বগী পাউ পুদুনা তপোবনগী ঋষিশিং লেঙলকপরা? মখোয়গা মৌনহা অমসু লোয়নরকই, মদু নৎত্রা? অদুদি চানবিদুনা ঙজা সোমরাতকী মফমদা হায়রিক্ক, মহাক্না মতিক চানা ঈকাই-খুম্নবা উৎপগা লোয়ননা লেঙবিরক্লিবা ঋষি কাংবু অদু অতিথিশালাদা ভাইহাক্তং পোথাদুনা লৈহন্নবা শিল্লু. ঐসু য়ারিমমখৈ থিল্লদনা রাজসভাদা থোরক্লগনি। মতম অদুদা মখোয়বু রাজসভাদা চঙহল্লকউ। পম্ববিরনু, চৎপিরো।"

কঞ্চুকী চৎত্রবদা মহারাজ ফম্মল্লাংদগী হৌগৎলক্রে। মতিক-মগুণ লৈরবা মহর্ষি কণ্বনা

তপস্বীশিং থারকলগী মরম খঙনিংবনা মহাক মপুক্লিং লৈতাফম খঙলন্তে। মুনিশিংগী তপস্যাদা ফংত্রবা দৈত্যশিংনা য়ৈখায়-থিনগায়বা থোকহল্লব্রা নংত্রগা আশ্রমদা কনাগুম্বা ওক্তবা মীনা লমচৎ কারল চৎলরব্রা হায়না নিংথৌনা মগুল মগুল খল্লকই।

খুদক্তা বেত্রবতীবু কৌশিল্লগা মহাক্কা লোয়নদুনা রাজা দুষ্মন্ত রাজসভা তম্না খোঙশানত্রে।

মহারাজনা রাজমসভাদা চঙলকপা মতম অদুদা অঙম-অথৌ পুন্নমক শুনা তীল্লন্নে।

ঙাইহাক লৈরগা তপস্বীশিংদু রাজ-সভাদা চঙলকই।

ঋষিশিংগী তুং ইথং থংনা চঙলক্লিবী, চুং-ফিরাল চারবী, ফিরুক খুম্বী, অদুম ওইনমক চীংলেম্না মঙাল লৈবী মৌনহাদু উবদা খঙহৌদনা মপূক্লিং লাংতক্লরক্কুনা নিংথৌনা বেত্রবতিদা হংলকই, "ময়ামগী তুং থংনা চঙলক্লিবী নুপী অসি কনানো?"

বেত্রবতিনা নুপী অদুদা মুম্না য়েংলুরগা নিংথৌদা হায়রকই, "মহারাজ, চঙলক্লিবী অসি মশক-মতৌ চংখোন্না ফজরমগনি হায়বদি খঙই। অদুবু মহাক কনানো হায়বদি হায়জবা ঙমদ্রে।"

অতোপ্পগী নুপীগী মরমদা অদুক হাক্লা খঙনিং-য়েংনিংবা উৎলুবা চুমদে হায়না খন্দোক্কুনা রাজা দুষ্মন্তনা মপূক্লিং ফাজিঞ্জনবা হোৎনরকই।

শকুন্তলানা দুষ্মন্ত নিংথৌবু উবমক্তদা মাগী থম্মোয়দা মিহুন তিং তিং চোংলক্রে। মফম খঙদবা নুংশাথিবা রাখল অমনা মাগী থম্মোয়বু খঙহৌদনা ওৎ-নৈররে। মহাক্লা মোংলক্লিবা রাখলদু ফাথনবগীদমক মপূক্লিংদা হায়জরকই, হে পুক্লিং, নঙনা করিগীদমক অদুক হাক্লা মীপাইরিবনো? আর্য্যপুত্রগী মমাঙঙৈগী প্রেম অদু নিংশিংদুনা তপথনবা হোৎনৌ।

ঋষি অনী অদুনা মহাবাজগী মাঙদা চঙশিল্লক্লগা হায়রকই, "মহারাজগী জয় ওইসনু। মহারাজগী জয় ওইসনু।"

বাজা দুষ্মন্তনা মঙক নোন্দুনা ঈখাহখুন্নবগা লোযননা হায়রকই, "মন্নাম পুন্নমকপু নোল্লুপগা লোয়ননা খুরুমজরি।"

শাঙ্গরবনা মহারাজদা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা হায়রকই, "মহারাজ, মালেমদা খ্বাইদগী কন-থৌবা মিংচৎকী উরোং খিনবা ঙম্বা নচানুপা পোক্কুনা নুংঙাই-য়াইফনা পানবা ওইসনু।"

রা অসি তাবদা হরাওবনা নিংথৌগী মায়থোং পুন্নং লংখৎলক্লে। মহাক্লা খুৎ লোম্নদুনা হায়রকই, "তাকপিরিবা অসি ঐগী ইফমদদি আশীর্ব্বাদ নত্তে বরনি।"

মহাক হৌজিক ফাওবা মচা-ধারা লৈত্রি। অদুনা মচা ফংনিংবগী রাখলনা মহাকপু মতম খুদিংমক্তা মৈশা লাংহল্লিবনি। মহাক্কী রাণী অমতা নত্তে, অদুবু মখোয় অমতা ঙসি ফাওবা গর্ভ লৈবগী খুদম উবা ফংদ্রি।

মীৎকুপ খরা ছুমিল্লা লৈররগা দুষ্মন্তনা নোল্লুল্লা অমুক হায়রকই, "ঋষিশিংনো মফম অসিদা লেপ্তবিরক্লিবা অসি মুনি-ঋষিশিংগী তপস্যাদা কনাগুম্বনা য়ৈখায়-থিনগায়বা পীরদুনরা? মদু ওইরবদি—"

শাঙ্গরবনা খা মন্নায়দা থৎচুনা হায়রকই, "মহারাজগুম্বা মতিক-ময়াই লৈবা অথৌবনা লৈবাক ঙাক্লিঙৈদা তপস্যাদা য়ৈখায়-থিনগায়বা পীরবা কনাগী মতিক ওইদে, নুমিৎ থোক্লিঙৈদা অমম্বনা চঙলকপা খক ঙমদবগুম।"

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "জগৎকী য়াইফনবগী মরম ওইরিবা ভগবান কণ্ব য়াইফবিরিদ্রা? মহর্ষিনা ঐগী ইফমদা করম্বা য়াথং পীবিরকপগে তাকপিয়ু?"

"পুন্নমক য়াইফরি মহারাজ। গুরুদেবনা মহারাজগী হকচাং তিঞ্জেন-লাইচেন্দন্না হান্নবা বাহংনা মাঙ থারগা বাফম অমসু তাকপিরকই।"

দুষ্মন্তনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই, "মহর্ষিনা মরুওইবা করম্বা বাফম তাকপিরকপগে শেংনা পাউদম্বিয়ু।"

শাঙ্গরবনা হায়রকই, " হঙ্গৎচগে মহাবাজ, আশ্রমদা চাউজরকপী, গুরুদেবগী তাংনা ফংজবী মচানিগোল, মফম অসিদা মহারাজগী চানবিবা ঙাইদুনা তুফক-তুফাই চন্না লেপ্লিবী নুপীমচা অসি মহারাজনা ইশা ইশা য়ানদুনা গন্ধর্ব্ব বিবাহগী শেংলবা লীপুম্না পুনবিগ্রে। হায়বদি মচানুপীদু মহারাজনা কনা খঙহন-উহন্দনবু ওইরবসু লুহোংবিখিবা অদু মহাক্লা হরাওনা অয়াবা পীবিরে। মরমদি মহাক্লা মহারাজবু মতিক চাবশিংগী মরক্তা অথোইবনি হায়না লৌই। অদুগা মাগী মীৎয়েংদা শকুন্তলা অসি তপস্যাগী মীৎনা শং-শং উবা মুর্ত্তি ওইনা লৌই, গুণ মান্নরবা মহাবাজ অমদি শকুন্তলাবু নুংশি-বাইথুংনহনবিরম্লগা প্রজাপতি ব্রহ্মা মতম শাংনা তুম্মুবদগী মীৎকপ থোরক্লে। মবম অসিনা পুকচেল চাউরবা মহারাজনা ইশাগী সহধর্ম্মিনী অসিবু লৌশিনবিহৌবো, মতিক চাবা ঈকাইখুম্নবা ফংহনবিবগা লোয়ননা ইনাক্তা থম্বিহৌরো।"

ঋষিগী বাসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তগী কোকথক্তা অতিয়া কিন্থরক্লুনা নম্থরকপগুমগ্রে। মমীৎতা চঙক্লবগী মমি ভাহন্দুনা হায়রকই, "ঋষিশিংনো তাকপিরিবসি করিনো? মহাক অসিবু ঐগী লুহোংলবী নুপী?"

শাঙ্গরবনা থোইদোক্লা ঙকপা ফোঙদোক্লুনা হায়রকই, "হৌজিক করি অমুক হায়বিনিংলিবনো মহারাজ? সংসারগী রীতি-নীতিদি মহারাজনা থোইনা হেন্না কুপশিন্না খঙবিরিবনি। মপুরোইবা লৈবী নুপীনা মপামদা লৈরবদি ফনসু লমচৎ ফজবী ওইসনু, মীনা মাগী মরিদা মখল মখলগী চিংনবা পোকপদি মশানা তাবনি। অদুনা মহাক অদু মপুরোইবনা চানবিবা নৎত্রগা চানবিদবসু ওইসনু, মপাক্লগী মীনা মাবু মপুরোইবগী য়ুমদা

লৈহন্নিংই।"

মতম অসিদা প্রধান মন্ত্রীনা কম্মঅদগী হৌগৎলক্লগা য়াম্না খঙনিংবগা লোয়ননা শাঙ্গ রবতা য়েংদুনা হায়রকই, "ঋষিগী বা তাজবদা ৱাফম অমা হংদনা লৈবা ঙমদ্রে। ঐখোয়না খঙজবদদি মহর্ষি কণ্বদি পূন্সি চুপ্পা ব্রহ্মচর্য্য চেৎনা ঙাক্লকপা, মুম্বানবগী আশা মপুংফানা থাদোরক্লবা মীশক অমনি হায়বসিনি। রাজসভাদা লেপ্লিবী রূপ-গুণ চংখোল্লবী নুপীমচা অসি মহর্ষিগী মচানুপী কমদৌনা ওইরিবনো হায়বা তাকপিয়ু।"

অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা খুদক্তা ৱাপাংদুনা হায়রকই, "প্রধান মন্ত্রীনা হংবিরক্লিবা ৱাহং অসিমক ঐসু হংনিংলিবনি। অদুনা অদোম্না ৱাহং অসিগী মতিকচাবা পাউখুম পীবিগনি নিংজে।"

শাঙ্গরবনা হায়রকই," অচুম্বনি মহারাজ, মহর্ষি কণ্বদি পূন্সি চুপ্পা ব্রহ্মাচর্য্য ঙাক্লক্লিবা অথোইবা মহাপুরুষনি। সিদা তুফক-তুফাই চম্না সনা-মাঙদা লেপ্লিবী নুপীমচা অসি মহাক্না পোকপা নত্তে, পিশক পিক্লিঙৈদগী মচানিঙোল শক্না য়োক্লকপনি।"

দুষ্মন্তনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি মাগী মমা-মপা কনানো? মপা-মপা অনীমক তাইবং পান থাদোকখ্রবা?"

অসি তাবদা শাঙ্গরবনা হাইফেৎ খঞ্জাননা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "মাবু পোকপা মমা-মপা অনীমক শিদ্রি, হিংলি। অদুম ওইনমক লায়বক থিরবী নুপীমচা অসিগী মফমদদি মখোয় শিখিবগা পাংখক ওইরে। মাবু পোকপা মপাদি রাজর্ষি কৌশিক্নি, অদুগা মমানা স্বর্গগী অপ্সরা মেনকানি।"

ৱাসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা করেম্নবা মীনোক্না নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "জগোয়শাবীগী মচা!"

রাজা দুষ্মন্তনা মহাকপু মতৌ অসুম্না করেম্নদুনা নোক্নরক্লনি হায়বা শকুন্তলানা করিগুম্বদসু খনখিদে। ঈকাইবনা মহাক্কী মায়থোং ইমক মকশিনখ্রে। মহাক্না কোনুংদা চঙলকপদা খঞ্জরকখি, মহাক লাকই হায়বা হেক খঙবদা রাজা দুষ্মন্তনা য়াম্না হরাওনা সিংহাসনদগী কুমথদুনা চেষ্টোরক্লগা য়াম্না নুংশি-চানবিবগা লোয়ননা মাবু লৌশিনবিরগনি। তশেংবনি, অসুম্না নুংঙাইবা আশাগী মঙলান কয়া মহাক্না শাগৎচরকখিবনি। অদুবু মদুগী তায়োম্ননা লম্নানবা মীদা শিজিন্নগদবা ৱাহৈ-ৱাতা মহারাজগী মফমদগী তাবদা অদুগা থৌওই-ৱাওইবিদবা হম্না য়েংবা মীৎয়েং-নায়েং উবদা মপুক্লিংদা নুংশাথিবা পোক্লক্লে, থম্মোয়দা মিঙ্গল দং-দং চোংবা হৌরক্লে। থানখিবা নুমিৎতকী নুমিৎ শিংবুম্ন কয়ানি হেন্দোকখ্রবা ফাওবা রাজা দুষ্মন্তনা মহাকপু লৌবিরনবা কনাসু থাবিরকখিদবা অদুদা মহাক্কী থম্মোয়দা চিংনবা কয়ানা মহম শাবা হৌরখি। মদু পূম্নমক অদু হৌজিক নৌহৌননা নিংশিংলক্লুনা মাগী

মীৎলু নাপোম অনীদা পীগী ঈরা চেন্নক্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা খোঞ্জেল চেৎনা হায়রকই, "ঋষিশিংনা তাকশিনরিবসি করিনো? ভাবনা শাবা ওইদবা বাফম অসি ঐগী মাঙদা কমদৌনা হৌদোকশিনররিবনো, ঐদি খনবদা লাম্বা ঙংদে।"

বাসি তাবদা শাঙ্গরব মপূক্লিংদা বাক্রৌরক্রে। অদুবু মপূক্লিং ফাথরগা মহাক্না কোৎচি থাংনো হায়রকই, "মহারাজগী মফমদা কমদৌনা দোষ পীরুগনি। লন-থুম মরাংকায়না নুংঙাই-য়াইফবগী ঈপাক্তা তাউদুনা লৈরিবা মখোয়দি মতৌ অসুম্না অয়-ফম্ভা জ্ঞান য়াওদবসি অয়াম্বদা উই। ইশাগী তাওজিং হৈরু পানগ্রবী সহধর্ম্মিনীমকপু অচুম্বা বিচার লৈবদা মিংচৎ লৈরবা মহারাজ দুষ্মন্ত ফাওবনা মশক খঙবা ঙম্বিদ্রি। মসি অঙকপনি।"

শাফু কন্না ফুথরকপা বা অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্ত শাউবনা মৈ হৌবক্রে। হায়রকই, "কনাগীনো মফম খঙদবা লমজা নুপী অমবু নিংথৌ ঐগী মাঙদা পুশিন্নক্রগা ঐঙোন্দা কিৎ নমদুনা পীশিন্নবা হোৎনবিরবি! অসিগুম্বা তাহে-উহৈদবা বাফম অসি তপস্বীশিংনা ঐগী মাঙদা পল্লম্বা নৎলমদদুনা করিগুম্বা অতোপ্পা মীশক অমনা হায়রবা ওইরম্লবদি ঐবু মীনম্বা বদনাম পীববগী মরালগীদমক মতিক চাবা চৈরাক পীদুনা ইতিক খঙহন্নমগদবনি।"

অকনবা খোল থারকপা অসিদা শকুন্তলাদু ঈকাই-নুংশি য়ান্নদুনা মীৎলু নাপোম অনীমক থম্মোয় ফুক্কা ঈহৌবকপা পীনা থুমহৎগ্রে, মরু লুকচান্না অদুক শাথিনা ঈকাইবা নংবগী চৈথেং অদু খাংননবা য়াম্না বানা হোৎনজরকই।

মতম অদুদা অহল ওইরবী গৌতমীনা শকুন্তলাগী নাক্তা চঙশিন্নক্রগা হাযবকই, "ইবেম্মা শকুন্তলা, ঐখোয় উপায় লৈত্রে, ঙাইহাক্তি ঈকাইবা খিবিক থাদোকউ। মায়খুম হাইদোক্লবদি নঙগী নিংথিজবা মায়থোং উবদা নঙগী নপুবোইবনা নঙবু শক খঙলকপা য়াইনা!" অসি হায়বগা মহাক্না শকুন্তলাগী মায়খুম ফি হাইদোকপিগ্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা মমীৎ কুপ্তবমখৈ শকুন্তলাগী মায়খুম হায়দোক্লবা নিংথিজবা খিবিক্না তীন্নবা অদুম ওইনমক পীরাং ৎ বো মায়থোংদুদা য়েংলকই। মহাক্না মপূক্লিংদা মতোমদা হায়জরকই, অস্ ফজত্রেদা। অঙকপা ফংনা শকহেন্লি। অসুক হাক্না ফজবী, উবদা পূক্লিং হোংঙমদ্রবী অসিনা মখোঙনা থোংনো লাক্কুনা ঐগী মাঙদা লেপ্লরি। মহাক অসিবু করিগুম্বা মতম অমদা ঐগী নুপী ওইনা ইনাক্তা চিংশিনখিব্রা, করি তৌখিবগে করিমতা নিংশিংবা থোক্তে। নোংঙান্নকপগী লিক্লা পকপা লৈরাংদা খোইমুনা খোইহি চুপ্পা ঙমদে, থাদোক্কুনা চৎপসু চৎঙমদে, ঐগী ফিভমসু মদুমক ওইরে। চাংদম্নিংঙাই লৈতনা শকহেনবী অসিবু লৌশিনবসু ঙমদ্রে, থাদোকখিনবসু থৌনা লৈত্রে।

মহাক শকুন্তলাগী শক-চু, শকওং-শাদা ফজবদু উবদা তশেংনো গুমহৎগ্রে. ফজবীদু

করিগুম্বা মীরোনবী ওইরমদদুনা মৌগী শিংদা চনবদা ওইরম্বা থোক্লবদি অপাম্বনা খুদুম চনখিদুনা মহাক্না লৌশিনবদা ওক্লিংঙাই ওইদে। মহাক্তি নিংথৌনি, মহাক্কী অপাম্বগী মায়োক্তা কনানা লেপ্পবা ঙমগনি।

মহারাজ নুংশুক-নুংজাননা লৈবা উবদা শাঙ্গরবনা হায়রকই, "মহারাজ, তুমিন্না লৈব্রি ব্রা? করিনো অমদি শৎ হায়দোকপিরো।"

দুষ্মন্তনা তিল্লাং য়োৎথদুনা অপাম-মীহৌবা ফাথরগা হায়রকই,"তাবিয়ু তপস্বীশিং, ঐনা তরেৎ-তরা থোক্না কয়ারক হন্না খন্দুনা য়েংজরে, মহাক অসিবু করিগুম্বা নুমিৎতসু ঐগী নুপী ওইনা লৌশিনখি হায়বা নিংশিংবা থোক্কে। অতোপ্পা নুপাগা অহিং য়ারেকমিন্নখ্রবী, গর্ভদা লমজা পুরবী, মশক-মশা খঙদবী মহাক অসিবু ঐনা কমদৌনা লৌশিনগদগে হায়বা ঐগী ৱাখলদদি লাম্বা ফংদ্রে। অদুগা করিগুম্বা ঐনা মাবু লৌশিল্লুবা থোক্লবসু ঐবু মীগী নুপী পাম্বা মীশক্তি হায়না লৈবাক মীয়াম্না থিনা ঙাংনখিগনি। অসিগুম্বা বদনাম অসি ঐগী কোকথক্তা থোঙ্গৎপিবা খ্বিশিংনা পাম্বিরমগনি নিংদে।"

নিংথৌগী ৱা অসি তাবদা শকুন্তলাগী মায়থোং মুশুক মুশিনখ্রে। মপূক্লিংদা খগ্গকই, ওম্থোকপনি। লুহোংখিবদু চাম্নথোইবনা নিংবা ফাওবা নিংশিংবিদ্রমাল্লে, ঐনা চাউনা শাগৎচরকপা আশা কোঙ্গোল তাকপগুমখ্রে। হে মালেম, চেকখায়রক্লোগবা, নচাবু লৌশিনবিরো।

শাঙ্গরবনা মপূক্লিং ৱারৌনা হায়রকই,"য়ারে, তোকপিরো মহারাজ। মচানুপীগী মফমদা মহারাজনা চৎখিবা অরোনবা শাজৎ অদুবু ঙাকপিদুনা অয়াবা পীবিরিবা, মতিক চাবা মীশক্তি খন্দুনা লুট তৌররিবা ডাকু অদুদা অমুক হন্না তাংলবা মরল অদু তরাম্না খুৎশিন্নবা পান্নিবা অদুগুম্বা অথোইবা মহর্ষিদুবু মহারাজগুম্বা অথোইবা নিংথৌরেন্না হজিন্দুনা ঈকাইবা পীবদা ঙক্লিংঙাই করি লৈগনি!"

ঋষিগী অশাউবা ৱা অসি তাবদা পাউখুম পীঙমদ্রবা নিংথৌ মরু লুকথদুনা লৈখ্রে।

শাউবনা মৈ হৌরবা মপূক্লিং চরাংনরবা শাঙ্গরবপু যাম্না ৱানা হোৎনদুনা থেমজিল্লগা শারশ্বতনা হায়রকই, "শকুন্তলা, ঐখোয়না হায়বা য়াবা ৱা পুন্নমক অমতা চিৎথদনা হায়রে। মহারাজনা মশাগী ৱাফমসু ফোঙদোকপিরে। হৌজিক্তি নহাক্না পাম্বা মওংদা নঙবু লৌশিনবিনবা নপুরোইবগী মফমদা হায়জরো।"

শকুন্তলানা শাংলবা নুংশামপী অমা হোন্দোক্লগা হায়রকই, "পূরিংগী ফিভম্না অসি য়ৌখ্রবা, নুংশিবগী অথুপ্পা ৱাফম পুন্নমক কাউথোকপা ঙম্লবা মহাক্কী মফমদা লৌশিং থেল্লবী তপোবন্দা চাউরকপী শহরগী চৎনরোল খঙদবী ঐনা হৌজিক করি অমুক হায়রুনিংঙাই লৈরি। নুপা ওইবশিংগী তাংকী শরৌ-লাংদা থুরবী ঐগুম্বী লায়বক থিবী

চনুরা কয়া কয়াবু তাইবংপানসিদা ঈকাই-থিরুক খুমদুনা সমাজনা খোঙাওনবিরি। অদুম ওইনমক মসিসু অচুম্বনি, ইশাগী ইরাজ লৈতে হায়বা উৎনবা হোৎনবা ফাওবদি ঐনা তৌবা মথৌ তাই।" ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা নিংথৌদা য়েংদুনা অমুক হায়রকই, "হে পুরুবংশগী অথোইবা বীর! মহারাজনা তপোবন্দা ৱাশক্তুনা লৌথুপ-লৌকোই লৈজদবী, প্রকৃতিগী তম্পাক্তা চাউজরকপী পূকচেল অনী লোংজদবী, চমজরবী ঐবু লৌশিনবিথিবনি। অদুগা হৌজিক পূক্লিং-নাচুংবা লৈতনা অসুক লায়না ঐবু শক খঙদে হায়দুনা ফং কনবিবসি মহারাজগী মফমদদি য়াম্না চম্বা ৱাফম অমা ওইরম্বা য়াই। খঙজরে, মহারাজগুম্বা খুৎকন-পাঙ্গনবা মীশক্না তৌফম থোকপা অদুগা মতিক চাবা অদুমক তৌবিরে।"

ৱাসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা খল্লকই, ঈকাইবা খঙদবী লৈখা তারবী শকহেনবী কয়ানা ওইদবা লাং থাক্তুনা তাইবংপান অসিদা ঈনাকখুনবা মতিক-মথাই লৈবা নুপাবু ফাননবা হোৎনৈ। অদুগুম্বী যাদুহৈবী নুপীগী খুৎতা তাপ্রবা নুপা অদুদি হঞ্জিন হঞ্জিন মীমাঙ থোকই, পুন্সি চুপ্পা মীৱা-মীশা লাংই, হীবম খুদিংমক্তা অরেং-অরেং পুৎথে।

অসুম্না কয়া খল্লুবদগী ফিঙ্গৎলক্রবা নিংথৌনা তুকচ্চবগা লোয়ননা হায়রকই, "ইবেম্মনা হায়রিবসি কবি ৱানো? নশাগী শাগেগী চাউথোকচববুদি থৌওইদদুনা উৎতা হৈজিনবিরে, অদুগা ঐগী শাগেবুসু কলঙ্ক পকহন্নবা থৌরাংবিবি হায়বা উজরে।"

ৱাসি তাবদা গৌতমীনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদ্রে, মপূক্লিং ৱারৌনা হায়রকই, " লৈবাক্কী নিংথৌনি, ঙম্মী হায়দুনসু বাজসভাদা ইশাগী লুহোংলবী নুপীগী মফমদা অদুক হন্থবা খোনফম শিজিন্নবিবসিদি লেমজদে।"

রাজা দুষ্মন্তনা খুদক্তা থোক ওক্তুনা করেম-কথাইনবগী সুর চেন্না হায়রকই." অহল ওইরবী তপস্বিনীনা মশক-মশা খঙদবী মাবু ঐগী লুহোংলবী নুপীনি হায়না তাকপিন্নি! ফৱে, মদু ওইববদি মহাক অসি ঐগা লুহোংখি হায়বগী খুদম ওইবা য়াবা কন্নিনো পোৎ অমদি উৎলু। মাবু ঐনা তপোবন্দা লুহোংখি হায়বগী মতিক চাবা প্রমাণ পীবা ঙম্নবদি ঐনা মাবু সভা মাঙদা ঐগী ৱাণী অমা ওইনা লৌশিনবা তাবনি।"

খুদম ওইবা য়াবা করিগুম্বা পোৎ অমতা লৈতবনা গৌতমী পাউখুম পীদনা মরু লুকচাননা লৈখ্রে। মীৎকুপ খরা লৈরগা শকুন্তলাদা শোম্বাংননা মহাক্না হায়রকই, "খন্নিবনি ইবেম্মা, অসুম্না ওইরক্লিবসি কমদৌননো! অদুম ওইনমক শুক্রবতারগী শচী হিদেন্দা ঈরুজবদা নঙগী খুদোপ অদুসু তাহলহৌরেদো।"

শকুন্তলানা খল্লকই, তুমদবা মী হৌদোকপা লুবগুম খঙশিন্নদবা রাজা দুষ্মন্তবু ঐগা মাগা লুহোংখিবদু নিংশিংহন্নবা হোৎনবা অরায়বা থবক ওইরোই। অদু ওইরবসু ঐনা ঙসি ইকাই ফিরুক খুন্নিবসি মাগী মরাললি হায়বা রাজসভাদা তীন্নিবা ময়াম-মাঙদা ময়েক

শেংনা খণ্ডহন্নবা হোৎনবা ইখৌ তাই।

অসুন্না খল্লক্লুনা মহাক্না রাজা দুষ্মন্তদা য়েংদুনা থম্মোয় পুণ্ডমদনা খোঞ্জেল পিন্না হায়রকই, "মতাং অসিদসু ঐ মায়থিরে। মহারাজনা ননাইনুবীবু চানবিবগী খুদমগী মশক ওইনা পীবিখিবা সনা-খুদোপ অদুসু শচী হিদেন্দা গঙ্গা-স্নান তৌবদা মফম খণ্ডদনা তাহৌরে। অদুনা মশক নাইবা পোৎনা খুদম পীবা ঙম্মোইদৌরি। অদু ওইরবসু অতোপ্পা প্রমাণ অমা উৎচগে। পুক্লিং লৈতানা তাবিয়ু মহারাজ, নোংমা লক্তাকুঞ্জদা থম্নাগী পাত্রদা ঈশিং হাপ্তুনা মহারাজনা পায়রম্মী। তাঞ্জা অদুমক্তদা ঐনা ইচামক্কী পাংখক ওইনা য়োকচবা দীর্ঘাপাঙ্গ কৌবা শজিমচাদু মফম অদুদা লাকই। মহারাজনা পাত্রদু লাম্ভোক্লুনা মঙোন্দা ঈশিং পীথক্লবা হোৎনবিখি, মহারাজবু শক খণ্ডদবা মরম্না মহাক ঈশিং থকপা চঙলকখিদে। পাত্রদু ঐনা লৌরগা খিত্তং চঙশিল্লুবমক্তদা মহাক ঈশিং থক্লনবা ঐগী নাক্তা পর-পবপ চঙশিল্লকখি। মতম অদুদা মহারাজনা ঐঙোন্দা লক্লদুনা হায়বিখি, জাত তীল্লবা মশেলদি চান্নে, নখোয় অনীমক তপোবন্দা লৈবা জীবনি, অদুনা অসুন্না তৌরিবনি।"

"মশাগী লমচৎ ফজে হায়বা উৎননবা নুপী ওইবীশিংনা মতৌ অসুন্না ওইদবা শাজিনবা বারীগী লাং থাক্লুনা মরন-মথুম লৈবা নুপাশিংগী থম্মোয় জয় তৌই।" অসি হায়দুনা রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাদা থম্মোয়দা য়ুগদবা বাহৈনা করেম্নবকই।

যাম্না হস্থনা ঙাংলকপা বা অসি তাবদা শাউবক্লুনা মমীৎ ঈ কানা শকুন্তলানা হাযবকই, "অদুম ওইনমক মহাবাজনা থম্মোয়-নুংশেলদা অতোপ্পা মীগী মশক য়েংবিবে, বিচাব তৌবিবে। মহাবাজগুম্বা থম্মোয় শেংদবা অতৈ অতোপ্পা কনা মালেম অসিদা লৈবিবগে, ধর্মগী ফিজেৎকী মকমদা নাপীনা কুপশিনবা গুহাগী মতৌগুম্না ফৎতবা লোনচৎ লোৎতুনা থম্বা অতৈ কনানা ঙমগদগে?"

বা অসি তাবদা বাজা দুষ্মন্ত শাউবনা মৈ হৌরক্লে। অদুবু থংনবা মীৎকুপমক্তদা মহাক্না খল্লকই, অসুক কন্না শাউগৎলকপসি উবদা তৌশিন্নবনি হায়না খনবা ঙমদে। ঐগী থম্মোয়বু কমদৌননো খংশোন শোম্বহল্লে, নিংজিং-মাংজিংনবগী লাংদা থুহল্লে। মবমদি, কবিগুম্বা ঐনা শোয়দুনা অবোনবা চান্নবীবু লৌশিনবিদবা থোক্লবদি মহাক অদুনা শাউবনা অফ-ফত্তা খম্বদনা চিন্দা থোবকপা অমা হেক্তা ঙাংথোবক্কনি, মহাদেবগী অশাউ-চৈথেংদা কামদেবগী লীকং তেক্লুনা শিংকুপ শাবগুম। অসুন্না কয়া খল্লক্লুনসু শকুন্তলাবু বাজা দুষ্মন্তনা জগোয়-শাবীগী মচানুপী খোংবাল-লুক্রাংদা পোকপী ওইবনা শক অমদি খাহৈগী লাং থাক্লুনা নুপাশিংবু ফাবা হৈবী অমনি হায়না লৌখ্রে। অদুনা মহাক্না ঋষিশিংদা যেংদুনা হায়রকই, "অমুক্তা মুন্না থম্বদুনা য়েংবিখো, দুষ্মন্তগী লমচৎ কমদৌবগে হাযবসি মালেমসিদা খঙনদবা কনা লৈবা নক্তে।"

শকুন্তলানা মখি ফিজিনা মমায় খুমদুনা কপ্পগী খোম্বাংদা হায়রকই, "ওম্বোকপনি! ঐনা তৌরুরিবসি করিনো! পুরুবংশদা থাজবা অমদি অচেৎপা আশা থমুবদগী ঐহাক হৌজিক মীগী নুপা পাম্বী লমচৎ মাংলবী নুপীগী পাংখক ওইরেদো। চিনবান্দা খোইহি তৈবা অদুম ওইনমক থম্মোয়দা হু ফুম্বা নুপা অমগী মফমদা ইশাবু কৎথোকচরুদুনা ঙসি ঐহাক ইশানা ইশাগী মমল য়াওহঞ্জদবা হায়বদু ওইরেদো।"

শাঙ্গরবনা মহাক্কা লোয়নরকপশিংদা হায়রকই, "ওম্বোকপনি বিধিগী থৌশিন! হেক পোকপদগী নমথাক-লৌনম মশক খঙজরক্তবা মহাক অদুমক থোকচাও অমগী মফমদা পান্না তম্বা তারবা! থোকচাওদুমক্কা ঙসি সত্যগী পূজারীনি হায়না প্রমাণ ওইরবা!"

রাজা দুষ্মন্তনা খোঞ্জেলদা করেম-কথাইনবগী সুর চেলহন্দুনা হায়রকই" হে সত্যগী তোমথিন ঙানবা পূজারী! হোয়, ঐবুদি ইশানা নমথাক চাউবা মীশক্তি হায়বা য়াজরগে। অদুবু ঐনা হংনিংবা অমদি লৈ, তপোবনগী নুপীমচা অমদা নমথাক তৌরগা ঐঙোন্দা কান্নবা করি ফংগদগে, হাযবিবা ঙমগদ্রা?"

শারশ্বতনা লাকমিন্নবশিংদা খামজিন্দুনা হায়রকই, "তোক্লসি, চিন্দা-পাউদানরুবগী কান্নবা করি লৈ? ঐখোয়দি গুরুদেবগী য়াথং ঙাকপা লাকপনি, চৎলসি তপোবন্দা হনখ্রসি।" অদুগী তুংদা নিংথৌবোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "মহারাজ, মহাক অসি ইবুংঙোগী লুহোংলবী নুপীনি, মাবু লৌশিনবিগেরা তাম্বোকপিগেরা, তৌনিংবদা তৌবিহৌরো। নুপী ওইবীগী মপুদি মপুরোইবখক্তনি।"

রা খরসি করিগুম্বা মওং অমদা ঙাংথোকপা লোইরগা শাবশ্বত খোঙশানগদবগী থৌরাং তৌরক্লে। শাঙ্গরব অমসুং গৌতমী মাগী তুংইনখ্রে।

তাঞ্জা অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা শকুন্তলানা মখূৎ তিংথোক্তুনা লম্বী থৎতুনা মখোয়গী মাঙদা লেপ্পরে, হায়রকই, "নখোয়না তৌরিবসি করিনো? অসুক শাথিবা থৌওইবিদবা মীশক অমগী মখূৎতা ঐবু শিন্নরমদুনা চৎলব্রা"?

অসি হায়রগা শকুন্তলানা মফি ফিজিনা মমায় খুমদুনা হিক হিক কপথোরক্লে। হেক পোকচবী মচানুপীগী পাংখক ওইনা ঈ মতুমদগী য়োকচরকপী মহাক্কা মতৌ অসুন্না থম্মোয শোক্কা কপ্পকপদু উবদা মমা শক্রবী গৌতমীদু থম্মোয় পুবা ঙন্নক্তদুনা মপী ঈরা চেন্নক্লে। মহাক্কা হায়রকই, " ইবুংঙো শাঙ্গরব, শকুন্তলাসে য়াম্না থম্মোয় শোক্কা কপ্লি। ঐখোয়গা শেখন-খায়নদুনা মফম অসিদা লৈহৌনিংদে। মপুরোইবনা তমথীবা ফংনা থৌওইবিদ্রে লায়বকথিবীসে। থৌদাং করিনো? কদায়দা চৎকন্দগে, করি তৌগদগে হায়বা তাকপিরম্মু।"

শাঙ্গরব শকুন্তলাগী নাক্তা চঙশিলক্লে। শাউবগা লোয়ননা ঙংদুনা হায়রকই, "নশাগী অপাম্বা মতুংইন্না অঙাংনো মৈ কীদবগুম অদুক চাউবা থবক তৌবা ঙম্নবী নঙোন্দা ঐনা

করিপাউত্তাক অমুক পীরুপানি।"

শকুন্তলাদি অদুম মমাঙ্গ খুমদুনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা কপ্তুনা লৈ। মহাক্কী মতৌ অদু উবদা শাঙ্গরবনা মীনুংশি পোক্রত্তুনা হন্দক্তি থেমজিনবিবগী খোঙ্হোক্তা খরমখৈ তপথনা হায়রকই, "শকুন্তলা, মহারাজনা হায়খিবা অদুমক করিগুম্বা অচুম্বা ওইরবদি আশ্রম-পিতানা নঙবু আশ্রমদা চঙহনখিগদ্রা নশামক হায়রু? অদুগা করিগুম্বা নহাক্না তৌখিবা থবক অদু মক্তবনি খল্লবদি ঐ বা হায়গে তাও, নপুরোইবগী য়ুমদা মীনাই নাইথাং ওইনা লৈরবসু মদুনা নঙগী খ্বাইদগী লেমজনিংঙাই ওইগনি। নুপী ওইবীশিংদি য়ুম পাম্রিবমখৈ মমা-মপাগী নাক্তা লৈগদবনি, য়ুম হেক পানবদগীদি মপামদি লল্লানবা ওইথ্রবনি, অদুগা নপুরোইবগী য়ুম্না নঙগী অশেংবা য়ুম ওইরবনি। অদুনা নহাক মফম অসিদা অসুম লৈহৌরো, ঐখোয় আশ্রমদা হনথ্রগে"।

ঙাংনে-শরুরিবা পুন্নমক অসি তাবগা রাজা দুষ্মন্তনা খল্লকই, শকুন্তলাবু মফম অসিদা থনমদুনা তপস্বীশিং চৎখিবা থোক্রবদি অচৌবা সমস্যা অমা ওইরবা য়াই। অসুম্না খন্দুনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা শাঙ্গরবতা হায়রকই, "মাবু মফম অসিদা থম্বিরমগদৌরিবা করিগীনো?"

শাঙ্গরবনা হায়রকই, "মহারাজদি মতম খুদিংমক্তা লৈবাক্কী লুর-লুরবা থবক্তা লুপ্তুনা লৈবিবনিনা হৌখিবা থৌদোক কাউথোকখিবদা থোইনা ঙরুিংঙাই লৈতে। অদুনা হায়জবনি, থাগী খোঙকাপ কায়রবী ইশাগী নুপীবু লৌশিনবিদবা হায়বসি অচুম্বা বিচার ওইগদ্রা?"

নিংথৌনা মীৎকুপ খরা করিনো খল্লগা হায়রকই, "ফরে, ঋষিগী মফমদগী থাজবা কংজনিংই, ওইরম্বসু য়াই ঐনা কাউথোকখিবা, অদুগা মহাক অচুম্বা ঙাংবীনি হায়বসু অরানবা ওইরম্বসু য়াই। ফিভম অসিদা মুন্না খম্ভদুনা য়েংবিয়ু, হৌজিক ঐনা ইশাগী নুপীবু ত্যাগ তৌবা ওইগদ্রা, নৎত্রগা মীগী নুপীবু লৌশিন্দুনা কলঙ্কগী পোৎলুম কোকথোক্নবা ওইগদ্রা, ঋষিমক্না তাকপিরম্মু।"

দুষ্মন্তগী ৱাসি তাবদা ইখঙ-খঙহৌদনা কপ্পগী পীরাং কংথ্রিবী শকুন্তলাগী মীৎতা ঈ কারক্রে, শাউবনা মশা তনিক্রক্রে, ভৈরবীগী শক্তম লৌরক্রে। মহাক্না মখয়াং চিক্লগা নিংথৌদা ওনশিন্দুনা খোঙ্গেল কল্লা-করুম্ননা হায়রকই, "তাও, মীওইবগী শাজৎ য়াওদ্রবা নিংথৌ! ঐবু ঙসি নহাক্না রাজসভাদা মীয়াম মাঙদা খোঙ্গোইনখিবগী লমন ঐগী গর্ভ-নুংদা লৈরিবা নুপা-নুপী মশক খঙদ্রিবা ঈ মতুম ওইরিবা ইচা অসিবু খুমহন্দুনা মশাগী হক লৌহনবা ঙমদবা থোক্রবদি ঐ হিংনা হিংনা মৈগী কুণ্ডদা চোংথদুনা আত্মঘাত তৌগনি, অমম-অঙালনা সাক্ষি ওইসনু। মসি ঐগী লেঙদ্রবা ৱাশক্কি। চীংয়া-তময়াদা মনীংতম্না শাৎচবী লৈরাংবু লৌনম-ল্যাং থাক্তুনা পৎ-পৎ থদৎতুনা মাংহনবা হায়বসি নখোয় অচৌ-

অশাংশিংগী হৈনবীনি। নখোয়গী তৌব-ওম্বা শক্তিবু কীবদগী তুমিন্না হৈনবীনি লৈবিদবী অদুগুম্বী অয়ম্বী নুপী অদু ঐদি নত্তে। নোংমা নশাগী ময়াল নশানা য়াম্নহনবা গুমদবা থোক্রবদি ঐ শকুন্তলা নথত্রেদনা।"

রাজপুরোহিত ওসায়মখে নিংথৌগী নাক্তা লেপ্পুনা বা পুন্নমক তুমিন্না তাদুনা লৈরম্মী। হন্দক্তি মাপ্তদা চপ্তশিনক্রগা শকুন্তলাগী কোক্তা নানবিদুনা য়াম্না নুংশি-চানবিবা খোম্বাংদা হায়রকই, "নুপীমচা, নহাক গুইহাক্তা তপথখো। ঈশ্বরনা নপ্তগী য়াইফবা পীনবিবা ওইসনু।" অসি হায়রগা মহাক্না নিংথৌদা অমায় ওনশিন্নক্রগা হায়রকই, "মহারাজ, অসুন্না তৌরসি, নুপীমচা অসিনা অপ্তাং উয়ত্রিবা ফাওবা ঐগী নাক্তা লৈজরসনু। বাফম অসি হায়রিবা করিগীনো হায়বা হংবিনিংবা য়াই। মদু ওইরবদি তাবিয়ু মহারাজ, মহারাজগী অহানবা পোকপা মচা-ইবুংঙো অদুগী মশাদা রাজ-চক্রবর্তীগী খুদম য়াওরক্কনি হায়না ঋষিশিংনা মতম অমদা ভবিষ্য-বাণী তৌখিবা অমা লৈখি। নৌনা ফংগদৌরিবা হায়বদি মহর্ষি কণ্বগী মচানুপীনা পোক্রকপা অপ্তাং অদুনা করিগুম্বা নুপা ওইরক্রবা অদুগা হায়রিবা খুদমশিং অদু য়াওরকপা থোক্রবদি শকুন্তলাবু তরাম্না ঈকাইখুম্নবগা লোয়ননা অন্তপুরদা পুন্শিনবিয়ু। অদুগা করিগুম্বা মদুগী ওন্ন-তৌনবা খুদম ফংবা থোক্রবদি মতম অদুদা মহাকপু মপাগী মনাক্তা থিলহল্লুবা নত্তনা অতোপ্পা পাম্বৈ লৈতে।"

পুরোহিতনা হায়রিবা অদু নিংথৌনা য়াম্রে। শকুন্তলা কপ্না-কপ্না পুরোহিতকী তুং ইন্দুনা চংখ্রে।

অমবু ওইরবসু লায়রুকথিরবী শকুন্তলাগী চপ্তজফম অমদি ফংজরে হায়বা উদুনা ঋষিশিংনো অহল ওইরবী গৌতমী পুদুনা নুংশাথিবা কোকপগী নুংশামপী হোন্দোক্নুনা তপোবন পাংলো খোঙশানখ্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা অন্তপুরদা চংকদবগী তৌরকপমক্তদা রাজ-পুরোহিতনা নুংশা থবেং থবেং হোন্দুনা হৌদুনা চেন্নক্রগা মহাক্কী লম্বী থংতুনা মাপ্তদা লেপ্লরে। গুইহাক তুমিন্না লৈদুনা শদৌখোংবা কোকহল্লগা পুরোহিতনা পাখংনা হায়রকই, "মহারাজ, ওইথোক্তবা থৌদোক অমা থোক্রে। নুপীমচা অদুনা মশাগী লাইবকপু চৈ-খাংদুনা কপ্পা কপ্পা ঐগী তুং ইল্লকখি। ঐখোয়না অপ্সরা তীর্থ ময়া য়ৌরকপা মতম অদুদা ইখপ্ত খপ্তহৌদনা নিংথিজরবী নুপীগী মূর্তি মানবা মীংথল্লা গুনবা মপ্তাল মতুম অমা ফাওয়কই, মহাক্কা লোয়ননা শকুন্তলাদু মাই মাংখ্রে।"

নিংথৌনা খোপ্তেলদা অপ্তকপা নথত্রেগা পাখংপা করিমতা উংতনা হায়রকই, "আর্য্য, ঐদি হৌবদগী হৌনা শকুন্তলাগী মাফমদা থোইনা থৌশাখিদবনি।"

মহাক্না অমুক কনবা হৌরকই, মসিবু করিগুম্বদা ওইথোকপা য়াগদ্রা, ঋষি-কন্যা

শকুন্তলাদুবু ঐগী নুপী, কাউথোকথিবনা নিংশিংবা থোক্তুনা মীনুংশি খঙদবা মওংদা মাবু তাথোকখিবা? মাগী মশক উরুবদগী ঐগী পুক্নিংসে লৈতাকম খঙলক্লিবসি করিগীনো? মহাক্তবু হন্না হন্না খঙক্লিবসি করিগীনো? ঐগী পুক্নিনো ঐঙোন্দা মহাকপু লৌশিন্নবা হন্না হন্না ইনশিন্নক্লিবসি করিগীনো?

রাজা দুষ্মন্ত মপুক্নিং চরাংলনা শকুন্তলাগী রা খন্না খন্না অন্তপুরগী মায়কৈদা খোঙশানখ্রে। ❑

## তরা

শুক্রাবতার খুঙ্গংদা লাইরবা ডুম অমা লৈ। ইমু-মনুংগী অবাৎ-অপাগী চৈথেং যম্না কন্দুনসু মহাক্না করিগুম্বদসু নমথাক-লৌনমগী থবক খক তৌদে। অদুনা অতোনবা জাতিদা পোক্লবসু মাবু মীনা চানবি, নুংশিবি। ডুমগী জাতিদা পোকপা মরম্না মহাক্না ঙা ফারবগা মদু য়োনবদা ফংলকপা শেল অদুনা য়ুম পুনরিবনি। হৌখিবা চহী খরা অসি মহাক ঙা থোইনা ফাদে। তুরেল অমদি পাৎতা ঙা মরাংকায়না লৈতবা নত্তে। অদুগা মীনা ঙা য়াম্না ফানরবসু মহাক্তদি ফাবা ইঙম ঙম্নমদে। মদু মাগী লায়বক্তা তম্নকপনি খন্দুনা পেম্থোকপা ঙম্বনা মাগী মায়থোংদা অবাবগী মমি খক তাদে।

নোংমদি মহাক্না ঈন লংবদা ঙা য়াম্না লক্রম্মী। মমৈথংদা য়াম্না চাউবা রৌ অমা য়াওবকই। ঙাজাওদু ফারবদা মহাক্না খল্লকই, ঙা যমসু য়াম্না ফারে, অদুগা হকচাংসু চোকথরে, অদুনা ঙসিগী ওইনদি ঙা ফাবা মতাংসিদা লোইশিন্নগে। ঙা চাবা ফংলক্তবা মতম কুইরে। অদুনা ঙাজাও অসিমদি য়োম্থোক্লরোই।

অসুম্না খন্দুনা মহাক্না ঙা অতৈদি য়োম্থোক্লম্নগা অচৌবদুদি মযুমদা পুরক্লে। মপুরোইবনা ঙাজাও অমা য়ুমদা পুরকপা উবদা মাগী নুপীনা ঙকুনা হংলকই, "ঙসি ঙা য়োম্থোক্লমদনা য়ুমদা পুরক্লিবদি করিগীনো? শিৎলক্লা?"

ডুম অদুনা হরাও-মোমোন তৌনা হায়রকই, "শিৎতবগী নত্তে। রৌ অচৌবদি য়াম্না হাওই, অদুনা মসিমদি ঐখোয় চারসি হায়দুনা পুরকপনি।"

রা অসি তাবদা মাগী নুপীনা শককম থোক হল্লিম্না হায়রকই, "অদু ওইরবদি চাক্তি কমদৌবা? চাক য়াওদনা ঙা ঙাক্তা কমদৌনা চাগদগে?"

মপুরোইবনা হায়রকই, "চেং-চাকসু য়াল্লকই, সিদা থল্লিবা ময়োম অসিনি। অদুগা শেল অসিসু লৌশিল্লু।"

অসি হায়দুনা মহাক্না মফি ফিজিদগী লৌথোক্লগা মাগী নুপীদা লুপা মোহর খরা

শিন্নরে। শেলদু উবদা মাগী নুপীদু চঙরক্রে। হল্লাওমনখিবনা রা তাংকম খঙলদুনা মপুরোইবগী মায়থোংদা তঙক তঙক য়েংজরকই।

মপুরোইবনা হায়রকই, "গুসিদি শ্রা য়াম্না ফাই। অদুনা মসিমদি ঐখোয় চায়সি হায়দুনা য়ুমদা পুরকপনি, হাওনা থোংউ। ঐ শেন্নরক্নে, নঙ চাকখুমদা চঙনবা থৌরাং তৌরক্রো।"

মাগী নুপীদু চাকখুমদা চঙখ্রে। মাসু তাদু শেন্নবা থৌরাং তৌরক্নে। অদুবু তাদু মকক অহমদং ককপদা মহাক চপ লেপ্তুনা তাগী মবুক মনুংদা শংথ্রিক য়েংদুনা লৈখ্রে। মহাক্না তাগী মবুক মনুংদগী খুদোম্বীনা কোংথোক্তুনা ঈ-নাই তৈরবা করিনো পোং অমা লৌথোরক্নে। অদুগা মহাক্না মদু মনাক্তা লৈরিবা ঈশিং য়াওবা পাত্রদা লুপশিন্দুনা শেংনো চামথোক্নে। পোং অদু মমল য়াম্নবা হীরা থিনবা সনাখুদোপ্নি। খুদোপ অদুদা হক্তুনা করিনো রাহে অমা থারি। অদুবু মহাক্তি লাইরিক হৈতবনা থারিবা ময়েকশিংদু পাবা থোক্তে। অদুম ওইনমক খুদোপ অদু অচম্বা নত্তে, মমল য়াম্বা খুদোপ্নি হায়বমখৈদি মহাক্না খঙজবা ঙম্মে।

মহাক্না মাগী নুপীবু চাকশঙদগী কৌথোক্লগা হায়রকই, "তারিব্রা নুপী, তাজাও অসিগী মপুক মনুংদা খুদোপ অসি য়াওরম্মী।" মাগী নুপীদা খুদোপ অদু উৎলগা হায়রকই, "মসিদা থারিবা অসি করিনো হায়বা ঐ খঙবা ঙমদ্রে।"

খুদোক অদুদা থারিবদু তাইহাক মুম্না য়েংলগা মাগী নুপীনা হায়রকই, "ঐদি লাইরিক হৈতবনিনা পাবা হৈতে। ঐ হৈত্রবসু মখোয়গী বাবাদি নুপানি, লাইরিক পাব-ইবা খরমখৈদি তম্বিহৌবা য়াবনি।"

"অচুম্বনি নঙনা হায়রিবদু, অদুবু তা ফাদুনা হিংবা অতোনবা জাতিদা পোকপা ঐখোয়না লাইরিক তম্বগী কান্নবা লৈতে খন্দুনা ইমা-ইপানা ঐবু লাইরিক তমহল্লকখিদবনি। অদুগা ঐ ইশানসু করিগুম্বা নুমিৎতা লাইরিক তম্নিংবগী রাখল পোক্লকখিদে। ঐখোয় হৈহৌদ্রবসু ঐখোয়গী ইচা-ইগুদি লাইরিক তমহন্দবা য়াদে হায়বা খঙলে। ফরে, রাফম অসি থম্নসি। খুদোপ অসি য়োম্থোকউরগেদো।"

মাগী নুপীনা মরৌ থাংবা মীংয়েংনা মপুরোইবগী মায়থোংদা য়েংদুনা নোকফেং তৌনা হায়রকই, "খুদোপ অসি ঐগোম্দা পীরোবা।"

"করিগীনো?" ডুম্না ঙক্না হংলকই।

মাগী নুপীনা হায়রকই, "অসুক হাক্না ফজবা খুদোপ ঐদি পোকপদগী অমুক্তা উজরক্তি। ঐগী খুৎতা লৈতেং ওইনবা শিনরগে।"

নুপী ওইবীশিংনা সনাগী লিক-কোল য়াম্না পাম্মী হায়বা ডুম অদু খঙদবা নত্তে। অদুবু লাইরবনা মাগী নুপীগীদমক লিক-কোল মচেৎ অমতসু থোনখিবা ঙম্নমদে। মহাক্না মাগী নুপীবু লিক-কোল্না তেকথবমখৈ শিহন্নিংলিবনি। অদুবু মাগুম্বা লাইরবা অতোনবা

মীনা কদায়দগী শেল নৌরন্দুনা মশাগী নুপীবু হরাওহন্নবা সনাগী লিক-কোল শাবিবা ওমগনি। মাগী নুপীনা খুদোপ অদু য়াম্না পাম্মী হায়বা তাবদা মহাক্না খাখল কয়া তৌরকই। অদুবু মখোয়গুম্বা লাইরবা অতোনবা মীনা মমল অদুক য়াম্বা খুদোপ অদু শিরুরবদি কৈরোই-লৈকাইনা মখোয়দা অয়েং-চঙলকপা শোয়দবনি। মদুনা মখোয়গী চন্না হিংজরিবা পুন্সিদা অকায়বা কয়া থোক্লবা য়াই।

খনবমখে খল্লগা ডুম্না হায়রকই, "লাইরবা অতোনবা মচা ঐখোয়না মমল অসুক য়াম্বা খুদোপ শিবা য়াদে। তুংদা খুদোংথীবা নংলবা য়াই। অদুনা মসি য়োম্থোকখিবনা ফগনি থল্লি।"

মপুরোইবনা হায়রিবদু মাগী নুপীনা য়ারে।

ডুম অদু লিক-কোল য়োনবা দুকান অচৌবা অমদা লাক্লে। মহাক মহাজনগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লুরে। মহাজন অদুনা ডুম অদুবু মশক মুন্না থগুই। করিগুম্বা ঙা শিৎত্রবা নৎত্রগা কাহেন্না চাউবা ঙা ফারবদি মহাজন অদুগী মনাক্তা লাক্লগা ঙা লৈবিহৌনবা হেক হেক হায়জরে। মহাজন অদু পূকচেল য়াম্না চাউই, লৈত-লাইরগী অবাবা থগুবি। অদুনা মহাক্না পুরক পুরকপা ঙা অদু মমল চানা চানা পীদুনা লৈবি। অদুনা ডুম অদু উবদা মহাক্না হংলকই, "ঙসিদি করি ঙা পুরকপগে?"

ডুম্না হায়রকই, "ঙা পুজরক্তে? খুদোপ অসি যোনবা লাকচবনি।" অসি হায়রগা মহাক্না মহাজন্দা খুদোপ অদু পীশিল্লি।

খুদোপ অদুদা থারিবদু পারুবদা মহাজন অদু ঙকপনা থম থেংগ্রে। চিংনবা খাখল কয়ানা মাগী থম্মোয়দা মহম শাররে। অদুবু মহাক্না ঙাইহাক তুমিন্না লৈদুনা মশাবু ফাথজরগা ইতপ তপ্না হায়রকই, "খুদোপ অসি কদায়দগী ফংলকপগে শেংনা হায়যু?"

ডুম্না হায়রকই, "ঐনা ফারকপা রৌ অচৌবা অমা থোংদুনা চাননবা শেম্মুবদা মবুক মনুংদা খুদোপ অসি য়াওরম্বনি।"

পাউখুম অসি তাবদা মহাজন্না পেন্দ্রে, থাজকবা ঙমদ্রে। অদুনা হায়রকই, "খুদোপ অসি অচম্বা মান্দে। অদুনা মনুংদা চঙলগা কুপথনা য়েংলুদ্রবদি মসিগী মমল থগুবা ঙম্লোইদৌরি।"

অসি হায়রল্লগা মহাজন অদু খুদোপ পুদুনা মনুংগী কাদা চঙদ্রে। মহাক্না মাগী মীনাই নুপা অমা কৌশিল্লগা হায়রকই, "খুদোপ অসি হরাল্লকপা শোয়দনা ওইগনি। মসিদা ঐখোয়গী মহারাজগী মিং থাই। মসি ঐখোয়গী খুত্তা থম্নবদি খুদোংথীবা শোয়দনা নংলগদ্রা চিংনৈ। অদুনা নঙ তুমিন্না চৎতুনা নগর ঙাক-শেনবশিংদা য়াম্না লাইরবা ডুম অমনা মহারাজগী খুদোপ অমা য়োনবা লাকই হায়বা তাকউচো। মনিংথোঙলোমদা থোকখো, কুইরকপা

য়াদে।"

মীনাইনুপা অদু মহাজনগী য়াথং মতুংইন্না নগর ঙাক-শেনবশিংদা য়াফম অদু তাকপা চংখ্রে।

মহাজন হন্নরকুনা মাগী হান্নগী ফম্ফমদা ফম্নরে। মহাকপু উবমক্তদা ডুম্না হরাওনা হংলকই, "ঐগী খুদোপ অদুগী মমল লেপ্পা ঙম্বিরব্রা?"

মহাজন্না হায়রকই, "খুদোপ অসিদা থিল্লিবা নুং অসি অচম্বা নত্তে, অদুনা মসিগী মমল লৌপহন্নবা হীরা-মণি-মুক্তাগী মরমদা য়াম্না কুপ্পা খঙবা মীশক অমা কৌহনবা থাগ্রে। মহাক লাকপা ফাওবদি নঙ ঙাইখিবা তারে।"

"ফনি, ঙাইজগে।" ডুম্না মপূক্লিং হরাওনা খুম্নকই।

মহাজন্না মীনাই অমা কৌশিন্নগা শরবত গিলাস অনী শেন্নরুবা য়াথং পীগ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মীনাই অদুনা শরবত পুরক্লুনা মখোয়দা লানশিন্নরে। ঙসিফাওবদা লাইরবা অতোনবা মচানি হায়দুনা নুংঙাই-য়াইফবা অচৌ-অশাং কনানসু ফিদা পীবিরক্তবা মঙোন্দা হাওরবা শরবত পীথকপা অদুদা ডুম অদু মপূক্লিং হরাওজবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। মহাক্না খল্লকই, মহাজন অচৌবা অসিনা ঐবু অসুক লুনা তৌরিবা অসিনদি ঐগী খুদোপ অদু মমল য়াম্না য়াম্বা শোয়দনা ওইরম্বা তারে।

অসুম্না খল্লুবদা মহাক হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা নগর ঙাক-শেনবা অনী লাক্লগা মহাজন্দা হায়ররে, "মহাজন, হরানবা খুদোপ পুরকই হায়বা নুপাদু কদায়নো?"

মহাজন্না ডুম অদুদা মখুৎ থিন্দুনা হায়রকই, "সিদা ফম্লিবা ডুম অসিনি।"

নগর ঙাক-শেনবা অনী অদুনা ডুম অদুবু মখুৎ তুংবুন্নসা চেৎনা প্ননশিনখ্রে।

"ঐ হরানবা নত্তে, ঐ হরানবা নত্তে" হায়দুনা ডুম অদুনা ফনা লাউজে, অদুবু মদু কনানসু থৌওইনা তাবিদে।

মতম অদুদা ডুম অদুনা খ্রিং খ্রিং চোংদুনা হায়রকই, "ঐবু ফারিবা করিগীনো? ঐগী খুদোপ নখোয়না মহাজন্দগী লৌরিবা করিগীনো?"

ঙাক-শেনবা অমনা মাগী খজায়দা খুবাক্না শেৎ শেৎ থারগা হায়রকই, "হাই হরানবা, নঙবু হৌজিক নগর ঙাকপা অঙম্বগী নাক্তা পুরগনি। মফমদু য়ৌরগা নঙ খুদোপ শিবকা য়াম্না ফংগগৌরিবজাৎনি!"

নগর ঙাক-শেনবা নুপা অনী অদুনা ডুম অদু ইন-ইন্দুনা নগর ঙাক-শেনবা অঙম্বগী মনাক তাম্না পুরক্রে।

নগর ঙাক-শেনবা অঙম্বা অদু রাজা দুষ্মন্তগী মশেন-লুপানি। য়াম্না মথৌ মশক খঙবা

অময়সুং লৌশিং লৈবা মীশক্তি। নুপা অমা মখুৎ তুংবুন্ননা পুন্দুনা নগররক্ষী অনীনা মাঙদা পুশিন্নকপা উবদা মহাক্না হংলকই, "নখোয়না নুপা অসি মখুৎ তুংবুন্ননা পুন্দুনা ঐগী নাক্তা পুরক্লিবা করিগীনো?"

ঙাক-শেনবা অমনা হায়রকই, "মশেন-ইবুংঙো, ভূম অসিনা লিক-কোল য়োনবা দুকান অমদা মমল নাইদ্রবা সনাখুদোপ অসি য়োনগদবগী তৌরম্বদা থেংনদুনা ফাদুনা পুজরকপনি।"

অসি হায়রগা মহাক্না খুদোপ অদু নিংথৌগী মশেন-নুপাদা লানশিল্লে। মদু লৌরগা মশেননুপানা মুয়া য়েংবদা রাজা দুষ্মন্তগী মিং থারম্বা উরে। মহাক্না ভূমদা ধম্‌কা তৌদুনা হায়রকই, "হাই ভূম, নঙগুম্বা লাইরবা অতোনবা মীশক্না শিজিন্নবা য়াবা খুদোপ্পা মসি? অসুক মমল য়াম্বা খুদোপ অসি কদায়দগী হন্নাল্লকপগে হায়বা মহারাজগী নাকোং য়ৌথিদ্রিঙৈদা শেংনা হায়দোকচহৌ। মদু নৎত্রবদি নঙ লীচৈসু চাবা কৈশুমশঙদসু লৈবা শোয়দ্রবনি।"

ভূম্না পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই, "হন্নাল্লকপা নত্তে, ঐবু থাদোকপিয়ু।"

নিংথৌগী মশেন-নুপানা হায়রকই, "হন্নাল্লকপা নৎত্রবদি মসি কদায়দগী ফংলকপগে শেংনা তস্মু।"

মপী ঈয়া চেন্না ভূম্না হায়রকই, "ঙসি ননাই ঐনা ঈন হন্নুবদা য়াম্না চাউবা রৌ অমা লক্লকই। মদু ককউবদা মবুক মনুংদা অরংবা করিনো অমা য়াওবা উদুনা লৌথোক্লগা ঈহিং-নাহিংদু চামথোকপদা খুদোপ্পি হায়বা খঙলকখি। ঐদি লাইরবা অতোনবা মচানি, অদুনা ঐখোয়গুম্বা মীশক্না সনাখুদোপ শিবা ইতিক-ইপা চাদে খন্দুনা য়োনবা চৎলুবনি। অদুবু লিক-কোল য়োনবা মহাজন অদুনা নমথাক তৌদুনা ঐবু ফাহন্নকপনি।"

নিংথৌগী মশেন-নুপানা হায়বকই, "খুদোপসিদা থারিবা মিংসি কনাগীনো খঙব্রা?"

ভূম্না হায়রকই, "খঙজদে অঙম্বা। ননাইদি লাইরিক ইব-পাবা হৈজদে।"

লৌশিং চাউবা মশেন-নুপানা খুদোপ অদু মনম নমদুনা য়েংলুবদা ঙাহিং মনম ফাওরক্লে। মহাক্না ঙাক-শেনবশিংদা হায়রকই, "নখোয়না ফাদুনা পুরক্লিবা হন্নানবা অসি রাজ-দরবারদা পুরকউ। ঐদি হান্না চৎলম্লগে, মহারাজগা তান্নগদব্বা অরুবা বা খরসু লৈ।"

অসি হায়রম্লগা অমুক খিন্থদনা নিংথৌগী মশেন-নুপাদু নিংথৌগী নাক্তা বাজসভাদা লাক্লে। মহাক্না নিংথৌদা হায়রকই, "মহারাজ, ঙসি ইনিংথৌগী মিংলেন থাবা সনাখুদোপ অমা লিক-কোল য়োনবা অমদা ভূম অমনা য়োনবা লাকপদা ঐখোয়গী নগরবক্ষীশিংনা থেংনদুনা ফাদুনা পুরকই। ভূম অদুনা খুদোপ অদু মান্না ফারকপা বৌ অমগী মবুক মনুংদা য়াওরম্বনি হায়। অদুগা খুদোপ অদু ঙাহিংসু য়াম্না কল্লি। অদুনা মহারাজনা রাকম অসি খনবিনবা খুদোপ অদু পুদুনা লাকচবনি।"

নিংথৌনা হায়রকই, "করি হায়বা। ঐগী মিং থাবা খুদোপ, ঙাগী মবুক মনুংদা য়াওরম্মী হায়বা। কদায় খুদোপ অদু য়েংসি।"

মশেন-নুপানা নিংথৌদা খুদোপ অদু লানশিল্লে। রাজা দুষ্মন্তনা মশেন নুপাদগী খুদোপ অদু লৌরগা য়েংলুবদা ঙকপনা নুংবংনল্লে।

তাঞ্জা অসিদা নগর ঙাক-শেনবশিংনা মখুং তুংবুম্মনা পুনবা ডুম অদু রাজসভাদা পুশিল্লকে।

মশেননুপানা নিংথৌদা হায়রকই, "মহারাজ, খুদোপ অদু মখুৎ তুংবুম্মনা পুন্দুনা লেপ্লিবা ডুম অসিগী মখুৎতগী ফংবনি।"

য়া অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্ত অ্যান খংলাক লাক্লে। খুদক্তা হায়রকই, "নুপাদুদা পুল্লিবদু খুদক্তা লোথোকউ।"

ঙাক-শেনবশিংনা ডুমগী খুৎতা পুল্লিবদু লৌথোকখ্রে।

রাজাদুষ্মন্তনা হায়রকই,"হাই ডুম, নঙনা ঐগী মিং থাবা খুদোপ অসি কদায়দগী মতৌ কমদৌনা ফংলকপগে হায়বা শেংনা তম্মু। শেংনবু তম্নবদি তশেংনা হয়াম্লকপমক ওইরবসু নঙবু ঙাকপিগনি।

মতম অদুদা ডুম অদুনা মতৌ কমদৌনা খুদোপ অদু ফংলকপগে হায়বা য়াবী অদু শিৎ-শিংনা তম্লে। য়াফম পুম্নমক মুম্না তাবগা নিংথৌনা হায়রকই, "নঙনা ঙাগী মবুক মনুংদগী ফংলকপা খুদোপ অসি উবদা আঃ -, মতম শাংনা অকাউ-পবে চনখ্রবা পুক্লিগী থুম্নবা য়াফম অমা অমতা চিংথদনা নিংশিংলক্লে। অদুনা নঙোন্দা সনা-মোহর থম্না য়াওবা খাওজাও অমা মনা ওইনা পীরগনি।"

নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না লনগৈ পান্নবনা সনা-মোহর খাওজাও অমা পুরক্লুনা ডুম অদুদা পীবরে।

মতম অদুদা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "ঐনা পীরিবদু নংন্তবা নঙগী অপাম্বা অতৈ করি লৈরি হায়য়ু। নঙবু পেলহনবা হায়বসি ঐগী অপাম্বনি।"

ডুম অদুনা মখুৎ লোম্নদুনা নোল্লুক্লা হায়রকই, "মহারাজনা তোম্নবা ননাইবু চানবিদুনা পীবিরিবা অসিনা ঐদি থোইদোক্লা পেঞ্জরে। ননাইগী অতৈ অপাম্বা করিসু লৈজদ্রে।"

নিংথৌগী মশেন-নুপানা হায়রকই, "করিগীনো, মহারাজমক্লা নঙগী অপাম্বা অমা নিয়ু পীবিগে তাকপিব্দা অপাম্বা করিসু লৈজদ্রে হায়রিবদি করিগীনো?"

ডুম্না হায়রকই, "মশেন-ইবুংঙো, ননাইনা লাম্নবসু ঙাকপিগনি, মহারাজগী য়াথং হিক্তোকচবা নথচদে। মমাঙৎঙে ঐবু পোকপা ইপাম্না তাকপিরম্মী, পেনবা হৈবনা তাইবদো খ্বাইদগী নুংঙাইবনি, অদুগা পেনবা হৈতবনা মমৈদা খুদোংথীবা নংহল্লি। অদুনা ঐনা ইপাগী

পাউতাক মতুংইন্না অফবা থরসিদা পেঞ্জবা উখ্‌চবনি।"

ঋসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা পেনবিরে, হায়রকই, "পূকচেল তিংলবা নুপা অসিদা সনা-মোহর খাওজাও অমগা অমুক পীখো।"

নিংথৌগী চানবিবা মীংয়েংদগী ভুম অদুদা সনা-মোহর খাওজাও অমগসু পীবিরে। ভুম্না নিংথৌগী মাঙদা কোংয়াং চৈশু তাবগুম তাদুনা খুরুমজরকই। সনা-মোহর খাওজাও অনীদু পায়থচদুনা মহারাজগী মফমদগী য়াথং লৌজরগা ভুম অদু মপূক্লিং মকালাম্না মাগী লাইর-খাংপোক পাংখি। ☐

## তরামাথোই

রাজা দুষ্মন্তদু সনা খুদোপ অদু হেক উরুবা খুদক অদুদগী কমদৌননো ঋখলদা উংদুনা লৈ। করিগুম্বা হীরম অমতদসু মহাক হৈনিংবা পোকখিদ্রে। যাদুমন্ত্রগী শক্তিনা মাগী পুক্লিংগী নুংঙাইবা খিবিক অথাকপা লৈতনা চিংথোকপ্রবগুম্মী। মতম খুদিংমক্তা মায়থোং মকশিন্না লৈ, লৈবাক্কী থবক-থৌরমদা মপুক্লিং চঙখিদ্রে, অন্তপুরগসু চাউরাক্না মরি তৎলবগুমদ্রে। মতম চুপ্পদা অৱা-চিন্তাদা লুপ্তুনা মচি মচিদা তুমিন তুমিন ফমদুনা লৈ। অন্তপুরদা রাণী কনাগী কাদা শোয়দুনা ফাওবা চঙখিদ্রে। মতৌ অসুম্না নিংথৌনা নুংশুক-নুংজাননা লৈরকখিবগী মরমদি অসিনি, ভুম অমনা ঙাগী মপূক মনুংদগী ফংলকখিবা খুদোপ অদু হেক উবমক্তদা অকাউ-ফিজং মরুমদা লৈরবী তপোবন্দা চাউজরকপী মপূকচেল শেংলবী শকুন্তলাবু খংনিং নিংশিংলেকখি। কমদৌদুননো মহাক্না লুহোংদুনা মাগী সহধর্ম্মিনী ওইনা লৌশিনবিরবী শকুন্তলাবু অকাউ-পরৈ চনখিদুনা মশাগী অধিকার তাঞ্জবা লাকখিবী মাবু থৌওই-ৱাওইবিদনা কয়া করেম-কথাইর্নবিখি। মদুদা নত্তনা মাবু অতোপ্পা নুপাগী লমজা পুরগা কিং নমদুনা মচানি হায়রবা ঙম্বী ওক্তবীনি হায়না লৌদুনা য়াক্রবা খোনকম শিজিন্নদুনা অথিবা ৱাহৈ কয়ানা চৈ-থাংবিখি। মপুরোইবগী মফমদা চঙজফম লৌবা লাক্লিবী সহধর্ম্মিনীবু তাথি-তাওইনা তৌদুনা মীয়াম-মাঙদা খোজোইনবিবদা নত্তনা নুংশিহেৎনা তাহোকপিখি। পুন্নমক অদু ময়েক শেংনা নিংশিংলক্রবদা রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা হকচিল্লা নিংঙম্মক্তবগী মৈচাক্লা ওমচাক্রবা হৌরকখি। অদুনা মীংকুপ অমতসু মপুক্লিংদা হৱাও-তয়াম্বা পোক্রকখিদবনা মহাকপু অন্তপুরদা কনানসু নোংমো ফাওবা মপাক উবা ফংখিদবনি।

অকাউবনা নোংমো মাগী থম্মোয়দগী শকুন্তলাগী শক্তম মপুংফানা মুখথ্থিরা অদু হৌজিক্তি ময়েক শেংনা মমাঙমক্তদা তরাং-তরাং চেংশোরক্লবনি। হৌজিক নিংঙমদবা

অমদি কায়ন-মৈচাক্লা মাগী শান্দোয়বু তন্তনা ওৎ-নৈরি।

মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা দৃশ্য উরগা পুক্লিংগী অন্নাবা ঋরমশৈ কোকত্ত্রা খন্দুনা মাগী মরুপ মাধব্যগা লোয়ননা দুষ্মন্ত মাধবীমণ্ডলদা লাক্লে। মফম অদুদা লৈবা নুংগী আসন অমদা ফমথরগা মহাক্লা নুংশি-কায়ন-মৈচাক চেনবা নুংশামদগী অমা শাখনা হোন্দোরকই। অদুগা হায়রকই, "চান্নবা মরুপ, হৌজিক শকুন্তলাগী মতাংদা থোকখিবা থৌদোকশিংদু অমমম ওইনা অমতা চিংথদনা নিংশিংলক্লে। মাগী রাখল মীৎকুপ অমা ফাওবা থাদোকপা ঙমদ্রে। থবায়গী মবেন্মা মাবু ঐনা অকাউ-পরে চন্দুনা তাথি-তাওইনা তৌবিখিবা মতম অদুদা নহাক্তি কোনুংদা লৈতে, ছুটি লৌদুনা নখুঙ্গংদা চৎখি। অদুগী মতুংদসু করিগুম্বা নুমিৎতসু মহাক্কী বা নহাক্লা ঐঙোন্দা হৌদেক্লেখিদে। ঐগুম্না নহাকসু মাবু কাউথোকখিব্রা? মদু নৎলমপ্রবদি নহাক মর্তৌ অদুম্না ভুমিন্না রৈশিন্দুনা লৈগনি হায়বা ঐ থাজদে।"

বা অসি তাবদা খুম্মম খঙদদুনা মাধব্যনা ঙাইহাক ইক-আক তৌদুনা লৈরগা হায়রকই, "নত্তে, কাউজদে মহারাজ। মতম অদুদা মহাকপু মহারাজনা য়াম্না হন্থনা য়েংবিবা মীৎয়েং অদু উবদা সনামাঙদা মাগী বা পল্লুনবগী থৌনা ফরবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি থাইনদগী হৌজিক ফাওবা তন্তনা থোক্লিবনি। অচৌ-অশাংশিংনা চীং-মান্দা ঙাইহাক পূক্লিং মকালান্নবা কোইক্লবা নুপী বুদিংমক য়ুমদা কয়া পুশিল্লদে, অদুম হন্দোক্লুনা থনম্বা হায়বসি মহৌশানি। মদুদা থোইনা খল্লুনিংঙাই ওইদে। অদুম ওইনমক নোংমদি ইথৌনা-ইরিংজেল ফুদোক্লুনা তপোবনগী কন্যাদুগী বাকম মহারাজগী মফমদা পঞ্জখি। মহারাজনা থৌওই-বাওইনা তাবিখিদে, ফাগি ওইনা লৌবিখি, খন্থদুনা য়েংবিখিদে। ঐদি অদুক হাক্লা জাল লৈবা মীশক নত্তবনিনা তৌফম খঙদদুনা মহারাজনা তাকপিবা বা অদুদা শৌগৎপা তাখি। শেংনা হায়জবা তারবদি পুম্নমক অসি নিয়তি মাগী খুজিন-থৌরাংনি হায়না লৌবা তাবনি।"

রাজা দুষ্মন্তনা ঙাইহাক চিন্তা তৌদুনা লৈরুরগা মায়থোং লুকচাননা হায়রকই, "অদুবু মরুপ, ঐগীসু অচৌবা ইরাল অমা লৈখি—নিয়তিগী থৌরাংখক্তা ওইরম্নবদি ফরমগদবনি। ঐদি ইশানা থাকচবা লাংদা থুজরবনি। মহর্ষি কণ্বগী তপোবন্দগী কোনুংদা লাক্লবদা ঐনা অহানবদদি নিংশিংলম্মী। অদুবু মতম অদুদা শকুন্তলাবু ঐগী রাণী ওইনা যোঙনা লৌশিনবদা নীংহল্লবা পোক্লম্মী। মাবু রাণী ওইনা লৌশিনবদা পারোন-পুরোশ্দগী চৎনরকপা পথাপ অমদি সমাজগী চৎনবীবু থুগায়বা ওইনা থোক্কত্রা, ঐগুম্বা অচৌবা নিংথৌরেন অমনা মাওম্বী লৈকুৎ-লৈরায়দগী হৌরকপী নুপী অমবু রাণী হায়বুবদা ইশাগী ইজ্জৎতা শোকত্রা, রাজ-মাতাশিংনা অয়াবা পীরক্লোইদ্রা, ঐগী রাণীশিংনা ঐবু উশিৎখিবোইদ্রা, প্রজাশিংনা ঐবু হন্থনা লৌখিগদ্রা, অসিনচিংবা রাখল কয়ানা মাবু লৌশিনবদা অপনবা পীরম্বি। অদুগী তুং

দা নুমিৎ খরনি লৈরগনি কমদৌদুননো খঙদে মাবু পূম্নকাউ কাউথোকখি, নিংশিংবা থক থোকখিদে।"

শকুন্তলাগী নিংথিজবা শকওং-শাদা অমদি ফজবা শক্তম্বু ঈখৌলাংবদগী তৌগে থনবদা তৌবা ঙম্বা রাজা দুষ্মন্তনা কনা খঙহন-উহন্দনা গন্ধর্ব-বিবাহগী মিংদা মাবু লুহোংদুনা মশাগী অপাম্বা অদু ফংননবা লম্বী য়াংথিবনি। হৌরকফম মরি-মথোঙ লৈথোম-লৈনাং থাংবী, চীংয়া-তময়াদা চাউরকপী মহাকপু নোংমদি শোয়মদনা নিংথৌনা খোঙ্গাওনবিগনি হায়বা মাধব্যনা হান্না খঙদবা নত্তে। অদুবু মহাক্তি অশিংবা মীনি। পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোয় শাবগুম নিংথৌখনবা হায়বসিদি নিংথৌগী মীৎলৈ-নারে খঙনা চৎকদবনি হায়বা মহাক্না মুন্না খঙই। অদুনা মহাক্না মপূক্লিংগী বা ফোঙদোক্তনা নিংথৌগী মপূক্লিং হরাওনবা হায়রকই, "মহারাজনা শকুন্তলাবু লৌশিনবিবদা মতম খরা খঞ্জানবা পোকখিবা অদুসু নিয়তি মাগী থৌরাং নত্তে কমদৌনা হায়গনি!"

নিংথৌনা করিনো ঙাইহাক খন্দুনা লৈরুরগা হায়রকই, "ঐগী ইফমদগী ঈকাইবা নংদুনা মাগা লোয়নরকপশিংগী তুং ইনগদবগী তৌরুবদা মপাগী পাংথক ওইরবা ঋষিশিংনা খোঞ্জেল য়াক্না 'লৈহৌ-লৈহৌ' হায়রকপদা মহাক্না ঈকাই-নুংশি য়ান্ননা চপ লেপ্পুনা মপী ঈরা চেন্না ঐঙোন্দা চিংনা চিংনা য়েংজরকখি, হৌজিক মদুনা হু তৈবা তৈঞ্জেগী মশক লৌদুনা ঐগী থম্মোয়দা থুন্না লেংলরে। অদুগা বাফম অমনা, অপ্সরা তীর্থ ময়াদা অঙকপা ফংলবা মওং অমদা কন্নাননো মাবু কদায়দনো পুদুনা চৎখি।"

মাধব্যনা হায়রকই, "কন্নাননো মাবু অতিয়াগী লম্বীদা পুখৎখ্রগা খঙহৌদনা স্বাই মাংখি হায়নৈ।"

"মাগী অপোকপী মমা মেনকানি হায়না তাখি। মহাক্কী মনাইনুপীশিংনা শকুন্তলাবু হুদুনা পুখিবা ওইরমগনি, মসিমক ঐগী থাজবনি।"

মাধব্যনা হায়রকই, "মদুমক কবিগুম্বা ওইরম্লবদি বাবিকরনু, নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা মহাক্না থেংনবিগনি। মরমদি, মপুরোইবগা শেৎন-খায়নরবী মচানিঙোলগী অবাবা মমা-মপা ওইবশিংনা মতম শাংনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈথোকপা থক ঙমদে। মাংঙুরবা খুদোপ্পু নোংমা ফংদুনা অকাউ-পরৈ চনখ্রবা শকুন্তলাগী বাফম পুন্নমক ইখঙ খঙহৌদনা মীৎকুপকী মনুংদা নিংশিংবিরকখি। মতৌ অদুগুম্না নোংমা ইথা থাজদনা মহাক্না থেংনবিগনি, থাজবিয়ু।"

রাজা দুষ্মন্তনা করিগুম্বা পাউখুম অমতা পীরক্তে। ফনা কুইনা লৈরগা মহাক্না মতোমদা শোঞ্জবগুম হায়রকই, "মাগী মফমদা লংজখিবা পাপ্পা গুসি ঐহাক ইমীৎতা ইচা উবা ফংদ্রিবনি। ঐনা চঙজফম পীখিদবদা নত্তনা মাগা লোয়নরকপশিংনসু মাবু নমদুনা থনমদুনা চৎখ্রবদা মাগী গর্ভ-নুংদা লৈরিবা নুপারা নুপীরা মশক খঙদ্রিবা মচাদুবু ঐগী ইথক্তা লমন

খুমজনগনি হায়না মহাক্না যাপকখি। করিগুম্বা মাগী মচা অদুনা নুপা ওইরমদুনা চাউরক্লগা ঐগী ইথক্তা লাপ্পারকপা থোক্লবদি ঐবু ইচাগা লাম্বা শাদুনা লান শোক্লবা তাঙ্গিদ্রা?"

ওইহাক নৈরগা মাধব্যনা থম্মোয়দা ঈহৌরকপা ঈথক অমগী থৌইনশিনবগী শং হংলকই, "মহারাজগী মিংলেন থাবা খুদোপ অদু করি পান্দমগীদমক মহাক্কী খুৎশাগী লৈতেং ওইনা শিহনবিখিবনো হায়বা খঙজবা য়াগদ্রা?"

বাহং অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা হৌদ্রবা মতম অদুগী থৌদোক অদু নিংশিংলক্লুনা মপী ঈরা চেনক্লে। মপুক্লিংদা খল্লকই, আঃ, ঐসে মীনুংশি ওহোক্লা লৈখিদ্রেদা। পুক্লশাগেদা পোক্লগা ঐনা আশ্রম-বালিকা পূকচেল চম্লবী অমগী মফমদা হায়দোকখিবা বা ঙাকখিদ্রবা। মদুদা নত্তনা পুরুবংশগী সিংহাসন্দা ফমদুনা ঐনা মাগী শেংলবা লমচংতা হামুক তৈশিনদ্রবা।

নিংথৌ নুংঙক-নুংজাননা লৈখিবা উবদা মাধব্যনা খল্লকই, ঐগী বাহংনা মরম ওইদুনা মহারাজ চিন্তাদা লুপ্লিবনি। অসুম্না খল্লদুনা মহাক্না হায়রকই, "ঐগী বাহংনা মরম ওইদুনা মহারাজবু চিন্তা পুহল্লে, ঐগী ইরাল অসি ঙাকপিয়ু।"

রাজা দুষ্মন্তনা মরুপকী বা অদু তাবদা খুদক্তা হায়রকই, "নহাক্কী মরাল লৈতে মরুপ, নহাক্না হংলিবা বাহং অসি হংবা য়াবা বাহংমক্নি। বাফম অদু তমগে তাও, ঐনা কোনুংদা হক্লনবা মাগী মফমদগী বিদায় লৌবা মতমদা মহাক্না পীরাং থাংবা খোম্থোক্তা হায়রকই, 'মহারাজনা য়াইফকোন্দা হনবিদ্রবা মতমদা য়াম্না তাম্না চীংয়া-তময়াগী শুক্লবা তপোবন্দা লৈম-শিজ্জকোনগী চংনবী খঙজদবী তোল্লবী ননাইনুবী অমা লৈহৌরি হায়বা কাউথোকপিগনুব্লে অদুগা' —ঐনা মাগী বা মরক থংতুনা হায়রম্মী, 'ঐগী পুন্সিনা লৈরিক্মখে নহাক্কী নিংথিজরবা প্রতিমাবু পুংজা খুদিং থম্মোয়দা ইরাৎচদুনা থম্লগদবনিনে চান্নবী।' মহাক্না অমুক হাযরকই, 'অদুম ওইনমক নানাইনুবীপু কয়া কুইনা লৈরগা নিংশিংবিরক্কদগে? নুংশি-কায়ন-মৈচাক কয়া কুইনা খাংহন্দুনা ঐবু মফম অসিদা লৈহনবিগদৌরিবনো?' মতম অদুদা ঐনা মাবু থেমজিনবিরদুনা ঐগী মিং থাবা সনাখুদোপ মঙোন্দা শিজিনবিখি। পীনা চোংলবা মমীৎ অনী অদুনা ঐঙোন্দা হরাওনা য়েংজরকই। ঐনা মাগী পুক্লিং ফাথবিরদুনা হায়রম্মী, 'চান্নথোইবী শকুন্তলা, খুদোপ্তা ঐগী মিং থারিবদু নুমিৎ খুদিংগী ময়েক অমমম মশীং থিয়ু। নহাক্না মশীং থিবা লোইবা নুমিৎ অদুদা নঙবু কোনুংদা পুন্নবগীদমক লৌরবা লাকপা দূত নঙগী মাঙদা লেপ্তুনা লৈরম্বা উগনি।' অদুবু খঙদে কমদৌদুননো কোনুং য়ৌরগদি ঐগী থৌনা পুম্বা স্বাই মাংখি। মাগী বাফম অদু কলাগী মফমদসু কাংথোকউবা ঙমখিদে, পুক্লিং হঙ্গানখি। মতম খরা লৈরগদি ঐনা মাবু নিংশিংবা থোক্তবমখে কাউখি। মহাক্না ঐগী নাক্লা কোনুংদা লাকখিবা মতমদুদা খুদোপ অদু উংলবা ঙম্মবা থোক্লবদি

ঐগী অকাউ-পত্রে চনখিবদু কোক্রম্বা য়াই।"

মাধব্যনা খঙনিলো হংলকই, "খুদোপ অদু মাগী মখুৎতগী কমদৌনা ঈশিংদা তাহৌবা ওইরমগদগে?"

দুষ্মন্তনা হাইহৈক্কৎ খল্লগা হায়রকই, "তাংদাংবদি খঙদে, অদুবু মখোয়না ঐগী নাক্তা লাকপদা লম্বীদা শচীতীর্থদা গঙ্গা খুরুম্বা মতমদা মাগী খুৎনিংথৌদগী নাহ্রোকখিদুনা ঈরোল নুংদা তাখিবা শোয়রদনা ওইরমগনি নিংই। খুদোপ্তুবু অচায়গোৎ ওইরবোই নিংদুনা ব্রৌ অদুনা য়োৎখিবা ওইরমগনি। মদু নৎলমদ্রবদি ভুম অদুনা ব্রৌগী মপূক মনুংদগী খুদোপ অদু ফংলমোইদবনি।"

মতৌ অসুম্না মখোয় অনীনা শকুন্তলাগী বারী শাদুনা লৈরিঙৈদা য়াম্না হৈ-শিংলবা চিত্রকারনা তুরিনা য়াম্না চেকশিন্না য়েকপা শকুন্তলাগী চিত্র অমা মনাই অমনা পুরক্লগা নিংথৌগী মাঙদা পায়দুনা লেপ্লরে।

অয়েকপা চিত্র অদুদা মীৎকুপ অমতং মীৎয়েং থম্লগা রাজা দুষ্মন্তনা মনাক্তা ফম্লিবা মাধব্যদা হংলকই, "মসিদা য়েক্লিবসি কনাগী শক্তম্নো খঙব্রা?"

মাধব্যনা চিত্র অদুদা মুন্না য়েংদুনা হায়রকই, "থোক্লবা শম্বুলদগী লৈরাং নাম্বদুনা চায়থরক্লি, মখুৎ অনীমক মখাদা হাইথরি, মায়দা হমাং মরিক-মরিক কারি, মনা পুঙলবা হৈনৌ পাম্বীগী মখাদা মায়-মীৎতা চোকথবগী মমি তানা লেপ্তুনা লৈবা উই, মহাক অসিমক্লি ঐখোয়গী শকুন্তলা, অদুগা মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরিবী মখোয় অসিনা মাগী মতারোই অনী অদুনি।"

দুষ্মন্তনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "চুম্মী, নহাক্কী মীৎয়েংসি থাগৎনিংঙাইহনি। ওহ্নোকপনি ঐগী লায়বক! চঙজফম লৌবা মখোঙনা থোংনা লাক্লম্বী চান্নবীবু নুংশিহৈতবা ফংনা তাহ্রোকখ্রগা হৌজিক্তা অমুক মাগী অয়েকপা চিত্রবু লুনা-চান্না তৌরি। লম্বী চৎপনা লম্বী ময়াদা চেল্লম্বা তুরেলবু থৌওইরুদ্রগা হৌজিক মরীচিকাবু ঈশিংনি হায়না লান্না লৌদুনা কোইতান তান্নদুনা লৈরি।"

থম্মোয়-ঈথক নেমথব্রবা তুংদা তাঞ্জা অমদা নিংথৌনা হায়রকই, "অয়েকপা অসিদা হায়ফমদি খঙদবা অশোয়বা অমা য়াওরে হায়বদি খঙলে।" ঙাইহাক মুন্না য়েংদুনা লৈরগা অয়েকপা অদুগী মফম অমদা মখুৎ থিন্দুনা মহাক্না হায়রকই, "মফম অসিদা মালিনী তুরেল য়েক্কদবনি, অদুগা সিদনা শজিশিংনা হিপ্তুনা পোথাবদু য়েক্কদবনি, চীং অদুসু মফম অসিদা য়েক্কদবনি।"

মতৌ অসুম্না রাজা দুষ্মন্তনা খুদোম্বী থিন-থিন্দুনা মফম কদায়দা করি য়েক্কদগে হায়বা তাক্লকই।

অদুগী তুংদা চিত্রকার অদু কোনুংদা কৌখৎলগা নিংথৌগী অপাম্‌-অপাম্বদু তাক-তাক্তুনা য়েকথোকহনগ্রে। অসুন্না য়াম্না চেকশিন্না য়েক্লবা চিত্রদু নিংথিনা লৈতেংলবা কা অমদা থমগ্রে।

মতম অদুদগী হৌনা রাজা দুষ্মন্ত মতম খুদিংমক্তা অয়েকপা চিত্র অদুগী মনাক্তদা লৈগ্রে। শকুন্তলাগী অয়েকপা শক্তম অদুগা অন্তাওবগী মতৌগুম বারী শানবনা মহাক্কী অমতা ঙাইরবা মথৌদাং ওইরক্রে। মহারাজগী ঙাওচৎননা মতৌসি উবদা অঙম-অথৌ পুন্নমক মথবায় বানগ্রে। নিংথৌ অসি তশেংনা অন্তাওবা হায়বদু ওইরক্লগদ্রা হায়বগী নুংশাথিনবনা মখোয় পুন্নমক্কী থম্মোয়দা মীপাইবা পোক্লরক্রে। অদুনা লৈবাক্কী অঙম-অথৌ ময়াম পুন্দুনা মরক মরক্তা তানবা হৌরকই, অদুবু ফল তাবদি শক ঙন্নমদে।

রাজা দুষ্মন্তনা মায়কৈ মরীদা মী থাদুনা শকুন্তলাগী খোঙ্গুল লিহল্লুই। অদুবু কনাসু মহাক্কী মপুক্লিংগা চানবা নুংঙাই-পাউ পুরকপদি ঙন্নমদে। মতম অদুদা শকুন্তলাবু থিদুনা পুরকপা নৎত্রগা মহাক্কী মৰা-মপাউ পুরকপা ঙম্বা মীশক্তা মনা চাউনা পীগনি হায়না লাউথোক্লম্মী। মনা মীহৌবদগী লৈবাক-প্রজা য়াওনা শকুন্তলাবু থিবা হোৎনরুই, অদুবু কান্নবদি ফংলমদে। মহর্ষি কণ্বগী আশ্রমদসু মী থাক্লরবনি, অদুবু মখোয়না হল্লক্লগা শকুন্তলা মফম অদুদসু লাক্তে হায়না পাউদম্লে।

অসুন্না মওং কয়াদা থিবা য়াবমখৈ থিরবদসু শকুন্তলাগী করিগুম্বা মৰা-মপাউ অমতা ফংদ্রবদা মথবায় নুংঙাইতবনা থুমহৎখিদুনা মশা মতোমদা আত্মঘাত তৌদুনা শিরম্লগদ্রা হায়না রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা চিংনবা পোকপ্রে। ❑

## তরানিথোই

পদ্মাবতী দুষ্মন্তগী রাণীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী অথোইবীনি। মহাক লমচৎ-ব্যবহার, ৰাঙাং-শাঙাং ফজবগী মতিক মপুরোইবা নিংবী রাণীনি। মহাক্তা লোন্নবী রাণীশিংবু মহাক্না চান্নবা মতারোইগুম লোয়নৈ। অহল-লমন মশাক খঙনা চৎলি। অদুনা রাজমাতাশিংনা য়াম্না লুনা-চান্না তৌবিবসু মহাক্না ফংজে। লাইর-অনংবশিংনো মহাকপু চানবীহেবী রাণীনি হায়না থাগৎনৈ। অদুগা শক-চুদা য়েংলবসু মহাক রাণী অমা ওইবদা মতিক চাবীনি।

হন্দক-মরক অসি মহাক মতম খুদিংমক্তা চিন্তা পুনা উই। মশাগী কাদা মহাক ফমুংদা ফমদুনা চিন্তাদা লুপ্তুনা লৈরি। মহাক্না অৰা-চিন্তা পুরিবসি মপুরোইবনা মহাকপু থৌওইবিথিদ্রে হায়বগী নত্তে, মপুরোইবনা কা অমদা শুংজিন্দুনা অঙাও-অকৈ চুবগুম মুক্লম্না মুক্লম শোন্দুনা

লৈবা অদুগীনি। মপুরোইবনা মৃগয়া চৎলুবদা কম্ব মুনিনা য়োকচবী শকুন্তলাবু লোয়া লুহোং দুনা লোয়বী মশীং হেনগৎহল্লি হায়বগী অবা-চিন্তা নত্তে। মপুরোইবা ঙাওচৎ-কৈচৎনদুনা লৈখিবনা মরম ওইদুনা লৈবাক্কী থবক কয়াদা অপনবা ওইরি। অচুম্বা বিচার ফংজনবা বাকথবা লাকপা প্রজা কয়া বিচারপতি ওইবা নিংথৌনা রাজসভাদা লেঙথোরকখিদবনা নিংবা কায়না হল্লখি। করিগুম্বা আশ্রমবাসিনী অদু লাক্লবদি নিংথৌগী অবাবা খিবিক কোত্তুনা হায়গী কিভমদা হল্লিল্লকনি হায়না রাণী পদ্মাবতীনা চেৎনা থাজে। মরম অদুনা মহাক্না লোয়া মায়কৈ থুংনো মী কয়া থাদুনা শকুন্তলাবু কয়া থিহল্লুই। অদুবু ঙসি ফাওবা মহাক্কী মরা-মপাউ অমত্তা মহাক্না ফংবা ঙমদ্রি। মরম অসিগীদমক্তনি রাণী পদ্মাবতীনা চিন্তা পুরিবসি।

মতম অসিদা মাগী অহল ওইরবী মীনাই নুপী মোক্ষদা কা অদুদা চঙলকই। পদ্মাবতী পীরাং থাংনা করিনো বাখল অমদা লুপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্মাংদা লৈমায় থক্তা ঙেক ফমথররে। ঙাইহাক তুমিন্না মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরগা মহাক্না হায়রকই, "মহারাণী ইবেম্মা, অদুক হাক্লা চিন্তা পুরিবা করিগীনো? নহাক্তি মতিক-ময়াই লৈবা নিংথৌগী নাইতোম শাংপী নিঙোল ওইরকপনা পুক্নিদা অবা-অনা মশক খঙলক্তবীনি। হৌজিক নিংবা থুংদবা করি লৈদুনা ইবেম্মনা অদুক হাক্লা চিন্তা পুবিরিবনো?"

বা অসি তাবদা মীৎলুদদি পীরাং কংদনা পদ্মাবতীনা চিনবান মতায়দা নোকপগী মমি তাহন্দুনা হায়রকই, "মহারাণী অথোইবী ঐনবু করিগী চিন্তা তৌজরুগনি। ঐদি নিংথৌবেন দুষ্মন্তগী খুইদগী অচানবী রাণীনি। ঐনা তৌনিংবদা তৌদুনা, চানিংবদা চাদুনা নীং খা তন্না লৈবিবসিনি।"

মোক্ষদানা হায়রকই, "ইবেম্মনা ফনা লোৎপিরবসু ঐ পুন্নমক খঙদবা নত্তে। অদুগা চীংয়া-তময়াদা পোকপী, উমং-বামংদা চাউরকপী, মপী-মপানা নাওয়োক-নাওকোল্লক্তবী, মীগী নুপা ফাবা হৈবী, মহাগী নুপী অদুবু ইবেম্মনা মী কোইথা থাদুনা থিহল্লুই হায়বসু ঐ মুন্না খঙজে। লোইরং-শীংখোং ওইবী মাবু থিবা ফংলক্তবসি য়ান্না ফববনি। অদুগা ইবেম্মনা মহাক থিবা ফংদবদা অবা-চিন্তা কোকথোংনবিবা অসিদি দোলাই তোংবীগীদমক বাইকুপ পুবীনা বাই হায়বদুনি।"

পদ্মাবতীনা শাউশিন্নদুনা হায়রকই, "খঙঙে মোক্ষদা, নঙগী হৌনবী চবেং চবেং ঙাংবদু অমুক হৌরক্লু।"

মোক্ষদানা মপুক্লিংদা হাইফেৎ বারৌনা হায়রকই, "ঐনা হায়বিবসি চবেং চবেং ঙাংবগী বা নত্তে। ইবেম্মবু অমুক্তা তিল্লাং য়োংথনা মুন্না খল্লদুনা য়েংবিয়ু, নিংথৌনা চৎলিবা শাজৎ অসিনা ইবেম্মগী মফমদা কয়াগী মতিক মরাল লংশিনবা হায়বদু ওইরবগে হায়বা মীৎত্রা শংশং উবা ফংবিগনি।"

পদ্মাবতী তুমিল্লা লৈ। কবিগুম্বা পাউখুম অমতা পীদে। অদুবু মহাক্না য়াৱোৌনা মীৎচিনা মন্নপ অমুত্তংদি য়েংলকই।

মনাই নুপীদুনা অমুক হায়রকই, "নিংথৌনি হায়দুনবু মনীং-মখা পংতৌদা তৌবা য়াব্রা? মহারাণী অথোইবী অমা ইচাউ চাউনা লৈনা মহাক্না নুপী পংলোন্দা লোনবা য়াব্রা? নুপীদি মী নত্তব্রা? নুপা মখোয়না নুপী লোনবা য়াৱবদি নুপী ঐখোয়না নুপা লোনবসু য়াফম থোক্কা?"

হৌন-হৌনদবা বা অমতা থাক্তনা মহাক্না পংতাংদো ভাংলকপা অদুনা রাণী পদ্মাবতী শাউগাৎলক্রে। ওদুনা হায়রকই, "হুনুবী চিঙ্খিবী, চৎপ্রো চৎলো ইমাগুদগী। নশক অদু ঐগোন্দা অমুক হন্না উৎলবা য়ারোই।"

চৈ-থাংলকপা অসিদা মোক্ষদা চত্তক্নদুনা চপ য়ুংনা লৈব্রে। মহাক্না ভাংনিংবদা ভাংবদা করিগুম্বা নুমিৎতসু পদ্মাবতীনা অকনবা বা শিজিন্নখিবা থক লৈখিদে। মহাক্না পদ্মাবতীবু ঈ মতুমন্দগী চাউর্নবা নাওয়োক-নাওকোজ্ঞরকপনি। অদুগা পদ্মাবতী রাজা দুষ্মন্তদা লুহোংখিবদা মবুক্তগী হেক তাবা মচামক্তম নিংজবী মহাকপু থাদোকপা ওমদদুনা তুং ইন্দুনা মফম অসিদা লাকখিবনি। পদ্মাবতীনসু মাবু অপোকপী মমাগুম নিংই।

মীৎকুপ খরগী মতুংদা মোক্ষদা মপুক্লিং নুংশিরক্তুনা মমিৎতা ঈরা চেল্লক্রে। হায়রকই, "ঐ য়াম্না লানব্রে মহারাণী ইবেম্মগী মফমদা। ঐনা ইশাবু কাউথোকচক্করে। ঐ মীনাই নত্তনা ইবেম্মগী কনাসু নত্তে হায়বা কাউথোকউরে। ঐ চৎচরনি ইবেম্মা, মফম অসিদগী য়াম্না লাপ্পা চৎব্রগনি।"

মহাক্কী পীরাং থাংবা বাসি তাবদা পদ্মাবতীগী থম্মোয়দগী অশাউবা কোকখিবগা লোয়ননা নিংগুমদবা পোক্রক্রে। মহাক্না মপুক্লিংগী অবাবা খিবিক থাদোক্তুনা মোমোন নোকশিন্নদুনা হায়রকই, "ইনে, নঙ ঐবু শাউরব্রা। ঐবু করিমতা নুংশিদ্রব্রা থাদোক্তুনা চৎকদৌরিবদি?"

মরক মরক্তা পদ্মাবতীনা 'ইনে' হায়না কৌদুনা অচেৎপা লীপুন অমনা মখোয় অনীগী চান্ন-চিন্ননা থম্মোয়গী লীপুনবু অমুক হেন্না চেৎশিলহল্লি। ওসিসু মিক্তৌ অদু তাবদা মোক্ষদা মখোঙ থাংদোকপা ওমদ্রে। থংনবা মীৎকুপ্তা মমীৎ ঈরা চেন্না চেনশিল্লক্তুনা পদ্মাবতীবু মথাদা চেৎনা কোল্লরে। হায়রকই, "ইবেম্মা, ঐবু বারৌবিগনু। মহারাজনা নুমাকপু থৌওইবিরক্তবা অসি উবদা ঐ থম্মোয় পুবা ওমখিব্রে। অদুনা চিন্দা থোরকপা অদু পংতাং ভাংখিবনি। মপুরোইববু ঈশ্বরমক্নি হায়না নিংলিবী ইবেম্মগী মাঙদা অদুগুম্বা বা অদু অমুক হন্না পল্লরোই। ঐবু ভাকশিনু।"

তাঙ্গা অসিমক্তদা মীনাই নুপী অমনা চত্তলক্লগা রাজমাতান্না মহারাণী পদ্মাবতীবু মনাক্তা

লাক্লনবা নিংশিংলকই হায়বা খঙহন্নরে।

পদ্মাবতী খুদক্তা রাজমাতাগী নাক্তা লাক্রে। মহাক্না মনেখোকী মখোঙ শেল্লা থুরন্নগা হায়রকই, "রাজমাতানা ঐবু কৌখিববু করি তাকশিনবা লৈবগে?"

মহাকপু চিংশিন্দুনা মনাক্তা ফমহন্নগা রাজমাতানা হায়রকই, "ইমৌ-ইবেম্মা, ঐনা নঙবু কৌবগী মরমদি নপুরোইবনা ঙাওচৎনরিবা অসি কোকহন্নবা নখোয়না অমুক্তা হোৎনৌ হায়বগীনি।"

পদ্মাবতীনা হায়রকই, "ঐগা অতে রাণীশিংগনা মহারাজবু থেমজিন্নবা কয়ারক হোৎনেজন্রে। অদুবু কান্নবদি করিমতা ফংদে। মসিদা মহারাজগী মফমদা দোষ তৌরম্বসু য়াদে। মরমদি ঐখোয় রাণী কনাসু ইচা ধারা পান্দে। অদুনা মচা ধারা পাম্বদগী মহারাজনা আশ্রম-বাসিনী অদুদা মীৎয়েং তারম্বনি। অদুগা ঐখোয়গী লায়বক ফবনা শকুন্তলাগী থাগী খোঙকাপ কায়খিবনি। মহাক্না মখোঙনা থোঙনা লাক্কুনা মশাগী অধিকার তাক্লরবদা সুম থোকউ হায়না তমখিবা বিধিগী নোংদমখোয়া কনখিবনা মহারাজনা মহাকপু মশাক খঙখিদে। মহাকপু তাম্হোকপ্রবা তুংদা মহারাজনা নিংশিংলক্কুনা কয়া থিহন্নুবদা ফংবা কৌবা মরৈদ্রে। অদুবু শকুন্তলা হায়বী অদু থিবা ফংলবদি মহারাজগী ঙাওচৎলবা অসি অদুম কোকচখিগনি।"

বা ঙাংনো ঙাংনো পদ্মাবতীগী মীৎলু আপোম অনীদগী পী অর-র শিন্থরক্রে।

রাজমাতানা নুংশি-চানবিবগা লোয়ননা মমৌনুপীগী শিন্থবিবা পীরাং তৈথোকপিরদুনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি ইমানা থেম-নৌদুনা মাগী ঙাওচৎনরিবসি কোকহন্নবা হোৎনরগে। নখোয় নুংশাথিক্লরনু, ইমানা কনবা শিল্লগনি।"

"ইমা!" হায়রগা হন্দক্তি পদ্মাবতী খোঞ্জেল থোক্লা কপথোরক্রে।

"কপ্পনু, তোকও!" হায়রগা রাজমাতানা মনাই নুপী অমা কৌশিন্নগা মচানুপা দুষ্মন্তবু কৌহন্নুনবা থাগ্রে। অদুগা তপ্না তপ্না হায়রকই, "নুপী ওইবী ঐখোয়দি পুক্লিংদা ফনা নুংঙাইত্রবসু চিনবান্দদি নোকপগী মমি তাহনগদবনি। নহাক্তি লৈবাকসিগী রাণী অথোইবীনি। নঙনা অবা-পোৎলুম পুবা উরবদি মদুদগী দোষ চিংথোক্লুনা নপুরোইববু মীনা থিনা ঙাংনখিগনি। ইপুরোইবগী ইজ্জৎ কনবা হায়বসি নুপী ওইবী ঐখোয়গী ইথৌনি। মদু ওইরবদি ইপুরোইবগী ইজ্জৎ হেনগৎপগা লোয়ননা ঐখোয় নুপীগী ইজ্জৎসু হেনগৎকদৌরিবনি।"

অসুম্না মনি-মমৌ ঙাইহাক পুকমেন-পাউমেন্নবা তুংদা পদ্মাবতী রাজমাতাগী মফমদগী বিদায় লৌরগা চৎত্রে।

মহাক চৎত্রবদা রাজমাতা মচানুপাগী কাথলদা উংদুনা লৈত্রে।

"ইমা, নচাবু কৌখিব্রা?" মচানুপা দুষ্মন্তনা বা অসি হায়রবদা রাজমাতাগী মঙম্রং-হাম্রংনবদু কোকখ্রে, মমীৎ-মনা তশিং-তশিংখ্রে।

মমানা হায়রকই, "ইমাগী ইবুংঙো, নঙনা তৌরিবা থৌদৌসি করিনো?"

"করি তৌরবগে ইমা?" করিমতা খঙদবগী মওংদা দুষ্মন্তনা ইতপ্ তম্না হংলকই।

মমানা নুংশামগী অমা হোন্দক্লগা হায়রকই, "হৌরবগীদমক অদুক হক্না নুংনাংঙনা লৈবা চুমদে। পুন্সিদা থেংনবা অরা-অনা পুদিংমক ইচংথৌনা মায়োক্নগদবনি। অমুক থাবা অমুক নুংঙাইবা হায়বসি মহৌশাগী পুংথেন্নদা য়াওরকবনি। কায়নব-থুংনবা, পোকপ-শিবা, নোকপ-কপ্পা পুম্নমক অসি ভগবানগী লীলানি। মদুগীসু মথক্তা নহাক্তি নিংথৌরেন অমনি, নঙগী নথক্তা য়ায়া লুমবা থৌদাং কয়া নপ্নি হায়বা খক কাউফদে। অদুনা হয়েংদগীদি নহাক রাজসভাদা থোরক্নবা হোংনৌ।"

দুষ্মন্তনা হায়রকই, "ইমাগী য়াথং নচানা শোয়দনা ঙাকচগনি। অদুবু মৈচাক অসি ময়েং খরা তাখিসনু। মতম খরা অসিদি নচাবু ঙাকপিখিবা তারে, ইমা।"

নুংশোমগী অমা শাংনা হোন্দোক্লগা রাজমাতানা তপ্না হায়রকই, "ফরে, মদু ওইরবদি মন্ত্রীশিংদা হায়নদুনা লৈবাক্কী ঙাক্লেন মথোয়বু মতম খরগা পুহল্লগে। অদুবু মৈচাক হেনগংহল্লবা হোৎনবদি য়াদে। চৎলো পোথাজরক্লো।"

"ফনি ইমা।" হায়দুনা রাজমাতাগী খোঙ শোক্লা খুরুম্লগা রাজা দুষ্মন্ত কাদুদগী থোকখ্রে। ❑

## তরাহুমদোই

নোংমো নোংমা হৌখিদুনা থা ফারক্লে।

থা থা হৌখিদুনা চহী ওল্লক্লে।

উনা উনা কুমজা কয়া হৌখ্রে।

অদুবু রাজা দুষ্মন্তগী থখোয়না শকুন্তলা কায়নবগী নিংঙমদবা মৈচাক ফগৎলকপ্রা হায়ববু মতম হৌখিবগা লোয়ননা অহোইনদুম অসুম অসুম হেনগৎলক্লে।

"হো খন্দোয়গী মবেম্বা শকুন্তলা, নঙবু কদায়দা লৈবগে? এনা কৌবা অসি তাররদি লাক-ওগবা।" অসুম্না কয়া হায়দুনা তেংথা-নাওইদুনা রাজা দুষ্মন্তদু লৈরম লৈরম্বা মফমদা বোম বোম তুদুনা থাহবা হৌরক্লে।

মতৌ অসুম্না মচানুপাগী ঙাওচৎ-থৈচৎনবা হেজিন্নকপা উবদা রাজমাতা মথবায় থাবগী ওমথে লৈখিখ্রে। মহাক্না লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংগা মদুগী মরমদা বা কয়া তাখ্রে। অদুবু কাম্নবা ফল্লদি ফংবা মরেক্রে।

মোংবা রাজমাতানা অঙতম-অথৌশিংগা মান্না কুনা অজররা তুরা নিংথৌগী মপুক্রিং যাথদুনা হায়গী ফিভমদা হজিন্নরবা হোৎনরু নবগী থৌদাং নিংথৌগী মরুপ মাধব্যনা পিন্নরে। রাজমাতাগী মাথং মন্তুইয়া মাধব্য রাজাদুষ্মন্তগী নাক্তা লাক্লে।

মতম অদুদসু নিংথৌদি শকুন্তলাগী অয়েকপা শক্তম অদুগী মাঙদা লেপ্তুনা মপী অর-অর পিহনা বারী শাবঙম করি করিনো হাংদুনা লৈরম্মী। নিংথৌনা হাংলিবদু মরম্মদগী তাবদা কনাগুম্বা অমগা বারী শান্নিমাক্লে হায়না মাধব্যনা খল্লকই। অদুবু মনাক্তা চঙশিনক্লবদা নিংথৌদু মহৌশাগুম শকুন্তলাগী অয়েকপা চিত্রগী মাঙদা লেপ্তুনা মথন্দা বা হাংলিবনি হায়বা উরক্লে। নিংথৌগী থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরবা মওং-মতৌদু উবদা মহাক চুপ লেপ্তুনা নুংবংলনা য়েংদুনা লৈক্লে।

ঙাইহাক লৈরগা মাধব্যনা হায়রকই, "মহারাজ, শকুন্তলাগা নুংঙাইনা বারী শানবিরি। অদুবু মহারাজগী ফিভম অসি উবদা লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিং, রাজমাতাশিং, লৈম-শিজশিংদা নঙনা লৈবাক-মীয়াম পুম্নমক মীপাইনরে। অদুনা লৈবাক্কী ফিভম অসি খঙবিদুনা নোংমগী ঙাইহাক ঙাইহাক্তংদদি দরবারদা লেঙথোকপিয়ু।"

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "ঐ হৌজিক করিগুম্বা থবক অমতদসু পূক্নিং লৈচংলুবা ঙমগনি নিংদে মরুপ। অদুনা নখোয়না লৈবাক্কী থবক পুম্নমক অদুম মনা-মনিল নাইদনা পুখিগদবনি।"

ঙমথং মন্ত্রীনা থারকপা চিঠি পুদুনা বেত্রবতীগা লোয়ননা চঙলক্লগা থোঙগাকপনা হৌনবী ঈকাইখুম্নবা উৎলগা নিংথৌগী মাঙদা লেপ্লরে।

নিংথৌনা থোঙগাকপগী মখুৎতগী চিঠিদু লৌরে। অদুগা মদু পাররগা মহাক্না বেত্রবতীদা য়েংদুনা হায়রকই, "কয়াদা থম্মোয় পুঙমখত্রিবা পাউনোদো। ললোনবা নুপা অমা সমুদ্রদা হি লাক্লুনা শিরে। লায়বক থিববা নুপাদু মচাপোক্তে হায়দুনা মাগী অরেবা লন-থুম্নচিংবা সম্পত্তি পুম্নমক নিংথৌগী ফংফম থোকপা ওইরে। মচা পোক্তবা হায়বসি তশেংনা অবাবগী মশাক্নি। মরন-মথুম য়াম্না লৈবা নুপানিনা মাগী নুপী মশীং য়াম্না লৈকম থোকই। বেত্রবতী, মাগী নুপীশিংদুগী মবক্তা থাগী থোঙকাপ কায়হৌরবী কনাগুম্বী যাওব্রা হায়বা অমুক্তা থি-জমদুনা য়েংলুখো।"

বেত্রবতীনা করিনো হায়গদবগী তৌরকই, অদুবু থোঙগাকপনা থান্নগা হায়রকই, "মহারাজ, ললোনবা নুপা অদুগী মীরোলনবী নুপী অমা লৈ হায়না তাই।"

রাজা দুষ্মন্তনা হায়রকই, "মদু ওইরবদি ললোনবা নুপাদুগী লৈহৌবা সম্পত্তি পুম্নমক্কী মপু নুপী অদুগী গর্ভদা লৈরিবা মচা অদুনা ফংফম থোকই। ঙমথং মন্ত্রীদা পাউ অসি থিজনা ললোনবা নুপা অদুগী মীরোলনবী নুপীদুদা খঙহনখো হায়য়ু।"

"...কনি মহারাজ।" হায়দুনা লেরবতীনা নিংথৌ খুরুমজনা থোঙাজকপা লোয়ননা মপাল্দা থোকখ্রে।

দুষ্মন্ত করিনো ঙাইহাক খল্লগা মাগী মরুপ মাধব্যদা হায়রকই, "কনাগুম্বা নুপা অমা মচা পোক্রমদনা করিগুম্বা শিখিবা থেক্লবদি মাগী লৈজৌরিবা সম্পত্তি পূম্নমক নিংথৌগী লমগেদা চীলহনবা হায়রবদি চৎনবী নিয়ম ওইরি। মসিবু লৈবাকসিদা চৎলরিবা নিয়ম। নুপীদি মী নত্ত্রা? মথোয়বু থৌওইবিদবা চুম্বরা? মথোয়দি তাইবংপান অসিদা করিগুম্বা অধিকার অমত্তা লৈতবা থোক্তরা? মপুরোইবা শিরবা তুংদা নমদুনা মপুরোইবগী য়ুমদগী তাহোকপিরবদি মথোয় কদায়দা চৎকদগে? মপামদা! শাস্ত্রনা হায়রি, নুপী ওইবীনা মপামদা শিরবদি নরক তাই, অদুগা মপুরোইবগী য়ুমদা শিরবদি স্বর্গ কাই। বাফম অসি অচুম্বা ওইরবদি হৌজিক চৎনরিবা নিয়ম অসিবু চুম্লিব্রা? তায়োক্লনা থোক্তব্রা? মমা-মপা লৈজদ্রবী লুহ্রাবী শিংদা চৎনবী নুপী কয়া মপামদা মখুং-মৌশবানা চঙজকপা পীবিদবদগী মতোমদা শিজরি, অদুগা অদুগুম্বী নুপী কয়া অমনা অপাম-খীচৌ-চাওবা নুপাশিংনা নমদুনা মথোয়বু কামগী থয়াঙ্ত্রা ইনশিন্দুনা মপুক্তি মাংহনবিরি, নখ্রগা নুপাশিংগী মখুৎতা মশা লাহোকচদুনা হিংনবগী পাম্বে ওইনরি। অসিগুম্বা থৌদোক কয়াদগী সমাজদা ফত্তবা ফল কয়া থোরকপদা গুপগী নুপী ওইবীশিংদদা মরাল শিকম থোকত্রা? করিগুম্বা হৌজিক্কী সমাজ অসিগী মায়োক্তা শিংনরক্লুনা নুপী ওইবীশিংনা মখাংদা খাংচেৎ লাকখৎলুনা চোংথোরকপা থেক্লবদি নুপাশিংনো থিংলুবা ঙমগদ্রা? লৈবাক্কী চৎনবী কয়া শেম্বদা নুপাদনা শরুক য়াবনা নুংদদি নুপাদম্বী ওইজবদা য়েংলব্রা? নুপীগী অধিকারবু নুপানা খোঙগাওনরব্রা? সমাজগী চৎনবী শেম্বা অদুগা লৈবাক-খায়েল চৈতাক পুবদা নুপীশিংবু নুপাশিংগা মান্নবা থাক্তা শরুক য়াহনকম থোক্তব্রা?"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরম্লগা মহাঙ্কা মাধব্যদা য়েংদুনা অমুক হায়রকই, "হায়মু মরুপ, ঐখোয়গী সমাজদা হৌজিক চৎনরিবা মপুরোইবা হেক শিখিবদা মপুরোইবগী সম্পত্তি পূম্নমক ওয়া নিংথৌগী পুক্রেদা কাহন্দুনা মচাপোক্তবী লুহ্রাবীশিংবু থোঙগাওনবিরিবা নিয়ম অসিবু চুম্লিব্রা?"

মাধব্য অশিংবো মীনি, মহাঙ্কা নিংথৌগী বাফম অসিদা য়াওশিন্নুদবনা ফগনি হায়না খল্লি। মরমদি মহাঙ্কা অচুম্বগী মায়কৈদা লেপ্লুনা ফনা ভাংলবসু তুংদদি হায়গী ফিভমদা অদুম হঞ্জিনকনি হায়বা মহাঙ্কা মুম্না খল্লই। অদুনা মহাঙ্কা বাফম অদুদগী নাহোরুবা হায়রকই, "মহারাজ, ঐদি অপঙবা ব্রাহ্মণনি। ঐগুম্বা অপঙবনা অদুগুম্বা অদুক লুবা বাফম অদু কমদৌনা খঙগনি?"

বা অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্ত মপুক্কিং পেত্রে। অদুম ওইনমক মহাঙ্কা হায়রকই, "অদু

ওইরবসু মঙসু অমুক্তা নমুনা য়েংউবো মরুপ, করিগুম্বা ঐসে অসুম ইচা পোক্তবা তারবদি ঐগী ঊরিবা নম্দ্রি পুন্নমক মীগী মখুৎতা অঙ্খিবা নপানা তাবনি। ওহ্লোকপনি ঐগী লায়বক।".

মাধব্যনা মহাকপু খেমজিন্নদুনা হায়রকই, "অদুবু মহারাজদি য়াম্না নহা ওইরি, ইচা থাম্না-থাক্লোই হায়রবগী চিন্নকনিংঙাই করিসু লৈত্রি।"

দুস্মন্তনা শকখম হঙ্জিন্না হায়রকই, "নত্তে মরুপ, ঐদি ইশাগী ইখোঙদা ইশানা শীংজনা য়ানশিঞ্জখ্রবনি। পুরুবংশগী তাওজিং হৈরক পানখ্রবী শকুন্তলানা মীৎলু নাপোম অনী পীনা থুমহন্না লাক্লুনা ঐগী মাঙদা লেপ্লম্বি, ঐনা মাবু মশক খঙদে হায়না ঈকাইবা হন্না হন্না পীদুনা মীনুংশি খঙদবা তমথীবা শাজং উৎতুনা তাহ্লোকপিখি। মদুগী দোষনা ঐহাক পুণিদ্রু মপা অমা ওইবা হায়বদু থক ফংলরোইদবনি।"

মাধব্যনা হায়রকই, "অদুক হাক্লা থম্মোয় শোম্বিগনু মহারাজ? ঐনা কয়াবক হন্না হায়জখ্রবদুনি, মহাক নোংমদি শোয়দনা মহারাজগা উন্নরখিগনি।"

হায়রিবসি থোইনা তারন্দনা রাজা দুষ্মন্তনা মীৎলু নাপোম অনীদা পী অর-র শিন্থনা মতোমদা শোঞ্জবগী মওংদা হায়রকই, "হে চান্নখোইবী, নঙবু মফম কদায়দা লৈবগে?"

মা ঙাংনা ঙাংনা মহাক অ্যান মাংদুনা লেকথদুনা তুথরক্লে। মাধব্যনা চেনশিন্দুনা মহাকপু কোনশংলরে। খোঙঙাকপা কৌশিন্দুনা ঈশিং লৌহল্লুরগা মহাক্না মহাবাজগী মায়-মীৎতা ঈশিং থিক্লুনা অ্যান তারক্লবা কম্না হোৎনরকই। ঙাইহাক্তং লৈরগা নিংথৌ তপ্না তপ্না অ্যান তারক্লে।

ঙাইহাক্কী মমাঙদা শকুন্তলাগী চান্নবী মতারোই অপ্সরা সানুমতী মফম অদুদা চঙলকই। অদুবু মহাক্তি স্বর্গগী অপ্সরানিনা শক উহন্দবা ওস্বগী শক্তি লৈবনা কনানসু মহাকপু উবা ফংলমদে। দুষ্মন্তনা শকুন্তলাবু থৌওইবিখিদবগী মৈচাক খাংঙমদদুনা অনুতাপ তৌখিবা পুন্নমক মহাক্না শিং শিংনা উহৌই। মহাক্না মপুক্লিংদা খল্লকই, মবক্তা পল লৈবনা মাঙদা লংলবা মৈরা লৈদুনসু নিংথৌনা পুন্নমক ইমম মম্না উরি। অদুগা অসোমদনা ঐগী ইতা শকুন্তলাদি পুন্নমক অসি করিমতা খঙদবনা নিংথৌনা থৌওই-বাওইদনা হন্না হন্না ঈকাইবা পীদুনা তাহ্লোরকখিবগী বারৌবা নোংম্না নোংমগী হেনগৎলক্লি। গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অদু মপা-মশক খঙদবা লমজা ওইনা শিংথাদুনা নিথৌনা চৎখিবা শাজং অদু ইতানা কাউথোক্কপা ওপাঙম ঙমদ্রি। অদুনা হৌজিক ইতানা মাগী গর্ভদগী তারা মচানুপাবু মপাগী মথক্তা লমন খুম্নহন্দুনা মপাগী অধিকার নমদুনা লৌহনগনি হায়না অচেৎপা ফিরেপ লৌবি। মঙোন্দা হৌজিক নিংথৌগী ওইরিবা কিন্তম অসি পাউদম্মুরবসু নুংদা ঈশিং চায়বা ওইনা থোকনি। মরম অসিনা ইতা অমদি নিংথৌদা হৌজিক থেমজিন-বাহে অমতা হায়দনা তাঞ্জা ঙাইদুনা

লৈবনা চুপ্পী। লাকখিসনু মতম, পুন্নমক য়াইফরক্লনি। নোংমা শকুন্তলাবু থৈমজিনখিবা চংগগী মতাংদা মাতা মেনকাদা ইন্দ্রদেবনা হায়খিবা তাবি, 'দুষ্মন্তবা শকুন্তলাবু নৌশিনহন্নবা ইকুই কুইদনা শিন্নগনি।' মরম অসিনা হীরম অসি রাজা দুষ্মন্তদা করিমতা খঙহন্দনা য়াইফবা পুংফম অদু ঙাইদুনা লৈবা চুপ্পী।

অসুম্না খল্লদুনা সানুমতী তুমিন্না চঙলকপগুম তুমিন্না থোকখ্রে। দুষ্মন্তগী হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসি শকুন্তলাদা তন্নুনিংবনা মহাক অমুক তপথবা ঙমগ্রবনি। অদুম ওইনমক শকুন্তলাগী হৌজিক হৌজিক ওইবিবা রাখল্লোনগী মওংদুদা মদুগুম্বদু ফনা তন্নুদুনসু মতাংরোইগী মপূক্লিং পেংথহনবা ঙম্লোই হায়বসু মহাক্না খঙদবা নত্তে।

তাঞ্জা অসিমক্তদা দেবরাজ ইন্দ্রগী পাউ পুদুনা ইন্দ্রগী সারথি মাতলি মফম অদুদা লাক্লে। মহাক্না রাজা দুষ্মন্তগী মফমদা মতিক চানা ইকাইখুম্নবা উৎলগা হায়রকই, "দেবরাজ ইন্দ্রনা ঐবু মহারাজগা উন্নরুনবা য়াথং পীবিরকই।"

রাজা দুষ্মন্তনা যাম্না খঙনিংনা হংলকই, "অদোম্না দেবরাজগী কবম্বা য়াথং পুবিবকপগে তাকপিয়ু।"

মাতলিনা হায়রকই, "তাবিবম্নগনি হায়না নিংজে, কালনেমি শাগেদা 'দুর্জয়' কৌবা য়াম্না কন-থৌবা দানব কাংলুপ অমা লৈ। কাংলুপ অদুনা হৌজিক দেবতাশিংগী মাং-তাক্লবগী অচৌবা মবম অমা ওইরবে। মহারাজগী মরুপ দেবরাজ ইন্দ্রনা করিগুম্বা মওং অমতদসু মখোয়বু মায়থিবা পীবা ঙমদ্রে। অদুনা অতোপ্পা উপায় লৈতদুনা লান শাংবিনবা মহারাজবু কৌবা লাকচবিবনি। য়ারবদি মীৎকুপ অমা ফাওবা পম্থবিদনা হৌজিকমক লীরুং তেন্নচিংবা খুৎলায় পুদুনা ঐগা লেঙখ্রসি।"

ৱাসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা হবাওনা হায়রকই, "দেবরাজ ইন্দ্রনা অসুম্না তাকপিরকপা অসিদি ঐ ইশানা চাউথোকচনিংঙাই ওই হায়না লৌজে। হৌজিকমক অদোমগী তুংইন্দুনা চৎচগনি। অদুম ওইনমক ঙাইহাক্তংদি ঙাইবমখিবা তারে, অন্তপুরদা চঙদুনা রাজমাতাশিংগী আশীর্ব্বাদ অমুক্তা লৌজরুখিগে।"

ৱা অসি তাবদা মাধব্য ঙকপনা খম থেংখ্রে।

রাজা দুষ্মন্ত মতম খুদিংমক্তা শকুন্তলাগী ৱাখলদা উৎদুনা লৈখিবনা অন্তপুরদা চঙদুনা রাজমাতাশিংগা উন্নবা ফাওবা থাদোকখ্রবনি। রাজমাতাশিংগী ৱাদি পন্নক্লগা তশেংনা থৌওইখিদ্রবা রাণীশিংগী মরমদা ৱা মচেৎ অমতা পন্নক্তবা অদুদা মাধব্যনা থোক্লেল তপ্পম্না হায়রকই, "মহারাজ, রাণীশিং মরু ওইনা রাণী পদ্মাবতীগা অমুক্তং উনখিরম্বা ফরোইস্রা?"

মরুপকী ৱা অসি তাবদা দুষ্মন্তনা ঙাইহাক কবিলো খন্দুনা লৈরুরগা শোয়াংদনা হায়রকই, "হোয়, মখোয়সু উন্নরমগনি।" লেপকক তৌরগা অমুক হায়রকই, "মরুপ, মহাক্না ঙমথং

মন্ত্রী পিশুনকতা ঐনা চংথোকপ্লিভেদো প্রজাপালনগী থৌদাং পুন্নমক শিন্নরম্মী হায়না তম্বিয়ু।

অসি হায়রবসুথা মতম কুইনগী তুংদা ইথা থাজদনা রাজা দুষ্মন্ত অন্তপুর তম্না চঙখ্রে।

অন্তপুরদা চঙদুনা মহাক্না রাজমাতাশিং, রাণী অতৈগা লোয়ননা রাণী পদ্মাবতীগা পুক্নেম-পাউমেন্নরম্নগা থোরক্রে। অদুগা মহাক্না লৈবাক রায়েলগী মতিক চাবা থৌরাং পুন্নমক শিনখ্রে।

অদুগী তুংদা রাজা দুষ্মন্ত মাতলিগা লোয়ননা ইন্দ্রগী পুষ্পরথ মথক্তা কাখৎলরে। দেবরাজনা থাৱকপা নিংথিনা লৈতেংলবা পুষ্পরথনা রাজা দুষ্মন্তবু পুদুনা নুংশিংকী মাঙথানা অতিয়াগী লম্বীদা থৌরক্রে।

রাজা দুষ্মন্তগী কোকথক্তা লুন্নবা থৌদাংনো নহুরি, তমথীরবা দানবকী কাংলুপ অদুবু মায়থিবা পীদুনা দেবতাশিংগী খুদোংথীবা কোকহনগদৌরিবনি। ❑

## তরামরী

মপুরোইবা দুষ্মন্ত নিংথৌনা চঙজফম পীবিদবদা নত্তনা শকুন্তলাবু মশক ফাওবা খঙদে হায়দুনা মীমাঙদা খোঙ্গোইনবিরে, অদুগা মায়কৈ অমদনা মপামদগী থিনবিরকপা ঋষি কাংবুনসু মপুরোইবনা ইচ্ছাক্রবী নুপীদি মপামদসু চঙহনবা য়াদে হায়দুনা হন্দোক্নুনা থম্বিরম্লে। মতম অদুদা রাজপুরোহিতনা শকুন্তলাবু গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অদুনা তাইবং ফাওবক্তিবা ফাওবা মাগী য়ুমদা চঙজফম পীরিবগী রাফমদা য়ানদুনা ময়ুম তম্না চৎমিন্নরি।

মতম অদুদা পীরাং-পীফম তৈনা রাজ-পুরোহিতকী তুংইন্দুনা চৎলিবী ঈকাই-ফিরুক খুন্নবী শকুন্তলানা খল্লকই, লৈবাক্কী নিংথৌরেন মশামক্না নুংশি-লাং থাক্নুনা লুহোংদুনা লৈমিন্নরবী ঐবু শক খঙদে হায়দুনা করেম-কথাইনবা রাহে কয়া শিজিন্নদুনা হন্না হন্না ঈকাইবা পীরকখি। মশাগী নুপীবু মতৌ অসুম্না মীমাঙদা খোঙ্গোইনদুনা তাম্থোরকপা অসিবু নিংথৌরেন অমনা চৎকদবা শাজৎলা? মশাগী নুপীবু নিংশিংদ্রে, কাউরে হায়বা অসিবু থাজফম থোকপ্রা? খঙলে, মসি তাইবংপানগী হৌনশানি। নুপী ওইবী ঐখোয়বু নুংঙাই-য়াইফবশিংনা করিগুম্বা মতমদা ঈকাই-খুন্নবিখিবা লৈগ্রব্রা? ঐখোয়গুম্বী লাইরবী, শহরদগী তাম্না লৈবী চম্নজবী চন্নুরা কয়াবু শহরগী পুকচেল মক্রবা নুপা কয়ানা নুংশি-লাং থাক্নুনা পঙথহন্নগা মনিং তৌনা শারাক তম্নিবা নৎত্রা? মখোয়না পেল্লবা মতমদা ঐখোয়বু ফদি-ফরাগুম লাক্নুনা হন্দোক্নি। লৈবাক্কী বায়েনশঙদা ঐগুম্বী লায়বকথিরবীশিংনা ফনা কপচ-লাউজদুনা বাকৎচরুদুনসু বিচারপতিনা ঐখোয়গী বা মনাদা খক হাপ্লিদে, থোইদোক্নদুম

ঐখোয়দা খোক ওনশিন্দুনা চৈরাক পীরবা হোৎনে।

খরা চৎলগা শকুন্তলানা অমুক খল্লকই, ঐগী গর্ভ-নুংদা লৈরিবা নুপা-নুপী মশক খঙদ্রিবা অঙাং অসিগী মপা তাইবংপানা অসিদা লৈনা লৈনা তাইবংপান অসিদা লৈত্রবা। মহাক্কা হয়েং চাউরক্লবা মতমদা মশা মশক হংলকপদা মমা ওইবী ঐনা করি হায়রনা পাউখুম পীগদগে? নত্তে, ঐ পাপ চেল্লবীনি, ঐ হিংবগী কান্নবা লৈত্রে। অদুবু ঐ আত্মঘাত তৌদুনা শিজবগা লোয়ননা গর্ভ-নুংদা লৈরিবা শক্লাইদ্রিবা জীব অসিবুসু মাংহল্লগদবা।

ওসায়মখৈ রাজ-পুরোহিত বাখল অমদা তাউনা চৎলম্বনি। খঙহৌদনা হায়রকই, "ইবেম্মা, ঐবু নওনা অপোকপা নপামক্লুম খল্লবদি ঐ বা অমা হংগে শেংনা খুম্মু। ঐখোয়গী মহারাজগা নহাক্কা তপোবন্দা গন্ধর্ব্ব-বিবাহ তৌখি হায়রবসি তশেংবমক্রা?"।

শকুন্তলানা হায়রকই, "অচুম্বনি। লৈবাক অসিগী রাজ-পুরোহিত হায়বসি ঐগীসু গুরুনি, গুরুগী মফমদা ঐনা বাশক্তুনা হায়জবিবসিনি, মসি অচুম্বনি।"

"অদু ওইরবদি ইবেম্মা, নহাক নপুক্কিংগী নুংঙাইতবা বাখল পুম্নমক থাদোক্তুনা নহাক্কী গর্ভ-নুংদা লৈবিবা শক-চু লেপত্রিবা জীব অদুনা তাইবং ফাওরকপা ফাওবদি ঙাইবা তাবনি। জীব অদুনা কবিগুম্বা নুপা ওইবকপা থোক্রবা অদুগা মাগী হকচাংদা রাজচক্রবর্ত্তীগী খুদম য়াওরকপা থোক্রবা, মদু ওইরবদি নহাকপু অচুম্বা বিচার ফংহন্নবা ঐনা শোয়দনা শিনগনি।" অসি হায়দুনা রাজপুরোহিতনা থেমজিনবিরকই।

অদুবু থেমজিন-বা অসি তাবদা শকুন্তলাগী থম্মোয় ঈংথরকপদি লায়রদুনা থোইদোক্নদুম বারৌরক্রে। করিগুম্বা নুপী পোক্রকপা থোক্রবদি মহাকপু চঙজফম অদুদগীসু তাহোকপিগদৌরিব্রা? অমুক হেন্না মী-মাঙদা খোঙজেইনবিগদৌবিব্রা? মদু নথত্রগনা মদুদগীসু হেন্না কনবা কবম্বা চৈরাক পীদুনা ওৎকদৌরিবনো? নুপী পোকপা হায়বসিবু পাপ্লা? সমাজ অসিদা নুপাগা নুপীগা থাক অসুক হান্না খেন্ননা থম্লিবা করিগীনো? মখোয়না নুপী য়াওহন্দনা লৈশেম লেপহন্দবা ওমগপ্রা? মায়কৈ অমদনা মখোয়না লক্ষ্মী, সরস্বতী, দুর্গানচিংবা দেবীশিংনা পেনবিনবা পূজা-পাঠ তৌরি। অদুগা তাইবংপান অসিদা লৈরিবা নুপীশিংবুদি মখোয়না খোঙ্গাওনবিরি।

অসুন্না কয়া খল্লক্তুনা শকুন্তলানা নুপা ওইবশিংগী মথক্তা বারৌদুনসু তুমিন্না রাজ-পুরোহিতকী মতুং শোৎ-শোৎ ইন্নরি, বা মচেৎ অমতা ঙাংদে।

শকুন্তলানা অমুক খল্লকই, নুপাগী লৌনম-লাংদা থুরবী ঐগুম্বী থাগী খোঙকাপ কায়রবী নুপী কয়ানা সমাজগী তমথীবা মীওৎ-মীনৈলগী নাহোকপা য়ানবা মতোমদা অত্মঘাত তৌদুনা শিজবগুম শিদুনা গর্ভনুংদো লৈরিবা জীব অসি খাংজু থক্তা মাংহনবদি ঐ খক তৌরোই। ঐহাক ইশাগী খল্লবসু মরাল লৈজদবা জীব অসিগী য়েংদুনা করিগুম্বা মওং অমদবু ওইরবসু

হিংদুনা লৈবা তাবনি। নুপানা লেম্বা সমাজগী মায়োক্তা চপ যুহনো লেগুনা লৈতবা য়াদে। শক-চু লেপত্রিবা জীব অসিনা তাইবং ফাওরকহুনা 'ইমা' কৌবা হেক হৈরেকপগা লোয়ননা লাইরিক তম্বিদুনা বেদ-পুরাণ পুম্নমক মচিন্দা গ্রং-গ্রং থিবা ওমহনবা হোৎলগনি। মদুগা লোয়ননা য়েন্নববু লাকশিনবা ওমহন্নবা মঙোম্দা থাংলোন, তারোন, তেনকাপ অসিনচিংবা খুৎলায় মখল খুদিংমকসু তম্বিগনি। মাবু বিদ্যাদা বুদ্ধিদা খুৎলায়দা লাম্বা লৈতবা অথৌবা অমা ওইহন্নবা শিনবনা ঐগী অচেৎপা লাইনিং ওইগনি। অদুগা মাবু মপুকচেল লেংদবা রাজা দুষ্মন্তগী মথক্তা লাম্দাহন্দুনা মচানুপা অমা ওইবগী ফংকম থোকপা হক নমদুনা লৌহনগনি।

মতম অসিদা রাজ-পুরোহিতনা খঙহৌদনা হায়রকই, "ঐখোয় অপ্সরা-তীর্থ মন্না য়ৌরক্রে ইবেম্মা। ঐখোয়গী যুম য়ৌগদবসু থোইনা লাপত্রে।"

তাঞ্জা অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা অপ্সরা তীর্থদগী মীৎ থক্রবা মণ্ডাল মতুম অমা থোরক্লগা মখোয় তম্না পাইশিন্নক্রে।

"হিঃ, করিনো মসিদি!" রাজ-পুরোহিত খংপ্রেক খংনা চপ লেপত্রে। মণ্ডাল মতুম অদু মখোয়গী মনাক নকশিন্নকপগা লোয়ননা অসুম অসুম চাউথোরক্রে।

মনাক য়াম্না নকশিন্নক্রবদা অচৌবা মণ্ডাল মতুম অদুগী মনুংদা যৌবন মপূং ফারবী নুপীগী মূর্ত্তিগুম্বা অমা মখোয়না উরক্রে।

নুপীগী মূত্তি অদুনা তরাম্না কৌরকই, "শকুন্তলা!"

শকুন্তলানা চঙরুনা হংলকই, "নঙ কনানো?"

নুপীগী মূর্ত্তি অদুনা হায়রকই, "স্বর্গগী অপ্সরা অমনি।"

"মফম অসিদদি কৈদৌবা লাক্রিবনো?" শকুন্তলানা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই।

"ঐ নঙবু লৌবা লাক্রিবনি।"

"ঐবু কদায়দা পুগদৌরিবনো?"

"ঐ নঙবু পোকপী ইমা অদুগী মনাইনুপী অপ্সরা অমনি। মহাক্কী নাক্তা পুগদৌরিবনি।"

"ঐগী ইমা হায়বদি কনানো?"

"স্বর্গগী অপ্সরা মেনকা। চৎলসি, থিহ্বা য়াব্রে।"

"ঐ চৎলোই। স্বর্গগী অপ্সরা মেনকাবু ঐগী ইমা? নত্তে, মদু ওইথোক্তবনি।" শকুন্তলানা শাউরম্না হায়রকই।

অপ্সরা অদুনা হায়রকই, "ঐ খঙই, নঙনা অপোকপী নমা মেনকাগী মথক্তা বাব্রোই হায়বা। মহাক্না নঙবু পোকপগা হন্থোক্রমদুনা স্বর্গদা চৎখি হায়বনি নহাক্না খঙলিবা, নুংগী বাদি খঙলিব্রোই। অপ্সরা হায়বা ঐখোয়সি থৌদাংগী মতুংইন্না করি করিগুম্বদা মর্ত্যদা

ফুরকই, অদুবু দেবরাজনা শিন্নরকপা থবক্তু হেক লোইবগা মকম অসিদা মীৎকুপ অমা কাওবা পন্থদুনা লৈবা য়াবা নত্তে। মরম অদুনা ইমা-ইবেম্মা মেনকানা পোকপদা ওাইরিবা নঙবু থনমদুনা ইন্দ্রলোকতা চৎপা তাখিবনি। মতৌ অদুম্না নঙবু মফমদুদা থনমদুনা চৎপা মতম অদুদা মচা শেংনে-খায়নবগী খাংঙমগ্রবা মৈচাক্তা মহাক্কী মীৎতগী শিন্থরকপা পী থিংবা ওমখিদে, নঙবু মথানুংদা কোন্দুনা চাউননবা য়োক্লিংখি। অদুবু থৌদাংলো পুনখিবনা মহাক্না নঙবু মালেম থক্তা থনমদুনা স্বর্গদা চৎখিবনি। ”

ঝা অসি তাবদা শকুন্তলাদু ঈংথরকপদি লায়রদুনা অহোইনদুম শাউগৎলক্রে। হায়রকই, “ঐগী মাঙদা থম্মোয় পান্দবী মাগী ঝা পন্নবা য়ারোই। মচা পোকথোক্রগা শাহিং চাবা শা-কৈনা থন্না লৈরবা উমং মনুংদা হন্দোক্রমদুনা স্বর্গগী য়াইফকোন্দা হন্না য়েংলমদনা চৎখিবা ওম্মী মচা নুংশিবা খঙদবী মহাক অদু ঐগী ইমা ওইফম থোক্তে। নঙ ঐগী ইমাঙদগী চৎগ্রো চৎলো।”

অপ্সরা অদুনা খোঞ্জেল চেৎনা হায়রকই,“নশানা য়াদ্রবসু ঐনা নঙবু নমদুনা পুগনি। অদুনা ঐনা হায়রিবসি হরাও-হরাও য়াবা থৈ।”

হায়রিবসি তাবদা শকুন্তলা ক্রুং শাউগৎলক্রে। হায়রকই, “ঐবু নঙগুম্বী জগোয় শাবী অপ্সরানা নমদুনা পুবা নতিক ওইদে হায়বা খঙঙু।”

অসি হায়রগা মহাক্না ভৈরবীগী শক্লোন পুথোক্কুনা লম্বী ময়াদা হৌবা নাপী অমা পৎ থৎলগা মন্ত্র শোনবদা লীরুং ওনগ্রে। অদুগা মহাক্না নাপী অমা থৎলগা মন্ত্রগী শক্তিনা তেঞ্জৈ ওলহনগ্রে। মহাক্না লীরিদা তেঙ্গা থোংলগা খোঞ্জেল য়াক্না হায়রকই,“নথবায় মাংনিংগ্রবদি ইমাংদগী থুনা চৎগ্রো, নৎত্রবদি অরেম্বদা নথবায় মাংলগনি।

অদুবু মদু ফাওবদা অপ্সরা অদুগী মায়থোংদা পাখৎপগী মমি তাবা উদে। মহাক্না ইতপ তপ্না হায়রকই, “ওাইখো ফিঙ্গৎখিগনু শকুন্তলা, নঙগী ইম্মানা চৎগ্রবদা নঙনা লামদুনা কপ্পকপদা খোম্লাং-অমৃত ইনবিখিবী খোমইনবী ঐবু হাৎতুনা খোম্লাং-লমন শিংগদৌরিব্রা?”

ঝা অসি হেক তাবদা শকুন্তলাগী ভৈরবীগী শক্তম অদু স্বাই মাংগ্রে। অদুম ওইনমক মহাক্না হায়রকই,“ঐঙোন্দা নঙনা খোম্লাং-অমৃত ইনখি হায়বসি ঐনা কমদৌনা থাজসিগে? নখোয় অপ্সরাদি নপূক্তগী তাবা মচা ফাওবা নুংশিদবা ওম্মী।”

অপ্সরানা হায়রকই, “নঙবু পোকথোক্রম্নগা নঙগী ইমা চৎগ্রবদা নঙবু ঙাকপি শেনবিদুনা শংদুনা লৈখিবা অভিশাপ ফংলবী অপ্সরানা ওনখিবা শকুন্ত উচেক অদু ঐনি।”

অসি তাবদা শকুন্তলানা মথুং লোম্নদুনা হায়জয়রকই, “ইমা শক্লবী খোমইনবী অপ্সরা, নচানা শক খঙজদবনা লংশিঞ্জখিবা ইরাল খিবিক ঙাকপিয়ু।”

অপ্সরানা হায়রকই, “ফরে, নঙগী মরাল অদু ঐ ঙাকপিরগে। অদুবু ঐনা হায়বা ঝা

অমদি ইনগদবনি। নহাক নশান্না য়ানা নঙবু পোকপী ইমাগী নাক্তা ঐগা লোয়ননা চৎথিন্নবুনা ঐগী খোম্লাং-অমৃতগী লক্ষন শিংগদবনি।"

অতোপ্পা উপায় লৈতবনা শকুন্তলা অপ্সরা অদুগী মতুংইন্দুনা চৎপা তারে।

তাপ্পা অদুদা মঙাল মতুম অদু পাইশিল্লক্লগা শকুন্তলা পুদুনা অতিয়াদা পাইখৎখ্রে।

"এঃ করিনো মতৌ অসি?" বাজ পুবোহিত নুংবেননা চপ লেপ্পুনা মঙাল মতুম অদুনা অতিয়াদা পাইখিবদু য়েংদুনা লৈখ্রে। মীৎকুপ খরদংগী মনুংদা মঙাল অদু মশক উখিদ্রে।

মহাক্তি মখোয় অনীনা ঙাংনে-শক্লখিবদু কবিমতা তাবা ফংলমদে। মদুদা নত্তনা মঙাল মতুম ওইনা উবা নত্তনা অপ্সবা অদুগী মশক মযেক শেংনা উবা ফংলমদে।

ওইথোক্তবা থৌদোক অদু উবদা মীপাইববা বাজ-পুবোহিত বাফম অদু তমলুনবগীদমক নিংথৌগী মনাক তাম্না হৌদুনা চেনখ্রে।

অপ্সবা অদুনা শকুন্তলাবু স্বর্গলোকতা পুবক্নুনা মেনকাগী মাঙদা পুশিল্লক্কে। থৌদাংনা পুনখিবনা হেক পোকথোকপগা হন্দোক্লম্লবী মচানুপীবু উবদা মেনকা ফুক হৌগৎতুনা মচানুপীগী নাক্তা চঙশিল্লক্কে। মচানুংশিবগী প্রেম ঈহৌরক্নুনা মহাক্কী মীৎলু নাপোম অনীমক পীনা থুমহৎলক্কে। মহাক্না "ইমাগী ইবেম্মা" হায়দুনা শকুন্তলাবু মথাদা কোনশিনবিগদবগী তৌবকই।

খঙহৌদনা শকুন্তলানা মতুংলোমদা খোঙফম অনী শৎ হন্দোক্লগা হায়রকই, "নঙ ঐঙোন্দা শোক্রকনু। মপূক্তগী তাবা মচাবু শুক্লবা উমংদা পোকথোক্লগা হন্দোক্নুনা খোংবান-লুক্লাংদা পোকপী মমা-মপা মশক খঙদবী লমজা ওইহন্দুনা থনম্মা ঙম্মী মচা নুংশিবা খঙদবী নঙ ঐগী ইমা ওইফম থোক্তে। মীচাবোকপু মচামক্তি খন্না ঈ মতুমদগী চাউননবা যোকপিবকপী আশ্রম-মাতা গৌতমীনি ঐগী ইমাদি। নঙদি মহাপাপীনি।"

মেনকানা পীনা থুমহৎলবা খোঞ্জেলদা হায়বকই, "মান্নি, ঐ মহাপাপীনি। নপূক্লিং পেম্না নমা ঐবু চৈয়ু, ইমা য়ারৌদে। ঐসে মমা অমা ওইবদা তশেংনা মতিক চাদবীনি। অদুবু, অপ্সরা ওইনা পোকউবা মরম্না দেবরাজ ইন্দ্রগী য়াথং হিক্তোকপা যাখিদবনা ঐনা নঙবু হন্দোক্নুনা থনম্বা তাখিবনি।"

"ইন্দ্রগী য়াথংনা লুই খন্দুনা পোকপগা হন্দোক্নুনা থনম্লবী ঐবু হৌজিক নচানিকা হায়জবা শারিবসি নঙবু করিমতা ঈকাইদব্রা? নঙগুম্বী মচা নুংশিবা খঙদবী নুপাগা য়ারেকমিন্নবদা পাম্বী, লৈখা তাববী মম্না কয়ানা মচা পোকথোক্লগা অচিকপা মফমদা লোম্না হন্দোক্লম্বদগী মালেমদা মমা-মপা মশক খঙদবা লমজা কয়া কয়ানা খাংঙমদ্রবা অবা-চৈথেং কয়া ফংলিবসি খক উদ্রা? করিগুম্বা নহাক্লা মচা নুংশিবগী থম্মোয় চেন্নমদুনা য়োকপিরম্বা থোক্লবদি রাজা দুষ্মন্তগুম্বা মীশক্লা ঐবু মীমাঙদা চংহাৎ হাৎতুনা ঈকাইবা হম্না

হুন্না পীদুনা থোক্লোইদনবা ভগ্নমগদ্রা?"

মচানুপীগী থম্মোয় শোক্লবা য়া অসি তাবদা থম্মোয় পুণ্ডমন্নবী মেনকা মরু লুকচাননা কপ্পুনা লৈত্রে, করিগুম্বা পাউখুম অমত্তা পীদে।

মতম অসিদা শকুন্তলাগী য়ান্না চান্নবী মতান্নোইঁ অপ্সরা সানুমতী মফম অদুদা লাক্লে। মহাক্না শকুন্তলাগী মনাক্তা চণ্ডশিল্লক্লগা থেমজিন্দুনা হায়রকই, "ইতা, নহাক্না ইমাগী মফমদা য়ান্নৌদুনা অকনবা থোল থান্নিবদু চুমদে হায়বদি নত্তে। অদুবু ইমা মেনকানা নঙবু নুংশিদদুনা ছন্দোক্লম্না নত্তে হায়বা অসিসু থাজৌ। নঙবু তাইবং মী কন্না লৈতবা উমংদুদা থনমদুনা চৎপ্রবসু মচা কায়ন-মৈচাক্লা মাগী থম্মোয়দা নৈহংথি। ইমা মেনকানা পোকপগা ছন্দোক্লমবী নহাকপু শেম্নবিথিবা শকুন্ত কৌবা উচেক অদু অত্তে কনাসু নত্তে, ইমাগী অচানবী শিখ্যা অপ্সরা অমনি। মহাক্না নঙবু শেম্নবিরগনি হায়বসি ইমানা হাম্লনা দৈব্য-শক্তিগী মতেংনা খঙপ্রবনি। অদুগা শকুন্ত অদু অচম্বা উচেক ওইরম্নবদি মমাগী অমৃত থৌরাংদুনা হংতা কপ্লিবী ইন্দ্র-ইবেম্মদা খোম্নাং ইনবা ওইথোক্তবা ওইরমগদবনি। অদুখা মহর্ষি কণ্ব লাক্কুনা নঙবু মচা শক্লা য়োকপিরগনি হায়বসু ইমানা মুম্না খঙলম্মী। মসি পুম্নমক অসি জগৎকী মবুংতো মহাক্কী হাম্লনা মথং-মনাও নাইনা শিন্দোক্কুনা থমম্রবা লীলানি। মরম অদুনা অপোকপী ইমাগী মথক্তা বান্নৌবা খিবিক অদু থাদোক-ও, ইতা।"

অসুম্না কয়া হায়দুনা মথান্নোইঁ সানুমতীনা থেমজিনবিরবদা শকুন্তলাগী পুক্লিং খরমখে ঈংথদ্রে, মমাগী মথক্তা বান্নৌবা খরমখে ময়েং তাদ্রে। সানুমতীগী ইঙ্গিত ফংলদুনা মেনকানা চণ্ডশিন্দুনা মচানুপীবু মখাদা কোনশিনবিদ্রে। হন্দক্তি শকুন্তলাসু য়ানিংদবা অমুক তৌদ্রে। অসুম্না মমা-মচা কোম্নদুনা ভাইহাক কপম্নিম্নরে।

অদুগী তুংদা শকুন্তলানা হায়রকই, "ইমা, নচা চৎচরগে।"

মেনকানা ঙক্কুনা মচানুপীদা মুম্না য়েংলগা হায়রকই, "ইমাগী ইবেম্মা শকুন্তলা, নঙদি ইমাগী নাক্তা লৈরগদবনি। নঙগী গর্ভ-নুংদা লৈরিবা জীব অদুনা তাইবং ফাওরক্কুনা পুংকক চাউরক্লবা মতমদা ইমানা নমা-নচাবু রাজা দুষ্মন্তগী মনাক্তা থিনবিগনি। মতম অদুদদি মহাক্লা নঙবু লৌশিন্দনবগী মতিক ওইরোইঁ।"

শকুন্তলানা তপ্ন-মেংনা অদুম ওইনমক অচেংপা থোন্নোক্তা হায়রকই, "অদুবু ইমা, ঐদি ইপুন্নোইবনা তান্নোকপিরক্লবনিনা ইপামদসু হল্লরোইঁ হায়না পুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপগ্রে।"

য়া অসি তাবদা মপুকচেল চেংলবী শকুন্তলাবু ফনা থেমদুন-নৌদুনসু কাম্নরোইঁ হায়বা খঙদুনা মেনকানা হায়রকই, "ইমাগী নাক্তা লৈসি হায়বা নঙনা য়ানিদ্রবনিনা আশ্রম-পিতা কণ্ব মুনিগী নাক্তা থিনবিরগে।"

"মদুসু ঐগীদি ইপাম্নি, মফম অদুদসু ঐ হনবা য়াদ্রে।"

মেনকানা ঙাইহ্নক খল্লগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ইবেম্মা, হেমকুট চীংশাং নাপোমদা তপস্যা তৌদুনা লৈরিবা মহর্ষি অথোইবা মারীচ অমদি মাগী সহধর্মিনী অদিতিগী শেং লবা তপোবন অদুদা নঙগী গর্ভ-নুংগী অঙাংদু পুংফম চাউদ্রিবা ফাওবা শাইদাংদুনা লৈরো। নঙনা অদুদা লৈরবদি ইমাসু মরক মরক্তা লাক্নুনা নঙগা উম্নরবা খুদোংচারগনি।"

হায়রিবা অসি শকুন্তলানা য়ারে। অদুনা মমা মেনকানা মাগী মনাই নুপী খরগা লোয়নদুনা মচানুপী শকুন্তলা পুদুনা হেমকুট চীংশাংদা লাক্রে। লমদম অদুগী মহৌশা লাইরেম্বীগী নিংথিজরবা দৃশ্য উবদা শকুন্তলা মশামকসু মফম অদুদা লৈনিংবা পোক্রক্রে।

মেনকানা মচানুপী শকুন্তলাবু মহর্ষি মারীচ অমদি অদিতিগী মফমদা য়াম্না চেকশিন্না শিন্নথ্রে। মখোয় অনীনা শকুন্তলাগী লৈফম-চাফম শিনবিথ্রে। অসুম্না মচানুপীগী লৈফম্নচিংবা শিন্নমগদবা পূম্নমক লোইরবনা মেনকাসু মনাই নুপীশিংদুগা লোয়ননা স্বর্গলোক্তা হলখ্রে।

আশ্রম-বাসীশিংগা শকুন্তলাগা য়াম্না তোরো-খোয়দাননা ইমুং-মনুংগুম লৈমিন্নবকই। মহাক্কী ফজবা লোনচং-শাজং, নোঙ্গুকপা বাহে-বাতাদা পেনবিদুনা মখোয়না মাবু নুংশি-চানবিনা লুনা-চান্না তৌবি। অদুনা শকুন্তলানা আশ্রম অদুদা লৈবদা মহাক্না হেক পোকপদগী লৈরক্রবগুম খোক্রম্মী।

হয়াও-নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাউদুনা মতম হৌখিবা খঙলমদে।

অসুম্না মতম হৌখিদুনা অফবা পুংফমদা শকুন্তলানা মচানুপা অমা পোকখ্রে। অঙাং অদু পোক্রকপদা মাগী হকচাংদা রাজচক্রবর্ত্তীগী খুদম অমতা চিংথদনা শাগোম্নরকই। মদু উবদা শকুন্তলাগী থম্মোয়দা হরাওজবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

নচা নত্তে হায়রকখিবা রাজা দুষ্মন্তগী মথক্তা লমন-খুমদুনা মচানুপা মশানা মশাগী অধিকার লৌহঞ্জগনি হায়বা অচেৎপা বাশক শকুন্তলাগী থম্মোয়দা ফুমদুনা থম্নক্রিবনি। মদু নোংমদি শোয়দনা মঙফাওনরগনি হায়বগী আশা উরক্নুনা মহাক্কী মপুক্রিং নুংঙাইজ্জরকই।

অঙাং অদু নোংমা নোংমগী চাউখৎলক্রে। মতম চানা মহর্ষি মারীচনা অঙাং অদুগী মমিং ভরত হায়না থোনবিখ্রে।

নোংমা শকুন্তলানা আশ্রম মনুংদা মতোমদা ফমদুনা মচানুপাবু খোম্নাং-অমৃত পীথক পীথক্না বাথলগী ঈরৈদা উংদুনা লৈরম্মী। চঙজফম লৌবা চৎলুবদা মহাকপু মশক ফাওবা খঙদে হায়দুনা খোঙ্গোইনদুনা তাম্লোরকখিবা অদুদগী হৌনা মহাক্কী থম্মোয়দা মপুরোইবা দুষ্মন্তগী মথক্তা বারৌরকখি। মদুনা নোংমা নোংমগী অসুম অসুম মশা-মরেং ফন্দোরক্নুনা হৌজিক্তি অচৌবা খোংনাংগুমখ্রে। মহাক্না খল্লকই, লুহোংখিবদু রাজা দুষ্মন্তনা মাবু নুংশিদুনা নত্তে, অপাম্বনা ময়াইকাদুনা মনীং তম্না মাবু শারাক তম্বা য়াননবগীদমক্তনি।

মুপীশিংদি মহৌশানা মখোয় খরবু অচিকপদা পুন্দুনা লৈরবদি মফি-মরোল খোমজিন-তাশিনগন্দে, অদুগা ঙাংনিংবসু অচোপ-অরেম খায়দনা মনীংতম্না ঙাংগল্লি। অদুগুম্বা তাঞ্জা অমদা মাগী থবাক্তা য়োমখৎতুনা পুনবা উকু থা অদু কোমখোকহন্নবা শেম্বদা মাগী ঙৌরোক ঙৌবা থোৎলবা নিংথিজরবা থা অদু কনাসু উরোই খনবনা থৌশাদনা লৈরিঙেদা অপাম-মীহৌ চাউরবা রাজা দুষ্মন্তনা লুমদুনা য়েংদুনা লৈরম্খি। মহাক্না খোইমু তাহোক্পা হোৎনবদা মফি-মরোল চেকশিল্লুদনা লৈরিঙে তাঞ্জা অদুমক্তদা নিংথৌনা মশা ফোঙদোরকখিবনি। অদুগা মহাক্না ওইদবা পরিচয় পীদুনা মঙোন্দা লৌনমখি। অদুগী তুংদা নোংমা মহাক্না নুংশি-মৈশা লাংদুনা অনাবা মীগী পাংখক ওইনা অচিকপদা মাগী নিংথিজরবা থবাক্তা করিমতা কুপ্তনা মতারোইশিংবু হিদাক তৈহন্দুনা মফি-মরোল মওং চাদনা লৈরিঙে মতম অদুদসু দুষ্মন্তনা লোৎতুনা ফনা কুইনা য়েংদুনা লৈরবা তুংদা মাগী নাক্তা ফোঙনা চঙলকখিবনি। লৌশিং তৌদুনা মতাশিংবু তাহোকখ্রবদা অচেংবা মতম ফংলদুনা দুষ্মন্তনা মহাকপু মথাদা কোনশিন্দুনা চুপখিবনি। অদুগা মদুগুম্বা কয়াদা ময়াইকারবা কামগী ঈথক হৌরকপা থিংঙমদদুনা লৌশিং তৌদুনা কনাসু খঙহন-উহন্দনা লুহোংশিল্লদুনা দুষ্মন্তনা মশাগী অপাম্বদু থুংননবা শিনখিবনি। শেংনা হায়রবদা রাজা দুষ্মন্তনা মহাকপু নুংশিবা নত্তে, ঙাইহাক্কী ওইবা অপাম্বনি। কবিগুম্বা রাজা দুষ্মন্তনা থম্মোয শেংনা নুংশিবম্বা থোক্লবদি চঙজফম লৌবা কোনুংদা চৎলুবা অদুদা মহাকপু হরাও-হরাও লৌশিনবিরমগদবনি।

অসুন্না কয়া খল্লক্রবদা শকুন্তলাগী থম্মোয়দা নুপা ওইবশিংবু মরুওইনা রাজা দুষ্মন্তবু তুকচচবা পোক্লক্লে। দুষ্মন্তবু লমচৎ নাইদবা, ওক্তবা, নুপীবু শান্নপোৎকুম খনবা নুপানি হায়না মপুক্নিংদা লৌখ্রে। মমা-মচাগী পুক্নিবু খোঙ্গাওনখিবগীদমক পিক্লিবা মচানুপা অসিগী খুৎথাংদা শাগী লমচৎ চৎপা দুষ্মন্তগী মথক্তা লমন খুন্নিংখগী মাগী ফিরেপ অদু অমুকসু হেন্না মরা চেৎশিনখ্রে।

অঙাং অদু যণ শাদুনা চৎলম্বদগী লেপ্পা ঙম্লক্লে, খজিক খজিক চৎপা হৈরক্লে। নুপামচাদু চাউখৎলকপগা লোয়ননা লাক্ল-ফানবা ঙমদনা ঙাওশিন্নবা অঙাং হায়বদু ওইরক্লে।

মহাক 'ইমা' কৌবা হৈরক্লে। বা ঙাংবা খরা খরা হৈরক্লে। মাগী মতেক মতেক ওইবা বাঙাং, মাগী তৌথোরকপা থৌওং কয়াগী কুম্মৈ য়েংবদা নুংঙাইদুনা আশ্রমবাসীশিং মথৌ তৌগনি হায়বা কাউনখ্রে। মদুগা লোয়ননা অঙাং অদুগী ঙাওশিন্নবা চাংসু হেনগৎলকই।

ভরত লাইরিক তম্বা হৌরে। অদুক পিক্লিবা অঙাং অদু লাইরিক ময়েক হেক তাকপগা হেক্তা খঙই। লাইরিক ময়েক চৎলকপদা নত্তনা মহাক শ্লোক থিবা ফাওবা খরা খরা ঙম্লক্লে।

নোংমা শকুন্তলানা খল্লকই, অঙাং অসি যম্না চাউশিল্লক্লে। অদুনা খুৎলায় তম্বিবা হৌবা য়ারে। লাইরিক তম্বিবগা লোয়ননা খুৎলায়সু তম্বিদবা য়াদে। মদু নৎত্রবদি ঔনা

নিংজরিবসি খক থুংলোই।

অসুয়া খন্দুনা অদুক নৌরিবা তাইবং-ম্ভান মপুং ফাত্রিবা মচানুপা অদুদা শকুন্তলানা খুৎলায় তম্বিবা হৌরকই।

চহী তরেৎ মপুংফাত্রিবা ভরত লাইরিক নিংথিনা হৈরকপগা লোয়ননা খুৎলায়দসু মপাগী হৈথোই-লিংথোইরকপগা লোয়ননা নুপামচা অমা ওইবগী হৌনবা ভরতকী ঙাওশিন্নবগী চাংসু হেনগৎত্রে। আশ্রম-বাসীশিংনো মাবু লাক্ক-ফানবা ঝানা থোক্রে। অদুম ওইনমক মমাগী য়াথংদি মহাক্লা করিগুম্বা মতমদসু হিত্তোকপা লৈতে। ☐

## তরামঙা

রাজা দুষ্মন্তনা দুর্জয় কৌবা দানব কাংলুপ অদুগা লান্থা পান্নদুনা থেংনখিবা লাঞ্জাও অদু উবদা অকী-তৃজুংবো পোক্লিংঙাই ওই। করিগুম্বা মতমদা দুষ্মন্তনা য়ান্না লাকচনা উই, অদুগা করিগুম্বা মতমদনা দানবশিংনো মায়পাকত্রগদ্রা হায়না চিংনদবা ঙমদে। দানবশিং অদুনা মায়াবী শক্তি পুথোক্তুনা দুষ্মন্তবু মায়থিবা পীননবা য়ান্না কন্না হোৎনৈ। অদুবু লানগী পোরম কুপ্না খঙলবা, দেবতাশিংগী আশীর্ববাদ ফংলবা দুষ্মন্তনা মতম শাংনা লান শোক্ররবা তুংদা লাকচরক্তুনা দানব লুচিংবশিং মথং মথং হাৎপা হৌরকই। দানব লুচিংবশিং তাকশিন্নক্রবদা লেমহৌরিবা লান্মী শরদু মথবায় মাংনিংদদুনা স্বর্গলোক থাদোক্তুনা চেনখি।

মতৌ অসুন্না তমথীরবা দানবশিংবু মায়থিবা পীরবা অথৌবা রাজা দুষ্মন্তবু দেবতাশিংনো মতিক চানা ঈকাই-খুম্নবা উৎলম্মী। মরুপ দেবরাজগী অতিথি ওইনা মহাক ইন্দ্রলোক্তা মতম কুইনা লৈরম্মী। স্বর্গগী ফংঙমদ্রবা অহাও-অথুম চাদুনা হয়াও-কুম্মেদা তাউদুনা লৈবনা মহাক্লা মতম কয়া শাংনা হৌত্রবগে হায়বা খঙলুদে। অদুবু নোংমদি রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা মরৈবাক্কী বা খঙনিং নিংশিংলকখি।

নোংমা রাজা দুষ্মন্তনা দেবরাজ ইন্দ্রগী মফমদা মরৈবাক্তা হন্নিংবগী ঝাফম অদু তন্নম্মী। মরুপকী ঝাদু তাবদা ইন্দ্রনা মতম খরগা লৈহন্নিংলবসু মহাকপু খামদ্রে। মরুপ অনী কয়া পুকমেন-পাউমেন্নরবা তুংদা ইন্দ্রনা দুষ্মন্তবু স্বর্গদগী মর্ত্যদা থিলহন্নুনবা সারথি মাতলিদা শিন্নে।

রাজা দুষ্মন্ত পুষ্পরথ তোংদুনা মর্ত্ত তন্না যাত্রা তৌরক্রে। মরৈবাক তন্না হল্লকপা লম্বীদা মহাক্কী মীৎয়েংদা তারক-তারকপা পুক্লিং হুনা নিংথিজরবা দৃশ্য কয়ানা মহাক্কী থম্মোয় শুমহৎত্রে।

কালনেমি বংশগী লাকণ্ডম-ফাণ্ডমত্রবা 'দুর্জয়' হায়না খঙনবা দানব কাংবুগ অদুবু রাজা দুষ্মন্তনা মায়থিবা পিদুনা দেবতাশিংগী অরাবা কোকহনবা ওম্বা হায়বসি তরায়-তরায়বা বাফম নত্তে। মসি মহাক্কী চাউথোকচনিংগুইনি। অদুবু মহাক্কা মশাগী চাউথোকচনিংগুই ওইবা অচৌবা থৌদাংদু পাংথোকখিবা অদুগীদমক মপুক্লিং হারাওজবা নত্তে, দেবতাশিংগী খুদোংথীবা মতমদা মশাগী মপাঙ্গল-মর্প্রৌশিং শিজিন্নখি হায়বগীসু নত্তে, চিরবা মতম অদুদা ইন্দ্রনা মহাকপু নিংশিংবিরক্তুনা সম্মান উৎপিখিবা অদুগীদমক্তনি।

রাজা দুষ্মন্তগী মক্তুবা থম্মোয়গী বাখল্লোন্দু তাবদা সারথি মাতলিনা বাফম অদু শৌগৎলুবা ওমত্রে। মহাক্কা য়ানিংদবা ফোঙদোক্তুনা হায়রকই, "দেবরাজ ইন্দ্রনা লান পাংবিনবা হায়জরকপা অদুনা খ্বাইদগী মরু ওইবা ওইনা লৌবিদুনা মহারাজনা অদুক হাক্কা লুবা থৌদাং লৌবিখিবা অদুনা তরায়না লৌবিরিবা করিগীনো? মহাক্কা মহারাজগী মফমদা মতিক চাবা সম্মান উৎপা ওমখিবসু নত্তে।"

দুষ্মন্তনা খুদক্তা খুম্নকই, "ঐবু মীনম্বা বা ওংলব্রা মাতলি? বিদায়গী মতমদা দেবতাশিংগী রাজসভাদা অর্ধাসন্দা ফমহনবিদুনা দেবরাজনা খ্বাইদগী বাংবা সম্মান উৎপিদুনা ঐবু পোকপগী মহৈ য়ালহনবিব্রবনি। শুপ্পগী মদুখক্তরা? মণ্ডকশমদা শিরিবা লৈপরেং লৌথোক্লগা ঐগী ওকশমদা হুকপিদুনা পীখিবা সম্মান অদুনা খ্বাইদগী মগুণ হেল্লবা সম্মাম্নি।"

মাতলিনা নোকফেংং তৌদুনা হায়রকই, "মতিক চাবা মীশক্তা সম্মান উৎপনি। লাকণ্ডম-ফাণ্ডমদবা দানব কাংবু অদুবু মায়থিবা পীদুনা দেররাজ ইন্দ্রগী স্বর্গরাজ্যদা শান্তি ফংহনবা হায়বসি মহারাজগী মতৌওম্বা অথোইবা মীশক্তনা ওম্বনি।"

রাজা দুষ্মন্তগা সারথি মাতলিগা অসুম্না বারী শান্ন-শায়না অতিয়াগী লম্বীদা হস্তিনাপুরগী মায়কৈ পাংনা লাক্লি। ভাইহাক লৈরগা পুষ্পরথ লৈচিন মরক্তা থৌজিল্লক্লে। মথাদা চীংজাও লৈ। তাক্সা অমদা সারথি মাতলিনা মখুৎ থিন্দুনা হায়রকই, "আদা, আদাগীসি য়েংবিয়ু, হেমকুট কৌবা চীং অদুনি। তপস্বীশিংগী সিদ্ধি ফংলনবগী মতিক চাবা মফম অমা ওইরিবা চীংনি। মায়কৈ অসোমদা য়েংবিয়ু, মারীচনা মাগী নুপী অদিতিগা লোয়ননা অফনবা তপস্যা তৌরিবসে। কয়াদা পুক্লিং হুনা ফজন্নবা তপোবন্নো!"

নিংথৌনা মপুক্লিংগী পামজবা ফোঙদোক্তুনা হায়রকই, "মাতলি, খুদোংচাবা অসি খুৎতগী নাম্নোকহনখিবা চুম্নোই। মহার্ষিবু অমুক্তংদি দর্শন তৌরম্বা পাম্মী। হেমকুট অসিদা রথ খাম্মু, মহর্ষিবু খুরুমজদুনা পোকপগী মহৈ য়ালহন্নবা।"

রাজা দুষ্মন্তগী বা মতুংইন্না মাতলিনা শগোল-চুক্তি গগ্-গগ্ চিংদুনা রথ হেমকুট তম্না পাইথহন্নবা থৌরাং তৌরক্লে। ভাইহাক লৈরগা চীংগী লৈতেম মান্নবা উ-বা হৌদবা অকোকপা মফম অমদা রথ খান্নরে।

মাতলীনা মখুৎ থিন্দুনা হায়রকই, "মায়কৈ অশোমদা অমুক্তা শোন্নিংঙাই ওইবা ঋষিশিংগী তপোবন্নি। লেঙলসি, য়েংলুসি।"

রাজা দুষ্মন্ত সারথি মাতলিগা লোয়ননা তপোবন তন্না লাক্লে। খরা চঙশিনবমক্তদা মাতলিনা নিংথৌবু অশোক পাম্বীগী উক্তমদা ফমহন্দুনা পোথাহল্লগা মহর্ষি মারীচগী আশ্রম পানো খোঙ্লানখ্রে। মহাক্না আশ্রমদা চংখ্রিবসি মহর্ষিগী মফমদা রাজা দুষ্মন্ত লাকপগী য়াকম খঙহল্লুনবনি।

নিংথৌনা অশোক মখোঙদা ফমদুনা খল্লকই, মফম অসিদদি ঐগী অনিংবসি থুংগনি হায়বগী আশা উদে।

ইখঙ খঙহৌদনা থোইনা লাপ্তুনা অশুকপা মফম অমগী মরুমদগী নুপীগী খোঞ্জেল অমা তারক্লে, —"অদুম্না তৌরিবা করিগীনো? অদুগুম্বা হৌনদবা শাজৎ চৎলিবা করিগীনো? হাই, নঙ ঐগী বা তাররোইদ্রা? হায়না হায়না লমহেল্লিনে মসে।"

নিংথৌনা মনা থাঙ্গৎতুনা বাশিংদু মুম্না তারগা খল্লকই, কৈদৌবা য়াওরবগে? কনানা হৌনদবা করি শাজৎপু চৎলিবা। তপোবন হায়বসিদি হৌনদবা শাজৎ চৎপা য়াবা মফম নত্তে। অদু ওইরবদি কনানা কনাদা অসুম্না বারক-বাতেম্লিবনো? খরা চঙশিন্দুনা য়েংলুরবদি করি থৌদোক থোক্রুবগে হায়বা খঙবা ঙমগনি।

অসুম্না খন্দুনা নিংথৌনা খরা চঙশিনবমক্তদা চঙক্লনা চপ লেপ্তুনা লৈখ্রে। মোংশোং অদুগী বাংমদা য়াম্না পিক্লিবা নুপামচা অমনা মমাগী মখোম থকুনা লৈরিবা নোংশা মচা অমবু ফাননবা হোৎনরি। ওইথোক্তবা দৃশ্যদু উবদা চঙক্লরবা নিংথৌনা খল্লকই, অঙকপা থৌদৌনি। অসুক গুণ চেনবা মশক ফজবা নুপামচা অসি কনানো?

মতম অদুদা মহাক্না নুপামচা অদুগী মনাক্তা তপস্বিনী অনী লৈরম্বা উরক্লে। মখোয়না নুপামচা অদুগী ঙাওশিন্নবা থৌদৌ অদু থিংনেনবা হোৎনরিবনি হায়বা মহাক্না খঙবা ঙম্লে। মহাক্না খল্লকই, পিক্লিবা নুপামচা অসি মপাঙ্গল চাংদম্নিংঙাই লৈতনা কন্নি। অসুক নৌরিবা নুপামচানা অসুক হাক্না কন-থৌবা হায়বসি ওইথোকপা য়াবা নত্তে। কয়াদা খুদোং-থীনিংঙাই ওইবা মশান্নানো মহাক্না শান্নরিবসে। মমাগী মখোম থক্লিবা নোংশা-মচা অসি নুপামচা অসিনা মমৈ পায়দুনা চিংথোক্লবা হোৎনরি। মমা ওইবীশিংনো মচাগী হাকন চঙবা হায়বসি মহৌশানি। অদুবু নোংশা অসি য়াম্না তেবা মপবীগুম্মী, মচাগী হাকন চঙদুনা নুপামচা অসিদা লান্দাবা নৎত্রগা থমকা তৌদুনা কীহনবা ফাওবা তৌদে। নোংশা অমোম অসিনা অদুম্না তৌগ্রিবসি তপোবনগী গুণনা ওইরম্বা য়াই।

নোংশামচা অদু মমাগী খোম থকপদা অপনবা পীরকপা অদুদা হায়নিংঙাই লৈতনা বাগ্রৌরে। অদুবু মহাক নুপামচা অদুগী মখুত্তগী নাম্বোক্লবা ফনা হোৎনদুনসু কান্নবা ফংদ্রে।

তপোবন অসিদা লৈরিবা শা-উচেক পুম্নমক হিংসা তৌদে। অদুম ওইনমক নুপামচা অমুনদি নোংশামচা অদুদা ওৎ-নৈবা থক তোক্তে।

রাজা দুষ্মন্তনা লাণ্ডক্লা মরুমদা লেপ্তুনা য়েংলি, নুপামচা অদুনা নমদুনা মমাগী মথাদগী চিংথোক্তুনা নোংশা মচাদু ফাগ্রে। অদুগা মহাক্না নোংশামচাগী মতুক শেগাদা চপশিন্দুনা খম্নগা হায়রকই, "কল্লিগীনো, অরেঘদা নপাঙল ফুদোক্তুনা নাঘোম্নবা হোৎনরিবদি? নয়া কাথোকউ —য়াম্না লাওনা কাথোকউ, নয়া য়েংগে। নয়া য়েংহন্নোই হায়রিব্রা? অদুদি নঙ ওসি নুংঙাইনি।"

মহাক্না মখুৎ অনী চঙদুনা নোংশামচাগী মথয়াৎ অনীদা কম্না চপশিন্দুনা নমদুনা ময়া কাথোকহল্লে।

তপস্বিনীশিংগী মরক্তগী অমনা খামদুনা নুপামচা অদুদা হায়রকই, "ময়াল লৈজদবা জীব অদুবু অদুম্না ওৎপি-নৈবিবা হৌনদে। তপোবনগী চৎনবী থুগায়রবদি মহর্ষিনা শাউরক্কনি ইকুংঙো। বন্দা লৈবা জীব খুদিংমকপু ঐখোয়না ইচামক্তি হায়না খল্লিবনি, মখোয়বু ঙাকপি-শেনবিদুনা চাউননবা য়োক্লিবনি।"

অসুম্না তপস্বিনীনা ফম্ন থেমদুন-নৌদুনা খাল্লনবা হোৎনবদু নুপামচা অদুনা মনাদা হাপখিগ্রে।

রাজা দুষ্মন্তনা লাণ্ডক্লা নোংশামচাগা লাক্ত-ফানদুনা শান্নরিবা নুপামচা অদুগী মায়কৈদগী মীৎকম হোংবা ঙমখিগ্রে অমসুং মপুক্লিং চরাং-চথক্কনা য়েংদুনা লৈগ্রে। মীৎ কুম্না কাউথোকপমখৈ য়েংনা য়েংনা মহাক্না খল্লকই, হৌজিক ঐগী থম্মোয় অসে খাংঙমদবা ফংনা তনিক-তনিক্রক্লিবসি কল্লিগীনো? খঙলে, ঐদি ইমীৎসিদা ইচা হায়বদু উজবা ফংদবনিনা অঙাং অমতং হেক উবদা ঐগী থম্মোয়দা ইচা নুংশিবগী ঈফুৎ ফাওরকপা শোয়দনা ওইরমগনি।

ওইহ্নক অমুক অঙাং অদুগী মতৌ য়েংদুনা লৈল্লরগা নিংথৌনা অমুক খল্লকই, নুপামচা অসি কাহেল্লা মতিক-ময়াই চেল্লা উই। মহাক্কী মশাদা অকীবা মচেৎ অমত্তা পত্তে, মথৌনা লৈ, মরিংজেন পাল্লি। তপস্বিনীশিংনা ফন্না কম্না হোৎনদুনসু মহাকপু করিগুম্বা মওংদসু খামজিনবা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা অঙাং মালেমসিদা পাক-পাক উবা ফংবা নত্তে। কনানো নুপা মচা অসি?

তপস্বিনী অদুনা করিগুম্বা মওংদসু নুপামচাদুবু খামজিনবা ঙমদ্রবা মতম দুদা অনৌবা লৌশিং অমা পুথোক্তুনা হায়রকই, "নোংশামচাদু থাদোকপিদ্রবদি নঙোন্দা শান্নপোৎ অমা পীগনি।"

শান্নপোৎকী খ্বা তাবদা নুপামচা অদুনা নোংশামচাদু থাদোক্রগা মখুৎ তিংথোরক্লে।

তিংখোরক্লিবা খুৎ অদুগা রাজ-চক্রবর্ত্তীগী খুদম ওইবা রাজা দুষ্মন্তনা ইখঙ খঙহৌদনা উরম্রে। খুদম অদু উবদা মহাক ঙকপনা থম থেংখ্রে।

অতোপ্পা তপস্বিনী অদুনা নুপামচাদুবু থেম্বা হোৎনরিবা তপস্বিনী অদুদা হায়রকই, "শাম্নপোৎকী মা পনবদনা মাবু খাম্বা য়ারোই। নঙ অমুক্তা চেন্না চেন্না চৎতুনা আশ্রমদগী রং থাবা লৈবাক্কী মাহোংদু লৌরুচো।"

তপস্বিনী অদু মাহোং লৌরুনবা আশ্রম পাংনা চৎখ্রে।

শান্নপোৎ ফংদ্রবা অদুদা নুপামচা অদুনা নোংশামচাদু মমাগী মথাদগী ফাদুনা পুথোরক্লগা লাক্ল-ফানদুনা অমুক শান্নররে।

ঙাওশিন্নবা নুপামচা অদুনা রাজা দুষ্মন্তগী থবায় হকচাং পুমগুম গুমহৎখ্রে। পিক্লিবা মচাগী মগুং-মতৌ অমদি তৌথোরকপা থৌদৌ কয়া উবদা অমসুং ঙাংথোক শক্তোক্লকপা মাহে-মাতা তাবদা মমা-মপা ওইবশিংগী থম্মোয় শুমহৎপগুম নিংথৌগী থম্মোয় অঙাং অদুনা জয় তৌখ্রে। মহাক্না খন্নকই, নুপামচা অসিবু ইথাদা পমজবা ফংদুনা মাগী মশাদা তৈরিবা উফুল-মাইফুল অসি ঐঙোন্দা তৈশিন্নররবদি ঐগী পুক্লিং অসে থরমথৈ ঈংবা য়াই। মদু ওইরবদি ঐ মী ওইনা পোকপগী মহে য়ানবা হায়বদু ওইবা য়াই।

নুপামচা অদু নোংশামচা অদুগা অদুম লাক্ল-ফানদুনা শান্নদুনা লৈ। খঙহৌদনা নোংশামচাদু মখুৎতগী নাহোকখিদুনা মমাগী নাক্তা চেনশিনখ্রে। নুপামচাদুনা মমাগী মনাক্তগী নোংশামচাদু অমুক চিংথোরুবা মমৈ পায়দুনা চিংবা হৌরকই। মহাক্তি মানা ঙমদ্রিবমথৈ তোক্কদবা নুপামচা নত্তে।

নিংথৌনা মশাবু নুপামচাদুদগী লাপথোক্না থম্বা অমুক ঙমদ্রে, নুপামচাদুগী মনাক্তা চঙশিন্নক্রে। নুংশি-চানবিবগা লোয়ননা হায়রকই, "তারিব্রা ঋষিমচা, অসিগুম্না শেংলবা তপোবন্দা লৈবা নঙনা তপোবনগী চৎনরোলগী মায়োক্তা অসুন্না নোংশামচাদুবু ওৎপিরিবা করিগীনো? মাবু থাদোকপিখো; মদুগী মহুৎতা করি পাম্বগে হায়য়ু?"

হায়রিবসি মনাদা হাপ্তনা নুপামচাদু নোংশামচাগা অদুম লাক্ল-ফানদুনা শান্নদুনা লৈ। তপস্বিনীনা থরা চঙশিন্নক্লগা হায়রকই, "মহাক ঋষিমচা নত্তে। মাবু ঋষিমচা ওইনা অদোম্না লান্না লৌবিরে।"

নিংথৌনা হাইক্কেৎ ঈকাইনা হায়রকই, "ঐবু লান্না লৌবিগনু। তপোবন অসিদা লৈরম্বা অসিদা ঐনা মঙোন্দা ঋষি-মচা হায়না মিঙ্গৌখিবনি।"

অসি হায়রগা মহাক্না খোঙফম অনী চঙশিন্নগা নুপামচা অদুগী লেংবান্দা মখুৎ থম্নুবমক্তদা মহাক চঙক্লখ্রে। মহাক্না খন্নকই, অতোপ্পা শাগৈদা পোকপা নুপামচা অসিগী মশা শোকউবমক্তদা ঐগী হকচাংদা নোংথাং কুপ্নগুম ইনিল অমা চেনশিন্নক্লুনা থম্মোয়

তনিক্লক্লি। মদুগা লোয়ননা হায়ফম খঙদনা নুংঙাই-ঈকুৎ অমা কাওরকপওম তৌই। অদুনদি নুপামচা অসিবু পোকপা লায়বক ফবা মপা অদুনা মাবু মথাদা পম্বদা কয়াদা মপূক্লিং পেঙ্কবা কংলিপবা।

তপস্বিনীনা হায়রকই, "মহাশয়, পূক্লিংদা নুংঙাইতবা করিসু তৌবিরম্নু। বা অমতা হায়জগে, অদোমগা নুপামচা অসিগা করিগুম্বা মরি অমতা লৈনব্রবসু মায়থোংগী শকওং-শাদা অসুক হাক্লা মাম্নবা অসি উবদা হায়ফম খঙদবা অঙকপা অমা পোকই। নুপামচা অসি য়াম্না ঙাওশিন্নরবসু শক খঙনদবা মহাশয়না মনাক্তা চঙলকপদা ইতে তেথব্রে। য়েংবিয়ু, অতেবা মপাগা পাংথক ওইব্রে।"

নিংথৌনা নুপামচাদুবু মথাদা পম্নথংলগা নুংশিবা মীৎয়েংনা মাগী থোং-নৌরিবা মায়থোং অদুদা য়েংলকই। মীৎকুপ খবা মতৌ অসুন্না লৈরবা তুংদা মহাক্লা তপস্বিনীদা হংলকই, "নুপামচা অসি ঋষিমচা নৎত্রবদি করম্বা শাগেদা পোকপগে তাকপিয়ু?"

"ঋষিমচাবুদি নৎত্রবমক্লি। পুরুবংশদা পোকপনি অঙাং অসি।" তপস্বিনীনা খুম্নকই। বা অসি তাবমক্তদা নিংথৌদু তু খ্যাও চুংব্রে। মহাক্লা খল্লকই, মদু ওইরবদি ঐগা শাগে তীম্নরে অঙাং অসি। তপস্বিনী অসিনা ঐগা নুপামচা অসিগা শক মান্নে হায়খিবদু মদুনা ওইরম্বা য়াই। হন্দক্তি নিংথৌনা তপস্বিনী অদুদা য়েংদুনা হায়রকই, "তাবিয়ু তপস্বিনী, পুরুবংশদা পোকপশিংদি অহানবদা সংসার-ধর্ম্মদা লুপ্তুনা লৈ, অহল ওইরক্রবা মতমদা শান্তিগী তুংনফম ওইরিবা তপোবন্দা লাক্তুনা লাই নিংদুনা লেমহৌরিবা পুন্সি লেম্লি। মসি পুরু শাগেদা পোকপা খুদিংমক্লা ঙাক্লা চৎনৈ।"

তপস্বিনীনা হায়রকই, "অঙাং অসিবু পোকপী মমাগা অপ্সরাগা তৎনবা য়াদ্রবা মবি অমা লৈনৈ। অঙাং অসিগুম্না মমাদুসু তপোবন অমদা পোকখিবনি। মদুনা মবম ওইদুনা আশ্রমবাসী পুম্নমক্লা অঙাং অসিবু লুনা-চান্না তৌরিবনি।"

বা অসি তাবদা নিংথৌনা অঙাং অসিগী পরিচয় কুপ্না খঙনিংলক্রে। অদুনা মহাক্লা তপস্বিনী অদুদা হংলকই, "নুপামচা অসিগী মমিং করি কৌবগে? অদুগা মাগী মমা অদু করম্বা নিংথৌগী সহধর্ম্মিনীনো হায়বা ঙম্বিগদ্রা?"

মায়-মীৎতা তুকচচবগী মমি তাহল্লগা তপস্বিনী অদুনা হায়রকই, "মশাগী সহধর্ম্মিনীবু লৌশিন্দনা তাম্থোকপা ঙম্বা শাগী পূকচেল চেনবা মহাক অদুগী মিংবু ঐগী চিন অসিনা কমদৌনা পনগনি মহাশয়!" অসি হায়রগা মহাক্লা গুক্তোক্তুনা মমায় লৈথোক্তুনা মপূক্লিং নুংঙাইরক্তবগী মৈচাক থাংবা হোৎনরকই।

মহাক্কী বাসি তাবদা রাজা দুষ্মন্ত খাই লাউব্রে। খুদক্তা মহাক্কী মাঙদা শকুন্তলাবু রাজসভাদগী মহাক্লা নুংশি-হৈতনা করেম-কথাইনদুনা ঈকাইবা পীদুনা তাম্থোকখিবদু

খৎনিং নিংশিংলক্কে। মশা বাই শংশ্রবী শকুন্তলানা মীৎলু নাপোম অনীমক পীরাংনা থুমহৎনা চঙজফম পীখিনবা মহাক্কী মফমদা কয়ারক হল্লা হায়জখি। অদুবু করি-কমদৌদুননো অকাউ-পরে চনখিদুনা মহাক্কা মীমাঙদা ফজ্জদবা বাহৈ কয়া পন্দুনা মরাল লৈজদবী আশ্রম-বাসিনী অদুবু হল্লা হল্লা ঈকাইবা পীদুনা তাম্মোকপিখি। থৌদোক অদুগা তপস্বিনী অসিনা হায়রক্লিবা বাফম অসিগা চপ চান্নে। অদুনা মহাক্কা নুপামচা অদুগী মমাগী মমিং হংসিরা হায়না খল্লকই। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তা অসুম্না খল্লক্কে, মসি ফজবা থবক ওইরোই। অতোপ্পগী নুপী অমগী মরমদা করিগুম্বা খরা খঙনিংবা ফোঙদোক্লুবা হায়বসি হৌন-লোনচৎ বাংমো ল্যানবা বাফম ওইগনি।

অসুম্না খল্লক্তুনা নিংথৌদু নুপামচাদুগী মমাগী পরিচয় ফনা খঙনিংদুনসু তুমিন্না য়ৈশিন্দুনা লৈখ্রে।

মতম অদুদা তপস্বিনী অদুনা নুপামচা অদুদা হায়রকই, "ইবুংঙো ভরত, নোংশামচাদু থাদোকপিখ্রো। মাগা লাক্ত- ফানদুনা শাম্নগদবগী শরুকপুদি আদা পাল্লিবা হৈনৌ অসি তেন কাপ্তুনা অমুক্তা হেক্রো লাও।"

ভরতনা থৌশাদনা হায়রকই, "হৌজিকপু হৈনৌ পানব্রনে?"

তপস্বিনীনা হায়রকই, "মনা মরক্তা লোৎতুনা য়াম্না মুল্লবা হৈনৌ অচৌবা অমা হৈরোন ওইনা পাল্লিবসি য়েংলো লাও।"

ভরতনা নোংশা মচা অদু থাদোক্লমদুনা মহাক্কী নাক্তা চঙশিল্লক্লগা হৈনৌ পাম্বী অদুদা মুন্না য়েংদুনা লেপ্তুনা লৈ। অদুগা হরাওনা চোংদুনা হায়রকই, "উরে উরে, আদা পাল্লে, হেকপিগে। ঐগী লীরুং-তেন্দি?"

"অসিদা লৈরে ইবুংঙো।" তপস্বিনীনা মখুৎ থিন্দুনা তাক্লকই।

ভরতনা লীরুং-তেন লৌরুরগা লীরি-তেঙ্গা থোংদুনা পাম্বীদা পাল্লিবা হৈনৌ অমুনবা অদু তম্না কাপখ্রে। তেন অদুনা হৈনৌগী মখোক্তা ককথৎতুনা কেল্লক্লে। মহাক্কা চেন্দুনা হৈনৌদু খুল্লুরগা তপস্বিনীদা পীবরে।

মদু উবদা তেন কাপ্পদা লাম্বা লৈতে হায়না শিংথানরিবা রাজা দুষ্মন্তদু পুমঙক ঙকখ্রে। অদুক পিক্লিবা নুপামচা অদুনা অদুক বাংবা হৈনৌ পাম্বী অদুগী মনা মরক্তা হৈরোন ওইনা পানবা হৈনৌ অদুগী মখোক্তা তেম্না ককথৎতুনা কেলহল্লকপা ঙমগনি হায়বসি মহাক্কা থাজবা ঙম্নমদবনি। মহাক্কা তপস্বিনীদা য়েংদুনা হায়রকই, "অসুক পিক্লিবা অঙাং অসিনা তেন কাপ্পদা অসুক হাক্কা মখুৎ চুম্বসি উবদা ঙক্তবা ঙমদে। মাবু অথোইবা গুরু কনানা তম্বিবগে হায়না খঙজবা য়াগদ্রা?"

নোকফেৎ তৌদুনা তপস্বিনীনা হায়রকই, "মাবু গুরু কনানা তম্বিবা নত্তে, মাবু পোকপী

মমা অদুনা অহিবনি।"

অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা খল্লকই, মাগী মমানা তম্বিবনি হায়বা। ঐগী চান্নবী শকুন্তলাসু তেন কান্না মখুৎ য়ান্না চুম্বী হায়না মতাশিংগী মফমদগী লোংমা তাখি। অদু ওইরবদি নুপামচা অসিগী মমা অদু ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মা শকুন্তলা অদু ওইরিগদ্রা?

চৈরক অদুদা ভরত নীরুং-তেন থনমগা অমুক চঙশিনখিদুনা নোংশামচা অদুগা লাক্ল-ফানদুনা শান্নদুনা লৈখ্রে।

ভাঙ্গা অদুদা অভাংগী শান্নপোৎ লৌবা চৎখিবী তপস্বিনী অদুনা আশ্রমদগী রং থাবা লৈবাক্কী বাহোং পুদুনা মফম অদুদা থুংলরে। মখুৎতা পায়রিবা বাহোং অদু উৎতুনা নুপামচা অদুদা হায়রকই, "য়েংউ, ফজত্রা য়েংউ, শকুন্ত অসি কয়াদা লংনা ফজত্রবা।"

মহাক্না বাহোং হায়বগী মহৎতা শকুন্ত হায়রকপা অসি তাবদা ভরতনা লৈথোক্তুনা কোইয়েং য়েংলকই। 'শকুন্ত' হায়বা সংস্কৃত বাহৈ অসিগী অর্থ উচেক হায়নসু খঙনৈ হায়বা পিক্রিবা ভরতনা থোইনা খম্বদুনা যেংলুদে। অদুনা 'শকুন্ত' হায়বা বাহৈসি তাবমক্তদা মহাক্না মমায় লৈথোক্তুনা য়েংলকপনি। কদায়দসু কনাসু উত্রবদা হংলকই, "কদায়? কদায় ঐগী ইমাদি?"

নুপামচাদুগী মতৌদু উবদা তপস্বিনী অদু নোক্লিংবা খাংবা ঙমখিদ্রে। থিক থিক নোকথোক্লগা মহাক্না হায়রকই, "কনাগী মমা? নঙগী নমা শকুন্তলাবুরা?"

থোক্লিবা থৌদোক অসিনা মবম ওইদুনা নিংথৌনা শকুন্তলা হায়বসি নুপামচা অদুগী মমানি হায়বা খঙবা ঙম্রে। মহাক্না খল্লকই, নুপামচা অসি ঐগী শকুন্তলাগী গর্ভ নুংদা লৈখিবা অঙাং অদুরা? মদু শোয়দনা ওইফম থোকই।

অসুম্না রাজা দুষ্মন্ত নুংঙাই-মঙলান্দা তাউদুনা লৈখ্রে। অদুবু মীৎকুপ খরদংগী তুংদা মহাক্না অমুক খল্লকই, নুপামচা অসিগী মমাদু শকুন্তলা কৌরবসু ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মা শকুন্তলা অদু ওইরমদবসু য়াই। অদুগা মালেম অসিদা মিং য়াল্ল-মান্নবা মী কয়া লৈরি। ❑

## তরাতরুক

নুপামচাদু নোংশামচাদুগা লাক্ল-ফানবা তোক্তুনা লৈবাক্কী বাহোং অদু শান্নবদা মপুক্লিং চঙখ্রে। মহাক্কী ঙকশমদা ঙাইহাক্কী মমাঙ ফাওবা রক্ষাকবচ অমা শিরম্বনি। মদু মাগী ঙকশমদা শিবা উত্রদুনা তপস্বিনী অনী অদু য়াম্না পাখংনরক্লে। মথোয়না নুপামচা অদুদা কবচ অদু কদায়দা থমগ্রবগে হায়না হংলকই। অদুবু নুপামচা অদুদি শান্নবদা মপুক্লিং চঙখিবনা

মখোয়গী বাদু তাপ্রমাক্লে, খুমক্তে।

তপস্বিনী অনীদুনা ইপা পাখৎনা করিনো কোইথি থিবদু উবদা রাজা দুষ্মন্তনা হংলকই, "করিনো থিবিরিবদু খঙজবা য়াগন্রা?"

তপস্বিনী অমনা হায়রকই, "নুপামচা অসিগী গুরুশমদা ঙাইহাক্কী মমাঙ ফাওবা রক্ষাকবচ অমা পিরম্বনি। মদু মহাক্না কদায়দনো তাহলহৌরমাক্লে।"

নিংথৌনা মখোয়গী পুক্নিং ফাথবিরদুনা হায়রকই, "থোইনা ৱাকনিংঙাই করিসু লৈতে। নোংশামচাদুগা লাক্ল-ফনদুনা শাম্রবদা কবচ অদু মাগী গুরুশমদগী নাহোংজুনা তাহৌবা ওইরমগনি।"

অসি হায়ব্রগা মহাক্না কোইয়েং য়েংবদা লাপ্তক্লা কবচ অদু তাদুনা লৈবা উরে। হায়রকই, "আদা তারে। ঐ লৌক্লগে।"

অসি হায়রম্লগা মহাক কবচ অদু তম্না শৎ চঙশিনখ্রে। মদু উবদা তপস্বিনী অমনা পাখৎনা খাম্লদুনা খঙলাউ লাউরকই, "কবচ অদু শোকপিরক্নু।"

অদুবু মখোয়না খাম্বা নংগ্রিঙেদা রাজা দুষ্মন্তনা কবচ অদু খুনগৎখ্রে। তপস্বিনীনা পাখৎনা খাম্লকপা অদুদা মহাক্না ঙক্লুনা হংলকই, "কবচ অসি খুনগৎপা থিংবিরিবা করিগীনো?"

তপস্বিনী অদুনা হায়রকই, "তাবিয়ু মহাশয়, মদুগী মরম হায়জগে, স্বর্গগী ফংঙমদবা হিদাক মচল কয়ানা তীন্দুনা শেম্লগা মনুংদা ফুমদুনা মীনা কাম্লকপা হিদাক-লাইকাপ চঙঙ্খমদ্রবা অদুগা অতোপ্পনা লাকচ-খুদুম চনঙমদ্রবা কবচ অদু নুপামচা অসিগী জাত-কর্ম্ম পাংথোকপা মতমদা মহর্ষি মারীচনা মাগী গুরুশমদা শিবিখিবনি। করিগুম্বা মরম অমদগী লৈবাক্তা তাখিবা থোক্লবদি কবচ অদু লিন ওল্লক্লুনা মদু শোকউরিবা মীশক অদু চিক্কনি। কবচ অদু লৈবাক্তগী খুনগৎলুবদা লিন ওক্লোইদবশিংদি মপা নৎত্রগা মমা নৎত্রগা মশামক। ঐখোয় মদুগী প্রমাণ কয়ারক হন্না ফংল্লবনি। অদুনা মদু শোকপিকদনবা মহাশয়বু খামজখিবনি।"

রাজা দুষ্মন্তগী মায়থোংদা হরাও-মীনোক্কী মমি তারক্লে। মহাক্না খল্লকই, অঙাং অসি ঐগী ইচানুপানি হায়বদা চিংনক্লনিংঙাই করিমতা লৈত্রে। অঙাং অসি তপোবন অসিদা লৈবনিনা মাগী মমা হায়বদি ঐগী চাম্নথোইবী সহধর্ম্মিনী শকুন্তলাসু শোয়দনা লৈরম্লগনি। তপস্বিনীশিংসিদা হংলবদি ঐগী থম্মোয়গী মবেম্মগী লৈফম খঙদোকপা য়ারগনি। ঐ মাগী মনাক্তা চংলগে।

অদুবু থংনবা মীংকুপ্তা মহাক্না অমুক খল্লকই, চঙজফম লৌবা মখোঙনা থোংনা লাকখিবা মতম অদুদা ঐনা মাবু থিনা চৈ-থাংদুনা ঈকাইবা পীখিবা অদুগী ৱারৌদুনা মহাক্না ঐবু হৌজিক শক খঙদে হায়রকপা থোক্লবদি কমদৌগনি? মহাক্লসু ঐঙোন্দা হন্দুনা

ঈকাইবা হন্না হন্না পীরকপা থোক্লবদি।

অসুম্না মণ্ডল মণ্ডল কয়া খন্নকুনা মহাক নুংবেংননা লৈরে। অসুম্না ঙাইহাক লৈরবা তুংদা 'অদুম্না তৌরকপা থোক্লবসু ঐনা মদু মায়োক্লবা তাবনি, মদুগীদমক হৌজিক্লা মাথা শাহঞ্জবা হৌনদে' হায়না মহাক্লা খল্লোরক্রে। মশাগী নুংশুক-নুংজানরবা মায়থোংদুদা নমদুনা মহাক্লা হরাও-মীনোক্কী মমি তাহল্লে। অদুগা মহাক্লা মচানুপাদুবু পমখৎতুনা মথাদা চেজেং কোনশিনখ্রে। মহাক অমুক শক লোৎতুনা লৈবা ঙম্লজ্রে। মহাক্লা মচানুপাগী মকোক্তা মনঙ্গলদা নুংশিনা নানবিরদুনা হায়রকই, "ইপাগী ইবুংঙো, ঐ নঙগী নপানি।"

"নত্তে কৈসু, নঙ ঐগী ইপা নত্তে। ঐবু থাদোকউ।" হায়দুনা ভরতনা রাজা দুষ্মন্তনা পল্লিবা অদুদগী নাম্থোক্লবা কন্না হোৎনরকই। অদুবু মহাক নাম্থোকপা ঙমদ্রে। পাঙ্গলগী শক্তিনদি নাম্থোক্লবা উপায় লৈরবোই হায়বা খঙদুনা মহাক তুম্মিন্না লৈখ্রে।

অদুবু অঙকপনি! নুপামচাদু কমদৌননো খঙদে পল্লিবা অদুদগী শৎ নাম্থোক্তুনা চোংথখ্রে। অদুগা মহাক জঙ্গল্লোমদা হৌদুনা চেনশিনখ্রে। মহাক্লা লৌশিং তৌদুনা ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈশিন্নদুনা কোল্লিবদু খিত্তং কোমথোরকপা তাঙ্জা ঙাইদুনা লৈবম্বনি। অদুগা তাঙ্জা হেক ফংবগা পল্লিবদুদগী নাম্থোক্তুনা চেনখিবনি।

জঙ্গল্লোমদা চেনখিবা উবদা নুংশাথিদুনা তপস্বিনী অনী অদুনা হজিল্লকবা কয়া থেন্নকই। অদুবু মদু তাশিন্নদনা নুপামচাদু জঙ্গলদা চঙখিদুনা উবা ফংখিদ্রে।

পন্নম্বদগী নুপামচাদু খঙহৌদনা শৎ নাম্থোক্তুনা চেনখিবদু উবদা রাজা দুষ্মন্ত চঙক্লখ্রে। অদুবু থংনবা মীৎকুপমক্তদা মশাবু ফাথজরগা মহাক ভরতকী তুংইন্দুনা তান্নখ্রে। জঙ্গলদা হৈনরবা নুপামচা অদুনা চিং-চাং লিংথোক-লিংশিন তৌদুনা চেনখিবনা পাঙ্গল্লবা রাজা দুষ্মন্তনা তান্নবদা ফংদ্রে। কবিগুম্বদা ভরত মনাক নক্লা কদায়দনো মরুম অমদা লোৎতুনা লৈরম্বা উরবসু নিংথৌনা ফাগে তৌরকবদা শরৈ-শরা হৈ-শিংবা উৎতুনা নাম্থোক্তুনা হেক্তা চেনখি। অদুগা কবিগুম্বদনা ভরতনা মকমদা লোৎতুনা লৈবগা নিংথৌগী মীৎতা উফুল চায়দুনা তুংলোমদা হন্দুনা হেক্তা চেনখি, কবিগুম্বদনা নাকল্লোমদা থৈদোক্তুনা চেনখি। চিং-চাং লিংথোক-লিংশিন তৌদুনা ভরতনা কোইচেন চেনবা অদুদা মচানুপাগা কেকুলোংপী শান্নমিন্নবগুম, উরাওবী তান্নবগুম দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা ফাওবকুনা নুংঙাইবা পোক্লক্রে। অদুনা ফাবা য়ারবা মতাং ওইরবা ফাওবা মহাক্লা অঙাংদু নাম্থোকচখিনবা তাঙ্জা পীবা য়াওরকই। অসুম্না ফনা কুইনা তান্নরবা তুংদা অঙাং অদু বাবনা শদৌ থোংলক্রে, চোকথম্বনা চেনবা ঙম্লজ্রে। অদুনা দুষ্মন্তনা মহাকপু ফাবদা লায়না থোকখ্রে। মহাক্লা মচামচা খঙ্গরিবা ভরতপু পমদুনা তপস্বিনী অনী অদুনা লৈরিবা মফম অদুদা লাক্রে।

মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা তপস্বিনী অনীদু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরি।

রাজা দুষ্মন্তনা পল্লিবা অদুদগী নাহোক্রবা ভরতনা কন্না হোৎনকদা শুমগ্রে। হায়রকই, "ঐবু থাদোকউ। ঐবু থাদোকউ। ঐ ইমাগী নাক্তা চৎখ্রগে। ঐবু পল্থিরবু, থাদোকউ। ঐ ইমাগী নাক্তা চৎখ্রগে।"

দুষ্মন্তনা নোকফেৎ তৌদুনা হরাওনা হায়রকই, "ঐ নঙগী নপানিনে।"

ভরত শাউগৎলক্লে, হায়রকই, "অদুদি ঐগা লান শোক্লসি।"

"করিগীনো?"

"ঐগী ইপাদি অথৌবনি, তেন কাপ্পদা য়াম্না খুৎ চুম্মী হায়না ইমানা হায়।"

"নঙগী খুৎ চুম্বা নপাদু ঐনিনে ইবুংঙো।"

"খুৎ চুম্নগা অদুক কীগনবা। হঁ, নঙ ঐগী ইপা ওইফম থোক্তে। ইমানা নুপাদি অকী-অখং খঙলোইদবনি হায়। ঐদি নহাক্কা লান শোক্লবা কীবিদে।" ভরতনা নাপল তৌনা হায়রকই।

তাঞ্জা অসিদা মচানুপা থিদুনা অসুম লাকপদা শকুন্তলা মফম অদু য়ৌরক্লে। মহাক লাকপা উবদা তপস্বিনী অমীদুনা মনাক্তা পব-পবপ চঙশিল্লক্লগা মচানুপাবু পমদুনা লেপ্লিবা নুপা অদুনা কবচ খুনগৎপগী থৌদোক অদু তম্লরে। মখোয়গী রাদু তাববদা শকুন্তলানা মাগী মতারোই অপ্তবা সানুমতীনা নোংমা মঙোন্দা হাযখিবা রাদু খঙনিং নিংশিংলক্লে। সানুমতীনা মঙোন্দা ময়েক শেংনা হাযরম্মী, 'ইকুই কুইদনা নঙগী নপুবোইবগা থুনরগনি ইতা। অসুম্না হায়খিবদু ঙসি ইখঙ খঙহৌদনা তাইবং মঙফাওনববা। অদুবু মহাক্কী থম্মোয়দা চিংনবা কয়াগী ঈফুৎ ফাওরক্তবদি নত্তে। মশাগী মীবোল্লবী নুপীবু মশক খঙদে হায়দুনা তাহোবকখিবগী লমন খুম্লিংবগী মৈচাক অদু রাজা দুষ্মন্তগী মশক উদবা খঙহৌদনা খঙহেন হেনগৎখ্রে।

শকুন্তলাবু উবমক্তদা রাজা দুষ্মন্তনা নুংশামপী অমা শাংনা হোন্দোক্লগা খল্লকই, ওহোকপনি, মসিরা শকুন্তলাগী নুংশি-কায়না শক্তম। মল্লবা উকুনা করিওম্বা মওং অমদা মাগী নিংথিজরবা হকচাংগী ইকাইবা কুপ্পরি, বেণী লোল্লবা শম্নাংদু কোকথক্তা পুনখৎতুনা মপুরোইবা কায়নবগী অহকপা ব্রত ঙাক্লি। মাগী অদুক হায়া ফজবা শক্তম্বু কায়ন-মৈখুনা কুপশিন্দুনা থম্লি।

শকুন্তলাগী অদুওম্বা মহৌশাগা তায়োম্নবা শকফম অদু উবদা মহাক্কী মীৎলুদা পী ঈরা চেল্লক্লে।

মমাবু উবমক্তদা ভরতনা হায়রকই, "ইমা, ইমা, মহাক্লা ঐবু মাগী মচানি হায়দুনা চেৎনা কোনশিন্দুনা পল্লি। মহাকসিবু কনানো ইমা?"

"ঐ মশাক খঙদে। নঙ অদুদা করি তৌরিবনো? লাকও, সিদা লাও।" শকুন্তলানা

খোয়াল্লেল কন্না-কনঙনা হায়রকই। মহাক্না মখম অসি য়েঙ্ককপদা রাজা দুষ্মন্তনা মচানুপাবু পমদুনা লৈরম্বা উবদা পাখৎচরবনি। কনানা খঙগনি! মচা নত্তে হায়খিবা মহাক অদুবু পম-খোৎতুনা নুংশিবা উৎশিন্নরগা খাংউথতা মপুক্তি মাংহন্নবা লৌশিং তৌব্রিরা? মশাগী নুপীবু কাওবা শক খঙশিন্নদবা গুম্বা মীশক অদুবু মহাক্না কমদৌনা থাজরগনি।

“থাদোকও ইমানা কৌরে।” হায়দুনা ভরতনা নাহ্রোক্নবা কন্না হোৎনরক্রে। রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলাগী ফজদবা বাদু ভাবা অদুগা মচানুপানা মাগী নাক্তা লৈনিংদবা মওংদু উবদা ঈকাই-নুংশি য়াম্রনা পম্রিবা মচাবু থাংথদুনা থক্রে।

শকখঙদবা নুপাদুগী মখুৎতগী নাহ্রোকপগা নুপামচাদু মমাগী নাক্তা চেনশিন্নগা চেজেং কোন্নরে। মমানা মহাকপু পমখৎপিরে।

রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা খোঙকম থরা থাংজিল্লক্লগা মরাল লৈবগী সুরদা হায়রকই, “চাম্রখোইবী নওগী নফমদা ঐনা মীনুংশি য়াওদবা শাজং চৎখিবা অদুগী ইরাল ইশানা য়াজরি। ঐনা নহাক্কী নফমদা লংশিনখিবা ইরাল অদু তশেংনা ভাকপিনিংঙাই ওইরবনি। করি-করম তৌদুননো খঙদে, তশেংনা মতম অদুদা ঐনা নহাকপু পূমকাউ কাউথোকখি, নিংশিংবা থোকখিদে। অদুনা থোকহল্লিংদবা থৌদোক অদু থোকখিবনি।”

শকুন্তলানা মপূক্লিংগী ওমচাক্লবা খাংবা ঙমত্রদুনা মৈক্লিনা বাহৈগী মশক ওইনা কাপথোরক্রে, “রাজ-ভোগ চাদুনা নুংঙাই-য়াইফনা তৌনিংবদা তৌদুনা লৈরিবা নিংথৌরেন অমনা ঐগুম্বী লৈকুং-লৈরায়দা পোকপী, খুমিং-খুদাংদা হৌরকপী, মমা-মপানা নাওয়োক-নাওকোন্দবী, চীংনুং-মানুংদা চাউবী, লৈম-শিজকোনগী চৎনরোল খঙদবী অমদা ‘চাম্রখোইবী’ হায়না মিঙ্গৌবিবা অসি লেমজদে। ঐবু মহারাজনা ঈকোইবা পীদুনা তাহ্রোকপিরকখিবা, লৌশিনবিখিদবা অদুগীদমক্তি ঐ বারৌজদে। অদুম ওইনমক নশামক্কী ঔরসতগী ঐগী গর্ভদা চঙদুনা মরু হনবিবা জীব অদুবু মপা মশক খঙদবা হায়দুনা ঈকাইবা পীবিখিবা অদুদি পুক্তি চুম্না থম্মোয়দা য়েক্তুনা অসুম লৈরগনি। ঐগী ইচানুপা অপিকশক অসিনা মশাগী যিরেপ চাবা তম্বা ঙম্লক্লবা মতম অদুদা করিগুম্বা মথৌনা মরিংজেন পাল্লগনা মাবু পোকপা মপা অদুবু মায়থিবা পীদুনা মশাগী ফংফম থোকপা অধিকার মশানা নমদুনা লৌজরস্নু। অদুগা হৌজিক অঙাং অসি পিক্রি খন্দুনা নুংশিবা শাশিন্নদুনা ওইদব-ঙাং থাক্তুনা লায়না হেক্তা মাংহনখিবা ঙমগনি হায়না খনবিবা থোক্রবদি মদু মহারাজগী অরানবা বাখল ওইগনি। ইমা-ইচানা মায়কৈ অমদা লেপ্লিভেদা মালেম অসিনা মায়কৈ অমদা পুম্না লেপথ্রবসু তরায় তরায়না মায়থিবা পীবা ঙমগনি হায়বদি কৈদৌনুংদসু খনবিরন্নু।”

অদুক চম্বী, অদুক তোররিংবী শকুন্তলানা ইখঙ খঙহৌদনা ঙসি ভৈরবীগী শক্রোন

লৌরকপা অসি উবদা রাজা দুষ্মন্ত ঙকপনা চমম্লে। মহাক্কী ৱারোৌবগী মচিন-তূম্বা থৌরবা ৱাহেংগী তেন ময়াম অদুনা থাদুনা দুষ্মন্তগী থম্মোয় শীংনা শাগ্রে। মরাল লৈবা মীগী মতৌগুম মহাক মরু লুকথদুনা খাংঙমম্লবা চৈথেং অদু খাংবা হোৎনরি।

ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "মতম অমদা ঐনা নঙবু তাথি-তাওইনা তৌথি হায়দুনা নপুক্লিংদা ৱারোৌবা কোক্ত্রিব্রা ? মতম অদুদা করি কন্নদৌদুনলো খঙদে, অকাউ-পরে চনখিদুনা চান্নখোইবী নঙবু তশেংনা শক খঙবা ঙমদদুনা লৌনখিবনি। মদুগী লমন নহাক্না হৌজিক ঐঙোন্দা খুমগে হায়না তশেংনা লেপ্লব্রা ?"

মপুরোইবগী ৱা অসি তাবদা শকুন্তলাগী মীৎলু নাপোম অনীদা খঙহৌদনা পীনা থুমহৎলক্লে। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তা মপী শৎ তৈথোক্লগা হায়রকই, "কাউথোকপা ! মশাগী লুহোংলবী নুপীবু শক খঙদবা ! অদুগা হৌজিক তপোবন অসিদা নিংশিংলক্লবা। খঙজরে, হস্তিনাপুর য়ৌদুনা য়াইফকোন্দা লেঙশিনখিবগা অমুক কাউথোকপিখিগদবা ওইবা ৱাফম অদু হৌজিকসু কাউথোকপিবনা হেন্না ফগনি।"

মতম অদুদা কাউথোকখিবা অদু শকুন্তলানা কাউশিন্নবনি হায়বা মপুক্লিং চপ য়ুংনা লৌগ্রে হায়বা রাজা দুষ্মন্তনা মুন্না খঙজবা ঙম্লে। নিয়তিগী করিগুম্বা থৌশিন অমদগী মহাক্না তশেংনা কাউথোকখিবনি হায়বা শকুন্তলাবু কমদৌনা থাজহনগনি।

তশেংবনি, য়ুম্বানবদা নুপা নুপী অনীগী মরক্তা করিগুম্বা মরম অমা নৎত্রগা মবম অমদগী চিংনবগী মরূ অমুক্তংবু হনখিবা থোক্লবদি খুদক্তা মশা-মরেং ফল্না হৌরকই। মদুবু মরা ফুক্তোক্লনা হন্দোকখিবা তরায়বা ৱাফম নত্তে। কবি করিগুম্বা মতমদা মদুনা য়ুম কায়নবগী অচৌবা মচাক ওইহল্লক্তবা নত্তে। চিংনবগী পল অসিনা চান্নব-চান্নবী অনীগী মরক্তা করিগুম্বা থৎলবা থোক্লবসু মখোয় মশেল চমথোক্লদুনা পল অদু থুগায়বা ঙম্বা থোক্লবদি য়ুম্বানবদা শান্তি লৈনা মরা তপ্না পানবা ঙম্মী। মদু নৎত্রবদি য়ুম্বান অদু কাং-খোং চায়বা শোয়দ্রবনি।

মচানুপানা চঙক্লবা মীৎয়েংনা শকুন্তলাদা অমুক নিংথৌদা অমুক য়েংলগা মপুক্লিং ফাথবা ঙমত্রদুনা হায়রকই, "ইমা, নুপা অসি কনানো ?"

শকুন্তলানা মফি ফিজিনা মপী তৈথোক তৈথোক্না হায়রকই, "ঐনা করি অমুক হায়খিগদগে ? নঙগী লায়বক্তা হংউ ইবুংঙো।"

শকুন্তলাগী ৱারোৌবা কোক্ত্রি হায়বা খঙলদুনা নিংথৌনা মহাকপু থেমজিন্দুনা হায়রকই, "চান্নবী, ঐনা মতম অদুদা নহাকপু থৌওইবিখিদবা অদুগী ৱারোৌবা খিবিক থাদোকও। অকাউ-পরে চনখিবনা মতম অদুদা ঐগী [illegible]-কক্তা খন্নবা বুদ্ধি মাংখি। নিংথিজরবা লৈ-পরেংবু মীৎতা লিন ওইনা উদুনা থাপ্না [illegible]ন্দোকউরে।"

মহাক্কী ৱা অসি তাবদা শকুন্তলাগী থম্মোয় ঈংথরকপদি লায়রদুনা অহোইনদুম

মখোইদৌ শাউগৎলক্রে। খোজেল কহ্না-করক্লনা হায়রকই, "নিংথৌরেন অমনা ইশাগী অময়বা উৎথোকপা পকচদে। অকাউ-পত্রে চনবা হায়বা বাহে অসিবু করিনো? নুপা-নুপী নুহোংবগী বাফম্বু কাউথোক্লিংলগনা কাউথোকপা অদুমা নিংশিংনিংলগনা নিংশিংবা হেক্তা য়ায়া?"

রাজা দুষ্মন্ত তুমিন্না অদুম লৈ, পাউখুম পীদে।

তাঙ্গা অদুগা ভরতনা হায়রকই, "ইমা, নুপা অসিবু ঐবু পোকপা ইপারা?"

"নুপা অসি মশক খঙদে। মহাক কনানো মশাদা হংউ। "

শকুন্তলাগী বা অসি ঐ তাবদা দুষ্মন্তনা মঙোন্দা তিংঙক-মায়ঙক্লনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরম্লগা ভরতা হায়রকই, "নমা-নচাগী মফমদা ঙাকপিবা য়াদবা ইরাল লংশিনগ্রবা নপা অদু ঐনিনে ইপাগী ইবুংঙো।"

অসি হায়রগা মহাক্না ভরতকী মনাক্তা পর-পরপ চঙশিন্নগা কোনগদবগী তৌরকই। ভরতনা খুদক্তা মতুংলোমদা খোঙফম অনী শং হন্দোক্লগা খোজেল যাক্না হায়রকই, "ঐঙোন্দা শোক্লকনু নথবায় মাংনিংদ্রবদি! নঙবু ঐগী ইপানি হায়বা! ফরে, মদু ওইরবদি বা অমা হংগে, ঐনা ইমাগী গর্ভ-নুংদা লৈরিঙেদা ইমা-ইচাবু মতু-মচা নত্তে হায়দুনা ঈকাইবা পীদুনা তাক্লোরকখি হায়বা মপুকচেল মকপা নিংথৌরেন অদুরা নহাক।

দুষ্মন্তনা মীৎলুদা পীরাং থাংনা ইতপ তপ্না হায়বকই, "মাম্নি, মবাল লৈবা নপা অদু ঐনি। ঐনা নখোয় নমা-নচাগী মফমদা শাথিনা লংজখ্রবনি। ইরাল অদুগী দণ্ড নমা-নচানা পীবা অদুমক ইশানা য়ানা লৌগনি। "

"ঐবু পোকপী ইমাবু মীয়াম-মাঙদা খোঙ্গোইনখিবা নঙগী মীৎতা পী তাবা উবগা ঐনা ঙাকপিগনি খনব্রা? " অসি হায়রগা মহাক লীরুং-তেন পায়খৎপ্রে। অমুক হায়বকই, "খুৎলায় পায়য়ু ঐখোয় অনী লান শোক্লসি। ঙমগনা ঐনা নহাকপু হাৎতুনা ইমাবু ঈকাইবা নংহনখিবগী লমন খুমগনি, ঙমদ্রগনা নোক্লা নোক্লা নখুৎতা ইথবায় থাদোক্কনি। "

পিক্লিবা মচানুপাগী শিংনংকপা বাসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা চাউথোকচবা পোক্লকই, থাগৎনিংবা পোক্লকই। অদুবু মহাক বা ঙাংদে, তুমিন্না চপ য়ুংনা অদুম লৈ।

মদু উবদা ভরতনা ঙংদুনা হায়রকই, "খুৎলায় পায়দবা মীদি ঐ হাৎনিংদে। মতু-মচা মশক খঙদবা ঙম্বা মীশকপু হাৎপদা মপা হাৎপগী পাপ পুরোই। সে খুৎলায় পায়রো চাং য়েংনসি। পাংদবা অয়াম্বা মীগী মতৌগুম চপ লেপ্তুনা লৈরনু।"

তাঙ্গা অসিদা ইখঙ খঙহৌদনা দুষ্মন্ত বাহুরক্লুনা শকুন্তলাগী মখোঙ ময়াদা তুথগ্রে।

মতৌ অসুম্না ইখঙ খঙহৌদনা মহাক লৈমায় থক্তা পত্রাক তাদুনা লৈখিবা উবদা শকুন্তলাগী থম্মোয়দা নুংশাথিবা পোক্লক্রে। মপুরোইবগী মথক্তা ফনা বারৌদুনসু মহাকী

থম্মোয় কাচিন্দা তুম্পক তাশিন্দুনা লোৎতুনা লৈরম্মাগ্রে মপুরোইববু নুংশিবনা, মদু য়াকাইরক্রে। মহাক্না মপুরোইববু কোনখৎকদবগী নোঙ্করকপগা লোয়ননা হায়রকই, "তৌরিবসি করি মতৌ কৌবগে মহারাজ?"

অসি হায়রদুনা ফমথরগা রাজা দুষ্মন্তগী মঙক মতম্বাক্তা থাঙৎখ্রে। অদুগা মহাক্না তপম্বিনী অনী অদুদা ঈশিং থরা পুবিররুবা হায়জখ্রে। অশিবগী পাংথক ওইনা তম্পাক থক্তা তাদুনা লৈরিবা মপুরোইবদা মহাক্না মফি ফিজিন্না হমাই হমদুনা জ্ঞান তাররুবা হোৎনরকই।

ইকান কান্নদনা তপস্বিনী অমনা পাত্র অমদা ঈশিং পুদুনা লাক্রে। ঈশিং অদু লৌরগা শকুন্তলানা রাজা দুষ্মন্তগী মায়-মীৎতা থিক্লকই।

ঙাইহাক্তং লৈরগা রাজা দুষ্মন্ত জ্ঞান তারক্রে। মহাক্না মমীৎ পাংদুনা য়েংলকপদা মহাক শকুন্তলাগী তম্পাক্তা মোনখাংনেনা হিপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা হাইফেৎ ঈকাইদুনা ফুক হৌগৎকদবগী তৌরকই।

মদু উবদা শকুন্তলানা খামদুনা হায়রকই, "ফিঙ্গৎপিগনু, তপথবিয়ু। ঐগী তম্পাক্তা মোনখাংনেবিবা ফাওবা ফনা মতিক চাদবীনি খনবিদুনসু ঙাইহাক্তং তুমিন্না মীৎ উইশিন্দুনা স্বর চনিং তান্না হোন্ননবা হোৎনবিখো।"

দুষ্মন্ত তুমিন্না মমীৎ উইশিন্দুনা লৈখ্রে।

শকুন্তলানা মঙোন্দা হমাই হন্না হন্না তাঞ্জা অমদা খঙহৌদনা মপুরোইবগী খুৎনাওবীদা মাংব্রবা খুদোপ অদু শিদুনা লৈরম্বা উকরে। মহাক্না ঙক্তুনা হায়বকই, "মহারাজ, মসিদি ঐঙোন্দা পীবিখিবা খুদোপ অদুনি, কদায়দগী কমদৌনা ফংবিবকপগে?"

রাজা দুষ্মন্তনা হৌগৎতুনা ফন্নগা তপ্না তপ্না হাযরকই, "মসি ফংলকখিবা অদু অঙকপা থৌদোক অমনি। খুদোপ অসি হেক ফংবদা অকাউ-পরৈ চন্নুববা, রাথলনা লাম্বা ফংখিব্রবা চান্নবী নহাকপু খঙনিং নিংশিংলকপগা লোয়ননা মীংতা শং-শং উবকখি। মসি মতৌ কমদৌনা ফংলকপগে হায়বা অদুগী রাবীদু লিগৈ তাবো।"

অসি হায়রগা মহাক্না ডুম অমগী মখুৎতগী খুদোপ অদু ফংবগী রাফম অদু মরিক চুন্না তন্নকই।

তাঞ্জা অসিদা ইথা থাজরুনদনা শকুন্তলাগী মতাবোই অপ্সরা সানুমতী মফম অদুদা লাক্রে। মহাক্না হরাও-মোমোন তৌনা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিন্নরুগা রাজা দুষ্মন্তদা হায়রকই, "মহারাজ, পুন্সিদা অমুক হন্না উমন্নগনি হায়বগী আশা তান্না লৈরুববী ইত্রা শকুন্তলাগা ইখাও খঙহৌদনা উন্নবা অদুগা নচা-ইনুংঙোগী মশক উবা হায়বসি লায়বক ফবগী রাফম্নি।"

হায়ন্নিবসি তাশিন্নদনা মতারোই সানুমতীদা ফাওবা হন্না য়েংলমদনা মচানুপা

ভরতপাং পন্নখৎলগা শকুন্তলা চৎখ্রে।

মতৌ অদুম্না কনাদসু করিমতা হায়রমদনা মহাক চৎখিবদু উবদা চঙক্রবনা রাজা দুষ্মন্তনা তৌফম খঙদদুনা মুম্না য়েংদুনা লৈ।

শকুন্তলাগী ফজদবা থৌদৌদু উবদা চঙক্রবী সানুমতীনা হায়রকই, "ইতা ঙাইখো, নুংঙাইরবা পুংফম অসিদা নপুরোইববু থাদোকুনা কদায়দা চৎলিবনো?"

মতাম্রোইনা খান্নকপা অদুদা শকুন্তলা চপ লেপখ্রে, মমায় ওনশিন্নক্লগা হায়রকই, "ইতা, ঐদি মহারাজগী সহধর্ম্মিনী অমা ওইনা রাজ-ভোগ চাদুনা লৈম-শিজকোলদা লৈবা মতিক চাদবীনি। অদুগা করিগুম্বা মহারাজনা ঐগী ইচানুপা অসিবু লৌশিনবিগে হায়রবসু পাখং ফাদুনা মশানা মশাগী য়েংশিঙবা ঙম্নক্লবা মতম অদুদা লৌশিনবিসনু।"

বা অসি তাবদা সানুমতীনা হাইফেৎ বারৌনা হায়রকই, "ইতাগী পুকচেল অসি কনমল্লি! মহারাজগা মতৈ-মনাও ওইবগী শেংলবা লীপূম্না পুন্দুনা লৈমিন্নরগদবনি। মশাগী মরাল অদু মশানা য়াজরবা মতম অসিদদি ইতানা মহারাজগী মফমদা বারৌফম থোক্লে। হেক্লিক্লবদি ইশানা ইরাল লংশিঙবা ওই রক্লগনি।"

মহাক্না অসুম্না কয়া হায়দুনা মপুক্লিং ফাথবিরবদা শকুন্তলাদু বারৌবা খরমখৈ ময়েং তারক্লদুনা মচানুপাগা লোয়ননা হঙ্জিল্লক্লুনা মখোয়গী নাক্তা মরু লুকচাননা লেপ্লরে। হায়রকই, "মহারাজ, ননাইনুবীবু লান্না লৌবিগনু। হৌন-লোনচৎ থাদোক্লুনা মহারাজ অমদি ইতাগী নাক্তগী তুমিন্না চৎখিগে তৌরম্বগী ইরাল ঙাকপিয়ু। অদুম ওইনমক ইচানুপা অসিনা শরেপ ফাদুনা য়েক্লবগা মায়োক্লবা ঙমখ্রিবমখৈ ইমা-ইচাবু মহারাজগী সনা-কোনুংদা চৎননবা য়াথং দদি তাকপিগনু।"

হায়রিবা বাহে খরা অসিদা থম্মোয়গী অচেৎপা ফিরেপকী মমি তাবা উবদা রাজা দুষ্মন্তগী থম্মোয়দা মীপাইবা পোক্লক্লে। হায়রকই, "চান্নথোইবী, নহাক্না ঐগী ইথক্তা বারৌন্নিবদু মরম চাদবা নত্তে। অদুবু নিয়তীগী অঙকপা থৌশিন্দগী ঐনা নহাকপু পূম্নকাউ কাউথোকউরে। মদুগীদমক তশেংনা নহাক্কী নফমদা ঐ ইশানা ইরাল য়াজরি হায়বা হন্না হন্না ফোঙদোক্লিবসিনি। খুদোপ ফংদুনা নিংশিংলক্লবদা নঙবু ঐনা থিখিদবা মফম লৈখিদ্রবনি। অদুবু থিবা ঙপফং ফংদ্রবদা নিংবা কায়দুনা ঐ অঙাওবগী পাংখক ওইনা লৈরক্লবনি। অদুবু হৌজিক্তি শিগ্রন্না হিংলিন্না মফম খঙখিদ্রবা নহাকপু অমুক হন্না ফংজরে, অদুগা ঐগী লায়বক ফবদগী মতিক-ময়াই লৈবা ইচানুপা অমসু ফংজরে।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা শকুন্তলানা শককম হঙ্জিন্না সানুমতীদা হায়রকই, "ইতাগী থৌজালদগী ঙসিদি ইমা-ইচাবু মহারজনা শক খঙবিরে। অদুম ওইনমক ইতা, ঐগী থম্মোয়গী বারৌবলিদি শক কোক্লরোই। ঐদি পুন্সি চুপ্পা তপোবন অসিদা লৈরগে হায়না লেপ্লবনি।

অদুগা ঐগী ইচানুপা অসিদি হয়েং শরেপ ফারক্রবা মতমদা মপাবু মহারাজগী নাক্তা থাম্বিগনি।"

সানুমতীনা হায়রকই, "নত্তে ইতা, নহাক্কী রাখল অদু লাত্রে। হৌজিক্তি কোনুংদো মহারাজগা লোয়ননা নহাক নচানুপা ভরত পুদুনা চৎলগদবনি। মসিদা অদু-অদা অমুক তৌরনু।"

অসি হায়রগা মহাক্লা রাজা দুষ্মন্তদা য়েংদুনা হায়রকই, "মহারাজ, মহর্ষি মারীচকী অয়াবা লৌরগা ইতা শকুন্তলাগা মচানুপাগা কোনুংদো পুবিগ্রো। মহারাজগী মফমদা ফনা ঈকাইবা নংথিদুনসু হৌজিক্তি মমা-মচাবু মহারাজনা লৌশিনবিরগনি হায়না তাকপিরবনিনা ইতাসু বারৌরম্বা খিবিক থাদোক্রগনি। মহারাজবু ফনা বারৌদুনসু থম্মোয়দদি মপুরোইববু মীৎকুপ অমফাওবা কাউজররক্তিবী ইতানি। মপুরোইবা কায়নদুনা নুপীনা মপামদা ফনা নুংঙাই-য়াইফনা লৈরবসু মীনা মিংচৎ থিনা ঙাংনৈ। অদুনা সতী ধর্ম্ম কায়রজদবী ইতাবু মহারাজনা লৈবাক মমাঙদা মতিক চাবা সম্মান ফংহল্লবিদুনা রাণী ওইনা থম্বিয়ু। মপুরোইবা নিংবী ইতানা ওসি মহারাজগা উমরম্বা অসিগী নুংঙাই-পাউ মাগী অপোকপী মমাগী মফমদা তম্মুরগে। ঐ চৎলে ইতা।"

অসি হায়রম্লগা সানুমতী শকুন্তলানা খাম্বা থৌওইনা তারমদনা চৎখ্রে। ❑

## তরাতরেৎ

শকুন্তলাগী মতারোই স্বর্গগী অপ্সরা সানুমতী চৎখ্রবা মতুং ইকান-কান্নদনা সারথি মাতলিদু রাজা দুষ্মন্তবু কোইথি থিরকপদা মফম অদু য়ৌরক্রে। মহাক্লা হায়রকই, "মহারাজ, অথোইবা মহর্ষি মারীচনা অদোমগা উন্ননিংবগী অপাম্বা ফোঙদোকপিরকই।"

"অওইব্রা? মদুদি ঐগী লায়বক ফবনি! "নিংথৌনা য়াম্না হরাওনা হায়রকই।

মাতলিনা হায়রকই, "অদুদি লেঙলসি।"

"চৎলসি।" হায়রগা রাজা দুষ্মন্তনা শকুন্তলারোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "থবান্নগী মবেম্মা, মহর্ষিগী নাক্তা ইচা পুদুনা ঐখোয় অহম পুন্না চৎলুসি। নখোয় নমা-নচা অনীগা লোয়ননা মহর্ষিবু দর্শন তৌরুবা পাম্মী।"

মপুক্লিংদা বারৌবা মপুংফানা কোক্তিবী শকুন্তলানা ঙাইহাক ইক-আক তৌদুনা লৈরবা তুংদা রাজা দুষ্মন্তনা কম্না তকশিল্লকপদগী মহর্ষিগী নাক্তা চৎমিন্নরুসি হায়বমখৈদি য়ারক্রে। লায়বক ফরবা রাজা দুষ্মন্ত মাগী সহধর্ম্মিনীগা মচানুপা ভরতকা লোয়ননা মহর্ষি মারীচকী

দর্শন তৌরম্নবা সারথি মাতলিগী তুংইন্দুনা খোঙশান্নক্রে।

মতম অদুদা মহর্ষি মারীচ মাগী সহধর্মিনী অদিতিগা লোয়ননা পদ্মাসন্দা ফমদুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী। রাজা দুষ্মন্তনা ভক্তি লৈনা নোম্নক্লা মখোয় অনীবু খুরুম্নগা মখুৎ লোম্নদুনা মখোয়গী মাঙদা লেপ্লুনা লৈম্রে। শকুন্তলাসু চঙশিন্নক্লুনা মখোয় অনীবু খুরুম্নরে।

নিংথৌনা মাতলিগী নাকোং ময়াদা মচিন থম্নদুনা খোঞ্জেল ফাজিন্না হংলকই, "য়াম্না মঙাল লৈবা অনী অসি নহক্রা মহর্ষি মারীচ অদুগা দেবমাতা অদিতি?"

মাতলিনা মঙক নোম্নদুনা নিংথৌনা হায়রিবদু চুম্মী হায়না খঙহন্নকই।

রাজা দুষ্মন্তনা মপুক্কিংদা ভক্তি তৌজনা হংলকই, "মখোয় অনী অসিবুরা ঋষিশিংনা নুমিৎকী মঙালগী মরম ওইনা শিংথানরিবা, দেবরাজ ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু পোকপা, মদুদা নত্তনা ভগবান বিষ্ণুমক্লা বামন অবতার তৌবদা মমা-মপাগী শক্লোন লৌখিবা, অদুগুম্বা মহাপুণ্য চেনবা অদুরা মখোয় অসি?"

মাতলিনা হন্দকসু খোঞ্জেল থোক্তনা মঙক নোম্নকই।

মতম অদুদা দুষ্মন্তনা শ্রদ্ধা ভক্তি প্রেম্না থম্মোয় থুমহংলক্লুনা পুণ্যগী ঈহৌরকফম ওইরবা মহর্ষি মারীচ অমসুং দেবমাতা অদিতিগী চরণ শোক্লা অমুক হন্না খুরুম্নরে।

ভক্তি লৈরবী শকুন্তলানসু তপ্ন-ঈংনা চঙশিন্দুনা মপুরোইবনা তৌবগুম মাবু শাইদাংফম পীবিরিবা মমা-মপা শক্লবা মখোয় অনীগী চরণ শোক্লা খুরুম্নরে।

মখোয়গী মক্তবা ভক্তি অদু উবদা থোইদোক্লা পেনবিরদুনা মহর্ষি মারীচনা মীৎ পাংথোক্লুনা মখোয় অনীদা চানবিবা মীৎয়েংনা য়েংবিরকই। মদুগা মহাক্লা থোইখুম্নরবা খোঞ্জেলদা রাজা দুষ্মন্তদা হায়রকই, "পুম্নি নুংশাংনা নরৈবাক ঙাকউ বৎস।" অদুগী তুংদা মহাক্লা শকুন্তলারোমদা মাগী মোমোম্নবা মায়থোংদু ওনশিন্দুনা আশীর্ব্বাদ তৌরকই, "পুম্নি চুপ্না নুংঙাই-য়াইফবী ওইয়ু শকুন্তলা। দেবরাজ ইন্দ্রগী পাংথক ওইরবা নপুরোইবা অদুগা কন-থৌবদা তাইবংপান্দা লাম্বা লৈররোইদবা নচানুপা পোকপী নঙোন্দা ঐনা অমুক আশীর্ব্বাদ তৌরুনিংঙাই লৈবা হৌনদে। ইন্দ্রগী মতৌগুম য়াইফবী ওইয়ু, মসিদংদি হায়বা ঙম্মী। পুম্নি চুপ্না নপুরোইবা অমদি নচানুপাগা লোয়ননা নুংঙাইনা য়ুম পান্নু।"

পুণ্যগী তুংনফম ওইবী অদিতিনসু অদুম্না দুষ্মন্ত অমসুং শকুন্তলাদা আশীর্ব্বাদ তৌবিরে।

মতৌ অসুম্না ঋষি অথোইবা অমদি অথোইবী অনীগী ফংঙমদ্রবা আশীর্ব্বাদ ফংজবদা রাজা দুষ্মন্ত হরাও-নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অদুবু শকুন্তলাগী মায়থোং উবদদি অদুক হাক্লা মপুক্কিং হরাওরমগনি হায়বা থাজবা ঙমদে।

রাজা দুষ্মন্তনা মপুক্কিংদা থোইদোক্লা ঈকাইজবগা লোয়ননা হায়রকই, "প্রভুনা নুংশি-চানবিদুনা তপোবনগী শেংলবা আশ্রমদা চঙজফম পীবিরম্নিবী শকুন্তলা অসিবু ঐনা

ইশা ইশা য়ানবগী মতুংইগ্না নোংমা গন্ধর্বব-মত্তা লুহোংখি। মতম খরা ঐখোয় অনী নুংঙাই-ঈপাঙা তাউদুনা লৈমিন্নরবা তুংদা ঐহাক্ লৈবাক্কী হিজোকপা য়াত্রবা থৌদাংনা পুন্দুনা কোনুংদা হনবা তারম্মী। কোনুং য়ৌরবা তুংদা কমদৌদুননো খণ্ডদে শকুন্তলাবু ঐগী সহধর্ম্মিনী ওইনা লৌশিনবদা পুক্নিংদা খঞ্জানবা পোকখি তশেংবেনি। রাজমাতাশিংগী মফমদা ঐগী অরোনবা শাজ্রৎ অদু পাক হেক হায়দোকপা ঙমখিদে। ফনা মশক-মতৌ ফজদুনসু চাউখৎপগী শম্ম ফংদবা শহরদগী থাপ্না চিক্লবা চীংয়া-তময়াদা পোকপী, মমা-মপানা নাওয়োক-নাওকোন্দবী চনুরা অমবু ঐগুম্বা নিংথৌরেন অমনা লোগ্না লুহোংলুরে হায়বসি ফোঙদোকপদা চিংনবা কয়া পোকখি। শকহেনবী জগোয় শাবী অমগী কল্লক্নিংঙাই ওইরবা শকওং-শাদা উবদা অপাম-মীহৌবগী লাংদা থুদুনা শক্লাইবা ঋর্বি অমনা মরু হন্দুনা পোকখিবী নুজা অমবু নিংথৌরেন অমগী সহধর্ম্মিনী ওইনা লৌশিনবদা য়াম্না শাথিনা অপনবা ওইররিবা সমাজগী কল্লবা পলবু নমথেকপা হায়বসি তরায়-তরায়বা থবক নত্তে হায়বা মতম অদুদদা খঙবা ঙম্লকখি। মতৌ অসুন্না মদু ঐগী ঙাকপিফম থোক্লবা অচৌবা ইরালনি হায়বা ইশানা য়াজরি। অসুম্না মহাকপু লৌশিনবদা অপনবা পীরবা বাখল কয়াদা উংদুনা লৈরিঙে মতম অদুদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ঐনা মহাকপু পুমকাউ কাউথোকখি, করিমতা নিংশিংবা থোকখিদে। মতম থরগী তুংদা শকুন্তলা মশামক্লা মখোঙনা থোংনা লাক্লুনা ঐঙোন্দা চঙজফম নিরে। ঐনা মাবু নিংশিংবা থোক্তবনা মরম ওইদুনা চঙজফম পীখিদে। মহাক্কী গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অদুগী মপা ঐনি হায়রকপদা ঐনা মঙোন্দা অথিবা বাহে কয়া হায়দুনা ঈকাইবা পীদুনা তাম্বোকপিখি। মতৌ অসুম তৌদুনা ঐনা মহাক্কী মফমদদা নত্তনা মহর্ষি কণ্বগী মফমদসু দোষ লংশিঞ্জখি। অদুগী তুংদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা ঙা ফাবা ডুম অমগী মখুৎতগী ঐগী মিং থাবা খুদোপ অসি ফংই। মসি হেক উবদা ঐগী থম্মোয়দগী অকাউবগী ফিজং হাইদোকখি। মতম অদুদা মায়কৈ মবীদা মী থাদুনা মহাকপু কয়া থিহল্লুই, অদুবু কাম্নবা করিমতা ফংখিদে। মহাক কাযনবগী মৈচাক্তা ঐ তুম্ব-চাবা চঙখিদে, মদুদা নত্তনা লৈবাক্কী থবক্তসু পুক্নিং থিংজিনবা ঙমখিদে। খোইজি খাদা তাওজিং হৈক্র পানগ্রবী সতী-সাবধী ওইবী শকুন্তলাবু নুংশি হৈতনা মীয়াম মাঙদা হন্না হন্না খোঙ্গোইনদুনা তাম্বোকখিবগী ইরাল অদুগী পাপ অদু হন্দক্কী মপোক অসিদদা নত্তনা মপোক লাংওন কয়াদসু কোক্লরোই। অদুগা ঐগী সহধর্ম্মিনী মহাক্লসু ঐগী অচৌবা ইবাল অদু পুক্নিগী ঙাকপিবা খক ঙম্নরোই।"

মহর্ষি মারীচনা মাগী পুক্নিং ফাথবিরদুনা হায়রকই, "রাজা দুষ্মন্ত, নহাক্না শকুন্তলাবু কাউথোকখিবা অদু নঙগী নরালনি হায়না খল্লুরনু। মরমদি নহাক্না শকুন্তলাবু সহধর্ম্মিনী ওইনা লৌশিনবদা মতম খরা নপুক্নিং খঞ্জানদুনা লংশিনখিবা মরাল অদুগী মতিক চানা অনুতাপকী অকনবা চৈথেং ফংগ্রে। অদুগী তুংদা নঙনা মাবু পুমকাউ কাউথোকখিবা অদুসু

মরম লৈতবা নত্তে। নহাক্না কোনুংদা হুনগ্রবা মতুং নুমিৎ খরনি লৈরগা নোংমা অমুক্তা শকুন্তলানা মপুরোইবা কায়ন-মৈচাক্তা লুপ্তুনা লৈরিঙেদা দুর্ববাসা মুনিনা ভিক্ষা নিবা লাকখি। মহর্ষিনা ভিক্ষা হায়নবা হুয়া হুয়া হায়রবদসু শকুন্তলা তুমিন্না অদুম ফমদুনা লৈবা উবদা শাউদুনা অভিশাপ তৌখিবনা নঙনা মহাকপু কাউথোকখিবনি। অসুম্না থোকহল্লিংদবা থৌদোক অদু খোকত্রবা মতুং য়াম্না কুইনা লৈরগা খুদোপ অদু উরবমক্তদা অভিশাপ অদু কোক্তুনা নহাক অকাউ-পরে চল্লম্বদগী মহৌশাগী ফিভমদা অমুক হুক্তিল্লকখিবনি।" অসি হায়রগা মহর্ষিনা শকুন্তলাদা য়েংদুনা হায়রকই, "মরম অদুনা শকুন্তলা, নঙসু নপুক্লিংগী নুংঙাইতবা খিবিক থাদোক্তুনা নচানুপাগা লোয়ননা নপুরোইবগী তুংইনথ্রো।"

শকুন্তলানা মহর্ষি মারীচকী মফমদা মখুৎ লোমদুনা হায়রকই, "তোল্লবী ঐবু মতম শাংনা শাইদাংকম পীবিদুনা য়োকপি-থাকপিরক্লিবা ইপা শক্লবা মহর্ষিনা নমোম্বু ঙাকপিগনি। ঐগী ইপুরোইবা ওইরবসু মহাক্না ঐবু অখিবা বাহে কয়া হায়দুনা কয়া করেম-কথাইনদুনা মীয়াম মাঙদা খোজেইনখিবদু মৈতান্না বাখৈক্লিবমখৈ কাউথোকপা ঙমগনি নিংঙ্গে। মরম অদুনা ইপা শক্লবা মহর্ষিনা নমোম ঐঙোন্দা ইপুরোইবগী তুংইন্তুনা চৎথ্রো হায়বা অকনবা য়াথং অসিদদি তাকপিগনু। পুন্সি চুপ্পা তপোবন অসিগী মচি অমদা অসুম কুপ্পুনা লৈজনবগী অয়াবা পীবিয়ু। ইচানুপা অসিদি মহাক্কী মচানি, অদুনা অঙাং অসিনা পাবং শক্লেপ ফাদুনা য়েক্লবা লাম্বা পাবা ঙমক্লবা মতম অদুদা মশাগী অধিকার মশানা লৌজরুনবা মহারাজগী নাক্তা থাগনি।"

মহর্ষিনা নুংশি-চানবিবগা লোয়ননা মপুক্লিং ফাথবিরদুনা হায়রকই, "মদু য়াবা নত্তেনে শকুন্তলা, নপুরোইবনা চঙজফম পীবিদদুনা তাম্মোরকখিবা মতম অদুদা নঙগী থম্মোয় কয়াগী মতিক শোকখিবগে হায়বা ঐ খঙই। অদুবু নপুরোইবা মশানা মশাগী মরাল য়াজরবা অদুগা মহর্ষি দুর্ববসানা নঙোন্দা অভিশাপ পীখি হায়বা খঙলবা মতম অসিদদি নহাক্না পুক্লৌ-পারৌবা খিবিক থাদোক্তুনা মহাকপু ঙাকপিবা তাবনি। তাইবংপান অসিদা মীওইবা ঐখোয়না মায়োক্লরিবা অৱা-নুংঙাই পুন্নমক বিধাতানা হায়ননা ঐগী ঐগী লায়বক্তা তন্নক্তুনা ঐখোয়না পোক্লকপদা শাগোম্নরক্লবনি। মদু ককউনবগী শক্তি মীওইবা কনাগীসু লৈতে। অদুনা হৌজিক্তি নহাক নপুক্লিং মকালাম্না নপুরোইবগা লোয়ননা নচানুপা ভরত পুদুনা হস্তিনাপুরদা চৎথ্রো।"

শকুন্তলানা মপুক্লিং চঙনা মহর্ষিগী বাদু তারম্মী। হৌজিক চিংনেরম্বা খিবিক কোকখিদুনা মপুক্লিং মকালাম্না খল্লকই, অদু ওইরবদি ইপুরোইবনা কাউশিন্নদুনা ঐবু থৌওইবিখিদবা নত্তবা তারে। শহরগী নুংঙাই-য়াইফবা অচৌ-অশাং নথক্রগা মখোয়গী মচা-মশু কয়ানা চীংয়া-তময়াদা পোকপী, লৌথুপ-লৌকোই লৈজদবী, তোয়রিংবী চনুয়া কয়াবু তাংকী

নুংশি-লাংবা থুহম্নুনা য়ম মনীংতম্না চুলথোক্লগা পোক্লকবা মতমদা উকুম্নক্তা খোদাওনবিখিবগী খৌদোক কম্না তাইবংপানসিদা তৎতনা থোক্লিবনি। মদুগুম্না ঐখু মাগী নুংশি-লাংদা থুহম্লগা মহাক্না ঐবু কাউশিন্নদুনা ঐগী পুন্সি মাংহন্নবা হোৎনখিব্রা হায়না চিংনবা পোকখি, অদুবু হৌজিক্তি মদু নত্তে হায়বা তশেংনা খঙলে।

তাঙ্গা অসিদা মহাক্না খঙনিং নিংশিংলক্লে, মপা শক্লবা কণ্ব মুনিগী আশ্রমদগী বিদায় লৌখগী মীৎকুপ্তা মতারোইশিংনা হায়খি, করিগুম্বা রাজা দুষ্মন্তনা মহাকপু কাউথোকখিদুনা শক খঙলম্নদবা থোক্লবদি মহাক্না নিংথৌগী মম্নিং থাবা খুদোপ অদু শোয়দনা উৎকদবনি। অদুবু খুদোপ অদুদি ঈশিংদা তাহৌরকনা মহাক্না মদু নিংথৌগী মফমদা উৎপা ঙমখিদে।

মহর্ষিনা মঙোন্দা য়েংদুনা চানবিবগা লোয়ননা হায়রকই, "শকুন্তলা, হৌজিক্তি নঙগী অৱাবা মতম লোইরে, নুংঙাইবা মতম থুংলরে। নঙনা মতম কুইনা নিংজরকপা অদুমক থুংলবনিনা হৌজিক্তি নপুরোইবগী মথক্তা ৱারৌরম্বা পুম্নমক অদু থাদোক্লগদবনি। অভিশাপ কোকখিবগা লোয়ননা নহাকপু নিংশিংলকখি হায়বা খঙলবনিনা পুক্লিং-কিশি পরৈ হন্দুনা নপুরোইবগী নাক্তা চৎপা তাবনি। য়ুমগী নুপীনা মপুরোইববু থাজদবদগী মপুক্লিংদা চিংনবা মখল-মখল পোক্লকুনা স্বর্গগুম নুংঙাইরম্বা ইমুং কয়া কাং-খোং চায়খিবা য়াওদবা নত্তে। য়ুম্বানবা নুপা-নুপী পুকচেল-খোইজেল তীন্নবা সেগা-মাইগা তান্নদুনা লৈববদি ইমুং অদু স্বর্গগী ওইবা নুংঙাইবা ফংবা শোয়দ্রবনি। য়ুম্বননবদা মত খেন্নবকপা থোক্লবদি মখোয় অনী ফম্মিন্নদুনা চমথোক্লগদবনি, করিগুম্বদসু পুক্লিংদা কিশি থাংদুনা থম্লোইদবনি।"

ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা মহর্ষিনা রাজা দুষ্মন্ত দা হায়রকই, "বৎস, শকুন্তলাগী গর্ভদগী পোকপা অঙাং অসি অচম্বা মীশক ওইরোই। নহাক্কী নচানুপা অসি লাম্বা লৈতবা ওইদুনা মালেমগী নিংথৌরেন ওইরগদৌরিবনি। তাইবংপানবু ভবন তৌবগনি(য়োক্লগনি) হায়দুনা মাগী মমিং 'ভরত' থোনবিখিবনি। নচানুপা ভরতকী মতিক-মগুণনা নহাকপু তাইবংপান অসিদা ভরতগী মপা অমা ওইনা শক খঙনরগনি।"

ৱা অসি তাবদা রাজা দুষ্মন্তনা ঙমখৈ নাইদনা হরাওদুনা মহর্ষি মারীচ অমসুং দেবমাতা অদিতিগী খোঙ শোক্লা অমুক খুরুম্নরে। শকুন্তলাসু মপুরোইবগী তুংইন্দুনা খুরুম্নরে।

মহর্ষিনা অমুক হায়রকই, "রাজা দুষ্মন্ত, ঐ ৱা হাযগে মুন্না তাও। নহাক হস্তিনাপুরগী অথোইবা নিংথৌরেন্নি হায়দুনা নপুক্লিংদা কবিগুম্বা মতমদসু চাউথোক্লুনা নাপল কারোইদ্বনি। তোম্ন-তারবশিংনুংশি চানবিগদবনি। মীচম প্রজাশিংদা অচুম্বা বিচাব ফংহন্নবা মতম খুদিংমক্তা চেকশিন্না হোৎনগদবনি। লৈপাক্কী মপী-মপা ওইরগা লৈবাক মীয়ামদগী নশাবু ৱাংনা খনফদে। মীয়ামগী অপাম্বনা নহাক্কী আপাম্বা ওইগদবনি। নশাবু প্রজাগী লন ঙাক-শেনবা মখোয়গী মথাপোনবা মীশক অমা ওইনা লৌগদবনি। মীয়ামগী যাইফনবা শিনবনা

নহাক্কী পুন্সিগী অথোইবা থৌদাংনি হায়বা থক কাউরোইদবনি। থম্মোয় শেংনা প্রজা-পালন তৌরবদি যজ্ঞ লিশিং তৌবদগী হেন্না অফবা ফল ফংই হায়বা খঙনাদবনি।"

রাজা দুষ্মন্তনা মখুৎ লোয়দুনা হায়রকই, "তাকপিরিবা খুদিংমক অসি পাংথোকচবা ঙম্নবা আশীর্ববাদ পীবিয়ু।"

"তথাস্তু।" মীৎকুপ থরা তুমিন্না লৈরগা মহর্ষি মারীচনা অমুক হায়রকই, "দুষ্মন্ত, হৌজিক্তি নথোয় নরৈবাক্তা হনখিনবা তৌরো। নহাক্কী সহধর্ম্মিনীগা মচানুপাগা পুদুনা দেবরাজ ইন্দ্রগী পুষ্পরথ তোংদুনা নপুক্লিং হরাওনা হস্তিনাপুর তম্না যাত্রা তৌথ্রো। ঐগী আশীর্ববাদতগী নঙগী লৈবাক্কী ওমখৈ পাকথোক-চাউথোকপা ওইরসনু, মীয়ামগী মাইফ-থৌরাং কয়া পায়খৎতুনা মখোয়গী থম্মোয় জয় তৌবা ঙম্বা ওইরসনু।"

রাজা দুষ্মন্ত অমসুং শকুন্তলানা লৈমায় থক্তা কোংয়াং চৈশু তাবওম তুদুনা মহর্ষি অমদি দেবমাতা অদিতিদা শ্রদ্ধা-ভক্তি লৈনা খুরুম্নে।

অদুগী তুংদা নিংথৌনা হায়রকই, "প্রভুগী অমৃতগী মশক ওইরবা পাউতাক খুদিংমক শোয়দনা পাংথোক্নবা হোৎনজগনি।"

মহর্ষি-অমদি দেবমাতাগী মফমদগী বিদায় লৌরগা দুষ্মন্ত শকুন্তলা অমসুং মচানুপা ভরতকা লোযননা মাগী মকুপ ইন্দ্রগী পুষ্পরথ মথক্তা কাখৎখ্রে। ❑



**শ্রীলবুক্তোংবম রঘুমণি শর্ম্মা** তাং ২৫/১২/১৯৪০ ইংদা ব্রহ্মপুর, নহারুম লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিং ৺রাধামোহন শর্ম্মা অমসুং অশোকপীনা ৺লৈরিকতোম্বী দেবী কৌই।

শ্রীশর্ম্মনাশ্বায়া নহা ওইরঙৈদগী প্রবন্ধ, ব্রারীনচিংবা কয়া ইদুনা মেগাজিন কয়াদা ফোঙলকই। 'বাশক' (১৯৬৪) না মহাক্কী অহানবা লাইরিক্লি। মতম অদুদগী হৌজিক ফাওবদা মশানা ইবা ৪৩ অদুগা হন্দোকপা ৪৭ ফোঙলে।

শ্রীশর্ম্মনা ডাইরেক্টর ওফ্ এডুকেশন (এস), মণিপুরনা শীনবা অঙাংগী লাইরিক অথোই-অহেন তান্নবগী মনা ৩০ হেন্না ফংলে। শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী 'চরিত্রহীন' হন্দোকপগী সাহিত্য একাদেমি, দিল্লীনা 'সাহিত্য একাদেমি অনুবাদ পুরস্কার' (১৯৯৩) পীরকই। 'তেলেম ইন্দুবালা (হন্দোকপা) মনা' (১৯৯৭), শরৎ-চর্চা পুরস্কার (১৯৯৭) ফংই। ২০০০ ইংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামনা 'সাহিত্য ভূষণ' উপাধি পীরকই।

শ্রীশর্ম্মনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল; নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল; কলচরেল ফোরম মণিপুর, ইম্ফাল অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসামগী লাইফ মেম্বরনি।